সাহিত্যগী সংগ্রামী

# পাওতাক ৱারীশিং

আইঃ এসঃ অকোইজম




মণিপুর সাহিত্য সমিতি
থৌবাল, মণিপুব

**Paotak Warishing**
(A collection of 103 little stories)
By I.S. Akoijam

ফোঙবা ঃ মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবাল, মণিপুর

খুৎনম ঃ অহানবা, ২০০৩

মমল ঃ লুপা ৬০/-



নম্ফম ঃ সিরোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল, মণিপুর

# ৱাহৈ অমা অনীদং

ঐহাকপু নুংশিবিদুনা শ্রী আইঃ এসঃ অকোইজমনা মহাক্কী ১৭ শুবা লাইরিক **পাওতাক ৱারীশিং** বু পাহনবিদুনা ৱাহৈ অমা অনীদং ফোংদোকচবা ফংহনবিবা ঐগী লাইবক ফবনি।

শ্রী আইঃ এসঃ অকোইজম থৌবালদা পোকই, মেত্রিক ফাওবা মণিপুবদা মখানা শিলোংদা তমলকখি। মতম কুইনা ওঝা ওইরমই। কৈন্য গার্লস হায় স্কুলগী দোনর-ফাওগুব হেড মাষ্টবনি। অরোইবদা জোন (III) গী জেডঃ ইঃ ওঃ ওইনা থবক্তগী পোত্থাখি।

শ্রী আইঃ এসঃ অকোইজম সাহিত্য প্রেমি অমনি। কথোকপা লেপতে। মণিপুবী সাহিত্য লৈকোন্দা মখল মথেল কযাগী হৈবাং-লৈবাং থাবকখি। মালি অমা ওইনসু পোত্থাবা লৈতনা লৈখোং সোল্লি।

শ্রী আইঃ এসঃ অকোইজম্না ফোঙদোবকপা, ইথোবকপা, কথোল্লকপা খুদোলশিং অতৈদগী খেন্নবা চাওনা উবা ফঙই। মহাক্না সাহিত্য লৈকোল অসিদা থাবা হোৎনজবিবা লৈবাংশিং কুমগী ওইবা, ঙাইহাক শাৎলগা কেমগনবা লৈবাংশিং ওইদে। মানা চেৎনা লুনা তাদুনা মতম কুইনা শাৎহৌগদবা কুইব কুইবগা হৈনম-লৈনম মনম নুংশিবা হেল্লক্কদবা, জাৎ-পাৎ ধর্ম্মগী খেন্নবা লৈতনা যুমথোং খুদিং থানবগদবা, ইমুং খুদিং কান্নবা ফংহনগদবা পোৎশকশিং ওই। যাম্না ৱানা পাক চাওনা খোমলুবা, থিকুবা খনদোক্লবা মীওইবা জাতিগী ফননবা, কান্ননবা ঙাক্তা ওই। মসি অইববু থাগৎনীংঙাই ওই। শ্রী আইঃ এসঃ অকোইজম্না থারম্লিবা পান্বীশিং অসিগী মহয়সি মতম কুইনা মীওইবনা চাহৌরগনি।

শ্রী আইঃ এসঃ অকোইজমগী ইবগী, ফোংদোকপগী মওং মতৌ অতৈগা খেন্নে। মহাক মশাগী ওইবা ষ্টাইল্ লৈজে! চম্না ফোংদোকই, অবিবা লোন হৈনা শিজিন্নে, চৎনবী ইংরেজি ৱাহৈ কয়াসু মণিপুরীগুম শীজিন্নে। লাইরিক কযা মথং মথং পুথোকখ্রবা তুং অসিদদি লাইরিক অসি বনান লানবা কযা থেংনদ্রে, পাবদা নুংঙাইবে।

মীওইববু ফহন্নিংদুনা ফজ ফজরবা পাওতাক, চন্নবা খুদম্না তাকপা ৱারী ১০৩ মুক লমাই ১৩৫ দা লীবসি থাগৎনীংই। ৱারীশিংসি ভগবান শ্রী সত্য সাই বাবানা লীবিবা ৱারীশিংনা ৬০% মুক ওইরগা, বাইবল, ইসলাম, বুধদেবগী অমদি অথোইবা অইবা কয়ানা ইরম্বা, পুরানগী ৱারীশিংগী নুংগী ওইবা অর্থদি কাযহনদনা পীক্লিবা অঙাংদগীনা অহলশিংনা ফাওবা শীজিন্নবা য়াননবা মায়পাক্কা হোৎনজবা খুদোলনি। নীংথিজরবা, মমল য়ামখ্রবা, ৱারী-নাচোম অসি পুথোকপিবগীদমক শ্রীভগবান্না অইববু মঙ্গল আশীর্ব্বাদ পীনবিসনু। শ্রী আইঃ এসঃ অকোইজমনা তুংদসু অসিগুম্বা খুদোল কয়া তম্বীরক্লবা হোৎনবিরকউ।

হন্না হন্না থাগৎচবিবা

(ব্রিং কমান্দর একে দেবেন্দ্রা সিংহ)

থৌবাল

তাং ২১/০৬/০৩

# অইবগী মায়কৈদগী

হৌজিক্কী মতমদা লন্থুম লৈরগা লোইরে হায়দুনা ধর্ম্ম য়েংদবমখে মশাগী ওইজবা থিবনা পূন্সিগী য়ুম্ফম ওইনরে, ঈশ্বরবু কাউথোক্লগা ইন্দ্রিয়শিংগী মনাই ওইবনা নুংঙাইবা ওইনরে, ঐ মঙাইরে হায়না উৎপনা মতমগী চৎনবী ওইনরে, কৈদা তোংদুনা চৎপনা হৈনবী ওইনরে, অদুগা ৱা-কন্না ঙাঙবনা অঙম্বা শক্লরে। মখোয়শিং অসিনা মরম ওইরগা শান্তি লৈত্রে। চিংনবা অমসুং অকিবনা ঐখোয়দা অৱাবা পীরে। থাঙ্গেশেংনমক হায়রবদা মালেমসিগী হৌজিক হৌজিক ওইরিবা ফীভম অসিদি কিনঙাই ওইরে। ঐখোয়না চৎলু চৎলুবা অমদি য়েংলু য়েংলুবা মায়কৈ খুদিংদা অকিবগী অকিবা ঙাক্তা ঙাইখ্রে। য়ুমদবু ওইরো মপান থোক্লগবু ওইবো মফম খুদিংমক্তা অকিবনা নৈশিন-নৈশিন্দুনা লৈরে। নোংপোক্তবু ওইরো নোংচুপ্তবু ওইরো অদুগা অৱাংদবু ওইরো মখাদবু ওইরো মালেমগী মফম পূম্নমক্তা ধর্ম্মগী মঙাল উরক্ত্রে। হিংসা তৌবা, ময়াইকাবা হীদাক শীজিন্নবা অমসুং অতোপ-অতোপ্পা মখলগী পাপশিং তৌবনচিংবা ময়াম অমা নুমিৎ খুদিংগী হেনগৎলকই। মসিদি ধর্ম্মগী পাওতাক ৱাৎপদগী ধর্ম্মনা লৈখা তারকপনা থোকহল্লকপনি। হৌজিক্কি মতমসি য়াম্না চিরবা মতমনি। ধর্ম্মবু তঙাইফদনা য়োকখৎপা দরকার ওইরে। মসিগী খুদোংথীনঙাই ওইবা ফীভম অসিদা অসুম চত্থখিবা তারগদি মালেমসিদা শান্তি শুক্লে লৈরক্তদুনা মালেম মূৎখিবা য়াবগী অকিবা লৈতবা নত্তে।

হৌজিক্তি ঐখোয় ধর্ম্মগা কায়নখিবদগী মায়া সংসারগী ঈপাক্তা ঈরাক্লদুনা অমুক লূপথ অমুক তাউখৎ তৌদুনা য়াম্না খুদোংথীনঙাই ওইবা ফীভম অমদা লৈরি। অসিগুম্বা অৱাবা ফীভম অসিদগী ঐখোয়বু কনবীনবা হায়দুনা শ্রী সত্য সাই বাবানা কান্নবা ৱারী কয়া লীবিখি। ইবুংঙো মহাক্না লীবিখিবা ৱারীশিংনা অয়াম্বা ওইরগা **পাওতাক ৱারীশিং** হায়বা লাইরিক মচা অসি ঐহাক্না ইমালোন্দা পুথোকচবনি। মসিনা ঐহাক্কী অহুমশুবা পুথোকচবা কান্নবা ৱারীশিংগী লাইরিক্কি। ৱারীশিং অদুনা ঐগী থম্মোয়

কাচিন্দা লৈরিবা পীক্লবা থাউমৈ অদুদা ঈশ্বর নীংশিংবগী মৈরী চুখৎপীখি। অনুতাপকী মৈচাক্লা ঐগী পূক্নিংদা লৈরিবা ফত্তবা ৱাখল খরবু চাকথেক্লগা থম্মোয়দা অশেঙবা অওনবা অমা লাকহনখি। অমম্বদা মঙাল অমা উহনখি। ৱারী খুদিংমক মীওইবদা কান্নবা পীবা ঙাক্তনি। ৱারীশিংসি নৈনরগা অমদি ৱারীশিংদুদা য়াওরিবা ফিদমশিংদুগী মরক্তগী অমতা ওইরবসু ঐখোয়গী নুতিগী পূক্সিদা থবক্তা থবক ওইনা ওন্থোক্লগা ঐখোয়গী পূক্সিগী য়েক্লবশিং ওইরিবা **অপাম্বা**, অশাউবা, কল্লক-মিহৌবা, চিংনবা, অকিবা অসিনচিংবশিংসিনা মখায়াৎ লাউনা লাউনা কাথোক্তুনা ঐখোয়বু য়োৎলগে মতাগুম মহৈ মহৈ তাঞ্জা য়েংদুনা লৈরিবশিংসিদগী লান্থোক্লবা লাক্লহৌসি।

লাইরিক অসি করিগুম্বা মতমদা পাবীদুনা খজিক্তা ওইরবসু কান্নবা ফংবিরবদি ঐহাক্লা লাইবিক অসি পুথোকপচবগী মহয় য়াল্লে হায়না লৌজগনি। মরুওইনা লাইরিক মচা অসিনা নহারোলশিংদা য়াইফরোল পীবা ওইরসনু।

ওঁ শান্তি, শান্তি, শান্তি

তাং ২১/০৬/২০০৩ ইং

আইঃ এসঃ অকোইজম

# য়াওফম তকপা

# দিক্ষা ফংজখি

নোংমগী নুমিত্তা নহা অমনা ঋষি অমগী মফমদা চঙজরম্মী অদুগা হায়জরকখিঃ "হে মহারাজ, ঐহাকপু দিক্ষা তৌবিয়ু। হৌজিক্তি ঐহাক অশেঙবা পূন্সি অমা লেনবা পামজরে।" ঋষি অদুনা হায়রক্লম্মী ঃ" ঙাইখো, মতম ৱাৎলি, মতম খরগী মতুংদা ঐহাক্না নঙোন্দা দিক্ষা-মন্ত্র পীগনি।" নহা অদুনা ঋষি অদুগী মফমদা হন্না হন্না হাযজরম্মী অদুবু ঋষি অদুনা শুকযা-য়াখিদ্রে। চহি অনীগী মতুংদা ঋষি অদুনা নহা অদুগী মযুমদা ভিক্ষা নিবা শাদুনা লাক্লম্মী। মহাক্কী মখুত্তা ভিক্ষা নিবগী খুজাই অমা পায়রম্মী। খুজাই অদু অমোৎপনা পীক থল্লম্মী। নহা অদুনা ঋষি অদু উবদা য়াম্না হরাওজদুনা অহাও-অহাওবা অচা-অথক ময়াম অমা পুথোক্লুনা কচ্চরম্মী। ঋষি অদুনা নহা অদুদা অচাপোৎশিং অদু অমোৎপনা পীক থন্না য়াওরবা খুজাই অদুদা হাপচিল্লু হায়রম্মী। মদুদা নহা অদুনা হায়রক্লম্মী ঃ"স্বামী, অমোৎপনা থল্লবা খুজাই অসিদা করম্না অচাপোৎশিং অসিবু হাপচগদগে, অমুক্তা হান্না শেংদোকখিসি।" ঋষি অদুনা মোমোন-মোমোন নোক্লগা হায়রকখি ঃ"অদুননি নহাল ঐনা নঙোন্দা দিক্ষা-মন্ত্র পীবা য়াখিদ্রিবদো! নহাক্কী অশাউবা, নাপল, কল্লকপা অমদি মিহৌবনচিংবগী অমোৎপনা থল্লবা থম্মোয় অদুদা করম্না ঈশ্বরগী শেংলবা মিংলেন

অদুবু হাপচিনগদগে?” নহা অদু য়াম্না ঈকাইদুনা তুমিন্না মরু-লুকথরগা লৈখি। অদুদগীদি মহাক্না মহাক্কী থম্মোয়দু মশামক্না শেংদোকচখি অদুগা মমৈথংদা ঋষি অদুদগী দিক্ষা ফংজখি।

## ভক্ত ওইবী বেশ্যা চিন্তামণি

শ্রী বিল্বমঙ্গল ঠাকুরনা বিষ্ণুস্বামী বৈষ্ণব সম্প্রাদায়গী মগুণ য়াম্না লৈবা গুরু অমা ওইদ্রিঙৈগী মমাংদা শ্রীভগবানগী ভক্ত ওইবী বেশ্যা চিন্তামণিগী ৱাখলদা মথৱায় য়ৌনা লূপ্লম্মী। নোংমগী অহিং অমদা ঠাকুরনা বেশ্যা চিন্তামণিগীময়ুমদা লাক্লম্মী। মতম অদু নোংনা ফুদ্রিৎ-ফুবমখৈ চুরম্মী। ঈথক্লা ঈপোম্লনা হৌরবা তুরেল অমবু লাম্লগা বিল্বমঙ্গলনা কিনঙাই ওইবা অহিং অদুদা করম্না মহাক্কী মনাক্তা লাক্লিবনো খল্লুবদা চিন্তামণিনা য়াম্না ঙক্লম্মী। মহাক্না বিল্বমঙ্গলদা হায়রকখি ঃ “ঐহাক্কুম্বী করিশু লৈত্রবী মীচম নুপী অমগী শদুম-শয়াঙদা পূক্লিং থিংজিল্লিবা অদুগী মহুত্তা ঈশ্বরগী সেবাদা পূক্লিং লূপ্লবদি থোইদোক হেন্দোক্না ঠাকুরগী কান্নবা ওইগনি।” বেশ্যা চিন্তামণিগী ৱাহৈশিং অদুনা ঠাকুরবু ধর্ম্মগী অকাবম কাবা হৌহনখি। মতুংদদি শ্রীবিল্বমঙ্গল ঠাকুরনা বেশ্যা অদুবু মহাক্কী গুরু অমা ওইনা লৌখি, অদগা মহাক্না ইরম্বা লাইরিকশিংগী মফম মফমদা মঙোন্দা ধর্ম্মগী মঙাল পীবিখিবী চিন্তামণিগী মমিংবু যাম্না ৱাংনা থাঙ্গৎলম্মী।

বেশ্যা অমনা শ্রীভগবানগী ভক্ত ওইবদা ঐখোয়না মহাকপু হঙ্গোইবা য়াই; অদুবু ফীভম পূম্নমক্তা শ্রীভগবানগী ভক্ত অমা ওইবদি অথিংবা লৈতে।

## ভক্তি-সেবাগী কান্নবা

দুর্য্যোধনগী ফত্তবা থৌশীল অমগী মখাদা যুধিষ্ঠিরগা দ্রৌপদীগা অনীনা প্রসাদ ফংলবা মতুংদা দুর্ব্বাসা মুণিনা মহাক্কী শিষ্য ময়ামগা লোয়ননা যুধিষ্ঠিরনা লৈরিবা বন অদু য়ৌনবা লাক্লম্মী। দুর্ব্বাসা মুণিগী শিষ্য লীশীঙ তরা লৈরম্মী। মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা মখোয়বু তরাম-তরাম্না ওক্লম্মী অদুগা মখোয়বু তুরেন্দা স্নান তৌরুনবা থাখিরম্মী। মরক্কুদা চাক-থোংবা লোইশিল্লম্লগে হায়না মখোয়দা হায়খি।

যুধিষ্ঠিরনা অতিথি ময়াম অদুগী সেবা করয়া তৌগদগে হায়দুনা চিন্তা তৌরকখি। দ্রৌপদীনা চাদ্রিবমখৈদি লাক্লিবা মী মখৈবু পীজবা ঙম্লম্মী মরমদি মহাক্কী সূর্য্যদেবদগী ফংলকপা অঙকপা পৃখম অমা লৈরম্মী। দ্রৌপদীনা চাক চাদ্রিঙৈগী মমাংদদি পৃখম অদুনা পীয়ু হায়বমখৈ পীরম্মী। মহাক্না চাক-চাববা মতুংদা মখোয়না থুংলুরবদি যুধিষ্ঠিরনা অদুক য়াম্বা মীয়ামদু পীজ-পীথকপা ঙম্লোই হায়বা অমদি মদু ঙমদবগীদমক্তা যুধিষ্ঠিরগী মাঙ-তাক্নবা শাপলা করিনোমা দুর্ব্বাসানা শোয়দনা তৌগনি হায়বদু দুর্য্যোধন্না চপ চানা খঙলম্মী। মরম অদুনা পাণ্ডবশিংগী মথক্তা মুণিনা শাউননবা মহাক্না থৌরাংখি। দুর্ব্বাসা মুণিনা শাউরকপা মতমদদি মাঙ-তাক্নবগী মশক ওইরম্মী। দুর্য্যোধনগী থৌরাং অদুবু মুণিনসু য়াখি। মতম অদুবুসু দ্রৌপদীনা চাকতোক্লবা মতুংদা ওইহনখি।

ভক্ত অমনা খুদোংথীবা তারবা মতমদা শ্রীভগবানবু নীংশিংলকই। মরম অদুনা দ্রৌপদীসু খুদোংথীবা তারবা মতম অদুদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু নীংশিংলক্লম্মী। শ্রীভগবাননা খুদক্তা দ্রৌপদীগী অৱাবদু খঙবিখি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা দ্রৌপদীগী মনাক্তা লেঙলক্লুনা করি লৈবগে খজিক্তা চাগে হায়রখি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অদুম্না নিরক্লবা মতমদুদা দ্রৌপদীদি ৱাবগী ঙমখৈ লৈখিদে, মরমদি শ্রীভগবান্দা পীজনবা মহাক্কী করিমতা লৈরমখিদে। সূর্য্যদেবদগী ফংবা পৃখম অদুদগী পীগে হায়রবসু মহাক্না চাক তোকখ্রবনিনা উপায় করিমতা লৈখিরমদে। মহাক্না য়াম্না ৱারম্মী, অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী মমাংদা কপথোক্লক্লম্মী। অদুম অদুম ওইনমক শ্রীভগবাননা চফু-উয়ান্দা করি পক্লিব্রা য়েংগে পুথোরকউ হায়না দ্রৌপদীদা হায়রকখি; অদুদগীদি দ্রৌপদীনা চফু-উয়ান অদু পুথোরক্লম্মী। উয়ান্দা পক্লুনা লৈরম্বা শাক খর অদু শ্রীভগবাননা থেংনখি, অদুগা মদু কোক লৌরগা হাখি। অদুগা মদুগী মতুংদা দুর্ব্বাসানচিংবা অতিথিশিংদুবু কৌরুরো হায়না শ্রীভগবাননা দ্রৌপদীদা হায়বিরকখি।

ভীমবু অতিথিশিংদু তুরেন্দগী কৌখৎলুনবা থাখি। ভীমনা অতিথিশিংদুদা হায়রক্লম্মী ঃ"মুণি পূম্নমক থীহ্নবীরনু, য়াম্না থেংখ্রে। লেঙবীরক্লো, চাক লোইহৌরে।"

অদুবু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা শাক-য়েনশাং খজিক্তং হাখিবদুনা মরম ওইরগা অতিথিশিংগী মবুকশিংদু অদুম তুরেন্দা স্নান তৌরিঙৈদা পীক থনখিরম্মী।

অতিথিশিংদুনা খন্থরকখি ঃ"যুধিষ্ঠির মহারাজনা শেল য়াম্না চঙনা হাওর-হাওরবা মথেল ময়াম অমা থোংহল্লম্লগনি। অদুবু ঐখোয়দি অরাম খৌরাংবা করিমতা পোক্ত্রে; মরম অদুনা ঐখোয়না করিমতা চাবা ঙম্লরোই; মদু ওইরবদি যুধিষ্ঠির মহারাজনা মথৱায় য়াম্না নুংঙাইরোই। অদুনদি ঐখোয়না চাবা চঙঙুদনা মফমসিদগী হনখিবনা ফরে।"

থৌদোকসিনা তাকপদি ঐখোয়না চাগদবা পোৎ অদু ঈশ্বরদা হান্না কৎকদবনি, অদুগা ইবুংঙো মহাক্না লৌখ্রবা মতুংদা প্রসাদ ওইনা খূনগদবনি; মদুগী ফল অমা ওইনা অতিথি ময়াম অমা পেনগনি। ঈশ্বরনা পেল্লগা পূম্নমক্না পেনবনি। মসিনি ভক্তি সেবাগী কান্নবা হায়বদো!

## হঙোইগী মবুক পোকখায়বা

গুহা অমগী মনুংদা হঙোই অমা লৈরম্মী। হঙোই অদুদি মশাগী পীকখ্রবা গুহা অদুদা লৈরগা জগৎ পূম্বসে মাগী গুহাদুদগী হেন্না চাউদে হায়দুনা লান্না লৌরম্মী। হঙোই অদুনা পাকচাউখ্রবা মহাসাগর অমগী ময়ুং-মফেল কমদৌই হায়বদু খঙলমখিদে। হঙোই অদুদা মহাসাগরগী পাকচাউবগী ৱা হায়রুবদা অদুগুম্বা মহাসাগর অমা লৈরমগনি হায়বদু মহাক্না থাজখিদে। অদুবু অসিগুম্বা পাকচাউরবা ঈপাক অমা তশেংনা লৈ হায়রবদা হঙোই অদুনা ভাবনা শাগৎলগা মহাসাগরগী পাকচাউবা অদু লাকশিন্নবা হায়দুনা মহাক্কী মবুক অদু হেক য়ারিবমখৈ কামথোক্তুনা চাউথোক্লবা লাক্লরম্মী; অদুম্না কামথোকপদু হেঞ্জনমনখিদুনা মহাক্কী মবুক পোকখায়খি। অদুদগীদি হঙোই অদুনা মহাসাগরগী পাকচাউবা খঙহৌদবমখৈ শিখি।

মতৌ অদুগুম্না পূকচেল পীক্লবা মীশিংনসু মখোয়গী হঙোইগুম্বা থোপকী অমদি মখোয়গী ভৌতিক বৈজ্ঞানিক ওইবা থবকশিংদুগী মতেংনা শ্রীভগবানগী অঙকপা শক্তিবু শীঙনগে হায়না হোৎনৈ; অদুগা মমৈথংদদি মখোয়না হঙোইনা শিবগুম শি।

# বলি মহারাজগী দান

বলি মহারাজনা ব্রহ্মাণ্ডগী লোক পূম্নমক জয় তৌদুনা লৌশিল্লম্মী। নিংথৌ অমনা অতৈ অতোপ্পা নিংথৌশিংগী লৈবাকপু মপাঙ্গলনা লৌশিনবা ঙম্লবদি, অসুম্না ফংলকপা লৈবাক অদুদা মহাক্কী অধিকার মতীকচানা লৈনরম্মী। মরম অদুনা বলি মহারাজনা ব্রহ্মাণ্ডগী লম পূম্নমক্কী মপু ওইরম্মী। মদুগী মতুংদা মহাক্না ব্রাহ্মণশিংদা দান য়াম্না তৌনীংলকখি। নোংমদি শ্রীভগবান্না চাক্লিবা ব্রাহ্মণ শারগা মহাক্কী খোঙফম অহুমগী লম বলিদগী নিরম্মী। ভগবান ইবুংঙো মহাক্কী পূম্নমক্কী মপু ওইবনিনা বলি মহারাজদগী লম পূম্নমক লৌশিনবা ঙম্লম্মী, অদুবু নিদনদি লমশিং অদু বলিদগী ইবুংঙো মহাক্না লৌননবা তৌরমখিদে, মরমদি বলিগী লমশিং অদু নিংথৌ অমগী অধিকার অমা ওইনা ফংবা লম ঙাক্তা ওইরম্মী। ব্রাহ্মণ চাক্লিবা বামনদেবনা বলি মহারাজদগী পীকখ্রবা দান অদু নিশিন্নবা মতমদুদা বলিগী গুরু শুক্রাচার্য্যনা ৱাফমদু য়ারুনু হায়না হায়বীরম্মী, মরমদি বামনদেবদো চাক্লিবা শাশিন্নবা বিষ্ণুমক্লি হায়বা শুক্রাচার্য্যদি খঙলম্মী। বলি মহারাজনা ভিক্ষারিদুবু বিষ্ণুনি হায়না খঙলবদুদা মহাক্না গুরুগী য়াথংদু ঙাক্লীংলমখিদে। মরম অদুনা ব্রাহ্মণ-ভিক্ষারি অদুনা নিরকপা লম অদু মহাক্না পীগে হায়না য়াখি। য়ানখিবগী মতুংইন্না বামনদেবনা বলি মহারাজগী লম পূম্নমক মহাক্কী মখোঙ অনীনা থন্না কৃপখি, অদুদগীদি মহাক্কী অহুমশুবা মখোঙ অদু থম্নবা লম পীরো হায়না বলি মহারাজদা হায়রকখি। বলি মহারাজনা বামনদেবগী লেমহৌরিবা অহুমশুবা খোঙফম অদুবু মহাক্কী কোকথক্তা থমহল্লম্মী। মদুদা মহাক্না হরাওজখি। মতৌ অদুম্না বলি মহারাজনা মহাক্কী লৈজবা লম পূম্নমক মাঙখিবগী মহুত্তা শ্রীভগবানবু মহাক্কী মতম পূম্বগী লোয়নবা অমা ওইনা ফংদুনা নুংঙাইজখি।

মরমসিনা ঈশ্বরগী মফমদা লৈজবা খুদিংমক কৎলগা কৎলিবা মীদুগী করিমতা মাঙদে, ঈশ্বরগী লৈফমদা কাদুনা ঈশ্বরগা লোয়নবদুম ফংজে। ▯▯

# অশেঙবা ভক্ত

মতম অমদা শ্রীবিষ্ণু নরায়ন্না নারদ মুণিদা অশেঙবা ভক্ত অমা থিরুচো হায়রম্মী। মদুদা নারদ মুণিনা অশেঙবা ভক্ত অমগী গুণশিংদু করি করিনো হায়না শ্রীবিষ্ণু নরায়ন্দা হংজরম্মী। মদুগী পাওখুম অমা ওইনা শ্রীবিষ্ণু নরায়ন্না

হায়রকখি ঃ "অশেঙবা ভক্ত অমা হায়বদুদি মহাক্কী থম্মোয়দু শেংগদবনি, মশাগী ওইজবা থিরোইদবনি, অদুগা মহাক্কা ঈশ্বরগী মিংলেনবু মতম পূম্বদা শোনগদবনি। মহাক মশামকপু তাইবংগী থৌদৌশিংদা চিংশিন্দুনা য়াওহনখিবা তারবসু মহাক্কা মখোয়দুদা পূক্লিং লূপলোইদবনি। মহাক্কী পূক্লিংদু ঈশ্বরদা লেঙদনা থমগদবনি।" অদুদগী নারদ মুণিনা হায়রকখি ঃ"স্বামী! ননাই ঐহাক্কা ইবুংঙো নহাক্কী মিংলেনবু থৱায় য়াওনা মতম পূম্নমক্তা, ফীভম পূম্নমক্তা শোঞ্জে। ইবুংঙো নহাকপু নীংশিংদবা মীৎকূপ অমফাওবা য়াওজদে। ঐঙোন্দগী হেন্না শেংবা অথোইবা ভক্ত অমবু লৈরিগদ্রনে?"

মহাক মশামকপু খ্বাইদগী শেংবা ভক্ত অমনি হাযনা খঞ্জবা হায়বসে "ঐ মঙাইরে" হায়বা ৱাখলগী খুদম অমনি। নারদ মুণিদো মহাক্কা খ্বাইদগী হেন্না শেংবা অথোইবা ভক্ত অমনি হায়বগী ৱাখলগী খুদম অমনি। নারদ মণিদো মহাক্কা খ্বাইদগী হেন্না শেংবা অথোইবা ভক্ত অমনি হায়বগী ৱাখলদা নাপল কারম্মী। শ্রীবিষ্ণু নরায়ন্না হায়রর্কখি ঃ"নারদ, নহাক্কুম্বা ভক্ত য়াম্না লৈ। নহাক্কা মখোয়দু মফম খুদিংমক্তা ফংগনি। অদুবু মখোয়দো অশেঙবা ভক্তশিংদি নত্তে। অশেঙবা ভক্তদি মহাক্কী ৱাখলদা, ৱাহৈদা অমদি থবক্তা অশেঙবা ভক্ত অমনি হায়বা ফোংদোক্কদবনি। চাশিল্লিবা চীঞ্জাক্লা চাকখাউদা তুম্লগা হকচাঙগী কায়াৎ পূম্নমক্তা মখোয়গী দরকার ওইবশিংদু পীবগুম, ঈশ্বরগী মিংলেনবু নহাক্কী থম্মোয়নুংদা পীকথন্না হাঞ্জিল্লবদি মদুগী ফল (মহয়) অদু ঐখোয়গী মীত্তা, ণাকোঙদা, লৈয়েংদা, খুৎশিংদা, খোঙনচিংবশিংদা শন্দোক্লক্কনি। ঈশ্বরগী মিংলেন শোনবগী অশেংবা ফলনা ঐখোয়গী মীৎশিংদা য়ৌবকপা মতমদা ঈশ্বরবু উবা ফংলক্কনি। অদুমহায়না তৌরগা ঐখোয়না ধর্ম্মগী অশেঙবা ৱা ঙাঙলক্কনি। ঐখোয়গী খুৎশিংনা পুণ্যচেনবা থবক তৌরক্কনি, অদুগা ঐখোয়গী খোঙশিংনা অশেঙবা লাইফমশিংদা চৎলক্কনি। মতৌ অসুম তৌদুনা ভক্ত অমনা পুণ্যচেনবা থবক তৌরক্লগা মহাক্কী হকচাঙ কায়াৎ খুদিংমক শেংদোক্লক্কনি।"

নারদ মুণিনা অদুগুম্বা অশেঙবা ভক্ত অমা মালেম অকোয়বদা থিবা চৎলম্মী; অদুবু মহাক্কী নাপলনা মরম ওইদুনা কনামতবু মহাক মশামক্তগী হেনবা ভক্ত অমনি হায়না লৌখিদে। মহাক্কা অসুম হল্লকপদা উমং অমদা চাওখত্তবা উপজাতিগী নুপা অমা উরম্মী। মহাক্কা উ-পাম্বী অমগী মখাদা ফমদুনা ঈশ্বরগী মিংলেন শোন্দুনা লৈরম্মী। মদুগী মতুংদা মহাক্কা মখুত্তা অচৌবা থাঙশাঙ অমা পুরগা

চৎলম্মী। নারদ মুণিনা য়াম্না খঙনীংবা অমগা লোয়ননা মঙোন্দা হংলক্লম্মী ঃ "অদোম্বু কনানো হায়বা ঐহাক্না খঙজবা য়াগদ্রা?" মহাক্না খুম্লক্লম্মী ঃ "মহাশয়, ঐহাক শাদানবা নুপা অমনি, অদুগা ঈশ্বববুসু য়াম্না থৱায়-য়াওনা নীংজবা ভক্ত অমনি।" মদুদা নারদ মুণিনা হংলক্লম্মী ঃ "অদোম্না ভক্ত অমা ওইরগা করিগী নখুত্তা অচৌবা থাঙশাঙ অমা পুরগা চৎলিবনো?" শাদানবা নুপা অদুনা পাওখুম পীরক্লম্মী ঃ "মহাশয়, ঐহাক্না মী মরিখক হাৎপা পাম্মি। অহানবা মীশক অদুনা দ্রৌপদীনি।" পাওখুম অদু তাবদা নারদ মুণিনা য়াম্না ঙক্লম্মী অদুগা হংলকখি ঃ "দ্রৌপদীনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মিংলেনবু তত্তনা শোল্লি হায়বসে নহাক্না খঙদব্রা? দ্রৌপদীগী ভক্তি অমসুং কখোকপদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা য়াম্না পেঞ্জখি। দ্রৌপদীগী শেৎলিবা ফিদো নিংথৌ ময়ামগী সভা ময়ামদা মুন্দুনা থোকহনগে তৌবা মতমদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ঙমখৈ লৈতনা শাংলবা শাড়ী অমা দ্রৌপদীদা পীবিদুনা মাবু কনবিখি। করিগীনো নহাক্না অদুগুম্বা ভক্ত অমবু হাৎপা পাম্লিবদি?"

শাদানবা নুপা অদুনা খুম্লকখি ঃ" দ্রৌপদীবু ভক্ত অমনি হায়বদা চিংননীংঙাই অমতা লৈতে, অদুবু মহাক্না ঐগী ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু লূক হারিঙৈ মতমদা খুদক্তা কৌখি। ঐহাক্কী প্রভুনা মহাক্না হাগদবা পূম্নমক অদু হুন্দোক্লম্লগা খুদক্তা দ্রৌপদীবু কনবা চৎখি। নুপী মহাক্না মরম ওইরগা ঐগী ইবুংঙোনা নুমিৎ অদু মবুক থন্না চাখিদে। মরম অদুনা ঐহাক্না দ্রৌপদীবু হাৎপা পাম্মি।"

নারদ মুণিনা শাদানবা নুপা অদুদা অমুক হংলক্লম্মী ঃ"নহাক্না হাৎনীংবা অনীশুবা মীশক অদুনা কনানো?" শাদানবা নুপা অদুনা খুম্লক্লম্মী ঃ"প্রহলাদনা ঐগী ইবুংঙোগী মিংলেন শোল্ল-শোল্লগা ইতৎ-তত্তনা ঐগী ইবুংঙোসে চাবা, থকপা অমদি পোথাবা নীংথি-নুংঙাইনা ফংহনখিদে। প্রহলাদবু শামুগী খোঙপাক্লা নেৎথৎলগদবা মতমদা মহাক্না প্রার্থনা তৌবদগী ঐগী ইবুংঙোগী মশামক্তদা শামুগী খোঙপাক্লা নেৎহনখি। প্রহলাদনা মরম ওইরগা ঐগী ইবুংঙোনা য়াম্না ৱাখি। মরম অদুনা ঐনা প্রহলাদবু হাৎপা পাম্মি। অহুমশুবা মীশক অদুনা মিরানি। মিরানা মতম লৈবা খিবিক্তা ইবুংঙোগী মিংলেনবু শোন্দুনা লৈবা মরম্না মহাক্কী অৱাবা পূম্নমক ঐগী ইবুংঙোনা পুখি। মহাক্না শ্রীভগবানবু ৱাহনবনি। মরমদুনা মহাকপু ঐনা হাৎকদবনি।" নারদনা মঙোন্দা অমুক হংলকখি ঃ"অদুগা নহাক্না হাৎপা পাম্লিবা মরিশুবা মীশক অদুদি কনানো?" শাদানবা নুপা অদুনা খুম্লক্লম্মী ঃ"নারদ কৌবা মীশক অমা লৈ। মহাক্না বিষ্ণু নরায়ণগী মিংলেনবু তত্তনা

শোল্লি। মহাক্তী মশাগী ওইজবা তানবা ভক্ত অমনি; মঙোন্দা ঈশ্বরবু তশেংনা নুংশিবগী ভক্তিদু চেন্দে। মরমদুনা মহাকপুসু ঐহাক্না হাৎকদবনি।" ৱাফম অদু তাবদা নাবদ মুণিদো খংকি-কিবক্লম্মী, অদুগা তরোৎখদাননা মখোয় অনী ৱারী শান্নরম্বদু মখা চথবা পামখিবমদে। মরমদুনা মহাক্না থুনা য়াংনা শ্রীবিষ্ণু নরায়ণগী মনাক্তা লাক্লম্মী অদুগা হায়রক্লম্মী ঃ"স্বামী! ইবুংঙো নহাক্কী মিংলেন তত্তনা শোঞ্জরিবা মখোয় অদু ফাওবনা ইবুংঙোবু ৱাহনবগী মরাল লৈ হাযবসে ঐহাক খঙজবে।" শ্রীবিষ্ণু নরাযন্না হায়রক্লম্মী ঃ"হে নারদ, নহাক লাল্লে। মদুগী থৌদোক অদুনা তাকপদি নুপা অদুনা ঐহাকপু অদুক্কী মতীক নুংশিজে হায়বনি। মহাক্তী ঈশ্বরগী নুংঙাইবনা মহাক্কী নুংঙাইবনি খঞ্জবা অশেঙবা ভক্ত অমনি। মহাক্না মতম পূম্নমক্তা ঈশ্বরবু নুংঙাইহনবা পাম্মি। ঈশ্বরবু মতম লৈবা খিবিক্তা নুংঙাইহল্লিবা মহাক অদুখক্তনি অশেঙবা ভক্ত অমা হায়বদো।" মদুগী থৌদোক অদুনা নারদ মুণিবু জ্ঞান তাহল্লম্মী। নাবদ মুণিনা হায়জরকখি ঃ"স্বামী, ইবুংঙো নহাক্না ঐহাক্কী নাপল অসি থুদেক্লবা হায়দুনা লীলা অদু শান্নহনখিবনি হায়বা ঐহাক্না খঙজরে।"

হৌজিক্কী মতম অসিদদি ভক্ত অয়াম্বনা মশাগী ওইজবা থিবা ঙাক্তা ওইরে। মখোয়না মশা মশাগী নুংঙাইনবখক্তা খল্লি অদুগা ঈশ্ববগী নুংঙাইনবদি খল্লুদে। পূম্নমকপু নুংশিসি। মসিনি ঈশ্বরনা নুংঙাইনবা ঐখোয়দগী পাল্লিবসে। [১]

## কর্ণনা খুদক্তা তেঙ্গোৎ পীথোকপা

কর্ণগী ফজত্নবা ৱারী অমা লৈ। মহাক্না ঈরুজদ্রিঙৈগী মমাংদা মণিনা থাম্বা থাওগী তেঙ্গোৎ অমদগী মখুৎ য়েৎনা থাও অদু লৌরগা মকোক্তা হৌরিবা শমশিং অদুদা য়াম্না নীংথিনা তৈরম্মী। নোংমা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী মমাংমক্তদা শক হেক উৎলবগা মহাক্না হৌগত্তুনা ভক্তি কচ্চরম্মী। ইবুংঙো মহাক্না কর্ণদা হায়রকখি ঃ "ঐহাক্না নহাক্কী নফমদা লাক্লিবসে নহাক্কী তেঙ্গোৎ অদু ঐঙোন্দা খুদোলপোৎ অমা ওইনা পীরো হায়গে তৌবনি। ঐঙোন্দা নহাক্কী তেঙ্গোৎ অদু পীরো।" কর্ণনা হায়রকখি ঃ"জগৎ পূম্বগী মপু ওইবিবা ইবুংঙো নহাক্না করিসু লৈতবা তেঙ্গোৎ মচা অসিবু পাল্লিবগী মরম করিগীনো খল্লুবদা (ঐহাক্না) য়াম্না ঙক্লা থোকই, অদুবু ননাই ঐহাক্না ইবুংঙো নহাক্কী নফমদা করিমুক হঙ্গৎচরুগনি? মসিদা লৈজরে

তেঙ্গোত্তু, ঐহাক্লা মসি ইবুংঙোদা খুদোলপোৎ অমা ওইনা কচ্চববনি।" মহাক্লা তেঙ্গোৎ অদু মহাক্কী মখুৎ ওয়না ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মখুৎ য়েত্তা পীরম্মী। খুৎ ওইনা খুদোলপোৎ পীবা হায়বসে ধর্ম্মগী মাযকৈদা য়েংলবদি য়াম্না লাল্লবনি। অদুবু কর্ণনা হায়জরক্লম্মী: "ননাই ঐহাকপু ঙাকপীয়ু, হে প্রভু! ঐহাক্কী য়েৎ থংবা খুৎ অসিদি থাও ইতৈ- তৈরে, খুৎ অসি চামথোকপদা মতম খবদি লৌখিগনি খল্লুবদা ঐহাক্লা থব্বায় য়াম্না ব্বাজখি, মরমদি ঐহাক্কী লম হেনবা পূক্লিং অসিনা খুদোলপোৎ অসি পীনীংলিঙৈদা পীহৌদ্রবদি মতুংদা লাকঙম-ফাঙমদ্রবা পূক্লিং অসিনা পীনীংলক্কদুনা অসিগুম্বা চাংদম্নঙাই লৈতবা অফবা লাইবক অসিবু ফংগদবদু ফংহনখিদবা য়াই। মরম অসিননি ঐনা খুদোলপোৎ অদু হৌন-লিচৎকী নিয়ম থুগায়দুনা খুদক্তা হেক্তা খুৎ ওয়না পীজখীবদু !চানবীদুনা ননাই ঐহাকপু নুংশিবিয়ু অদুগা ঙাকপীয়ু।" কর্ণনা অসুম্না মহাক্কী মরাল কোকপীনবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা হায়জরম্মী। পূক্লিং হায়বসে থাজনীংঙাই লৈতে হায়বা কর্ণনা খঙলম্মী। অদুবু পূক্লিংদি বৈরাগ্য অমদি মশাবু ব্বারকচবনা তেহনবা ঙম্মি। ।]।

# ঋষিগা লিলগা ব্বারী শানবা

শঞ্জাবুং অমদা শঞ্জেন্নহাশিংনা মখোয়গী শা-ষণশিংবু শেল্লম্মী। মফম অদুদা য়াম্না শাথীরবা মহূ-চেনবা অচৌবা লিল অমা লৈরম্মী। নোংমগী নুমিৎ অমদা ঋষি অমনা মফম অদুব্বাইদা লৈবা লম্বী অমদা লাক্লম্মী। শঞ্জেন্নহাশিং অদুনা ঋষি অদুদা মহূ-চেনবা শাথীরবা লিল অমা মফমদুদা লৈবনি চোকশিল্লু হায়না পাওমেল্লম্মী। ঋষি অদুনা হায়রক্লম্মী ঃ"ইচাশা, ঐহাক্তী লিলবু কিদে; ঐহাক্লা ঐহাক ইশাবু মখল খুদিংগী অশোক-অপন অমদি খুদোংথীবশিংদগী ঙাকথোক্লবা মন্ত্র খঙই।" মহাক্লা লিল-লৈফম অদু তান্না চৎলম্মী। লিল অদুনা মঙক থাঙ্গৎলগা ইচংথৌনা ঋষি অদুবু চীক্কে হায়না তৌরকখি। অদুবু ঋষি অদুনা মন্ত্রজাল তৌরগা লিল অদুবু উপায় অমতা লৈহন্দনা মঙোন্দা চঙজহল্লম্মী।

ঋষি অদুনা লিল অদুদা হায়রকখি ঃ"নহাক্লা অতোপ্পগী ফত্তনবতা নত্রগা মাঙনবতা তৌদুনা লৈরিবা করিগীনো? ঐহাক্লা নঙোন্দা ঈশ্বরগী অশেঙবা মিংলেন অমা পীগে অদুগা মদু মতম লৈবা খিবিক্তা শোল্লু, ঈশ্বরবু নুংশিবা তম্মু, অদুদগীদি

নহাক্না অতোপ্পগী মাঙনবা থবক তৌবা পাল্লক্লোই।" অদুম হায়না হায়রল্লগা ঋষি অদুনা লিল অদুদা ঈশ্বরগী অশেঙবা মিংলেন্দু পীরল্লগা চৎখিরম্মী। মহাক্না চৎলমদাইদা লিল অদুবু অমুক উনবা লাকখিনি হায়না ৱাশক্লম্মী।

মদুগী মতুংদদি শঞ্জেন্নহাশিং অদুনা মখোয়বু লিল অদুনা চীক্লরোই হায়না খঙখি। মখোয়না লিল অদুদা নুঙদূমনচিংবনা থাজিল্লম্মী; অদুবু লিল অদুদি তপ্না, মেংনা অমসুং অখাংকন্না কনাদসু লাল্লরোই মতাগুম লৈথোকখিরম্মী।

নোংমদি নুপামচা শঞ্জেন্নহাশিংদুনা লিল অদুগী মমৈ পায়রম্মী অদুগা থুনা উরূ উরূ কোয়রে লৈরগা লৈমায়দা হন্না হন্না খংয়ৈ খংয়ৈ য়ৈশিল্লম্মী। নুপামচাশিং অদুনা লিল অদু শিরে খল্লগা মফম অদুদা হুন্দোক্লুনা থল্লম্মী। অহিং য়ৌশিল্লকপা মতমদদি লিল অদু হিংগৎলক্লম্মী, অদুগা মহাক্না য়াম্না ৱানা মহাক্কী মকোন্দা শোরো শোরো চিংদুনা চঙখিরম্মী। মহাক্কী হকচাঙদু গূমতেক তেকখি। অহিংদা নত্তনা অয়ুক-নুংথিলদা মপান্দা থোক্লগা মচীঞ্জাক থিরবদি মশাদু অমুক শোক্লনি কিবদগী লিল অদুনা নুমিৎ কয়ানি মপান্দা থোকখিদে। মরম অদুদগী মহাক্কী হকচাঙ অদু শরূ-শয়াঙ ঙাক্তা ঙাইখিরম্মী। ঈশ্বরনা শেম্বীবা জীব অমতদা মহাক্না অশোক-অপন পীররোই হায়না লেপখিবদগী উনা-ৱানা অমদি মদুগা মান্নবা খর চারগা মহাক্না হিংননবা লাক্লখি।

ঋষি অদুনা অমুক লিল অদুগী মনাক্তা লাক্লম্মী অদুগা মহাকপু কোয়থি-থিরম্মী। মমৈথংদা শঞ্জেন্নহাশিংদুনা লিল অদুদি শিখিবা কুইরে হায়না ঋষি অদুদা হায়রকখি। ঋষি অদুনা মহাক্কী মন্ত্রগী মতেং লৌরগা লিল অদুগী ফীভম পূম্নমক খঙলকখি। মহাক্না লিল অদুবু হন্না হন্না কৌরবা মতুংদা লিল অদুনা মহাক্কী মখুন্দগী থোরক্লম্মী অদুগা মহাক্কী গুরু ঋষিদুদা খুরুম্লম্মী। অদুদগীদি মখোয় অনীনা মখাগী ৱারীসে শান্নরকখি ঃ

ঋষিঃ "নহাকপু করম করম পাল্লিবগে?"

লিলঃ "গুরু, ঐহাক য়াম্না নুংঙাইরি, ঈশ্বরনা নুংশিবিরি।"

ঋষিঃ "নহাক্কী নশাসে শরূ-শয়াঙ ঙাক্তা ঙাইখ্রে করিগীনো?"

লিলঃ "গুরু, গুরুগী য়াথং মতুংইল্লগা ঐহাক্না থৱায়-পানবা জীব অমতগী মাঙননবা তৌখিদ্রে। ঐনা উনা-ৱানা অমদি মদুগা মান্নবা পোৎশিং খর চারগা হিংবদগী ঐহাক্কী হকচাঙ অসি পাদ্রিৎ-পারকখিবনি।"

ঋষিঃ "ফরে, অদুগুম্বা চীঞ্জাক্তু চাবখক্তনা নহাকপু অসিগুম্বা অ ওনবা ফীভম অমদা পুরকপা ঙল্লোই। মদুগী করিগুম্বা মবম খরসু শোয়দনা লৈরমখিগনি। মদুগী মরমদা খজিক্তুং খম্থবগা অমুক্তা হায়যু।"

লিলঃ "অহা! ঐহাক্না হৌজিক মদুগী মরমদা জ্ঞান লোইনা তারক্লে। নুপামচা শঞ্জেন্নহাশিং অদুনা মখোয়দা ঐহাক্না করিমতা তৌবক্লরোই খঙখিবদগী মখোয়না নোংমা ঐবু নুংশিহৈতেবা মওং অমদা যাম্না শাথীনা তৌবিরম্মী অদুগা ঐবু শিবে হায়দুনা হুন্দোকপীবম্মী।"

ঋষিঃ "নহাক্কী য়েক্লবশিংনা নহাকপু অদুম্না তৌবিরকখিবা মতম অদুদা নহাক্না নশামকপু কঞ্জনবা করি উপায তৌগদগে হায়বফাওবা খঙজখিদবা নহাক্কীদমক্তা নুংশিনঙাই ওই। ঐহাক্না নঙোন্দা হায়খিবদি ঈশ্বরনা শেম্বীবা জীবশিংগী মনুংদগী জীব অমতবু চীকউনুখক্তা হাযখিবনি। নহাকপু হাৎপা পাম্বা মখোয়শিংদুনা কিবগা চেনখিনবা নহাক্না নঙক থাঙ্গত্তুনা "হিস!" "হিস!" হায়না খোংখিদ্রিবা করিগীনো? মবমদুনা মতুংদদি ফত্তবা তৌবশিংনা কিরগা চেনখিনবা ণঙক থাঙ্গত্তুনা "হিস!" "হিস!" হাযনা খোংউ, অদুগা মখোয়বু চীকপমক্তি চীক্লুনু। নহাক্কী য়েক্লবশিংদুবু নহাক্না থেংনবদি ঙম্মি হায়দুনা নহাক্কী শক্তি উৎথোকপদি দরকার ওই। তৌবতদি নহাক্কী য়েক্লবগী ঈদা নহাক্কী হূ থাজিনবদি তৌগনু। নশানা নশাবু হাক্তন্নবগীদমক্তা ফত্তবা অদু থিংগে হাযনা উৎপফাওবদি য়াই। মদু যুম্বু অমগী ধর্ম্মশিংগী মনুংদা অমনি।"

## করম্বা খাউনা হেন্না শেংবনো?

মতম খরগী মমাংদা কালেস্থাবু য়ৌরক্লবদি নাগপুরগী অকোয়বদা লৈবা লমশিংদা ঈশিং য়াম্না তাঙলম্মী। নোংমগী নুমিৎ অমদা হান্না চৎনবম্বা ধর্ম্মগী চৎনবীদা চেৎনা থাজবী হৌনখঙবী বামোন নুপী অমনা তীর্থ চৎলম্মী। মহাক্না হান্না চৎনরম্বা ধর্ম্মগী চৎনবীশিং অদু থাদোক্লমখিদে। মহাক্না কনামতগা শোক্ল-পন্না তৌনরমখিদে। অদুগুম্বা পূক্লিংগী কাইদাদুগা লোয়ননা মহাক্না তীর্থযাত্রা তৌবা হৌরকখিবনি। মহাক্না নাগপুর য়ৌরকপা মতমদা লমদম অদু য়াম্না শারম্মী, অদুগা মদুনা মরম ওইদুনা মহাক ঈশিং য়াম্না খৌরাংলম্মী। মহাক্না মফম অদুৱাইদা

লৈবা ঈশিং-কোঞ্জিনশিং অদু হাংদোক্তুনা য়েংলুবদা ঈশিং মরীক অমফাওবা তারকখিদে। মহাক্কী ঈশিং-খৌরাংবগী চাং অদু অসুম অসুম হেনগৎলকখি। সরকাবনা মফম অদুদা থক্লুবা ঈশিং পীনবগী খৌরাং অমা তৌরম্মী। অনোইবা শউন্না শাবা খাউশিংদা ঈশিং পীক-পীক থন্না হাল্লগা ঈশিং খৌরাংলবা মীওইশিংদা ঈশিং পীরম্মী। শউনগী খাউদগী হৈথরকপা ঈশিং অদু মীয়াম্না থক্লুরকপা মতম অদুদা বামোন নুপী অদুনা, ঈশিং য়াম্না খৌরাংজরবসু, ঈশিং পীরিবা মী অদু হন্থবা জাতিগী মী ওইরমগদ্রা, অদুগা খাউ অদুসু নাংথিনা শেংদোক্লবা অশেঙবা খাউ অমা ওইরমদবসু যাই হায়বনচিংবা মহাক্কী পূক্লিংদা চিংনবা পোক্লকখি। মহাক্লা ঈশিং অদু থকপা চিংনরম্মী। মহাক্লা মহাক্কী খৌরাংবা অদু নমথবা ঙল্লক্তুনা ঈশিং পীরিবা নুপা অদুগী মনাক্তা চঙলগা হংলকখি ঃ "ঐগী নুংশিরবা মহাশয়, মসিগী খাউ অসিবু অশেঙব্রা? মসিবু মনুং-মপান ফাওনা শেংদোকখ্রবজাৎলা?" ঈশিং পীদুনা সেবা তৌরিবা নুপা অদু য়াম্না হৈথোই-শিংথোইবা মীশক অমা ওইরম্মী। মহাক্লা বামোন নুপীদুদা হায়রকখি ঃ "মীয়ামদা পীথক্লগা সেবা তৌনরিবা ঈশিংসে য়াওবা শউনগী খাউ অসিনা ঈশিং অসি হৈজিনগদৌরিবা খাউ হায়বদি নহাক্কী হকচাঙ অদুদগী হেন্না শেংই।"

হৌজিক্কী মতম অসিদা ঐখোয়না খাউগী অমোৎপা অদুতা য়েংনীংবগী ফত্তবা হৈনবী অমা য়োকখৎলি, অদুগা ঐখোয় ইশা ইশাগী হকচাঙনুংদগী অমোৎপা লৌথোক্লবগী ৱাখলদি খন্নদে।

## মান্নবা উবা

নুপা অমগা নুপী অমগা মতৈ-মনাও অনীনা সাংসারগী ওইবা পূন্সিসে থাদোকমিন্নরসি হায়দুনা অশেঙবা লাইশঙ কয়া কয়াদা চত্তুনা তীর্থযাত্রা তৌরক্লম্মী। নোংমদি মখোয় অনীনা লম্বীদা অসুম চৎপা মতমদা হীরা মতূম অমা লম্বীদা তাদুনা লৈরম্মী। মহাক্কী নুপীনা করিগুম্বা হীরা মতূম অদু উখিবা থোক্লবদি মহাক্লা মদু খৌরাংনা ফংনীংলকপা য়াই, অদুগা অসুম্না তৌরগা সংসারগী ওইবা পূন্সিবু থাদোকপগী মতীক-মগুণদুসু মাঙখিবা য়াই খল্লগা মহাক্লা খুদক্তা হীরা মতূম অদুবু লৈমায়দা মখোঙনা উৎফুল খ্রো খ্রো খোৎচিন্দুনা লোৎননবা

লাক্লরম্মী। মহাক্লা উৎফুল অদু মখোঙনা খ্রো খ্রো খোৎচিল্লিঙৈদা মহাক্কী নুপীনা মহাক্কী মনাক্তা চঙশিল্লক্লম্মী, অদুগা মঙোন্দা "করি তৌরিবনো" হায়না হংলকখি। মহাক্লা নুংঙাইতবা ফোংদোক্লুনা লাল্লে হায়জবগী খোন্দাদা নাম্থোকপা য়াননবা পাউখুম অমা পীরম্মী। অদুম অদুম ওইনমক মহাক্কী নুপী অদুনা হীরা মতূম অদু উৎফুল মরক্তগী পুথোরক্লগা অমদি মহাক্কী মপুরোইবগী ৱাখলশিং অদু খঙলগা মহাক্লা হাযনীংবা অমা য়াওনা মখাগী ৱাহৈশিংসি হায়রক্লম্মী ঃ

"নহাক্লা হৌজিকফাওবা হীরাগা উৎফুলগা অনীগী মরক্তা খেন্নবা থল্লবদি নহাক্লা করিগীদমক্তা সংসারগী পূন্সি থাদোক্লক্লিবনো? সংসারগী পূন্সিবু থাদোক্লবদি মখোয় অনীদুবু মান্ননা উগদবনি।" [illegible]

## ঈশ্বরদা থাখো

তশেংনা পূন্সিগী অশেঙবা নুংঙাইবা ফংগে হায়ববদি ঈশ্বরবু ঐখোয়গী লুচিংবনি অমসুং লমজিংবনি হায়না লৌগদবনি। অদুদগীদি ইবুংঙো মহাক্লা থম্মোয়নুংদগী ঐখোয়বু লমজিংবিরক্কনি অমসুং ঙাকপী-শেনবীরক্কনি। মতম অমদা নিংথৌরেল শিবাজীনা মহাক্কী কোংনুংদগী মী খর চীঞাক্কী মহয়-মরোং, ফিরোল, অহাও-অথুম অমদি পোৎ হাপ্পনবা চফূগী জাৎ, উপুগী জাৎ ময়াম অমা মহাক্কী গুরু রামদাসতা থারক্লম্মী। গুরু রামদাসনা মখোয়দা হংলক্লম্মী ঃ "কনাগীদমক্তা পোৎ ময়ামসে নখোয়না পুরক্লিবনো অদুগা করিগীনো?" মখোয়না খুল্লক্লম্মী ঃ "গুরু নহাক্কীদমক্তনি। গুরুগী অৱাৎ-অপা পীবিনবা কনামতা লৈতে হায়দুনা শিবাজী মহারাজনা পোৎ ময়াম অসি গুরুদা থারকপনি।" মদু তাবদা রামদাসনা নোক্লম্মী অদুগা হায়রকখি ঃ "ঐহাক্কীবুদি অৱাৎ-অপা শোয়দনা পীবিনবা নোংদম্বা ঈশ্বর মশামক লৈরি; ঈশ্বরগীদমক্তদি অৱাৎ-অপা পীবিনবা কনামতা লৈতে। পোৎশিং অসি ঈশ্বরদা থাখো হায়না শিবাজীদা হায়য়ু।"

**লৈত-লায়রশিংদা পীবা দানদি ঈশ্বর য়ৌই।** [illegible]

## হৌদোংদুদা খুরুম্মু

নোংমগী নুমিৎ অমদা য়াম্না চান্না অমদি নুংশিনা য়ুমদা য়োকচবা হৌদোং অমনা শূমাঙগী নাকল অমদা কূন্দুনা লৈরম্মী। ভক্ত নুপী অমনা মহাক্কী মখোঙ অদু হৌদোং

অদুগী মথক্তা থাঙ্গৎলগা মখোঙনা নুংশিনা নানবীরম্মী। অসুম অসুম নানবিরকপদগী মহাক্কী মখোঙ অদু হৌদোং অদুগী মকোক্তা থমখিরম্মী। মদুদা ইমা সারদানা ভক্ত নুপী অদুদা হায়রকখি ঃ "ও! ঐগী ইচানুপী, নহাক্না তৌরিবদু করিনোনে? কোক হায়বসিদি গুরুগী মফমনি। কনামতনা কোকপু খোঙনা শোকপা য়াদে। হৌদোংদুদা খুরুম্মু।" [ ][ ]

# ইমুং-মনুং ফত্ত্রিবমখৈদি সমাজ ফরোই

মীওইবগী সমাজ অসি ফহনগে হায়রবদি অহানবদা মশা মশাগী ইমুং-মনুংবু ফজনা শেমগৎকদবনি। ইমুং-মনুং ফত্ত্রিবমখৈদি সমাজ ফরোই।

আমেরিকাগী অহানবা রাজনীতি শান্নবা য়াওখিবী আলবার্ত বার্কে হায়বীসি মরৈবাক যাম্না নীংবী নুপী অমা ওইরম্মী। মহাক্না মহাক্কী লৈবাক থুংনা য়েংবা চৎলিঙেদা মপুরোইবদা চিঠি অমা ইরকখি। চিঠি অদুদা অসুম্না হায়রকখি ঃ "ঐহাক্না খা মায়কৈ থুংনা চৎলুরে, হৌজিক অমুক অৱাং মায়কৈরোমদা চৎনবা থৌরাং তৌজরি। ঐহাক্না ঐখোয়গী লৈবাক অমদি সমাজ অসে ফজনা অমুক্তা শেমজগে। ঈশ্বরনা থৌজানবীবা ওইরসনু।" মহাক্কী নুপীনা হায়রক্লিবা ৱাফম অদুগা মহাক্কী ৱাখলগা চানরমখিদে; মরমদুনা মহাক্না মহাক্কী নুপীদা চিঠিগী পাওখুম অসুম্না পীবম্মী ঃ"ইবেম্মা, নহাক্না ঐখোয়গী ইরৈবাক অসিবু তশেংনা নুংশিবা তারবদি নহাক্কী খোঙচত্তু ঐখোযগী চাকখুমদগী হৌনবা অমুক্তা লাকখো।" তশেংবনি, লমচৎ-নাইদবা নত্রগা শেঙ্গা-থুমজা তৌবা হায়বসে ফত্তবা ইমুং-মনুংদগী হৌরকপনি। ফত্তবা ইমুং-মনুংদগী হৌরকপা মীনা সরকারগী থবক পায়রকপদগী লমচৎ-নাইরক্ত্রিবনি। মরম অসিনা ইমুং-মনুং ফত্ত্রিবমখৈদি সমাজ ফরোই, লৈবাক চাওখৎলোই। মশাগী ইমুং-মনুং ৱাংমা লানবা মওংদা সমাজগী থবক তৌবা অসিনা কান্নবা খরমখৈ ফংবা ওইরবসু মতম শাংনা চথবা য়াদে, মরা য়াওদবা অচৌবা উপাম্বীগা মান্নে। [ ][ ]

# ঐবু ফাঁসিগী শগাইদা লেপহল্লে

ঐখোয়গী ইচাশিংবু পামদ-পামদবা হুরানবগী থবক, ওক্তবগী থবক তৌবা হৌননবা ঐখোয়না নমদুনা থাদোকই। মখোয়বু চৎফম থোকপা অফবা লম্বীদা

চিংবিদবা মরমনা মমৈথংদদি মখোয়না হুরানবগী নত্রগা মীহাৎপগী লম্বীদা চৎলকই। মীহাৎপগী মশীঙ চামাগী মনুংদা মরিফুদি ঐখোয় ঐখোয়গী ইমুং-মনুংনা ফজনা য়েংশিনবীহৌদবদগী থোকখিবা ঙাক্তনি। মমা-মপানা মচাশিংবু নীংথিনা য়েংশিনবীরম্বা তারবদি "কৈশুমশঙ" হাযবা অৱাফমসে লৈবল্লোই। ইমুং-মনুংগী ৱাংমদা ঐখোয়গী ইথৌশিং চিনহনবদগী অকায়বা কয়া থোক্লকপনি।

নোংমদি ফাঁসি তৌরগা হাৎলগদবা নুপা অমদা "কনা উননীংই?" হায়না হংলুবা মতমদা মহাক্না "ঐহাক্কী ইমাবু খ্বাইদগী হেন্না উননীংই" হায়না খুম্লক্লম্মী। মমাদুনা পাউ অদু হেক ফংবগা কপ্প-কপ্পদুনা মচানুপাগী মনাক্তা লাক্লম্মী। মহাক্না মচানুপাগী ফীভম অদু উবদা হিক্না হিক্না কপ্লম্মী। মচানুপা অদুনা মমীত্তা ঈবা চেল্লগা মমাদা হায়বক্লম্মী ঃ"ইমা, হৌজিক্তি ঐহাকপু ফাঁসি তৌদুনা হাৎলগনি। অদুবু ইমা! ৱায়েনবীবিবশিংনা ঐবু হাৎপা নত্তেদো, ইমাগী নখুৎমক্না ঐহাকপু হাৎকদৌরিবনিদো, মরমদি ঐহাক্না অঙাং ওইবিঙৈ মতমদা লম্বীদগী পোৎশিং খুন্দুনা পুশিল্লকপা মতমদা "ইচাদনি, ইচা পোকপগী কান্নবেদো" হায়দুনা ঐহাক্না খুল্লকপা পোৎশিংদু ইমানা য়াম্না হরাও-হরাওনা লৌশিনখি। মদুনা ঐহাকপু হুবানবগী ৱাখল চেলহনখি। হৌজিক্তি মদুনা মরম ওইরগা ঐহাকপু ফাঁসিগী শগাইদা লেপহল্লে।" মসিগী ৱারী অসি হৌজিক্কী মতমগী মমা-মপাশিংনা খঙজিনবা চুম্মী। [ ]

## নিংথৌ নবুখদনেজরগী নাপল

নবুখদনেজর বাবিলোনগী মতম অমগী নিংথৌ ওইরম্মী। মহাক্কী যুম্বান-কৈবান য়াম্না চুম্লমখিদে। মহাক্না নাপল য়াম্না তৌরম্মী। লম্তুম য়াম্না পাযবা নিংথৌ অমনা ঈশ্বরবু করম্না নীংশিংগনি? ঈশ্বরনা জগৎ অসিগী অশেঙবা মপুনি হায়বসি কাউথোক্লগা নিংথৌ নবুখদনেজরনা মহাক্কী লৈবাক অদুগী মপুদি মহাক্নি হায়না লান্না লৌখি। "ঐগীনি", "নঙগীনি", অমসুং "মহাক্কীনি" হায়দুনা মপু মহাক্কী পোৎশিংবু তান্নবা হৌনদে। নিংথৌ নবুখদনেজরনা মহাক্কী শঙ্গাইদা ঙাহৌ-ঙাহৌ চখোক-চৎশিন তৌনা তৌনা অসুম্না হায়রক্লম্মী ঃ" বাবিলোনগী চাউরবা সহর অসে ঐনা ঐগী কোনুং শাননবা অমদি ঐগী ইতীক ইগুণ উৎননবা শেমখিবনি। পূম্নমকসে ঐগী নত্র?" মহাক্না অসুম্না মথন্তা হায়জরিঙৈ মতম অসিদা স্বর্গদগী

খোঞ্জেল অমা অসুম্না লাক্লম্মীঃ "হে নবুখদনেজর, নঙোন্দা ঈশ্বরগী পাউ অমা লাক্লে। য়াম্না পূক্লিংচঙনা তাও। নহাক্কী নিংথৌ লৈবাক অসে নঙোন্দগী চৎখ্রগনি। তাইবং মীশিংগী মরক্তগী নহাকপু তাম্থোক্লগনি। শা-ষণগুম্না নহাকপু লৌবুক্কী নাপী-শীংনা পীজরগনি অদুগা নহাকপু অৱাবা মথং মথং খাঙহল্লগনি। পূম্নমক্কী মপু ওইরিবা ঈশ্বব মহাক্না মীওইবগী নিংথৌ লৈবাকশিংসিবুসু ৱায়েল্লিবনি; ইবুংঙো মহাক্না পাম্বা পাম্বগী মতুংইন্না পীনবিবনি হায়বসে নহাক্না খঙবা ঙমদ্রিফাওবা অৱাবা অদু অদুম লৈখিগনি।"

খুদক অদুমক্তদা নবুখদনেজরগী ৱাখলদা শাগী ৱাখল অমা লাকখি। য়াম্না নুংঙাইনা লৈরিবা ফজরবা কোনুং অদুবু থাদোক্তুনা মহাক্না জঙ্গললোমদা চৎখিরম্মী। মহাক্না লমশাগুম্না নাপী-শীংনা চাবা হৌরকখি। অদুবু মমৈথংদা, মহাক্কী ৱাখল লানখিবা অদুগীদমক্তা মহাক্না নীংঙমদবা হৌরকখি, অদুগা ঈশ্বরগী মফমদা ঙাকপীনবা তত্তনা হায়জরকখি ঃ "খ্বাইদগী ৱাংথোইববা ঈশ্বর নহাকপু থাগৎচরি। ইবুংঙো নহাক্কী নফমদা নোল্লুকচরি। ইবুংঙো নহাক্কী লৈবাক্তী লোইবা নাইদে। পূম্নমকপু লোম্বা নাইদনা ৱায়েলবীরিবনি...।" অসুম্না মহাক্কী পূক্লিং হোংলক্লবদা ঈশ্বরনা মহাকপু ঙাকপীখি। অদুদগীদি মহাক্না মহাক্কী সনা-কোনুংদা হনখি। ঐখোয়গী য়ুম-কৈ, লৌ-ইংখোলনচিংবা লৈরিবা পূম্নমক অসিদা ঐখোয়না চাওথোক্লদবা নত্তে, নাপল তৌগদবা নত্তে। মখোয় অদুবু মরম চুমদনা তানখিবা ওইরবদি ঐখোয়গী পূক্লিংনা নাপলদা তোংলগা ঈশ্বরদগী তত্তনা চেম্থোক্লনি।

## ভক্ত অমগী মতৌ-মগুণ

নুপা অনীখক্না মপু পানবা হৈকোল অমদা চঙলম্মী। মখোয় অনীগী মরক্তগী অমনা হৈকোল অদুদা হেক চঙবগা হৈনৌ মশীঙ কয়ানো অদুগা পাম্বী খুদিংমক্তা হৈনৌ মশীঙ কয়া কয়া পাল্লিবনো হায়না মশীঙ থীবা হৌরক্লম্মী, অদুগা হৈকোল অপূম্বদুগী হৈনৌশিংদু য়োল্লগা পৈশা কয়ামুক ফংগদগে হায়দুনা পাবা হৌরকখি। অতোপ্পা নুপা অদুনদি হৈকোলদুগী মপুগী মনাক্তা চঙলম্মী অদুগা চুম্নগী শক-খঙনবদগীসু হেন্দোক্লা চান্ননা খঙনথোক্লম্মী। মপু অদুনা য়াম্না হরাওনা মঙোন্দা হায়কখি ঃ"মরূপ, নহাক্না শক-খঙনজবসি য়াম্না নুংঙাইজরে। নহাক্না ঐহাক্কী

হৈকোন্দগী অপান্বা উহৈশিং হেক্লগা চাও।" মপুগী অয়াবদু ফংবদগী অপান্বা উহৈশিং হেক্লগা মহাক্না চারম্মী। নুপা অনীদুগী মরক্তগী কনানা শিংবা হেল্লি হায়না খনবগে? চানীং-চানীংবা উহৈশিংদু চারগা অরাম-খৌরাংবা কোক্কনি। উহৈ পান্বীশিং অদুগী মশীঙ থীরগা অমসুং মদুদগী পৈশা কয়ামুক ফংগনি হায়না পারগা করি কান্নবা ফংগনি? হৌজিক্কী মতমগী বুদ্ধি লৈরে লৈরে হায়না লৈরিবা করিশু কান্নদ্রবা মীশিংনা লৈশেম-নুংশেম তৌবক্লিবসে করিগীনো অদুগা করি মরমদগীনো হায়না থিগৎপদা থবক চিলহন্দুনা অরেম্বদা মতম মাঙহল্লি, অদুগা অমরোমদনা অমুক নোল্লুক্লবা ভক্ত-জ্ঞানীশিংনা জগৎ অসিবু শেম্বীবা খ্বাইদগী ৱাংথোইরবা মপু ঈশ্বর মহাক্না চান্নথোক্লনা সংসারসিদা লৈনা-লৈনা নুংঙাইবা অয়ৌবী আনন্দ হায়বদু ফংলি। [ ]

# ইবুংঙো মহাকপু থাজফম থোকই

বেথানি কৌবা লম অদুদা লৈরম্বা মার্থাখোয়গী ইমুং অদু ঈনাকখুনবা ইমুং অমা ওইরমখিদে। মার্থাগী "মাড়ি" অমসুং "লাসার" কৌবা মনাওনুপী অনীখক লৈরম্মী। মখোয়গী ইমুং অদু ফিদমনীংঙাই ওইবা ইমুং অমা ওইরম্মী। মখোয় অহম্মু যীশুনা য়াম্না নুংশিরম্মী। নোংমদি লাসার য়াম্না কন্না নারম্মী। মদুদা মাড়ি মচিম্মনাও য়াম্না ৱারম্মী, অদুগা মখোয়না যীশুদা ফজখ্রবা চিঠি অমা ইরম্মী ঃ"প্রভু, নহাক্না নুংশিবীবা মহাক অদু নারে।" প্রভু যীশুনসু চিঠি অদু হেক ফংবগা হায়খিরম্মী ঃ"ঐখোয়গী মরূপ লাসার তূমখ্রে, মহাকপু হৌদোক্লবা ঐহাক চৎকে।" প্রভু যীশুনা নুমিৎ নিনি-হুম্নিগী মতুংদা বেথানিদা লাক্লম্মী। অদুবু লাসার শিখিবদি নুমিৎ মরিনিরোম শুখিরম্মী। মার্থা মচিম্মনাওদু মথৱায় য়াম্না নুংঙাইরমখিদে। যীশুনা মখোয়গী মনাক্তা লাকপা মতমদুদা মখোয়না হায়রকখি ঃ"প্রভু, নহাক্না মফম অসিদা লৈরম্লবদি লাসাব শিরম্লোইদৌবনি।" প্রভু যীশুগী কান্নবদু মখোয়না শেংনা খঙলম্মী। যীশুনা লাসারগী মোংফম তান্না চৎলম্মী অদুগা মখোয়নসু মহাক্কী মতুং তপ্না তপ্না ইন্নরম্মী। "য়েংউ, যীশুনা লাসারবু কয়াদা য়াম্না নুংশিরম্লিবা!" হায়না মীয়াম্না হায়নরম্মী। মদুদা মার্থানা অসুম্না খুম্লকখি ঃ"লাসারগী অশিবা হকচাঙ অদুদি ফুমখিবা নুমিৎ মরিনি শুখ্রে, নমথীরম্লগনি।" অদুবু প্রভু যীশুনা মহাকপু হিঙ্গৎহল্লবা মতমদুদদি মহাক্কী মছা (হকচাঙ) অদু নমথীরমখিদ্রে। মহাক্কী মচেশিং অদু হরাও-নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদে।

যীশুনা অশি-অনা হংবা চৎপগী মওংদি য়াম্না ফজরম্মী। পৈশা-নুংশা অমদি ফিনচিংবা পীবগী মহুত্তা পূক্লিংগী নুংঙাইবা পীবিরম্মী। মী শিখিবগী মরমনা অৱাবা খাঙলিবা মীশিংবু অশিবদা ৱাখল থমদুনা নুংনাংহনবগী মহুত্তা স্বর্গগী নুংঙাইবদা ৱাখল থমহল্লম্মী। নিংথৌ দাবিদনা অসুম্না হায়খি ঃ"ঐখোয়গী মী অমা শিবদা ঐহাক্না তেংথাজবদু জগোই শাবদা ওম্ভোকপীরে; ঐহাক্না বোরা মচেৎ শেৎপদুসু লৌথোকপীরে; নুংঙাইবনা য়োমশিনবিরে ঐহাকপু। হৌজিক্তি ননাইনা থাগৎ-ঈশৈ শক্লগনি।" যীশুনা মী শিবগী তেংথাববু জগোই শাবদা ওম্ভোকপীবা ঙম্বনিনা ইবুংঙো মহাকপু থাজফম থোকই। [৭]

# ইমুং-মনুং পূম্বগী ওইনা প্রার্থনা তৌবা

ইমুং-মনুং অমদা ফত্তবা মী অমা লৈরবদি ইমুং-মনুং পূম্বগী ওইনা প্রার্থনা তৌবদা করি কায়বগে?

নুপী অমগী মচা তরাখক লৈরম্মী। মখোযগী মরক্তগী মচানিপা অমদি য়াম্না ফৎলমখিদে। মরম অদুনা মহাক্না পাষ্টর অমা কৌবগা প্রার্থনা তৌহল্লম্মী। পাষ্টর অদুনা অহানবদা "হে প্রভু, নুপী অসিগী মচা পূম্নমক ফত্তবা ঙাক্তা ঙাইরে" হায়না প্রার্থনা তৌবা হৌরকখি। মদুদা নুপী অদুনা "পাষ্টর, ঙাইহাক্তা লেপখো, ইচা পূম্নমক ফত্তবা ঙাক নত্তে" হায়রগা খাম্লম্মী। পাষ্টর অদুনা মকোক্তগী অমুক হৌরকখিঃ "হে প্রভু, নুপীসিগী মচা তরাগী মনুংদগী খরদি ফত্তবা য়াওবে।" পাষ্টরনা মদু হেক হায়রকপা মতমদা নুপী অদুনা প্রার্থনা অদু লেপ্পনবা অমুক হায়রকখি। মহাক্না অসুম্না খঙহল্লকখি ঃ" ঐহাক্কী ইচাশিংগী মনুংদগী খরদি ফত্তবা য়াওরে হায়না হায়বিগদবা নত্তে, ফত্তবা ইচা অমখক্তং য়াওরিবসিগীদমক্তা হায়বিয়ু।" মদুগী মতুংদা পাষ্টর অদুনা অসুম্না প্রার্থনা তৌরকখি ঃ"হে মপু ইবুংঙো! ইবুংঙো নহাক্না নুপী অসিগী মথক্তা বর মপান-নাইদনা হৈথবীরি। য়াম্না ফর-ফরবা মচানিপা মাপল পীনবিরি অদুবু মচা ফত্তবা অমদি মহাক্না পামজদবগুম তৌরি। ফত্তবা মচানুপা অমগী মরমদগী অফবা মচা মাপল পীবিরিবা ইবুংঙো নহাক্কী নফমদা তৌবীমল উত্তুনা মহাক্না হরাওবা ফোঙদোক্লি। মসিগীদমক মহাক্না ইবুংঙোগী নফমদা লাম্লবনি। মহাকপু ঙাকপীয়ু।"

পাম্ট্রবনা অদুম হায়না প্রার্থনা তৌরকপা মতমদদি নুপী অদু জ্ঞান তারকখি। মরম অদুনা ইমুং-মনুং অমদা কনাগুম্বা ফত্তবা মী অমা য়াওরগা ইমুং-মনুং পূম্বগী ওইনা প্রার্থনা তৌবা য়াদে হায়বা অসিদি অচুম্বা নত্তে। ইমুং-মনুং পূম্বগী ওইনা ঈশ্বরদা হায়জবা য়াদবা ওইরবদি চারোল শুরোল ফাওবদা অৱাবা অমদি নীংঙমদবা পোক্কনি। ▯▯

# লৈত-লায়রবশিংদা পীথোকপা

ঐখোয়না লৈত-লায়রশিংদা দান তৌথোক্লিবশিং অসে ঈশ্বরগী মফমদা শোয়দনা য়ৌগনি, অদুগা মদুগী মহয় লেম্না খক মাঙলোই। কৎলিবা পোৎশিং অসে ইশাদা অমুক হল্লক্কনি। ঐখোয়না কথোক্লিবা খুদিংমক স্বর্গদা মাঙবা য়াদবা লল অমা ওইনা পৈশিন্দুনা থল্লবনি।

মমাংঙৈদা ভারত হাযবা লৈবাক অসিদা মতীক-মগুণ লৈবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মহাক্লা য়াম্না চাউরবা কোনুং অমা শানীংলম্মী। মদুগীদমক্তা মহাক্লা পেলেস্টাইন্দগী থবক খ্বাইদগী হেন্না হৈরবা যুমশাবা নুপা অমা কৌরম্মী। মহাক্কী মমিং "থোমা" হায়না কৌবম্মী। মহাক্তী ঈশ্বরগী সেবাদা থৱায় য়াম্না য়াওবা যীশুগী সেবক অমা ওইরম্মী। নিংথৌ অদুনা কোনুং অদু শানবগীদমক থোমাদা পৈশা-নুংশা ময়াম অমা শিন্নরম্মী। অদুবু থোমানা পৈশাশিং অদু লৈত-লায়রবশিংদা পীথোক্লম্মী। মতম খব লৈরগা নিংথৌ অদুনা থোমানা শাবা কোনুং অদু কয়াম্মুক শারবগে হায়দুনা য়েংবা লাকপা মতমদা কোংনুংদুদি করিমতা শারমখিদ্রে। মদুদা নিংথৌ অদুনা য়াম্না শাউরম্মী। অদুবু থোমানা নোকমি নোকমি তৌরগা হায়রকখি ঃ "ইনিংথৌ ইবুংঙো, কোনুং অদু সনা-মীৎনা হয়েং শোয়দনা উবা ফংলগনি। শাউবিগনু।" থোমানা অদুম হায়না হায়জরবসু নিংথৌ অদুনদি শাউমনখিদুনা মহাকপু কৈশুমশঙদা থমখি।

নিংথৌগী মনাওনুপা অদু য়াম্না কন্না নারম্মী। মহাক্লা জ্ঞান তাদনা লৈরিঙৈ মনুংদা স্বর্গ উরম্মী। স্বর্গদুদা মহাক্লা য়াম্না চাউরবা অমদি ফজরবা কোনুং অমা উরম্মী। মহাক্লা "কোনুং অদু কনাগীনো?" হায়না হংবা মতমদা স্বৰ্গগী দূতশিংনা "নহাক্কী নয়াম্বগীদমক থোমানা শাবিবা কোনুংনি" হায়না খুম্লক্লম্মী। মহাক্লা জ্ঞান

হেক তারকপা মতমদা মহাক্কী ময়াম্বুং নিংথৌ অদুদা স্বর্গদা উরকপা ময়াম্বুংগী কোনুং অদুগী মরম পূন্নমক খঙহল্লম্মী। মতম অদুদা নিংথৌ অদু য়াম্না নুংঙাইখি। কৈশুমশঙদা লৈরিবা থোমাগী মফমদা নুংঙাইবা ফোঙদোক্কে হায়দুনা নিংথৌ অদুনা য়াম্না হরাওনা লাকপা মতমদদি থোমা শিখিরমখি। মদুদা নিংথৌ অদুনা য়াম্না নীংঙমখিদে। মতৌ অসুম্না ঈশ্বরগী সেবা ওইনা লৈত-লায়রবশিংদা পীথোকপা মীনা মহাক্কী লল-থুম অদু স্বর্গদা পৈশিন্দুনা থম্মি। স্বর্গদা পৈশিন্দুনা থমখিবা লল-থুমদি মাঙবা নাইদ্রে।

# মতুংদদি ঐখোয় নীংঙল্লক্তদুনা কপকনি

ঐখোয়না হন্থ-হন্থবা মপোক কয়ারক পোল্লুরবা মতুংদা মীওইপোক্তা পোল্লক্লিবসিবু মায়া-সংসারগী নুংঙাইবগী শক্লোন লৌবা অৱাবসিবু ফংননব্রা? নত্তে। ঈশ্বরনা মীওইববু য়াম্না নুংশি। মরম অদুনা ঐখোয়না ইবুংঙো মহাক্কী মায়কৈরোমদা চঙশিল্লগা অশেঙবা নুংঙাইবদু ফংননবা হোৎনজৌ হায়দুনা ঐখোয়বু মী ওইনা পোকহল্লকপনি। মীওইনা পোল্লকপা মপোকসিদি খ্বাইদগী ৱাংবা মপোক্লি। মীওইবখক্তনা ঈশ্বরগী নাক্তা য়ৌবা ঙম্মি। ঈশ্বরগী নাক্তা য়ৌরবদি অৱা-অনা পূন্নমক কোকই। খুদোংচাবা অসি মাঙহনবা চুমদে।

মীওইবগী পূন্সি অসি হৌজিক্তি য়াম্না তেল্লে, অদুবু মমলদি য়াম্না য়াম্মি। য়ু য়োন্দুনা, য়ু থক্তুনা, জুৱার শান্নদুনা, ঈরাং তৌদুনা অদুগা অতোপ্পা নত্ত-নত্তবা থবক কয়া তৌদুনা য়াম্না ফত্তবা মওংদা পূন্সিবু শীজিন্নরবদি মতুংদা য়াম্না নীংঙল্লক্লোই।

উচেক-কাপ্পা নুপা অমা লৈরম্মী। মহাক্লা নাওরি মরু ময়াম অমা কাপথোল্লুরগা ময়ুমদা হল্লক্লম্মী। মহাক্লা লেমহৌরিবা নাওরি মরু অমদু মুন্না য়েংলুবদদি মমল য়াম্না য়াম্বা নুঙ ওইবম্মী। মদু খঙলকপা মতুংদদি মহাক্লা শীজিন্নখ্রবা নাওরি মরু ময়াম অদুগী ৱাখল খল্লুবদা য়াম্না নীংঙল্লকখিদে, অদুগা হায়রকখি ঃ

“ওহ্তোক্লা পাম্মুখ্রেদকো! অদুক মমল য়াম্বা নুঙশিং অদুবু অচম্বা নুঙদূম মচা মচাগুম মরু ময়াম অমা কাপথোকখিদুনা মাঙহনখ্রেদো?” অদুদগীদি মহাক্লা কপথোল্লক্লম্মী।

ঐখোয় অয়াম্বনা মসিগী উচেক-কাপ্পা নুপাসিগুম মমল য়াম্লবা মতমবু হায়বদি পূন্সিগী পূংজাশিংবু অচম্বা নুঙদূম মচা মচাশিংদুগুম মথোং মরম খঙদনা পঙমাঙ মাঙহল্লি। মতুংদদি ঐখোয় নীংঙল্লক্তদুনা কপকনি। ▯।

## লেপ্পু! লেপ্পু! হল্লকও!

রামচন্দ্র, সীতা অমসুং লক্ষ্মণ মখোয় অহুম্না নিংথৌরেল দশরতকী য়াথং মতুং ইল্লগা দোলাই তোংদুনা উমংদা চৎলম্মী। দশরতসু মখোয়গী মতুংদা অতোপ্পা দোলাই অমা তোংলগা তান্নরক্লম্মী, অদুগা মখোয়না অযোধ্যা থাদোক্তুনা চৎখিবা অদুদা পূক্নিংগী অৱাবা চৈনা ফংদুনা মহাক্না "লেপ্পু! লেপ্পু! হল্লকও!" হায়না লাউরকখি। অদুবু শ্রীরামচন্দ্রনা সনা কোনুংগী মন্ত্রী সুমন্ত সারথিদা হায়রকখি ঃ "লেপকনু সারথি, হেন্না থুনা য়াংনা থৌরো।" সুমন্তনা থৱায় য়াওনা হায়জবক্লম্মীঃ "ঐদি দশরত মহারাজনা হায়বা ইনগদবা সনা কোনুংগী অঙম্বা অমনি. অদুগা ঐহাক্না মহারাজগী য়াথং ইন্দ্রগনা মহারাজনা হায়বা ইন্দবগী অহকপা চৈরাক ঐহাক্না ফংগনি।"

রামচন্দ্রনা সুমন্ত সারথিদা হায়রক্লম্মী ঃ"নহাক্না মহারাজগী য়াথং অদু তাদে হায়যু।" সুমন্তদনা হায়জরকখি ঃ"অদুবু মদুদি ওইদবা ৱা ঙাঙবা হায়বদু ওইগনি।" রামচন্দ্রনা মঙোন্দা অমুক হায়রক্লম্মী ঃ"নত্তে, নিংথৌরেল দশরথনা ঐহাকপু নিংথৌরেল অমগুম নহাক্কী দোলাইদা পুখো হায়রকখিবা নত্র? হৌজিক্না ইপা মহারাজনা অমুক নিংথৌরেল অমা ওইনা নত্তবীদা অৱাবা তারবা মপা অমা ওইনা নহাকপু "লেপ্পু! লেপ্পু হল্লকও!" হায়রকপনি। ইপানা নিংথৌরেল অমা ওইনা লৌরো হায়রবা ঐহাক্কী য়াথং নহাক্না তশেংনমক তাগদবনি অদুগা ইনগদবনি। মচাশিংবু উনীংবা অৱাবা তারবা মপাশিংগী ৱা তারোইদবনি।" রামচন্দ্রনা অচুম্বা ধর্ম্ম অদু সুমন্তদা অসুম্না তম্বীখি ঃ**অৱাবা তারবা মীনা করম্বনা অচুম্বনো অদুগা করম্বনা অরানবনো নীংথিনা লেপ্পা ঙমদে।**

## য়াইফবী রাধাগী সতীত্ব

নোংমগী নুমিৎ অমদা রাধাবু সতীরা সতী নত্তরা হায়বা লাইৱায়েল অমা য়েংনখি। লাইৱায়েল অদুদা মহাক্না মখুন ময়াম অমা হোবা লৈবাক্কী চফু অমদা

ঈশিং শোকউরগা পুরকপা তারম্মী। মহাক্না অহোবা চফু অদুদা ঈশিং শোক্লগা পুরকপা মতমদা চফু অদু ঈশিং যুদ্রবদি মহাকপু সতী অমনি হায়না লৌগদবা ওইরম্মী। রাধানা মফুৎ মফুৎ হোবা চফু অদুদগী ঈশিং মরীক অমফাওবা যুহন্দবমখৈ ঈশিং পুরকখি অদুগা সতীগী লাইৱায়েল য়েংবা অদুদা মায়পাকখি। মদুদা মী পূম্নমক্না য়াম্না হরাওনা লাউনবকখি ঃ "অসিগুম্বা সতী ওইবী নুপী অসিদি মমাংদা খক লৈখিদ্রি, অদুগা মতুংদসু খক লৈরক্লবোই।" অদুবু বাধানা ঙক্লনা খংলাউ লাউরকখি ঃ"করিগীদমক্তা নখোয় মযাম্না ঐবু অসুক্কী মতীক অঙকপা ফংনা থাগৎপীরিবনো? মদুগী মহুত্তা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু থাগৎপীয়ু, ইবুংঙো মঙোন্দা মিংচৎ পীবিয়ু। ঐহাক্কী ইবুংঙো মহাক্না হায়বখক্তদা তৌজখির্বনি।"

**পূম্নমক ইবুংঙো মহাক্না শান্নবা লীলানি।**

# মহাক্না লৈখা তারকখি

চন্দ্র হায়না কৌবা নুপা অমগী তৌবা ঙম্না অঙকপা শক্তি অমা লৈবম্মী। মহাক শ্রীরামকৃষ্ণগী সেবক অমা ওইরম্মী। যন্ত্র অমা মহাক্কী মছাদা শিবগা মহাক্না চৎনীং-চৎনীংবা মফম খুদিংদা হেক্তা চৎপা ঙম্লম্মী, অদুগা মী অমনা উবা ঙমদবা মফম অমা অমদসু মনুং ফাওনা উবা অমদি চঙবা ঙম্লম্মী। মহাক্না অহানবদদি য়াম্না চেকশিনবা অশেঙবা সাধক অমা ওইবম্বা মরম্না মহাক ঈশ্বরগী অচানবা ভক্ত অমা ওইরম্মী। ঈশ্বরগী মিংলেন অমসুং মতীক-মগুণ শক-শোনবনা মহাক্কী মথৌ অমা ওইরম্মী। নুমিৎ খুদিংগী থৱায় য়াওনা অমদি চাং-নাইনা প্রার্থনা তৌবা হৌরকখি। ঈশ্বরনা মনাই ভক্তশিংবু মঙোন্দা চঙজরকউ অদুগা মখোয়গী পাপ পূম্নমক কোকথোকপীগে হায়বনি, অদুবু চন্দ্রনা মহাক্কী যন্ত্র অদুগী অঙকপা শক্তি অদুনা মরম ওইরগা পূক্নিংবু খুদুম চনবা ঙম্লকখিদে। মমৈথংদা মহাক্না মহাক্কী অঙকপা শক্তি অদুবু অনেম্বা শারমচংকী অপাম্বা ফংনবরোমদা শীজিন্নরকখি। শ্রীরামকৃষ্ণনা মঙোন্দা অদুম হায়না তৌগনু হায়না চেকশিন্নবা হায়বীরমই, অদুবু মহাক্না মদুদা পূক্নিং থিংজিনলমখিদে। মহাক্না শক্লাইবা মরল-মথুম লৈবা নুপা অমগী ময়ুমদা ইতৎ-তত্তনা লোন্না কনামতবু উহন্দবমখৈ চঙলম্মী অদুগা লম্লেবা নুপা অদুগী নুপী য়ুম্মুরেনবী অদুগা অবোনবা মরী লৈনরম্মী। মদুনা মরম ওইদুনা মহাক্কী অঙকপা শক্তি অদু মাঙখিরম্মী, অদুগা মহাক্না লৈখা তারকখি। [৭][৮]

# শ্রীরামগী অপাম্বা মতুংইন্না

খুঙ্গং অমদা ফিশা-লোনশাগী থবক তৌবা নুপা অমা লৈরম্মী। মী খুদিংমক্না মহাকপু থাজরম্মী অমসুং য়াম্না নুংশিরম্মী। মহাক্না কৈথেলদা মহাক্কী ফি য়োনবা হেক হেক চৎলম্মী। পোৎলৈবা মী অমনা মহাক্কী ফি অদুগী মমল কয়ানো হায়না হংলকপা মতমদা মহাক্না থম্মোয় য়াম্না শেংনা হায়রম্মী ঃ"শ্রীরামগী অপাম্বা মতুং ইন্না লংগী মমলনা লুপা অমা; থবক অশৃমন্না আনা মবি, শেন্দোংনা আনা অনী ওই; অদুগা শ্রীরামগী অপাম্বা মতুংইন্না ফি অসিগী মমলসে লুপা অমগা আনা তরূক ওইরে।" মী পূম্নমক্না মহাকপু অসুক্কী মতীক থাজরম্মী মদুদি মখোয়না খুদক খুদক্তা মহাক্না হায়রিবা মমল অদুমক তাউগা করিমতা হায়দনা পীরগা ফিশিং অদু লৌনখি। মহাক শ্রীরামগী অশেঙবা ভক্ত অমা ওইবম্মী। মহাক্ন চাক চাবা তোক্লগা অহিংদা মতম শাংনা ফমদুনা ধ্যান তৌরম্মী অদুগা ঈশ্বরগী মিংলেনসু শোল্লম্মী।

নোংমদি মহাক্না অহিং য়াম্না থেংলবা ফাওবদা তূমখিদে; মহাক্না মহাক্কী যুমগী থোঙ্গাল মনাক্তা লৈবা সূমাংগী কাচিন অমদা মথন্তা ফমদুনা লৈরম্মী ...। লুটৱালা কাঙলূপ অমনা মহাক্কী মনাক্তা লৈবা লম্বী অমদা লাক্লম্মী। মখোয়না হুবানপোৎশিং পুনবা মী অমা পাল্লম্মী। মখোয়না নুপা অদু উবদা মহাক্কী মনাক য়ৌনবা চঙশিল্লক্লম্মী অদুগা মহাকপু শোরো শোরো চিংদুনা পুরম্মী। মদুগী মতুংদা মখোয়না যুম অমা নমথেক্তুনা চঙলগা পোৎ ময়াম অমা হুরাল্লম্মী, অদুগা হুরানপোৎশিংদু খর য়োমশিল্লগা মহাক্কী মকোক্তা থোঙ্গত্তুনা পুহল্লম্মী। মতম অদুমক্তদা যুম অদুগী থৌনাফবা চৌকিদার অদুনা মরাইবক-থীরবা নুপা অদুবু ফারম্মী অদুগা লুটৱালাশিং অদুদি হৌদুনা চেনখিরম্মী। অহিং অমদি মহাকপু ফাদুনা থল্লম্মী। নোংঙাল্লগা মথংগী অয়ুক অদুদাদি মহাকপু বিচারপতি অমগী মমাংদা পুথোক্লম্মী। মদুগী পাউদু হেক তাবমক্তদা মহাক্কী খুঙ্গং অদুগী মীয়াম্না মহাকপু উনবা লাক্লম্মী। মখোয়না মত অমতা ওইনা বিচারপতি অদুদা খঙহল্লক্লম্মীঃ "হুজুর! নুপা অসিনা করিগুম্বা পোৎ অমতসু হুরাল্লম্মোই।"

অদুদগীদি বিচারপতি অদুনা নুপা অদুদা থোকখিবা থৌদোক অদুগী ৱাবী শুগায়না লীরকউ হায়রকখি। নুপা অদুনা ৱারী অদু অসুম্না লীরকখি ঃ "হুজুর! শ্রীরামগী অপাম্বা মতুংইন্না ঐহাক্না ঐখোয়গী সূমাংদা ফম্লম্মী, অহিংদু য়াম্না

থেংজিললক্লম্মী; ইবুংঙো মহাক্কী মিংলেনবু হন্না হন্না শোল্লগা ধ্যান তৌরম্মী। অদুদগীদি শ্রীরামগী অপাম্বা মতুংইন্না লূটৱালাশিং অদুনা ঐহাকপু শোরো শোরো চিংদুনা পুরম্মী; মখোয়না য়ুম অমা নমখায়রগা চঙলম্মী অদুগা পোৎ ময়াম অমা হুরাল্লম্মী অদুগা পোৎ খর অমা য়োমশিল্লগা ঐহাক্কী কোক্তা থোংগৎলম্মী। শ্রীরামগী অপাম্বা মতুংইন্না ঐবু ফারগা কৈশুমশঙদা থমখি, অদুগা ঙসিগী অয়ুক অসিদদি শ্রীরামগী অপাম্বা মতুংইন্না ঐবু হুজুরগী মমাংদা পুথোকপীরক্লিবসিনি।" নুপা অদুগী লৌথূপ-লৌকোই লৈতবা, মবাল লৈতবা অমদি আধ্যাত্মিক ওইবা মতা অদু উবদগী বিচারপতি অদুনা মহাকপু থাদোকপীরম্মী। নুপা অদুনা ৱায়েনশঙদগী থোরক্লগা মহাক্কী মরূপশিংদা হায়রকখি ঃ"শ্রীবামগী অপাম্বা মতুংইন্না ঐহাকপু থাদোকপীরে।"

*নহাক্না তাইবং য়ুম্বানগী পূল্সিদা লৈগে লৈয়ু নত্রগা মদুবু থাদোক্কে থাদোকউ, থৌদোক খুদিংমক শ্রীরামগী অপাম্বা মতুংইনবনি। নহাক্কী দাযিত্ব পূন্নমক ঈশ্বরদা ইম্বোকখ্রগা নহাক্কী তৌফম থোকপা নথৌ অদু মালেমসিদা তৌ। অদু ওইববদি নহাক্না তাইবংগী অৱা-অনাদগী নাম্থোকপা ঙমগনি।* ▯▯

## ঙা অনী

কখোকপা অমদি জ্ঞান হায়বা অনী অসে অরান-খূভম ফংননবগী লম্বী অনীনি। কখোকপগী লম্বী চৎপনা জ্ঞানগী লম্বী চৎপদগী হেন্না লায়। কনাগুম্বা অমনা কখোকপদি ইরায় লাযনা ঙম্বা য়াই, অদুবু জ্ঞান ফংননবা হোৎনবগী অৱাবদি য়াম্না হেন্না শাথীগনি।

মসিগা মরী লৈননা ঙা অনীখক্কী ৱারী অমা লৈ। ঙা অনীখক পৃথ্বী অমগী মনুংদা মতম কুইনদগী হিংনবগী অৱাবা অমতা লৈতনা য়াম্না নুংঙাইনা লৈরকখি। অদুবু নোংমগী অহিং অমদদি ঙা-ফাবা মী অমগী লাংদা মখোয় অনীমক থুরম্মী। মখোয় অনীমক্না ঙম্বমখৈ লাং অদুদগী নাম্থোক্লবা লাক্লরম্মী, অদুবু মখোয়গী নাম্থোক্লবগী উপায় অমতা লৈখিদে। নোংঙাল্লবদি ঙা-ফাবা মী লাক্কনি অদুগা মখোয়বু ফারগা মখোয় অনীগী অরোইবা মতম অদু থেংনহল্লগনি হায়না খল্লুবদা ঙা অনী অদু মথৱায় য়াম্না ৱারমখি। মমৈথংদদি করম্না লাং অদুদগী নাম্থোক্কদগে হায়না মুন্না খন্থুরবা মতুংদা ঙা অমনা প্রার্থনা তৌবা হৌরক্লম্মী অদুগা মশামকপু

খ্বাইদগী তোল্লবনি নত্রগা পীল্লবনি খঞ্জরগা ঈশ্বরদা কখোকচরম্মী। ঈশ্বরগী থৌজালদগী মহাক্না অসুম অসুম পীকশিল্লক্কুনা লাং অদুগী অহোবা মখুন অমদগী লীৎথোরক্লগা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা ঈরোইদুনা শান্নরকখি।

অতোপ্পা ঙা অদুনা অমুক মশামকপু আত্মানি অমসুং পরমাত্মানি হায়না ৱাখলনা লাকশিনবা হৌরক্লম্মী। আত্মাদি হকচাঙগী মনুংদসু মপান্দসু মফম খুদিংমক্তা লৈবা মরম্না ঙা অদু অসুম অসুম চাওখৎলক্লম্মী, অদুগা অরোইবদা লাং অদুনা ঙা অদুগী অৱম্বদু পুবা ঙম্লক্তদুনা শেগায়রক্লম্মী। অদুদগীদি ঙা অদুনা লাং অদুদগী থোবক্কুনা নীংতম্বা ফংখি।

*মীশিংগী জীবাত্মাশিংবু মহুৎ-শিন্নিবা ঙা অনী অদুগী মরক্তগী অমনা মশাবু কখোকচবগা অরান-খুভম ফংখি, অদুগা অতোপ্পা ঙা অদুনা মশানা মশাবু (আত্মাবু) খঙজবগা অরান-খুভম ফংখি।*

## মপুরোইবদগী ওকনা মমল হেনবা

লৌউবা নুপা অমনা মহাক্কী ওক অদু শিবা-নাবা থোক্লক্লগা লুপা লীশিং ১০,০০০/- (লুপা লীশিং তবা) ফংননবা মরূপ অমা য়াওরম্মী। ওক অদু "ব্লু রিবোন" মনা ফংলবা, মমল য়াম্না য়াম্লবা শা অমা ওইরম্মী। নোংমদি ওক অদুনা রেল-লম্বীদা তাদুনা লৈবা আলু অমা চারিঙৈদা রেল-গাড়ী লাক্লম্মী। মদুদা লৌউবা নুপা অদুনা ওক অদুবু বেল-লম্বী অদুদগী ইম্থোক্লবা য়াম্না কন্না লাক্লরম্মী। ওক অদুনা য়াম্না চাউবা, লাকঙম-ফাঙমদবা শা অমা ওইরম্বা মরম্না মহাকপু ইরায়-লায়না রেল-লম্বী অদুদগী পাক হেক ইম্থোকপা ঙমলমখিদে। লৌউবা নুপা অদুসু ওক অদুসু মখোয় অনীমক রেল-গাড়ীনা তক্কুনা শিখি। লৌউবা নুপা অদুগী নুপীনা ওক অদু শিবগী লুপা ১০,০০০/- (লুপা লীশিং তরা) মরূপতগী ফংখি, অদুগা মপুরোইবা শিবগীদি করিমতা ফংখিদে। অশিবা ওক অদুনা অশিবা মপুরোইবা অদুদগী মমল হেনখি। লুখ্রাবী অদুনা ওক শিখিবদগী ফংলকপা পৈশা অদুদগী মীগী শেন্দোল, খাজনা অমদি মপুরোইবগী অশিবা হকচাঙবু লৈরোল-চনবদা শীজন্নখিবা পৈশা পূম্নমক পীথোকখি। ওক অদুনা তুরেল-খোংবান অমদা ফুমখি অদুগা লৌউবা নুপা অদুনা লুনা-নান্না ফজনা থম্লবা মোংফম অমদা লৈরোলচনখি।

লৌউবা নুপা অদুনা ওক শিরগা পৈশা ফংননবগীদমক্তা ৱাখল য়াম্না লূনা

খনখি, অদুগা মশামক্কীদমক্তদি অদুক য়াম্না খনখিদে। লৌউবা নুপা অদুগুম্না য়ুম মৈ চাক্লগা নত্রগা গাড়ী মাঙখ্রগা নত্রগা অতোপ্পা মাঙখিবা য়াবা কয়ানা মাঙখ্রগা পৈশা ফংননবা মরূপ কয়া য়াওনবদি মী লীশিং লীশিং লৈ। *অদুবু মখোয় মশা মশাগী তুংগী লেঙদবা পূন্সিগী ব্রাখলদি খন্নদে।* [৭]

# কিরোইদবনি

স্বামী বিবেকানন্দনা অমেরিকাদা লৈরিঙৈ মতমদা মহাক্লা মী ময়াম অমগী মমাংদা ভারতকী মুণি-ঋষিশিংগী জ্ঞানগী মরমদা ব্রা ঙাঙলম্মী, মখোয়না চৎলিবা লম্বীদু অশোনবশিংগী লম্বী নত্তে, লম্বী অদু অথৌবশিংগীনি, খুদোংথীবা অমসুং শিবা হায়বদুগী মায়য়োক্তা লৈবা অকিবা খঙদবশিংগীনি হায়দুনা মহাক্লা কন্না হায়রকখি।

থাজগন্দবা নহা খরগী থম্মোয়দদি স্বামীগী ব্রাহৈশিং অদুনা য়ৈহনবা ঙমখিদে। মখোয়না মহাকপু মীয়াম অমগী মমাংদা ব্রা-ঙাঙবীনবা বার্ত্তোন তৌরম্মী। মহাক্লা 'ঈশ্বর থাজবসি অশেঙবা পূন্সিগী অথৃপ্পা অমনি' হায়না ব্রা-ঙাঙলম্মী। ঈশ্বরবু থাজবা মীনা অব্রাবা অমসুং খুদোংথীবদা তারবসু কিদে হায়না মহাক্লা য়াম্না কন্সিন্না হায়রক্লম্মী। ইখঙ-খঙহৌদনা নোংমৈ-পিস্তোল কাপ্পগী মখোল তারকখি। নোংমৈ মরূশিংনা স্বামীগী মনাকোংশিং খেত্তুনা চৎখিরম্মী। স্বামীনা ব্রা-ঙাঙলিবা কাজাও অদুদা য়াম্না চরাংনবা অমা থোরকখি। নুপাশিংনা কিদুনা চেম্থোকনরকখি, নুপীশিংনা কপ্লখি, অদুগা মখোয়গী মরক্তগী খরদি ব্রাম্থখি।

চরাংনবা অদুগী মরক্তা করিমতা কিদনা অমদি অপন-অরাক লৈতনা চীঙদূম অমগুম লেঙদনা লেপ্পুনা লৈবা নুপা অমদি লৈরম্মী। মহাক অদু স্বামী বিবেকানন্দ ওইরম্মী। মহাকপু হাৎননবা নোংমৈ মরূ নত্রবদি নোংমৈ মরূ অদুনা মহাকপু শোক্লোই; অদুগা নোংমৈ মরূ অদুনা মহাকপু হাৎননবা ওইরবদি মহাকপু শোক্তনবা সন্থ্রী লীশিং লীশিংনা পৃংকোয়-কোয়শিন্দুনা লৈরবফাওবদসু নোংমৈ মরূ অদুনা মহাকপু ফংননবা থিরক্কনি। নোংমৈ কাপ্পা অদু থুনা লেপখি। স্বামীনা মহাক্কী ব্রা ঙাঙবগী থবক অদু চত্থরকখি। মী ময়াম অদুনা কাজাও অদুদা অমুক চঙশিল্লক্লম্মী। খুদিংমক মহৌশাগী মতাদা অমুক হঞ্জনলকখি, অদুগা করিগুম্বা

খুদোংচাদবা অমতা থোকখিদবগুম উৎথোরকখি। ব্বা-ঙাঙবদু লোইরগা নহাশিং অদুনা স্বামী বিবেকানন্দবু উনবম্মী অদুগা হায়জরকখি ঃ"স্বামী, ঐখোয়বু ঙাকপীয়ু। নোংমৈ কাপখিবদু স্বামী নহাকসে কয়ামুক কিদবগে য়েংগে হায়দুনা ঐখোয়না কাপখিবনি। নহাক্কী থৌনা অমসুং থাজবা অসি ঐখোয়দদি অঙকপা অমা ওইনা থোকই।"

স্বামী বিবেকানন্দনা মোমোন নোক্তুনা "য়ারে" হায়খি। [ ]

## ব্রাহ্মণ অদুগী ষনবীদু শিরসনু

ভগবান শ্রীকৃষ্ণ অমসুং অর্জ্জুনগী ব্বারী অমা নীংশিংসি। নোংমা মখোয় অনীনা শক লোৎলগা ব্রাহ্মণশিং শাদুনা ধর্ম্ম শন্দোক্লবা লম অতোপ্পা অমদা চৎলম্মী। মদুদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা পারা অমা তম্বীখি। য়াম্না শারবা নুমিৎ অমদা ব্রাহ্মণ অনী অদুনা মপোৎ-মচৈ পুদুনা লম শাংনা চৎলম্মী অদুগা পূং কয়ামুক্কী মতুংদা খুঙ্গং অমদা থুংলম্মী। মখোয অনীনা খুঙ্গংদুগী খ্বাইদগী ঈনাকখুনবা নুপা অমগী ময়ুমদা মখোয়গী অরাম-খৌরাংবদু কোকহনবীয়ু হায়না হায়জরুনবা লাক্লম্মী। মহাক্কী অচৌবা কোম্হোং অদু য়াম্না চেৎনা লোনশিল্লম্মী। মফম অদুদা শক য়াম্না তাখৎপা সন্ত্রি অমা লৈরম্মী। মখোয়না সন্ত্রি অদুদা থক্লনবা ঈশিং খর পীবিয়ু হায়না হায়জরম্মী। মদুদা সন্ত্রি অদুনা য়াম্না যাক্লবা খোঞ্জেলদা হায়রক্লম্মীঃ "মসিগী য়ুমসে লম-কোয়বা মীশিংদা অচা-অথক হুন্নবা সরকারগী লৈত-লায়রবা মীশিং-থুংফম নত্তে। অতোপ্পা মফম অমদা চৎলগা হায়জরুচো।" অদুম হায়না ঙাঙনরিঙৈ মতম অদুদা ঈনাকখুনবা য়ুম্বু অদুনা য়ুমদুগী অকোয়বদা লৈবা লৈতেম মান্নবা লম্বী অমদা লাক্লম্মী অদুগা লম্লানবা মী অনীদুনা লাক্লগা য়ুমগী শান্তি থুগায়ররিবা করিগীনো হায়না থিগৎলক্লম্মী। মহাক্না সন্ত্রি অদুদা মখোয়বু তাম্হোকখো হায়না য়াথং পীরম্মী। য়াথং অদুগী মতুংইন্না ব্রাহ্মণ অনী অদুবু য়াম্না থীনা চৈরগা তাম্হোকপীখিরম্মী।

মখোয় অনীনা মখোয়গী খোঙচৎকী লমশাং অদু অসুম অসুম চৎলকপা মতমদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা আশীর্ব্বাদ পীবগী মওংদা অসুম্না হায়রকখিঃ "ঈনাকখুনবা নুপা অদু হেন্না হেন্না চাওখৎপা ওইরসনু।" মদু তাবদা অর্জ্জুন্না

ঙকপা য়ৌনা ঙক্লল্মী, অদুগা তুমিন্না লৈখি। নুংশা কন্না শারবসু মখোয় অনীগী খোঙচৎ অদু লেপখিদে, অদুগা মমৈথংদা খুঙ্গং মচা অমদা থুংলখি। খুঙ্গং মচা অদুগী ব্রাহ্মণ অহল অমনা য়াম্না ব্রানা লাক্লিবা ব্রাহ্মণ অনীদুগী মনাক্তা চেনশিল্লগা দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুম্লল্মী, অদুগা মখোয়বু মহাক্কী খাংপোকশঙ তান্না পুশিল্লল্মী। মখোয়বু থরাক থরাক য়াম্বমখৈ শেগায়রবা ফক অমদা ফমহল্লম্লগা মহাক্লা মপান থোক্লক্তুনা মহাক্কী ষণবী অদুগী শঙ্গোম শুম্লল্মী। মদুদগী ফংলকপা শঙ্গোম অদুবু লোল্লগা ময়ুমদা লাক্লিবা ব্রাহ্মণ অতিথি অনী অদুদা পীথক্লল্মী। ব্রাহ্মণ অনী অদুনা অব্রা-অনা হেক কোকপমখৈ য়াম্না পেন্না শঙ্গোম অদু থকখি। ব্রাহ্মণ অহন অদুনা মহাক্কী অমতা ঙাইজবী ষণবী অদুদগী নোংমগী থোক্লকপা শঙ্গোম অদু য়োল্লগা ফংলকপা পৈশা অদুনা মহাক্কী নোংমগী চানবা পোৎশিং লৈরল্মী। অদুবু মহাক্লা নোংমগী চারা হেল্লগা অতিথি সেবা তৌবা ফংজখিবা অদুদা মহাক্কী থম্মোয়দা য়াম্না শেংনা নুংঙাইজখি।

ব্রাহ্মণ অহন অদুগা বিদায় তৌনরবা মতুংদা মখোয় অনীগী খোঙচৎ অদু চথুবা হৌরকখি। মখোয় অনীনা খর চৎলক্লবা মতমদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়রক্লল্মীঃ "ব্রাহ্মণ অদুগী ষণবীদু শিরসনু।" মদু হেক তাবদা অর্জ্জুননা বুদ্ধি ফকচল্লবা মওং অমদা লৈখিরল্মী। মখোয়না অহানবা থেংনখিবা ঈনাকখুনবা নুপা অদুনদি মখোয়বু থীনা চৈরগা তাম্থোক্লককখি অদুবু মঙোন্দা হেন্না হেন্না চাওখৎপা ওইবসনু হায়না বর পীবিখি, অদুগা পূকচেল য়াম্না শেংনা অতিথি সেবা তৌজখিবা লায়ববা ব্রাহ্মণ অদুগী মফমদনা শাপ তৌবগী মওংদা মহাক্কী অমতা ঙাইজবী অদুগা মহাক্কী হিংননবগী পাম্বৈসু ওইরিবী ষণবী অদুবুনা শিরসনু হায়বিখি। মদু অর্জ্জুনদদি পূমওন-ওন্নবা ব্রাফম অমা ওইনা থোকখি।

অর্জ্জুননা মদুগী পূমওন-ওন্নবা ব্রাফম অদুগী মবমদা হংলকপা মতমদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকখি ঃ"মসি পূমওন-ওন্নবগী ব্রাফম নত্তে, অর্জ্জুন। ঈনাকখুনবা নুপা অদু য়াম্না মিহৌচাওই। মহাক্লা হেন্না হেন্না চাওখৎলক্লগা মশানা মশা মথন্তবু ইন্দ্রিয়শিংগী নুংঙাইবা থিবদা মাঙহঞ্জখিনি। লায়রবা ব্রাহ্মণ অহন অদুদি য়াম্না ফৈ, অদুগা ভক্তিদা মথব্রায়সু লূপ্পী, অদুবু মহাক্কী ষণবী অদুবু খর পামশিনবগুম তৌই। মদুগী পামশিনবা মওং অদুবু মঙোন্দা লৈহন্দ্রবদি মহাক্লা পূম্নমক্তগী পূমহেন-হেনখিগনি, অদুগা মহাক মশানা মশাবু হায়বদি আত্মাবু খঙলক্কনি। [৭]

# থাজবনা ঐহাকপু কনবীরে

চহি য়াঙ্খেমুক হেনবগী মমাংদা পাকিস্থান্দা মাঙতাকহন্নঙাই ওইবা য়ুহারাবা অমা থোকখি। মদু হেক থোকখিবা অশেঙবা ৱারী অমনি। মালেম নীকপদা য়ুম-কৈ, লম্বী অমদি শেমগৎ-শাগৎপগী থবক কয়া অমা মাঙলম্মী। মফম-মরাং খঙদবমখৈ য়ৌনা ৱাবা, মাঙ-তাকপা অমদি শিবা-নাবা কয়া মফম অদুদা থোকখি। নূংচেৎ-নূংগায়, য়োৎতেক-থাংতেক, গাড়ীগী অতেক-অকায় কয়া অমসু মফম খুদিংদা তাদুনা লৈবম্মী। মী লীশিং লীশিং শিখি, শোকখি অমসুং মখোঙ-মখুৎ তেকখি। নুপাশিং, নুপীশিং, অঙাংশিং অমসুং শা-ষণশিং পূম্নমক তোঙান-তোঙান্না খায়দোক্লখিরম্মী। সরকারগী মীওইশিং অমদি লন্নাই-চোংথোরকপা সমাজ-সেবকশিংনা অৱাবা তারবা মীশিংদা মতেং পীবা হৌরকখি। অহানবা নুমিৎ নিনি-হুমনিগী মনুংদদি অহিংবা মী খর লৈবাক তৌখায়বদা ফংলম্মী, অদুগা মদুগী মতুংদদি অশিবা হকচাঙ ঙাক্তা ফংখি। শাংথনা হিংহৌবা মী অমফাওবা ফংগনি হায়বগী আশা লৈরমখিদে। অদুবু লৈবাক তৌবগী অমদি শেংদোকপগী থবক্তি অদুম চত্থরম্মী।

নুমিৎ কুন্নি হৌখিরম্মী। নোংমদি অকায়-অতোয় ময়াম অমগী মখাদগী গায়ত্রী মন্ত্র থীবগী খোঞ্জেল অমা অৱা-অনাশিংবু উদ্বার তৌরিবা মীশিংনা তারম্মী। মখোয়না নূংচেৎ-নূংগায়শিং অদু লৌথোক্লম্মী অদুগা কবিমতা হকচাঙদা অশোক-অপন য়াওদনা মশা-ফনা লৈরম্বা নুপা অমা থেংনরম্মী। মদু উবদা মখোয়না মখোয়গী মমীৎশিং অদুবু থাজরমখিদে। মতম অদুক কুইনা লৈনুংদা ফুমদুনা লৈরগা করম্বা মীনা হিংদুনা লৈবা ঙমগদগে? হিংদুনা লৈরম্বা নুপা অদুনা মখাগী ৱারীসে মখোয়দা লীরক্লম্মীঃ

"ঐগী মিং ভগৎরাম কৌই। ঐহাক উহৈ-ৱাহৈ য়োনবা নুপা অমনি। য়ুহারাবা মতম অদুদা ঐহাক্না ঐহাক্কী দুকান্দা ফমদুনা লৈরম্মী। য়াম্না চাউবা খাঙেল অনীখক ঐহাক্কী কোক মাপাদা পৈরপ্না ঙামথবা ফীভম মতা অমদা তারক্লম্মী অদুগা মীনা লৈবা য়াবা শুরুং অমগুম্বা অমা মফম অদুদা শেম্লম্মী। অদুদগীদি নূংচেৎ-নুংগায় ময়াম অমা ঐহাক্কী অকোয়বদা তারক্লম্মী, অদুবু লাইবকফবনা ঐহাক্কী ইথক্তা নত্রগা ইশাদা করিমতা তারকখিদে। অদুবু মফম অদুদা নুংশিৎ ফংখিদ্রে অদুগা ঐহাক সোর ফুন্দুনা শিগদৌরম্মী। মালেমসে অমুক নীক্লক্লম্মী

অদুগা কদাইদনো খঙদে মফম অমদা অহোবা অমা লৈহনখি। অদুদগী ঐহাক্কী লৈফম অদুদা অশেঙবা নুংশিৎ শীৎচিল্লক্লম্মী। ঐহাক্না নুংশিৎ অশেঙবা ফংখি। মরম অদুনা ঐহাক শোয়দনা হিংলগনি হায়বগী আশা অমা লাকখি। ঐহাক্কী অকোয়বদা লফোই, কোল্লানচিংবা উহৈ-ৱাহৈ ময়াম অমা তাদুনা লৈরম্মী। মখোয়শিংদু চারগা মতম খরদি ঐহাক শোয়দনা হিংবা ঙম্লগনি খনখি। অদুবু ঐগী থক্লনবা ঈশিং দরকার ওইরকখি। ঐহাক্না ঈশিং য়াম্না খৌরাংলকখি। খুদক্তুদা মালেমসে অমুক হন্না নীক্লক্লম্মী অদুগা লৈখাদগী ঈশিংগী পাইপ (উতোং) অমা খঙহৌদনা থীনগৎলক্লম্মী। পাইপ অদুদগী থক্লবা ঈশিং তত্তনা ফংলম্মী অদুগা ইশাফাওবা পাইপ অদুদগী তারকপা ঈশিংনা ঈরুজথোক্লম্মী। ঐহাক ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত অমনি অদুগা গীতাগী পাওতাকশিংবু ইন্দুনা চচ্চবা মীশক অমনি। ঐহাক্না গীতাগী শ্লোকশিং অমদি গায়ত্রী মন্ত্র থীদুনা ঐগী মতম অয়াম্বা লেল্লম্মী। ঐহাক্না ইবুংঙো মহাকপু মতম লৈবা খিবিক্তা থাজৈ। ঐহাক্না হৌজিক ঐগী অরোইবা কোমলা অদু চাখিবদা ঙাইরি। ঐহাক্না চেৎনা থাজৈ মদুদি ঐহাক্কী চানবা চীঞ্জাক হেক লোইখিবগা ইবুংঙো মহাক্না মতম চানা ঐবু কনবীনবা নখোয়বু থাবিররকপনি। অঙকপনি ইবুংঙো মহাক্কী থৌরাং! ইবুংঙো মহাকপু থাজবনা ঐহাকপু কনবীরে।"

*ঈশ্বরবু থাজৌ, নশাবু থাজৌ, নহাক্কী থবকপু থাজৌ। ঐখোয়গী পূঙ্গিদা থাজবনা অচৌবা অমদি মরুওইবা শরুক অমনি। পূঙ্গিগী লম খুদিংদা মায়পাক্কে হায়রবদি থাজবা হায়বসিনা থাদোকপা য়াদ্রবা মরুওইবা মচল অমনি।* ▢▢

## মতমগী তোর্বান্দা

খৃষ্টাব্দ ১৭৬৭ কী নুমিদাংৱাইরম অমদা লৈবাক ঙাকপা নুপা অমনা মহাক্কী অঙম-অথৌ খরগা লোয়ননা অচৌবা সহর অমা ফাওদুনা চৎলম্মী। মহাক্না লম্বীদা অহল খর ওইশিল্লক্লবী নুপী অমা থেংনরম্মী। নুপী অদুনা "অচুম্বা তৌবিয়ু", "অচুম্বা তৌবিয়ু", হায়দুনা খংকপ খংকপ কপ্লক্লম্মী। খুদক্তুমক্তদা মহাক্না নুপী অদুগী ৱাকৎ অদু তারম্মী। নুপী অদুনা কপ্ল-কপ্লগা মহাক্কী মচানুপী লৈশাবী অমবু লৈবাক-ঙাকপা নুপা অদুগী হান্নগী খাশ জামাদারনা ফারগা পুদুনা চৎপীখ্রে হায়না

ৱাকৎচরম্মী। লৈবাক -ঙাকপা নুপা অদুনা হায়রক্লম্মী ঃ "ঐগী হান্নগী খাশ জামাদার অদুদি থা অমরোমগী মমাংদা লম অসি থাদোক্কুনা চৎখ্রে। করিগীদমক্তা নহাক্লা ৱাফম অসি ঙল্লিঙৈদা ঐঙোন্দা খঙহনখিদ্রিবগী মরম করিনো?" থৱায় য়াম্না ৱানা লৈরিবী নুপী অদুনা হায়জরকখি ঃ"হৌজিক্কী খাশ জামাদার অসিদা ঐগী অইবা ৱাকৎ কয়া অমা পীশিনখ্রবনি, অদুবু ঐগী অৱাবা অসি কোক্লনবা থবক অমতা হৌজিকফাওবা পায়খৎপীরক্ত্রি"। মদু হেক তাবগা লৈবাক-ঙাকপা নুপা অদুনা মহাক্কা লার্কমিন্নরক্লিবা হৌজিক্কি খাশ জামাদার অদুদা ৱাহং হংদুনা পরিক্ষা তৌরম্মী। জামাদার অদুনা নুপী মমা-মচা অনীদুবু লমচৎ ফত্তবী ঙাক্তনি হায়না খঙহল্লম্মী।

লৈবাক-ঙাকপা নুপা অদুনা নুপী অদুগা লোয়ননা কোনুংদা লাক্লম্মী। মহাক্লা জামাদার অদুবু নুপী অদুগী মমাংদা থৌরী য়েৎপা শাজৈনা ২০০রক (চনিরক) ফুরম্মী। অদুদগীদি মহাক্লা শগোল তোংবা নুপা অমা কৌরগা মঙোন্দা সনা-য়াথং পীরক্লম্মী ঃ"নহাক্লা অহল ওইরক্লবী নুপী অসিগা লোয়ননা হান্নগী খাশ জামাদারগী য়ুমদা চৎলু অদুগা নুপী অসিগী মচানুপী লৈশাবী অদুনা মহাক্কী ময়ুমদা লৈরল্লবদি মমাসিদা খুৎশিন্নখো অদুগা জামাদার অদুগী মকোক অদু কক্লগা ঐঙোন্দা পুরকউ।" শগোল-তোংবা নুপা অদুনা য়াথং অদু লৈখা তাহন্দনা পুরগা চৎখি, অদুগা মতম খরগী মতুংদা হান্নগী খাশ জামাদার অদুগী মকোক অদু পুরগা লাকখি।

অচুম্বা পাম্বগীদমক্তা লৈবাক-ঙাকপা নুপা অদু মমিং য়াম্না চৎখি। আইন-কায়বা মীশিংগী পূক্লিংদা অকিবা পোক্লনবা মহাক্লা মতম লৈবা খিবিক্তা মরাল লৈরবা মীশিংবু দণ্ডি পীখি। পূকচেল চাওরবা লৈবাক-ঙাকপা নুপা অদুগী মমিং হাইদর আলি কৌরম্মী। মহাক্লা থোইদোক-হেন্দোক্লবা মীশক অমা ওইখিবা মরমনা মহাকপু মায়কৈ-থুংনা খঙনখি অদুগা মী খুদিংমক্লা মহাকপু য়াম্না ফনা ঙাঙনখি। ⌈⌉⌈⌉

## পল অমা শাবীরম্রে!

**চহি কয়ামুক্কী মমাংগী ৱারীনি। য়াম্না ঈংখ্রবা নিংথমথা অমদা সহর অমগী মীয়াম্না য়াম্না ৱানরম্মী। য়েক্লবা লাম্মী মপৈ অমনা মখোয়গী মায়কৈরোমদা**

চঙশিল্লক্লম্মী। সহর অদুগী মীচম ময়াম অদুগী ৱাখলদা শাথীরবা লাম্মীশিংদুনা মখোয়গী য়ুমশিং অদুবু মাঙতাকহল্লনি হায়দুনা চিংনরম্মী।

ইমুং অমদা অহল ওইরবী ইবেন অমা লৈরম্মী। অতোপ্পা মীশিংনা সিপাইশিংদুবু য়াম্না কিনরবসু নত্রগা মখোয়গী পূক্লিং লাঙতক্লরবসু ইবেন অদুনদি মখোয়গী ইমুংগী মীশিংবু ঙাক-শেনবীয়ু অদুগা মখোয়গী য়ুমগী অকোয়বদা মখোয়বু ঙাকথোক্লবা পল অমা শাবীয়ু হায়দুনা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজরম্মী।

নুমিৎতুগী অহিং অথেংবা অদুদা সহর অদুগী মীশিংনা সিপাই ময়ামগী খোঙথাঙ অমসুং কিনঙাই ওইবা খোঞ্জেল কয়া তারকখি, সহরদুগী মীশিংদু অৱাবা তাখি, অদুবু ইবেনগী ইমুংদদি অমাঙ-অতা নত্রগা অশোক-অপন করিমতা থোকখিদে। অয়ুক অঙনবদা মখোয়না মপান্দা থোক্কুনা য়েংলুবদদি ইবেনখোয়গী য়ুমদগী খর হেন্দোক্লা লৈবা মফম অমদা উনপাক ময়াম অমনা অচৌবা পল অমা শাদুনা লৈরম্বা থেংনখি। অচৌবা পল অদু লৈবা মরম্না সিপাইশিংনা ইবেনখোয়গী য়ুমদা চঙবা ঙমখিদে।

অহল ওইরবী ইবেন অদুনা হায়রক্লম্মী ঃ"য়েংউ, ঈশ্বরনা ঐখোয়গী য়ুমগী অকোয়বদা পল অমা শাবীরম্লে!"

## শ্রীকৃষ্ণ অমসুং সূরদাস

নোংমা শ্রীকৃষ্ণগী সূরদাস কৌবা মতীক-চারবা ভক্ত অমনা ময়ুম পাল্লবী নুপী অমগী মতুং ইন্নরক্লম্মী। মহাক্না নুপী অদুগী ময়ুম ফাওবা নুপীদুগী ফজবদু য়েংল-য়েলগা লাক্লম্মী। নুপী অদুগী মপুরোইবা অদুনা সূরদাসপু ৱারক-ৱাতেম্বীবগী মওংদা হায়রক্লম্মী ঃ"করিগীদমক্তা নহাক্কী নমীৎশিং অদুনা মীগী নুপীদা য়েংলিবনো? অতোপ্পা নুপাগী নুপীবু য়েংবদি পাপকী মশক্নি। নহাক্না ঈশ্বরগী ৱাখলদা লৃপ্তুনা লৈত্রিবা করিগীনো?"

ৱাহৈশিংদুনা সূরদাসপু খুদক্তা জ্ঞান তাহনখি। অদুদগীদি সূরদাসনা মহাক্কী পাপ্ চেল্লবা মমীৎ অনী অদুবু চম্প্রা পাম্বীগী তিংখংশিংনা ফাওরেং-লেংলম্মী। মহাক্না শ্রীকৃষ্ণগী কোনুং য়ৌনবা লাক্লম্মী। মহাক্না লম্বীদা অসুম লাকপদা গুহা অমগী মনুংদা তাগে তৌরম্মী। মতম অদুমক্তদা শ্রীকৃষ্ণনা শঞ্জেন্নহা অমা ওইনা

লাক্লগা সূরদাসকী মখুৎ পায়দুনা ফারম্মী অদুগা মঙোন্দা হংলকখি ঃ"নহাক কদায়দা চৎলিবনো?" সূরদাসনা খুম্নক্লম্মী ঃ"ঐহাক শ্রীকৃষ্ণগী কোনুংদা চৎলিবনি।" শ্রীকৃষ্ণনা হায়রক্লম্মী ঃ"ঐহাক্লা নহাকপু লমজিংবীগে।" মখোয় অনীনা অসুম লাকপদা লম্বী মপান্দা লৈবা খাংপোকশঙ অমগী মনুংদা ঙাইহাক পোত্থারম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা মহাকপু থাদোক্লম্লগা চৎখিবা পাম্লম্মী, অদুবু সূরদাসনদি শ্রীকৃষ্ণবু থাদোকখিবমদে।

ইবুংঙো মহাক্কী মখুৎনা সূবদাসকী হকচাঙবু শোক্লগা মহাক্কী পাপ্ পূম্নমক কোকপীখি। অদুদগীদি শ্রীকৃষ্ণনা সূরদাসতা হায়রকখি ঃ"ঐহাক অসে নহাক্লা মতম লৈবা খিবিক্তা প্রার্থনা তৌজরিবা কৃষ্ণ হায়বদুনি। ঐহাক্লা ঐহাক্কী ইশক-ইওং অসে নঙোন্দা উৎকে হাযবগীদমক লীলা অসি শান্নবনি।" ইবুংঙো মহাক্লা সূরদাসকী মমীৎশিং অদু মখুৎনা শোক্লম্মী, অদুদগী মহাক্কী মমীৎশিং অদু উরক্কুনা ইবুংঙো মহাক্কী লাইগী ওইবা মশক-মওং অদুবু মহাক্লা উবা ফংজখি। মদুদা মহাক্লা য়ৌনা নুংঙাইর্জখি। শ্রীকৃষ্ণনা মঙোন্দা মীৎ উজরো হায়রকপা মতমদা মহাক্লা হায়রর্কখি ঃ"ঐহাক্লা ইবুংঙো নহাকপু উজরে। হৌজিক্তি ঐহাক্কী তাইবং মীৎশিং অসিনা কবিমতা উবা পামজদ্রে। ঐহাক্তী মীত্তাংবা মী অমা ওইনা অদুম লৈজরগে, উবগী শক্তি লৈবা পামজদ্রে। মীচম ময়ামসে মীৎ পাল্লি, অদুবু মখোয়না ইবুংঙো নহাকপু উবা ফংখ্রব্রা? মী ময়ামসে ণাকোঙশিং পাল্লি, অদুবু মখোয়না ইবুংঙো নহাক্কী নুংশিরবা খোঞ্জেলবু তাখ্রব্রা? ঐহাক্লা জ্ঞানগী মীৎশিংদবু পামজে।"

শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী মখুৎ অদু সূরদাসকী মকোক্তা থম্লম্মী অদুগা মমৈথংদা সূরদাসকা ইবুংঙো মহাক্কা অমতা ওইশিন্নখি। ঈশ্বরনা করম্বা মতমদা আশীর্ব্বাদ পীবিরক্কদবনো হায়বা কনামতনা খঙবা ঙমদে। খুদিংমক ঈশ্বরনা পীবিরকপা খুদোলনি হায়না লৌসি। ⌐]Ŀ

## শেলগী ৱাখল লৈরম্লোই

মতম অমদা য়াম্না খঙ-হৈরবা পণ্ডিত অমনা মহারাজ অমগী স্না-মাঙদা গীতাগী মরমদা ৱারী-ৱাতায় তৌরম্মী। নোংমদি মখাগী শ্লোক অসিগী মতাঙ লাক্লম্মী ঃ

অনন্যশ্চিন্তয়ন্তো মাং যে জনাঃ পুর্যুপাসতে।।

তেষাং নিত্যাভিযুক্তানাং যোগক্ষেমং বহাম্যহম।। (৯,২২)

অদুবু, অপাম্বা অমমুক লৈতনা ঐখক্তবু পূক্লিং অনী লোংদনা লাৎলিবা মখোয়শিংনা ঐবু উপাসনা তৌই। অসুম্না মতম পূম্বদা ঐঙোন্দা পূক্লিং থিংজিল্লিবা ভক্তশিংগী লৈতববু লৈহন্নবা অদুগা মখোয়গী হান্ননা লৈজববু মাঙদনবা থৌরাং ঐনা তৌই। (৯,২২)

পণ্ডিত অদুনা শ্লোক অসিগী মখল-মখাগী ওইবা নুং-গী অর্থশিং অদুবু থৱায়-য়াওনা শুগায়না নৈনরম্মী, তৌইগুম্বসুং মহারাজ অদুনা য়ানীংদনা মহাক্কী মকোক হাইরম্মী অদুগা হায়রকখিরম্মী, "অর্থ অদু চুমদে।" পণ্ডিত অদুনা শুগায়না তাক্লিবশিং অদুগী মতাঙ খুদিংমক অমমম্ ওইনা অসুম য়েত্তুনা লৈরম্মী। লাইবকথীরবা পণ্ডিত অদু মহারাজ ময়াম অমগী কোনুংশিংদদি থাগৎনঙাই ওইবা কোক-লৈবগী অৱাংবা সন্মানশিং ফংখ্রবনি অদুগা মখোয়না থোইদোক - হেন্দোকপা উপাধিশিং পীদুনা মহাকপু ঈকাইখুম্নখ্রবনি। মহারাজ অদুনা রাজসভাগী অঙম-অথৌ ময়ামগী মমাংদা মহাক্না শ্লোক অদুগী মরমদা শুগায়না তাক্লিবদুবু "লাল্লি" হায়না নিন্দা তৌরকপদা মহাকপু হেক থাঙনা থিল্লকপগুম থোকখিরম্মী। ঈকাইবা ফংবদুদা মহাক থম্মোয় য়াম্না শোকখি; অদুবু মহাক্কী থৌনা খোমগত্তুনা মহাক্না মহাক্কী হৈজ-শিংজবা পূম্নমকপু মতাঙ চানা-চানা কোখোল্লগা "যোগ" অমসুং "ক্ষেম" হায়বা ৱাহৈশিং অদুগী মখল মখাগী অর্থশিংদু মী-খোনবা ঙম্বা ৱাহৈশিংনা ফোংদোক্লম্মী। মহারাজ অদুনা মদু ফাওবদা য়াবীখিদে। মহারাজনা য়াথং পীরক্লম্মী ঃ"শ্লোক অসিগী অর্থ অদু থিরুচো অদুগা মদু নীংথিনা খঙলগা ঐঙোন্দা হয়েং অমুক লাকউ।" মদু হায়রল্লগা, মহারাজ অদুনা মহাক্কী তাঙবলদগী হৌগৎখি অদুগা মনুংথংবা কাশিংদা চঙখিরম্মী।

পণ্ডিত অদুগী থৌনা পূম্নমক মাঙখিরম্মী। মহাক্না চিন্তা তৌরক্লম্মী অদুগা ঈকাই-পোৎলূম্না নন্দুনা তুরোই-ঙাল্লোই চৎখিরম্মী; মহাক্না ময়ুম হেক য়ৌরকপগা গীতা লাইরিক্তু ফমুং নাকলদা থল্লগা ফমুংদুদা দম লাওনা হীপথখি।

মদুদা ঙক্লদুনা মহাক্কী নুপীনা হংজরকখি ঃ"ঙসিদি নিংথৌগী কোনুংদগী ইবুংঙো নহাক্না অসিগুম্বা অৱাবা ফীভম অসি পুরগা হনবীরক্লিবসিবু করিগীনো?

ঐঙোন্দা হাযবীযু। সনা কোনুংদা কবিমক্তী হেক চপ-চানা থোকখিবগে?" মঙোন্দা থোকখিবা থৌদোক পূম্নমক, মহাক্কী মকোক্তা পৈদুনা লৈবিবা ঈকাইবশিং, মহাবাজ অদুনা মাবু মযুমদা থাবকপদা লোযনবকপা যাথংনচিংবশিং অদুবু মঙোন্দা শুগাযনা হাযদোক্লক্লবা মহাক্লা খাঙনীংবগা লোযননা মপুবোইবদা ৱাহংশিং মবী-মবী হংজিল্লক্লম্মী। মহাক্কী নুপীনা খঙনীংবা অমা যাওনা থোকখিবা থৌদোক অদুগী পাউদম অদু মুন্না তাবম্মী অদুগা থৌদোক অদুগী মবমদা যাম্না লুনা খল্লবা মতুংদা, মহাক্লা হাযজবক্লম্মী ঃ"হোয, মদু চুম্মি। মহাবাজ অদুনা হাযখিবা বাফমদু চুম্মি। শ্লোক অদুগী মতাঙদা নহাক্লা পীখিবা ব্যাখ্যাদু অচুম্বা ওইদে। মহাবাজ অদুনা মদুবু মতৌ কবম্না যাবীবা ঙম্লমগদৌবিবা? মবাল অদুদি অদোমগীনি।" মহাক্কী নুপীগী ৱাহৈশিং অদু তাবদা পণ্ডিত অদুনা মমৈদা খোঙপাক্লা কন্না নেৎলবা ন্সিল-খাওবৌ অমগী মতৌগুম্না শাউবনা ফমুংদুদগী কাঙখৎলক্লম্মী. অদ্গা ঙংলদুনা খোলহৌনা হাযবকখি ঃ "নঙনা কবি খঙই, অপঙবী নঙ? ঐবু নঙোন্দগী বুদ্ধি হম্বব্রা? চাক থোংদুনা মতম পূম্বদা চাকশঙদা নৈশিন্দুনতা লৈবা নহাকনসু ঐঙোন্দগী হেন্না খঙই হাযনা দাবী তৌজশাবিযে! নচীন্দু ঙাঙগনু, থোমজিল্লক্কনি; ঐনা লৈবিবা মফম অসিদগী লাপ্না চখোকখ্রো।"

অদুবু যুম্মুবেনবী অদুদি মহাক্কী ফিবেপ্পুদা অদুম লেপ্পুনা লৈবম্মী (হল্লমখিদে)। মহাক্লা পাউখুমজবম্মী ঃ"ইবুংঙো! খজিক্তংদা চুম্বা ৱাবোল অমা হাযজবদা ইবুংঙোনা অসুক্কী মতীক শাথীনা শাউবিবিবা কবিগীনো? শ্লোক অদু অমুক হন্না হন্না থীদুনা নশামক্লা তাজৌ অদুগা অর্থ অদুদা যাম্না লূথনা খম্বীযু। অদুদগীদি ইবুংঙো নশামক্লা অচুম্বা পাউখুমদো থেংনবীর্গনি।" অদুম তৌবগা, মহাক্কী থোৎ-মেংলবা ৱাহৈশিংগী পাম্বৈনা মহাক্কী মপুবোইবগী পূক্লিং ঈংথহনখি।

পণ্ডিত অদুনা শ্লোক অদুগী মনুংদা যাওবিবা ৱাহৈ ৱাহৈগী অর্থদুবু কূপ্না নৈনবা হৌবক্লম্মী। "অনন্যাশ্চিন্তযন্তো মাং..." - মসিগী তোঙান-তোঙানবা অর্থশিংদু মহাক্লা মুন্না, তপ্না, খোন-থোক্লা থীবা হৌবক্লম্মী। মহাক্কী নুপীনা মবক থৎলক্লম্মী অদুগা হাযবকখি ঃ"ৱাহৈশিং অদুগী অর্থশিং অদু খঙউবগী অমসুং শুগাযনা তাকউবগী কবি কান্নগদবনো? মহাবাজগী মফমদা হাযজ-চঙজখিবা মতম অদুদা ইবুংঙো নহাক্কী অনীংবা কবি লৈখিবগে হায়বদু ননাই ঐঙোন্দা অমুক্তা তাকপীযু। পান্দম অদু কবিনো?" মদুগী ৱাহং অদু তাবদা পণ্ডিত অদু শাউবনা ঙাওখি। মহাক্লা খোঞ্জেল হৌনা লাউবক্লম্মী ঃ"ইমুংসে, যুমসে ঐনা

পুবরোইদ্রা? নহাক অমসুং অতৈ লৈরিবা পূন্নমক্কীদমক্তা চান-থক্লবগী, ফিজেৎশিংগী অমসুং অতৈ পোৎশিংগী মমলদু ঐনা করম্না পুবা তাবগে? মখোযশিংসিগীদমক্তনি ঐনা মহারাজদা চৎলুরিবসে, অওইবমক্তি, মদু নত্রবদবু, ঐহাক্না মহারাজবু উনরুবগী দরকার লৈতে।"

নুপী অদুনা অদুদগী হায়রক্লম্মী ঃ"শ্লোক অদুদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা করি হায়খিবগে হায়বদু ইবুংঙো নহাক্না খঙবিরম্লবদি মহারাজগী মনাক্তা য়াম্না চৎনীংবগী আশা অদু পোক্লমলোইদবনি। অতোপ্পা করিগুম্বা অপাম্বা অমতা য়াওদনা ইবুংঙো মহাকপু পূজা তৌরম্লবদি অদুগা মতম পূন্নমক্তা পূক্লিংবু ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা লেঙদনা থম্লম্লবদি, ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়দা খুদিংমক পীনবিগনি হায়না শ্লোক অসিদা শ্রীভগবাননা লাউখ্রে। অদুবু ঐখোয়দি মদু তৌদ্রি; ইবুংঙো নহাক্না মহারাজগী মফমদা চঙবিরুই, মহাক্না খুদিংমক পীবিগনি হায়না থাজদুনা! মদুৱাইদনি শ্লোক অদুগী অর্থদুগী ওন্নবদা অদোম্না চৎপীরুবিবদো! অদোম্না শুগায়না তাকখিবা ৱাফম অদুবু করিগী মহারাজনা য়াখিদ্রিবনো হায়বগী মবম অদু মদুনি।"

পণ্ডিত অদুনা মহাক্কী নুপীনা হায়বিবা ৱাফমশিংদু খন্ন-খন্না ঙাইহাক ফম্লম্মী; অদুদগী মহাক্না মহাক্কী অরানবা অদু মছানা খঙজবকখি। মহাক্না মথংগী নুমিত্তা স্না-কোনুংদা চৎখিদ্রে। মদুগী মহুত্তা মহাক্কী পূক্লিংদু কৃষ্ণ পূজাদা লূপ্তুনা ময়ুমদা লৈখি। করিগীদমক্তা পণ্ডিত অদুনা কোনুংদা কারকখিদ্রবনো হায়না মহারাজনা হংলকখিবা মতমদা, রাজসভাগী অঙম্বশিংনা মহাক্তী ময়ুমদা অদুম লৈখ্রে, অদুগা মপান থোকখিদ্রে হায়না খুম্নরকখি। মহারাজ অদুনা রাজদূত অমা মহাকপু কৌরুনবা থারম্মী, অদুবু পণ্ডিত অদুদি য়ুমদগী চখোরকউ হায়বা য়াখিদ্রে। মহাক্না হায়রকখিঃ "ঐহাক্কীদমক্তদি কনাগুম্বা অমগী মফমদা চৎলুবগী দরকার লৈত্রে, ঐহাক্কী কৃষ্ণনা ঐঙোন্দা খুদিংমক ৱাত্তনা হুনবিরগনি। ইবুংঙো মহাক মশামক্না ঐগী "যোগক্ষেম" পুবিগনি। "যোগ" অমসুং "ক্ষেম" হায়বদি ফংদববু ফংহনবগী থৌরাং অমসুং অফংববু মাঙদনবগী থৌরাং - থৌরাং অনীমক অসে ঐহাক্কী কৃষ্ণনা পুরে। ঐহাক্না ঈকাইবা নংখ্রে, মরমদি ইকোক-কোকপা (ঈচম-চম্বা) ৱাহৈশিংগী হনবা য়াবা য়াবা মখল-মখাগী অর্থশিং অদু খঙগে হায়না লাঙতক্লবনা মীৎ তাঙহনখিদুনা অসুক কুইবা অসি ঐহাক্না মসিবু খঙলুদ্রে। ইবুংঙো মঙোন্দা কখোকচরগা, ইবুংঙো মহাকপু পূজা তৌবদা ঐহাক ইছাবু তত্তনা শীজিন্নরগা, ঐহাক্কী দরকার ওইবা পূম্বা ইবুংঙো মহাক মশামক্না ঐঙোন্দা পীবিরক্কনি"

বাজদূত অদুনা পাউ অদু মহাবাজদা তল্লববা মতমদা মহাবাজনা পণ্ডিত অদুগী লৈফম তান্না ম্নাখোঙলেঙলকখি অদুগা মহাক্লা হাযবকখি ঃ "নহাক্লা শন্দোক্লা হাযখিবা শ্লোক অদুগী অর্থদু নহাক নশামক্লা খঙজবক্তুনা ঙসিদি ঐঙোন্দা থবক ওইনা তশেংনা তাকপীবগীদমক্তা ঐহাক্লা মহাপণ্ডিতবু থাগচ্চবি" হাযবগা পণ্ডিত অদুগী মখোঙ পাযদুনা খুকুমখি। অসুম্না হকথেংননা জ্ঞানগী কাবহাইদগী (কোনচাক শৌদোক্লবা পাত্র অমা) মহী ওইনা চেম্থোবক্তবা ধর্ম্মগী ওইবা ৱাফমশিংবু শন্দোকপা খুদিংমক লংবতমক লংবনি অদুগা মপালতমক শাবনি হাযনা মহাবাজ অদুনা পণ্ডিত অদুদা জ্ঞান তাকপীবম্মী।

ঙসি ফাওবদা, গীতাগী পাউতাক শন্দোকপগী থবক তৌন-তৌনা কোযচৎ-চৎলিবা খঙহৈববা মী মযাম অমনা মদুগী নিযমশিং অদুবু থবক ওইনা ঙাক্তে। মখোযনা উহৈগী কান্নদ্রবা অকনবা মকুদুগী, লাইবিক মশাগী ওইবা অর্থদুগী, বাহৈশিংগী বাপুদুগী মবোল হাযদুনা শন্দোক্লা তাকপদমক তাক্তুনা লৈ অদুগা অতৈ অহেনবদি তৌদে। গীতাবু থবক ওইনদি হোৎনদনা, মদুবু শন্দোক্কে লাক্লকবদি তৌকবিবা মবমদুবু মাঙহনবা অমসুং ধর্ম্মগী লাইবিক অদুবু ঈকাইবা পীবা শকই।

মখোযনা লাইবিক্তুগীদমক্তদি অসুক্কী মতীক ব্যবহাব উৎলি। মদুদি মদুগী মমিং পনদ-পনবদা মখোযগী মমীৎশিংদু পিবাংনা পাথোকই, লাইবিক্তুনা মমীৎশিংবু শোকহল্লি, লাইবিক্তুবু মখোযগী মন্দিবশিংদা থমই অদুগা অশেঙবা লাইবিক্লি হাযনা মশক তাকপগী যাম্না কনবা মতাক্কা লোযননা মদুদা পূজা কৎলি। ব্যবহাব পূম্বা, পূজা পূম্বা চেদুখক্কীদমক্লি, লাইবিক্তুখক্কীদমক্লি।

থাঙ্গৈশেংনমক মখোযনা ভগবানগী ৱাহৈশিংদুগীমক্তা, লাইবিক্তুদা যাওবিবশিং অদুগীদমক্তা ব্যবহাব লৈজববদি মখোযনা ৱাহৈশিংদুবু থবক্তা থবক ওইনা পাঙথোক্লবা কন্না হোৎনবমগদবনি। মদু নত্রনে? নত্তে, মখোযদি হোৎনবমদে, মখোযদি মছামক্লা খঙজবগী জ্ঞান খুজীলমুক্কুম্বা মচাং অমফাওবা লৈতে। হোৎনদুনা মছানা হকথেংননা ফংলকপা জ্ঞান অদু মখোযদা লৈজববদি মখোয কনামতনা জ্ঞানদুবু শেলগা ওন্নদুনা শন্দোক্লীংলম্লোই। মখোযনা ঈশ্বরগী থৌজালখক্তবু পাম্লমগনি। গীতা-প্রচাবকশিংগী মবক্তগী নত্রগা গীতা শন্দোক্লবা থবক্তুগী মবমদা খন্ন-নৈনবিবা মখোযশিংদুগী মনুংদগী মী অমফাওবনা ঙসিদি ঈশ্বরগী থৌজালবু ফংনীংবা লৈতে।

থাঙ্গৈশেংবমক লৈতে; মখোয়না ঈশ্বরগী থৌজালবু কন্না পাল্লল্লবদি মখোয়না চাগাগী ফত্রগা শেলগী ৱাখল লৈরল্লোই।[১]

# জ্ঞানগী থাওমৈ থাঙ্গৎপা

মতম অমদা ঈশ্বরগী মরমদা খর খঙনীংবা সাধক অমনা মহাক্কী জ্ঞানগী মীৎ অদু পাংথোকপা পাল্লম্মী। মহাক্না সাধু অমা লৈবা লোক্লুং অমদা চৎলম্মী অদুগা লোক্লুং অদুদা অপীকপা মঙাল অমা উরম্মী। মহাক্না অসুম অসুম চঙশিল্লকপা মতমদদি অপীকপা মঙাল অদু মুৎখিরম্মী। অমম্বদদি ঐখোয়না অকিবা ফাওই, অদুগা কিরবা মতমদদি ঐখোয়না ঈশ্বরবু য়াম্না য়ৌশন্না খল্লকই। মরম অদুনা মহাক্না খোলহৌনা "নমঃশিবয়া" হায়না হায়রক্লম্মী, অদুগা মদু তাবদা সাধু অদুনা মহাকপু কনানো হায়না হংলকখি। মহাক্না সাধু অদুদা থৌজালবিয়ু হায়দুনা খুরুমজরম্মী। অকোয়বদা লৈরিবা নুংশিৎ অদুতবু হোঞ্জিঞ্জরগা লোক্লুংদুদা হিংজরিবা সাধু অদুনা লাক্লিবা সাধক অদুগী পূক্লিংদুবু উবা ঙম্লম্মী। মহাক্না সাধক অদুদা হায়রক্লম্মী ঃ "নহাক্না হংলকপা ৱাহংগী পাওখুম কোন্না গীগে। হৌজিক্তা মুৎখিবা থাওমৈদু হান্না অমুক্তা চুখৎলুচো।" সাধক অদুনা মৈখেৎ উপু অমা লৌরগা থাওমৈ অদু চুখৎনবা হোৎনরম্মী, অদুবু চুখৎপা ঙমখিদে। মহাক্না গুরু (সাধু) অদুদা হায়জরক্লম্মী ঃ"মৈখেৎ মচৈ পূম্নমক লোয়খ্রে; অদু ফাওবদা ঐনা থাওমৈ চুখৎপা ঙমদ্রে।" সাধু অদুনা থাওমৈ অদুগী মনুংদা থাও য়াওরিব্রা য়েংউ হায়না হায়রক্লম্মী। থাওমৈ অদুগী মখুম হাংদোক্লগা য়েংলুবা মতমদা থাওমৈ অদুগী মনুংদা ঈশিং নত্তনা থাওদি য়াওরমখিদ্রে হায়না সাধক অদুনা সাধু অদুদা পাও পীজরম্মী। সাধু অদুনা মঙোন্দা থাওমৈ মখুম অদু হাংদোক্লগা ঈশিং অদু হৈদোকখ্রো, অদুগা থাও হাপচিল্লগা থাওমৈ অদু অমুক চুখত্তুনা য়েংউ হায়না হায়রকখি। সাধু অদুনা হায়বমখৈ সাধক অদুনা তৌরবফাওবদা থাওমৈ অদু চুখৎপা ঙমখিদে। অদুদগীদি সাধু অদুনা হায়রক্লম্মী ঃ "থাউমৈগী দোশী অদু ঈশিং চোৎলম্বা য়াই, মরম অদুনা নহাক্না মদু লৌথোক্লগা ফজনা নুংশাদা ফৌদোকউ, অদুদগীদি দোশীদু অমুক হাপচিল্লগা থাওমৈদু চুখত্তুনা অমুক য়েংউ।" সাধক অদুনা সাধুনা হায়বদুমক তৌরবা মতুংদদি থাওমৈ অদু চুখৎলগা নীংথিনা ঙাল্লক্লম্মী।

মদুগী মতুংদদি সাধক অদুনা সাধু অদুদগী মহাক্কী ব্রাহংগী পাওখুম ফংননবা হোৎনরকখি। মদুদা সাধু অদুনা চপ-চাবা পাওখুমদি হৌজিক্তা মঙোন্দা পীখ্রেনা হায়না হায়রক্লম্মী। সাধক অদুনা অকোনবদা য়াম্না নোল্লুক্না হায়জরক্লম্মী ঃ"ঐহাক্কী খঙবা-ব্রাৎচবা অপঙবনিনা গুরুনা তাকপীখিবা পাওতাক অদুগী অর্থ অদু খঙবা ঙমজখিদে। মবম অদুনা গুরুনা চানবীদুনা অমুক্তাময়েক-শেংনা, শুগায়না তাকপীযু।" গুরু (সাধু) অদুনা হাযরক্লম্মী ঃ"নহাক্কী থম্মোয়গী পাত্রদা জীবগী দোশী লৈ। দোশী অদুবু নহাক্কী ইন্দ্রিয-মরাং হৌহল্লিবা অপাম্বশিংদা লূপশিল্লি। মবম অদুনা নহাক্লা জ্ঞানগী থাওমৈ চুখৎপা ঙমদে। নহাক্কী থম্মোয়গী পাত্রদগী অপাম্বগী ঈশিংদু হৈদোকখো, অদুগা মদুবু ঈশ্বরগী ভক্তিনা পীক থলহল্লু। জীবগী দোশী অদু লৌথোক্লো অদুগা মদুদগী অপাম্বগী মওংদা লৈরিবা ঈশিংদুবু শুমদোকখ্রগা বৈবাগ্যগী নুংশাদা ফৌদোক্লো অদুগা নহাক্কী থম্মোয়নুংদা ভক্তিগী থাও হাপচিল্লো। অদুদগীদি নহাক্লা জ্ঞানগী থাওমৈ থাঙ্গৎপা ঙম্লগনি।" [৭][১]

## মমলগী শরূক অনী ওইরকপা

নুপা অমখক্লা মহাক্কী য়াদবা খুদাং-ঘড়ি অমা শেম্নবা ঘড়ি-শেম্বা নুপা অমদা পীবম্মী। ঘড়ি-শেম্বা নুপা অদুনা ঘড়ি অদু য়াম্না অবিবা অমা ওইরে অদুগা মদু শেম্বদা পৈশা য়াম্না চংলগনি হায়না হায়রক্লম্মী। খুদাং-ঘড়ি অদু শেম্বদা য়ামদ্রবদা হান্নগী লৈরকপা মমল অদুদগী শরূক অনী ওইগনি হায়না ঘড়ি-শেম্বা নুপা অদুনা হাযরক্লম্মী। ঘড়ি-মপু অদুনা ঘড়ি অদুগী অশেম্মল অদু হান্নগী মমলদগী শরূক অনী ওইরবসু শেম্বীরো হায়দুনা ঘড়ি-শেম্বা নুপা অদুদা হায়রকখি। ঘড়ি-শেম্বা নুপা অদুনা ঘড়ি-মপু অদুদা হায়রক্লম্মী ঃ"নহাক্কী অতেক-অকায় য়াওরবা অমনবা ঘড়ি অসিবু শেম্বীযু হায়না ঐঙোন্দা কন্না হায়জিল্লক্লিবসিনদি নহাক্কী ঘড়ি অসে লাইবক-ফনীংঙাই ওইবা পোৎশক অমা ওইরম্বা তাই।"

ঘড়ি-শেম্বা নুপা অদুনা খুদাং-ঘড়ি অদুগী অমনবা মচাকমখৈ লৌথোক্লগা অহনবা মচাক ঙাক্তা মহুৎ শিন্দোক্লুনা ঘড়ি অদুবু শেম্লম্মী অদুগা ঘড়ি-মপু অদুদা পীবম্মী। ঘড়ি-শেম্বা নুপা অদুনা ঘড়ি অশেম্মল পীরো হায়রুবদা ঘড়ি-মপু অদুনা মঙোন্দা খুবাক্লা অনীরক থারকখি। ঘড়ি-শেম্ফম অদুগী মনাক্তা লৈরম্বা মী খরনা

মহাকপু পুলিসতা শীন্নরম্মী অদুগা পুলিসনা মঙোন্দা কবিগীদমক্তা ঘড়ি-শেম্বা নুপা অদুবু ফুরন্দরিবনো হায়না হংলকপা মতমদা মহাক্না হায়রক্লম্মী ঃ“সার! ঐহাক্কী ঘড়ি অসে ঐহাক্না লৈরকপা নত্তে, অদুবু ঐহাক্না নুপা অমদা খুবাক্না অমুক্তং থারগা মঙোন্দগী নমদুনা লৌরকখিবনি। ঘড়ি-শেম্বা নুপা অসিনা ঘড়ি অসি শেম্বগী মমলদি হান্নগী লৈরকপা মমলদগী শরূক অনী ওইগনি হায়না হায়বীখি। মবম অদুনা ঐহাক্না ঘড়ি-শেম্বা নুপা অদুদা খুবাক্না অনীরক থাজখিবনি।”

# ঈশ্বরদগী করি নিগদগে খঙদ্রবদি কান্নদে

অপাম্বনা অসুম অসুম হেনগৎলক্লিবমখে ঐখোয়গী থাজবসু হন্থবকই। ঈনাকখুনবা নুপা অমগী মচানুপী লৈশাবী অমখক লৈরম্মী। লৈশাবী অদুগী মনাতোল অদু য়াম্না নম্লম্মী অদুগা পীকসু পীক্লম্মী। নুপা ময়াম্না লৈশাবী অদুবু য়েংবা লাকখি অদুগা মখোয় খুদিংমক্না লৈশাবী অদুবু য়েংলম-য়েংলম্লগা, মরল-মথুম ময়াম অমা লৈজরবসু, পামদদুনা চৎনখি। মতম অদুদদি প্লাস্টিক সর্জরি তৌবা ঙম্বা মীসু লৈরমখিদে। মপা অদুনা নীংবকায়রবদা থোক্লবা অমা হেক্তা তৌরগে হায়না শেম-শাখি। মহাক্কী মচানুপী অদুবু লৌবা ঙম্বা নুপা অদুদা পৈশা মরাঙ-কাইনা পীগনি হায়না মহাক্না লৈবাক মীয়াম খঙননবা লাউথোক্লম্মী। মহাক্না মওং অমদবু ওইরে অমদবু ওইরে মহাক্কী মচানুপীবু লৌবিগদবা নুপা (বব) অমা ফংখি। লুহোংবা অদু য়াম্না নীংথিনা পাঙথোকখি। লুহোংলবা মতুংদা মতৈ-মনাও অনীদুনা ঈশ্বরবু খন্ননঙাই ওইবা মওং অমদা থাজবা হৌরক্লম্মী। মখোয় অনীনা লাইশঙশিংদা লাইখুকুম্বা চৎলম্মী, তীর্থযাত্রা কয়া তৌরম্মী অদুগা অশেঙবা তুরেলশিংদসু লূপ্লম্মী। মখোয়না ঋষি অমা থেংনরম্মী। ঋষি অদুনা মখোয় অনীদা হায়রক্লম্মী ঃ“নাতোল অদুবু শেম্বীরকপা মহাক অদুখক্তনা নাতোল অদুবু মহৌশাগী ওইনবা মচাংদা ওইহনবা ঙমগনি।” মখোয়গী মরল-মথুম ময়াম অমা লৈজরবসু মখোয়না নুংঙাইবা ফংবা শুকঙম-ঙম্লমখিদে। নুপী অদুনা মহাকপু মী অতোপ্পনা য়েংলগা করেম্নবোইদা খল্লম্মী। মীপোং-তাদবা চীংদা চৎলগা থা অমমুক চীক্না লৈরুসি হায়না মহাক্না মহাক্কী মপুরোইবদা হায়জরম্মী। মপুরোইবনসু য়াবিরম্মী অদুগা মখোয় অনী মীপোং-তাদবা চীং অমদা চৎলম্মী। নুপী অদুনা

মহাক্কী মনাতোল অদুবু মওং তাবা নাতোল অমা ওইহন্নীংলম্মী, মরমদুনা মহাক্না থৱায় য়াম্না যাওনা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌবা হৌরক্লম্মী। মরাইবক ফবদগী নুপী অদুগী মমাংদা শ্রীভগবাননা থোরক্তুনা মঙোন্দা হংলক্লম্মী ঃ"নহাকপু করি পাম্বগেনে?" নুপী অদুনা হায়জরকখি ঃ "ঐঙোন্দা অচৌবা নাতোল অমা পীনবীয়ু।" মহাক্না পাম্লিবা অচৌবা নাতোন্দু ফংজরো হায়না শ্রীভগবাননা নুপী অদুদা বর পীবিরম্মী। শ্রীভগবাননা হেক মাঙখিবগা নুপী অদুনা মহাক্কী মমায়দু মিংশেলদা য়েংলম্মী। মহাক্না মহাক্কী অচৌবা নাতোল অদু হেক য়েংলুবদা মহাক্কী হান্নগী নাতোন অদুদগী হন্দক্কী নাতোন অচৌবা অদুনা হেন্নদুম থীরম্মী। মহাক্না অমুক হন্না শ্রীভগবানদা হেন্না থৱায় য়াওসিন্না প্রার্থনা তৌজরকখি। শ্রীভগবাননা অমুক থোরক্তুনা নুপী অদুদা করিমুক পাম্বগে হায়না হংলকখি। মহাক্না মহাক্কী অচৌবা নাতোল অদু পামজদে, মদুবু মহাক্কী মমায়দা পানগদবগী শরুকপুদি নাতোল য়াওদবনা হেন্না ফৈ হায়না হায়রক্লম্মী। মহাক্না পাম্লিবদুমক ফংজরো হায়না শ্রীভগবাননা নুপী অদুদা বব পীবিবম্মী। খুদক্তা নুপী অদুগী মনাতোল শুকয়াও-য়াওখিদ্রে।

ঈশ্ববনা নহাক্কী নমাংদা লৈরগা নহাক্কা ঈশ্বরগা ৱা-ঙাঙনবগী তাঞ্জা ফংলবসু নহাক্না ঈশ্বরদগী করি নিগদগে খঙদ্রবদি কান্নদে। ⁅⁆

## ৱাহং অহুম

নিংথৌ অমনা মঙোন্দা লাকপা মীশিংদা ৱাহং অহুমখক হেক হেক হংলম্মী। অহানবা ৱাহংনা ঃ"মীশিংগী মনুংদা করম্বা মীনা খ্বাইদগী হেন্না ফবনো?" অনীশুবা ৱাহংনা ঃ"করম্বা মতমনা খ্বাইদগী হেন্না ফবা মতমনো?" অহুমশুবা ৱাহংনাঃ "থবকশিংগী মনুংদা করম্বা থবক্না খ্বাইদগী হেন্না ফবনো?" নিংথৌ অদুনা ৱাহংশিং অদুগী পা ওখুমশিংদু খঙবা য়াম্না পাম্লম্মী। নোংমগী নুমিৎ অমদা মহাক্না চীং-তম অমদি উমং-ৱামংদা কোয়চৎ-চৎলম্মী। মহাক্না আশ্রম অমা উরক্লম্মী অদুগা মফম অদুদা ঙাইহাক পোত্থাবা পাম্লম্মী। নিংথৌ অদুনা আশ্রম অদুদা য়ৌবা মতমদা সাধু অমনা করিগুম্বা পাম্বী খর ঈশিং চাইদুনা লৈরম্মী। সাধু অদুনা নিংথৌ অদু অহোয়নদুম চোকথরে হায়বা খঙলম্মী। মরম অদুনা মহাক্না

পাম্বীশিং ঈশিং-চাইবা লেপ্তুনা নিংথৌ অদুগী মনাক্তা চেনশিল্লম্মী অদুগা মঙোন্দা চাননবা উহৈ-ৱাহৈ খব অদুগা থক্লনবা অঈংবা ঈশিং খব পীবম্মী। মতম অদুমক্তদা হকচাঙগী মফম খুদিংদা শোক্লবা কনাগুম্বা নুপা অমবু অতোপ্পা সাধু অমনা আশ্রমদুদা পুশিল্লক্লম্মী। সাধু অদুনা মদু হেক উবগা নুপা অদুগী অশোকপা মফম খুদিংমক্তু চামথোক্লম্মী অদুগা অশোকপশিংদুবু ফহনবা ঙম্বা মনামশীংদগী শেম্বা হীদাক-লাংথক খবসু মঙোন্দা পীবম্মী। অশোকপা মী অদুগী অৱাকোক্লগাই ওইবা অথুম্বা বাহৈ কযাসু মহাক্লা মঙোন্দা হাযবীবম্মী।

নিংথৌ অদুনা সাধু অদুগী তৌবীমল উৎলম্মী। অদুগা সাধু অদুনসু নিংথৌ অদুদা আশীর্ব্বাদ পীবম্মী। নিংথৌ অদুদি মতম অদুফাওবদা বাহং অহুম অদুনা অৱাবা পীবম্মী। মহাক্লা সাধু অদুদগী ৱাহংশিং অদুগী পাওখুম ফংবা পাল্লম্মী। সাধু অদুনা হাযবক্লম্মী ঃ"বাহং অহুমদুগী পাওখুমশিংদি অদোম্না আশ্রমসিদা লেঙলকপা মতমদা ঐহাক্লা পাম্বীশিংদা ঈশিং চাইবম্মা অদুগা মদু ঐহাক্কী ইথৌ ওইবম্মী। মতম অদুদা ঐহাক্লা অদোম্বু উবগা ঐহাক্কী ইথৌ অদু থাদোকখি অদুগা অদোম্না থক্লবা ঈশিং অমদি চানবা উহৈ-বাহৈ পীখি। অতিথি সেবা তৌবা হাযবা অসে ঐখোযগী মীবোল মথং মথং হাযন খঙনবক্লবা কঙী অমনি। অদোমগী অৱাবা অমদি খৌবাংবা কোকহল্লিঙৈ মতম অদুদা অতোপ্পা কনাগুম্বা অশোকপা মী অমসু আশ্রমদা পুশিল্লকখি, অদুগা মবম অদুদগী ঐহাক্লা অদোম্বু সেবা তৌবগী ইথৌ অদু থাদোক্লল্লগা অশোকপা মী অদুগী মনাক্তা চৎলগা মহাকপু অমুক সেবা তৌবা হৌখি। অদোমদগী সেবা ফংজগে হাযনা লাক্লিবা কনানো অমা হেক্তো মতম অদুগীদি খ্বাইদগী হেন্না ফবা মীনি। মহাকপু সেবা তৌবগা পেলহনবা ঙম্বা থবক অমা হেক্তো মতম অদুগী খ্বাইদগী হেন্না ফবা থবক্লি। মহাক্লা কবিগুম্বা অফবা থবক খব তৌবা ঙল্লিবা "হৌজিক" হাযবা মতম অদুনা মতম পূম্নমক্তগী খ্বাইদগী হেন্না ফবা নত্রগা শেংবা মতমনি।" ▯▯

## করম্না ফত্তবা হৈনবী থাদোক্লনি?

সহব অমদা লৈবা নুপা অমনা আফিঙ-চাবা যাম্না হৈনবম্মী। অহানবদা মহাক্লা আফিঙবু চাবম্মী। অদুগা মমৈথংদদি আফিঙনা মহাকপু চাবকখি। মহাক্লা

মমৈথংদদি হৈনবী অদুবু থাদোকপা ঙম্লকখিদ্রে, অদুগা মতম পূম্নমক্তা পঙথদুনা লৈখিবম্মী। নোংমা ঋষি অমনা সহব অদু যেংনবগীদমক্তা লাক্লম্মী অদুগা মী মযাম অমদা পাওতাক পীবিদুনা মখোযগী পৃক্লিং অমদি হকচাঙ নুংঙাইহল্লম্মী। আফিঙ-চাবা নুপা অদুনসু ঋষি অদুগী পাওতাক ফংনবা হোৎনবম্মী। ঋষি অদুনা নুপা অদুদা আফিঙ চাবা থাদোক্লো হাযনা হাযবকখি। মদুদা আফিঙ চাবা নুপা অদুনা হাযবক্লম্মীঃ "ঐহাক্তী আফিঙ চাবদা হৈনখ্রবনিনা আফিঙ-চাবা লেপ্পা শুকঙম-ঙম্লবোই। ঐঙোন্দা পাওতাক খব পীবিযু।" ঋষি অদুনা আফিঙ-চাবা নুপা অদুদা মহাক্না নোংমদা চাগদবা আফিঙগী মচাঙ অদু পুবক্লগা মঙোন্দা উৎলু হাযবক্লম্মী। নুপা অদুনা নোংমর্গী চাগদবা আফিঙ অদুগী মচাঙগা মান্নবা চোক মতেক অমা ঋষি অদুনা থৌবাং তৌদুনা থম্লম্মী অদুগা মঙোন্দা হাযবক্লম্মী ঃ "নহাক্না চাবিবা আফিঙ অদু অদুম চাথবো, অদুবু নুমিৎ খুদিংগী চোক মতেক অদুগী অরুম্বগী মচাঙ অদুদগী হেন্না চাবা যাদে।" মদু তাবদা আফিঙ চাবা নুপা অদুনা যাম্না নুংঙাইবম্মী, অদুবু নুমিৎ খুদিংগী "ওঁ" হাযনা ব্লেক-বোর্ডতা চোক মতেং অদুনা অহুমলক ইবা তাবম্মী। অদুম হাযনা অদুম তৌবকপদা চোক অদুগী সাইজ (মচাও-মবাক) অদু নুমিৎ খুদিংগী হন্থবকখি, অদুগা নুপা অদুনা চাবিবা আফিঙগী মচাঙ অদুসু নুমিৎ খুদিংগী হন্থবকখি, অদুগা অবোইবদদি নুপা অদুগী হৈনবী অদু লৈখিদ্রে।

## মপাদা ভক্তি তৌরগা ঈশ্বরগী থৌজাল ফংগনি

মমা-মপাদি অউবা লাইনি হাযবসে শঙ্কবনা খঙলম্মী। নোংমা মহাক্কী মপানা যুম থাদোক্কুনা চৎলমদাইদা মচানুপাদা হাযবম্মী ঃ "ঐগী নুংশিববা ইচানুপা, ঐনা নুমিৎ খুদিংগী অঙন্বা খব কচ্চবগা ঈশ্ববু পূজা তৌই, অদুগা প্রসাদম অদু মীঙোন্দা যেম্থোকই। মবম অদুনা ঐহাক্না লৈতবা মতমদা নহাকসু ঐহাক্না পূজা তৌবদৌনা তৌকো।" শঙ্কবনা পূজা অদু শোযদনা তৌগনি হাযদুনা মপাগী মফমদা ৱাশক্লম্মী। মহাক্না তেঙ্গোৎ অমদা শঙ্গোম খব হাপ্লগা ইমা লাইবেম্বীগী বিগ্রহ-মূর্ত্তিগী মমাংদা থম্লম্মী অদুগা হাযবকখি ঃ"ইমা, ঐনা কচ্চবিবা শঙ্গোম অসে থকপীযু।" মহাক্না হন্না হন্না হাযজববসু ইমা লাবেম্বীনদি শঙ্গোম অদু থকপা কৌবা লৈখিদ্রে অদুগা তশেংনা থোক্লক্কুনা শকসু উৎলখিদ্রে। মহাক্না যাম্না

নীংবকায়রম্মী। মহাক্লা অমুক থম্মোয় শোক্লা হায়জরকখি ঃ"ইমা! ঐগী ইপানা নঙোন্দা কৎখিবা শঙ্গোমদি নহাক্লা নুমিৎ খুদিংগী থকপীখি। ঐহাক্লা কচ্চবিবা শঙ্গোম অসিবুদি ইমানা থকপীদ্রে। ঐহাক্লা কবি পাপ্পু তৌখ্রবগে?" লাইবেম্বী অদুনা পাওখুম অমতা পীরকখিদে। মহাক্লা থৱায় ফাওবা থারগে হায়না শেম-শারগা অমুক হায়জরকখি ঃ"ইপানা লাইরেম্বীদা শঙ্গোম কৎলু হাযবম্মী, অদুবু ঐনা কচ্চরিবা শঙ্গোম অসিবুদি ইমা লাইরেম্বীনা লৌবিদ্রে। ঐহাক শিবনা হেন্না ফরে।" মহাক্লা মপান্দা থোক্লুরগা মহাক মথন্তনা মথন্তদা নুঙনা থোমজিঞ্জরগা শিজনবা নুঙজাও অমা পুশিল্লক্লম্মী। জগৎকী মমা ইবেম্মনা শঙ্করগী পূকচেল শেংবা মতৌ অদুবু উবদা মহাকপু য়াম্না নুংশিরম্মী। মবম অদুনা খুদক্তা ইমা লাইরেম্বীনা মহাক্কী মমাংদা তশেংনা থোকপীরক্কুনা মহাক্লা কচ্চবিবা শঙ্গোম অদু লোইনা থকখিরম্মী অদুগা অহাংবা তেঙ্গোৎ অদু মহাক্কী মমাংদা থন্নম্মী। জগৎকী ইমা ইবেম্মনা থোকপীরক্কুনা শঙ্গোম অদু থকপীখিবা অদুদা নুপামচা অদুনা য়াম্না নুংঙাইজবম্মী, অদুবু অতোপ্পা মীদা প্রসাদম ওইনা য়েম্থোক্লবা শঙ্গোম তেঙ্গোৎ অদুদা কবিমতা লেমহৌখিরমদে। মচানুপা অদুনা খল্লক্লম্মী ঃ "ইপানা য়ুমদা হল্লকপা মতমদা শঙ্গোম (প্রসাদম) লৈরমদ্রবদি শঙ্গোম অদু ঐনা লোইনা থক্তোকখ্রে হায়না লান্না লৌদুনা ইপানা ঐঙোন্দা য়াম্না শাউরবা য়াই।" ৱাখল অদু খল্লুবদা মহাক্লা যাম্না কিরম্মী; মরম অদুনা মহাক্লা লাইবেম্বী অদুদা অমুক প্রার্থনা তৌজরকখি ঃ"ইমা লাইরেম্বী, ইপাদা পীনবা শঙ্গোম মরীক অমতা ওইরবসু পীনবিযু।" অদুবু লাইরেম্বী অদুদি থোক্লকখিদ্রে। মহাক্লা অমুক্কা হন্না পূকচেল শেংনা মথৱায় হেক ফুকপমখে হায়জরকপা মতমদদি লাইবেম্বী অদুনা খাঙবা ঙল্লক্তদুনা অমুক থোরক্লম্মী। লাইরেম্বী অদুনা মহাক্লা থক্তোকখিবা শঙ্গোম অদুবু অমুক হন্না ওথোক্কুনা পীবা য়াদবনিনা মহাক মশামক্কী খোম অদু তেঙ্গোৎ অদুদা পীকথন্না শুমথরক্লম্মী। শঙ্করনা লাইরেম্বী অদুগী খোম অদুবু মহাউ তংখি, অদুগা অথোইবা জ্ঞান অমদি লৌশিং ফংখি হায়না থাজনরি। মপাবু পেলহন্নবা কন্না হোৎনখিবা মরমনা মহাক্লা জগৎকী লাইরেম্বীগী থৌজাল ফংজখি।

মসিগী ৱারী অসিদগী ঐখোয়না তমগদবদি ঃ *ঐখোয়না ঐখোয়গী ইপাশিংদা ভক্তি তৌগদবনি অদুগা মখোয়গী য়াথংশিংবু চাঃননা অমদি থৱায়-য়াওনা ইনগদবনি। অদু ওইরবদি ঈশ্বরগী থৌজাল ফংগনি।* ❐❐

# অৱা-নুংঙাই শরুক য়ামিন্নবগী খুদম

মমাংঙৈদা বামদাসনা মহাক্কী শিষ্যশিংগা লোযননা লৱায় লম অমদা লাক্লম্মী। মহাক্কী তুংদা খব লাপ্তুক্লা লাকপা শিষ্য খবনা মহিহোন্বা চু-পান্বী মযাম অমা হৌবা লম্পাক অমা উবম্মী অদুগা মখোয়না মদুদা চঙশিল্লগা চু থেক্তুনা য়াম্না হাওনা চাবম্মী। চু-মপু অদুনা মখোযগী মতৌ অদু উবদা য়াম্না শাউবম্মী অদুগা অকনবা লীচৈ অমনা মখোযবু ফুরম্মী। মহাক্কী শিষ্যশিংনা অথুম্বা চু অদু চানীংলুবদগী অবানবা থবক অদু তৌরুবনি খল্লুবদা বামদাসকী মথৱায য়াম্না নুংঙাইখিবমদে। মথংগী নুমিৎ অদুদা মখোয়না সম্রাট শিবাজীগী কোনুং য়ৌরকখি। মফম অদুদা বামদাস অমসুং মহাক্কী শিষ্যশিংবু সম্রাট শিবাজীনা য়াম্না তবাম্না ওক্লম্মী। বামদাসনা ঈকুজগে হাযদুনা ফুবিৎ লৌথোবকপা মতমদদি মহাক্কী মনঙ্গলদা ঈ-নাই তাবা চৈফম মযাম অমা লৈবা উবম্মী। মদু উবদা সম্রাট অদুগী থম্মোযদা থুক লাওবা অমা ফাওরম্মী। মহাক্কী শিষ্যশিংদা ফুখিবগী চৈফমশিং অদু রামদাসকী মনঙ্গদা তারম্মী। মদুনা মমাংঙৈগী অথোইবা ঋষি অমগা মহাক্কী শিষ্যশিংগা অৱা-নুংঙাই শরুক য়ামিন্নবগী খুদম ওইবম্মী।

সম্রাট অদুনা চু-মপু অদুবু কৌরম্মী, মহাক্লা কিদুনা সম্রাট অমসুং গুরু বামদাসকী মমাংদা থক থক নীক্তুনা লৈবা মতমদা সম্রাটনা মহাক্কী গুরু রামদাসতা হায়বক্লম্মী ঃ"ঈকাইখুম্নজবিবা ঐহাক্কী গুরু, গুরুনা চু-মপু অসিদা পীনীংবা দণ্ডি পীবিরো।" অদুবু মহাক্কী গুরু বামদাসনা হাযবকখি ঃ "ঐহাক্কী শিষ্যশিংনা লানবা ঙাক্তনি। মখোয়না চু-মপু অসিগী চু হুরান্দুনা চারুবনি। চু-মপু অসিগী মরাল করিমতা লৈতে। মহাক্কী যাইফবদুম ওইরসনু। সম্রাটনসু মহাক্কী লৌ-ইংখোলগী খাজনা মতম পূম্বগী ওইনা কোকপীরো।"

সম্রাটকী গুরু রামদাসনা চু-মপু অদুদা বর পীবিখি। ⌷⌷

# ৱাহৈনা পূক্নিংবু ওলহনবা

গুরু অমখক্লা মহাক্কী আশ্রমদা মহাক্কী শিষ্য তরামুক্কা লৈমিন্নরম্মী। মহাক্লা মখোয়দা কান্ন-কান্নরবা পারা খর তম্বীরম্মী। আশ্রম অদুদা ফম অচৌবা পায়বা

অমদি শক্তি য়াম্না লৈবা নুপা অমা লাক্লম্মী। গুরু অদুনা নুপা অদুবু হৱাও-হৱাওনা ওক্লমখিদে। মদুদা নাপল্লবা নুপা অদুগী থম্মোয়দু শোক্লম্মী। মহাক্না গুরু অদুগী মনাকমক্তদা চঙশিল্লগা হায়রক্লম্মী ঃ "নহাক্না ঐ লাকপদা করিমতা থৌশাদ্রিবা করিগীনো? নহাক্না ঐহাকপু তরাম-তরাম্না ওকপীদে। নহাক্না তৌরিবসে করিনো? ঐহাকপু উশিত্ত্রিবজাৎলা?" গুরু অদুনা খুম্লক্লম্মী ঃ"ঐহাক্না ঐহাক্কী শিষ্যশিংদা কান্নবা পারা খর তম্বীবা অদুদা পূক্লিং-লূপ্লুবদগী তৌবনি, ৱারৌবিনু।" নুপা অদুনা য়াম্না শাউনা হায়রক্লম্মী ঃ "নহাক্না নহাক্কী শিষ্যশিংদা ৱাহৈনা কান্নবা পারাশিং তম্বীরগা মখোয়গী পূক্লিংবু ওলহন্দুনা মখোয়বু অফবা ওইহনবা ঙমগদ্রা?" গুরু অদু থৌনা ফগৎলক্লম্মী অদুগা হায়রকখি ঃ"হোয়, থাঙ্গৈশেংনমক, মখোয়বু ঐহাক্না তম্বীরগা মখোয়গী পূক্লিংবু ওলহনবা ঙমগনি।" নুপা অদুনা য়াম্না থাজদনা হায়রক্লম্মী ঃ"মদু ওইদবা ৱানি, ঐহাক্না মদু শুকথা-থাজদে।" অদুদগীদি গুরু অদুনা খুম্লক্লম্মী ঃ"নহাক্না মদু থাজদ্রবসু ঐহাক্তী ঐহাক্কী শিষ্যশিংদা কান্নবা পারা খর তম্বীখিনি।" ৱাহৈখক্না তম্বীরগা পূক্লিং ওলহনবা শুকঙম- ঙম্লোই হায়না নুপা অদুনা মরৈ কন্না যেৎলম্মী। হৈশিংলবা গুরু অদুনা মহাক্কী শিষ্যশিংগী মনুংদগী খ্বাইদগী নহা ওইবা অমবু লেপখৎহল্লম্মী, অদুগা আশ্রম অদুদা লাকপা নাপল্লবা নুপা অদুবু তাম্বোকখিনবা হায়রক্লম্মী ঃ"যেংউ! ঐগী নুংশিরবা শিষ্য! নহাক্না মফম অসিদা লাক্লিবা নুপা অসিগী মঙকশম পায়রগা থোঙ্গালফাওবা ইম্বোকখো।" মদু তাবদা নুপা অদু য়াম্না শাউরক্লম্মী অদুগা মমীৎশিং ঙাঙশং-ঙাঙলগা গুরু অদুবু ফুগে হায়দুনা চঙশিল্লক্লম্মী। অদুদগীদি গুরু অদুনা নোকমি-নোকমি তৌরগা হায়রকখি ঃ"মহাশয়, করি মরমদগীনো মহাশয়না অসুক য়াম্না শাউবিরিবসিবো? ঐখোয়না মহাশয়বু ফুখিবসু নত্তে; ঐখোয়না মহাশয়বু থোঙ্গালফাওবা নঙকশম পাযরগা ইম্বোকখিবসু নত্তে। অদোম্না শাউরিবসিগী মরমদি অতৈ করিশু ওইরম্লোই, ঐহাক্না ঐহাক্কী খ্বাইদগী নহা ওইবা শিষ্য অদুদা হায়খিবা ৱাহৈদুখক্তনা ওইরমগনি। ৱাহৈনা পূক্লিং ওলহনবা ঙম্লোই হায়না মহাশয়না হায়বীখিবা নত্র? ঐহাক্না ঐহাক্কী শিষ্যদা হায়খিবা ৱাহৈশিংদুনা অদোমগী পূক্লিংবু ওলহন্দুনা শাউরিবদি করিগীনো? মরম অদুদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্লে মদুদি ৱাহৈশিংনা পূক্লিংবু ওলহনবা ঙম্লোই হায়বসে লাল্লে।"

ৱাহৈশিংনা পূক্লিং লাংহনবা ঙম্মি; ৱাহৈশিংনা নুংশিহনবা ঙম্মি, অমসুং ৱাহৈশিংনা কনানোমগী থৌজাল হেক্তা ফংহনবা ঙম্মি। মরম অদুনা মালেম

অসিদা মরূপ-মপাং ওইবগী পূকচলে অদু য়োকখৎকে হায়ববদি ঐখোয়না খোইথুম্নরবা ৱাহৈশিং শীজিন্নগদবনি, যাম্না নুংশিনবা মওংদা ৱারী-ৱাতাই শান্নগদবনি অদুগা ধর্ম্মগা নত্রগা ঈশ্বরগা মরী লৈনবা ৱাফমশিং ঙাঙনগদবনি। অমরোমদনা ঐখোয়না কন্থা-কঞ্জানবা ৱাহৈশিং শীজিন্নরবদি মালেমসিদা মরূপ-মপাং ওইবগী পূকচেল য়োকখৎপা ঙম্লোই। ⁅⁆

# ঈশ্বরদা খুদিংমক শিন্নখো

ঈশ্ববদা খুদিংমক শিন্নখো। ঈশ্ববগী অনীংবা অমগী মখাদা থৌদোক খুদিংমক থোক্লিবনি। অৱাববু ওইবে, নুংঙাইববু ওইবে থোক্লক-থোক্লকপা থৌদোক খুদিংমকপূ ঐখোযনা যাগদবনি।

মতম অমদা যাম্না ঈনাকখুনবা লল্লোনবা নুপা অমা লৈবম্মী। মহাক্লা ঈশ্ববু যাম্না কিনা হিংলম্মী। মহাক্কী ধর্ম্ম যাম্না চেনবী মচানুপী অমসু লৈবম্মী। মপানা মচানুপী অদুবু লাযববা নুপা অমা ওইগে ওইযু নত্রগা শোযনাইববা নুপা অমা ওইগে ওইযু ঈশ্ববগা নক্লবা পাখণ্ড অমদা লুহোংবীবা পাম্লম্মী। মরম অদুনা মহাক্লা অদুগুম্বা লুহোংবগী বব নুপা অমা মসজিদনচিংবা ধর্ম্মগী মীশিংনা লৈবা মফম মফমদা থিবক্লম্মী। ইবাই নুমিৎ অমদা মহাক্লা মশক-মতৌ ফজরবা পাখণ্ড অমা মসজিদ অমগী মনুংদা থেংনরম্মী। মীয়াম পূম্নমক্লা মসজিদ অদু থাদোক্তুনা চৎথ্রবসু পাখণ্ড অদুদি খুরু-খুদক কুল্লগা যাম্না থৱায়-য়াওনা ঈশ্বরবু কৌদুনা কপ্লগা খুরুমজরম্মী। মহাক্লা পাখণ্ড অদুগী মনাক্তা চঙশিল্লগা মহাক্কী মচানুপীবু লৌবিয়ু হায়না হায়জবম্মী। মদুদা পাখণ্ড অদুনা হায়বকখি ঃ"ঐহাক্তী লায়রবশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী লায়রবা মীশক অমনি; ঐহাক্কী য়ুমসু য়াংলেন্দগী নোং য়ুদুনা কোকথক্তা নোং তাবনি, অদুগা য়ুমগী নুঙকুপ ঙাক্তা লৈবা লৈমায়দা ফম্বনি অমসুং হিপ্পনি। অসিগুম্বা লৈত-লায়ববা ফকির অমবু কনানা পাম্বীগদগে? ঐহাক্কী আধ্যাত্মিক্কী সাধনা অসিদা অয়েৎগা পীদ্রবা অদুগা ঐহাক্কী লৈত-লায়রগী ফীভম অসিদা ৱারবসু ৱানা লৈমিন্নরগে হাযনা যাববা কনাগুম্বী মীশক অমগদি লুহোংবা যাই।"

লল্লোনবা নুপা অদুনা পাখণ্ড অদুবু মহাক্কী মচানুপীগী মতাক-চপ-চাববা বর অমনি হায়না লৌখি অদুগা য়াম্না থুনা মখোয় অনী লুহোংখি। মহাক্কী মচানুপী

অদুনা মপুরোইবগী য়ুমদা লাক্লবা মতমদা য়ুমদুগী লৈমায়দু শেংদোকপা হৌরক্লম্মী। মচানুপী অদুনা মহাক্কী থৱায়না পামজবা নুপা অমা ফংজরে হায়দুনা য়াম্না নুংঙাইজখি, অদুগা মহাক মশামকসু ঈশ্বরগী লম্বীদা চৎচবা অমসুং আধ্যাত্মিক্কী শাজেল শান্নজবী নুপী অমা ওইজবা ঙম্লম্মী। মহাক্না লৈমায় অদুবু শুমজীৎনা শীত্তোক-হুমদোকপা তৌবা মতমদা কাচিন অমদা তল মচেৎ অমা য়াওবা পুখম অমা থেংনরম্মী। মদু উবদা মহাক্না মপুরোইবদা করিগী মদু মফমদুদা থল্লিবনো হায়না হংলকপা মতমদা মপুরোইবনা খুম্লক্লম্মী ঃ"ঐনা হয়েং ভিক্ষা নিবা চৎলুবদা ফংলকপা পোৎশিংদু ঐখোয় অনীনা চাবা কোন্নদবা য়াই হায়দুনা ঐনা মদু খাক্তুনা থম্বনি।"

মদুদা মহাক্কী নুপী অদুনা খুম্লক্লম্মী ঃ"ঐহাক্না নহাক্কীদমক খল্লুবদা ঈকাইজে। নহাক্না অ্যালাবু থাজবা য়ৌদে। অরাম-খৌবাংবা পোকহল্লিবা মহাক অদুনা ঐখোয়গী চানবা তলসু পীবিরোইদ্রনে? মসিগুম্বা মখলগী মীতা নহাক্না লৈমিন্নবা ঐহাক পামজদ্রে, ঙমজরোই। নহাক্না ঈশ্ববু অমদি ইবুংঙো মহাক্কী নুংশিহৈবা মতৌবু থাজদে।" অদুম হায়না হায়রম্লগা মহাক্না মহাক্কী মপুবোইবা ফকির অদুবু থাদোক্লম্লগা চৎখি। [১৭]

# থোংলিবা চীঞ্জাকপু শেংহন্দবা

অচুম্বা হায়বদু ফংননবগীদমক্তা পূক্লিং অমসুং বুদ্ধিবু শেংদোক্কে হায়রবদি ইহান-হেক হানবদা চীঞ্জাক্কী মরমদা চেকশিনবা তাই। সাধকশিংগীদমক্তদি মসি য়াম্না লূরবা ৱাফমনি। চাবগী সেবা তৌরিবা নত্রগা তৌরিবী অদুগী পূক্লিংদু শেংগদবনি। মদু নত্রবদি চারিবা মীদুনা ধর্ম্মগী লম্বী চৎপদা সেবা তৌরিবা নত্রগা তৌরিবী মীদুগী ফত্তবা ৱাখলশিংগী খঙবদা লুরবা শাহুমশিংনা খোঙদারগনি।

মালুর কৌবা মফম অমদা ধর্ম্ম লৈবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিত অমা লৈরম্মী। মহাক্না মতম লৈবা খিবিক্তা ঈশ্বরগী পূজা তৌরম্মী অমসুং ধ্যান তৌবদা পূক্লিং য়াম্না চঙলম্মী। লমচৎ-শাজৎ ফজবগীদমক্তা মহাকপু মায়কৈ থুংনা খঙনরম্মী। নোংমগী নুমিৎ অমদা নিত্যানন্দ কৌবা সন্ন্যাসী অমনা ব্রাহ্মণ পণ্ডিত অদুগী য়ুমদা ভিক্ষানিবা লাক্লম্মী; মদুদা ব্রাহ্মণ অদুনা অঙকপা ফংনা নুংঙাইজরম্মী। মহাক্না মথংগী নুমিত্তা

সন্ন্যাসী অদুবু চাক চামিন্নরগা ঈকায়খুম্নবা উচ্চগে হায়দুনা হায়জরম্মী। সন্ন্যাসী অদুনসু য়াবীখি। মথংগী নুমিৎ অদুদা সন্ন্যাসী অদুবু তরাম-তরাম্না ওক্লবা থৌরাং নীংথিনা তৌরম্মী। অদুবু, খুদক্তা, মহাক্কী নুপী অদু মছা মাংলক্নুনা চাক-থোংবা য়ারকখিদে। য়ুমলোন্নবা নুপী অমনা চাক থোংখি। পূম্নমক নুংঙাইবা য়াবমখে নুংঙাইমিন্নদুনা চাক চামিন্নখি; অদুবু সন্ন্যাসী অদুখক্লদি পুখম মনাক্তা লৈরিবা লুপাগী তেঙ্গোৎ অদুবু হুরাল্লগে হায়না খল্লকখি। মদুগী ফত্তবা ব্রাখল অদুনা ইন্সিনবদগী সন্ন্যাসী অদুনা লুপাগী তেঙ্গোৎ অদু মহাক্কী অচোনবা ফুরীৎ অদুগী মনুংদা লোৎসিল্লগা পুখি। মহাক্না তৌরুরিবা হুরানবগী থবক অদুগী ফত্তবদু খল্লুরগা মহাক্না অহিং অদু তূম্বা শুকয়া য়াখিদে। মহাক্না ব্রাহ্মণ অদুগী ময়ুমদা চৎলগা মহাক্না হুরাল্লকপা তেঙ্গোৎ অদু পীশিল্লম্মী, অদুগা ব্রাহ্মণ অদুগী মখোঙদা তুদুনা অনুতাপকী পি মখজায়শিংদা শীন্থরগা "ঙাকপীয়ু" হায়জরম্মী। মী পূম্নমক্না মহাক্কী মতৌ অদু উবদা য়াম্না ঙক্লম্মী। মখোয়গী মরক্তগী কনাগুম্বা মীশক অমনা হায়রক্লম্মীঃ " মহাক্না তৌরুরিবা অকায়বদু কনাগুম্বা মীশক অমনা থোংবা চীঞ্জাক চারুবদগী শোয়দনা ওইরমগনি। সন্ন্যাসী অসিদি অদুক্কী মতীক মরাল লৈরম্লোই।"

মখোয়না য়োমলোন্নবী নুপী অদুগী মপুক্সিদা থোকখিবা থৌদোক পরেংদু নৈনরুবদদি মহাক অদু নমহৎপা ঙমদ্রবা হুরানবী অমা ওইরমখি। মঙোন্দা লৈরিবা উবা ফংদবা হুরানবগী ঈহুল অদুগা মহাক্না থোংলিবা চীঞ্জাক অদুগা শম্নরুবদগী চীঞ্জাক অদু শেংহনখিদবনি। *মরম অদুননি সাধকশিংনা আধ্যাত্মিক্কী অৱাংবা থাক অমা কাখৎলকপা মতমদা উহৈ-ব্রাহৈশিং অমদি লৈনুংদা লৈবা আলুনচিংবা পোৎশিংখক্তা চারগা হিংগদবনি হায়না পাওতাক্লরিবসে।* ❑❑

# লুচিংবশিংগীদমক্তা তাকপীবা খুদম

হৌজিক্কী মতম অসিদা লুচিংবশিংনি হায়দুনা লৈরিবা মীশিংসিনা অফবা থবক তৌদুনা লৈবাক্কী সেবা তৌনখিদ্রে; মরম অদুনা মালেম অসি য়াম্না মফম মরাং খঙদবা মওং অমদা লৈরে। মতাং অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী ব্রারী অমা নীংশিংবা য়াই। নোংমগী নুমিৎ অমদা শ্রীকৃষ্ণনা মমান্নবশিংগা ষণ-শেনবা চৎলুগে হায়না মমাদা হায়জরক্লম্মী। মতম অদুদা মমানা হায়রকখি ঃ"ইচা ইবুংঙো, ঙসিদি চৎখিনু।

উমংদা নহাক্না খোঙউপ তোংদনা নখোঙনা চৎলবদি থোৎলবা নখোঙ অদুদা তিংখং য়ুগনি। লিল ময়াম অমসু উমং অদুদা থেংনবা য়াই। উমংদা নত্রগা লমহাংদা ষণ-শেনবা চৎকদবা ওইরবদি নখোঙশিংদুদা খোঙউপশিং তোংশিল্লবদি য়াম্না ফগনি। হয়েংদি শোয়দনা নহাক্কী খোঙউপশিং অদু শেম্বা লোইরগনি অদুগা শীজিন্নবা য়ারগনি। মরমদুনা হয়েংদগীদি নহাক্না উমংদা ষণ-শেনবা চৎপা য়ারে।" খুদক্তা শ্রীকৃষ্ণনা মমাদা হংলক্লম্মী ঃ"ইমা! ইমানা ঐবু কৌবা মতমদা করি হায়না কৌবগে?" মমানা খুম্লক্লম্মী ঃ"নহাক্কী নমিং "গোপাল" কৌই, মরম অদুনা ঐনা নহাকপু "গোপাল" হায়না কৌইনে।"

"গোপাল" হায়বা মিং অসিনা ষণ-শেনবা মীবু খঙহল্লি। শ্রীকৃষ্ণনা মমাদা হায়রক্লম্মী ঃ"ঐহাক্না ফংজরিবা "গোপাল" হায়বা মিংথোল অসে ঐহাক্না ষণ ময়াম অমা শেনবগী অমদি ষণশিংগী লুচিংবা অমা ওইবগী ফংজবনি। ষণশিংনা ঐহাকপু মখোয়গী লুচিংবা অমা ওইনা খনবীবনিনা মখোয়না ঐহাক্কী তুং-ইনগনি। ঐহাক্না মখোয়গীদমক্তা করিগুম্বা খর তৌরবদি মখোয়নসু ঐহাক্কীদমক্তা করিগুম্বা খর শোয়দনা তৌজরক্কনি। ষণশিং অদু খোঙউপ তোংদে, মরম অদুনা ঐহাকসু খোঙউপ তোংলোই। ঐহাক্না খোঙউপ তোংলবদি ষণশিং অদুনসু মখোয়গী লুচিংবনা খোঙউপ তোংলবনিনা খোঙউপ তোংনীংলক্কনি।" মহাক্না ঙাক-শেঞ্জরিবা ষণশিং অদুবু খোঙউপ য়াওদনা চৎহল্লগা মহাক্না খোঙউপ তোংদুনা চৎপদি শ্রীকৃষ্ণনা পাল্লমখিদে। মসিনি লুচিংবশিংগীদমক্তা লুচিংপুরেন শ্রীকৃষ্ণনা তাকপীবা খুদমসে।

ঈশ্বরনা মীওইবগী মওং লৌরগা অবতাব তৌরকপা মতমদা মীশিংনা মহাক্কুম্না ফজবা শাজৎ চৎননবা হোৎনরকই। ▯▯

## ফত্তবা হৈনবী অমখক্তদি থাদোকউ

লমচৎ-নাইদবা নুপা অমনা আধ্যাত্মিক্কী লম্বীদা চৎলগে হায়দুনা গুরু অমগী মফমদা চঙজরম্মী। গুরু অদুনা মঙোন্দা মহাক্কী ফত্তবা হৈনবীশিংগী মনুংদগী অমখক্তদি থাদোকউ হায়না হায়রম্মী। মহাক্না গুরু অদুগী য়াথং ইনবা ওইনা মহাক্কী ওইদবা ঙাঙবগী হৈনবী অদুখক্তি থাদোক্লগে হায়না মপূক্লিংদা চপ-য়ুংনা নীংখি।

অহিং অমদা মহাক্না মখোয়গী লৈবাক অদুগী কোনুংদা হুরানবা চৎলম্মী। মহাক্না কোনুং অদুগী হেকোন-লৈকোনগী মরক্তা লৈবা লৈতেম মান্নবা লম্বী অমদা অতোপ্পা মী অমা থেংনবম্মী। অতোপ্পা মী অদুনা মহাক মশামক হুরানবা মী অমনি হায়না মঙোন্দা খঙহল্লক্লম্মী। মখোয় অনীনা নিংথৌগী লঙ্গে অদুগী শোশিং অদু হাংদোক্লম্মী অদুগা মখোয় অনীনা মদুদা লৈরম্বা হীরামখৈ হুরাল্লগা য়েন্নরম্মী। অতোপ্পা মী অদু কনাসু ওইরমখিদে, লৈবাক অদুগী নিংথৌ মশামক ওইরম্মী। মহাক্না হুরানবা অমনি হায়না তৌশিন্নখিবনি অদুগা লঙ্গে অদুগী শোশিং অদু কদাইদা লৈবগে হায়বসু মহাক্না নিংথৌ মশামক ওইবনিনা খঙখিবনি। হীরাশিং অদু য়েন্নরকপা মতমদা মীনম-শোরিদ্রবা হুরানবা অদুনা নিংথৌদুগী হীরামখৈ মখোয়না লোয়না পুথোকখ্রবদি নিংথৌ অদু পূমমাঙ-মাঙজরেদো খল্লুবদা নিংথৌদুগীদমক্তা ৱাবীরম্মী। মরম অদুনা মহাক্না অতোপ্পা হুরানবা (নিংথৌ) অদুদা হীবা অমদি নিংথৌদুগীদমক্তা থম্বীবল্লসি হায়না হায়রক্লম্মী। অদুগা মদুগী মতুংইন্না হীরা অমা নিংথৌদুগীদমক্তা থম্বীরম্মী।

মথংগী অয়ুক্তদি নিংথৌগী লঙ্গে অদু লুট তৌখ্রে হায়বা খঙনবকখি। নিংথৌ অদুনা মহাক্কী মন্ত্রী অমা কৌরগা মহাক্কী লঙ্গে অদুদগী করি করি লুট তৌখ্রবগে য়েংউচো হায়না যাথং তাওথরকখি। মন্ত্রী অদুনা হুরানবশিংনা থল্লম্বা হীরা অমখক্তু থেংনরম্মী। মহাক্না লোন্না ময়াম অমতা খঙহন্দনা হীরা অদু মহাক্কী ফুরীৎখাউদা হাপচিনখিরম্মী অদুগা নিংথৌ অদুদা হীরা পূম্নমক হুরানবশিংনা পুখ্রে হায়না পাও পীরম্মী।

নিংথৌ অদুনা মীনম-শোরিদ্রবা হুরানবা অদুগী লৈফম অমদি মমিং হৌখিবা অহিংগী পোৎয়োম অমমম থোঙ্গৎনরগা মখোয় অনী কায়নরমদাইদা খঙহৌখি। মরম অদুদগী নিংথৌ অদুনা মীনম শোরিদ্রবা হুরানবা অদুবু মী থারগা কৌহল্লম্মী। অদুগা নিংথৌ অদুনা মঙোন্দা হীরাশিং অদু হুরানব্রা হায়না হংলকপা মতমদা মহাক্না খুল্লমক্লম্মী ঃ"ইনিংথৌ! ইনিংথৌগী হীরা পূম্নমক ঐহাক্না অমদি অহিংদুদা থেংনখিবা মশক খঙদবা হুরানবা অমগনা হুরানমিন্নখি, অদুবু হীরা অমদি ইনিংথৌগীদমক্তা থমজরমখিবনি।"

হীরা অদু মন্ত্রী অদুগী ফুরীৎখাউদগী ফংলম্মী। নিংথৌ অদুনা মন্ত্রী অদুবু ওইদবা হায়বগী মফম লৌথোক্লম্মী, অদুগা মহাক্কী মহুত্তা মীনম-শোরিদ্রবা

হৢরানবা অদুবু মন্ত্রী ওইনা হাপ্লম্মী। মন্ত্রী ওইখিবদগীদি মীনম-শোরিদ্রবা হৢরানবা অদুনা মহাক্কী ফত্তবা হৈনবী পূম্নমক থাদোকখি, অদুগা মহাক্কী গুরুবু মহাক্কী ধর্ম্ম লৈবা লৈঙাক্লা পেলহনখি।

## ধর্ম্মনা জয়

পুণ্যগী মশক ওইরবা শেংলবা লান্‌ফম কুরুক্ষেত্রদা পাণ্ডব অমসুং কৌরবকী লাম্মী তেঙ্গোল অনীনা লালগীদমক্তগা পৈনরম্মী। শগোল-লাম্মী, শামু-লাম্মী অমসুং খোঙ-লাম্মী ময়াম অমা লাঙ্গোক্লনীংবগী ৱাখলগা লোয়নরগা লাঙ্গোক্লনবা শেম-শানরম্মী। লালগী মোইবুংশিং, ঢলশিং, অপীকপা ড্রমশিং, বেঙ্গুনশিং অমদি পেরে-শিঙ্গাশিংনা ইখঙ-খঙহৌদনা খোঙ্গৎনরক্লম্মী। অপূনবা মখোল অদুনা মফম-মরাং খঙদবমখৈ পূমনিল-নিল্লম্মী।

পাণ্ডব মচিম্নমনাও মঙাগী অহল ধর্ম্মরাজনা খুদক্তা মহাক্কী খোঙউপ অমদি লালগী হৢক্কন-ফুরীৎ লৌথোক্লগা য়েক্লবা কৌরবকী লাম্মী তেঙ্গোলবু ঙাকশেল্লিবা মবুধৌ ভীষ্মগী মনাক্তা চঙশিনখি। মদুবু কৌরব মচিম্নমনাও চামাগী অহল দুর্য্যোধন্না উরম্মী। মদু উবদা মহাক্লা অদুক্কী মতীক নুংঙাইরম্মী মদুদি ধর্ম্মরাজদি লাঙ্গোক্লরগা ঈহিং-নাহিং তাহনবা পামদবনিনা কৌরবতা চঙজরক্লবনি হায়না খল্লক্লম্মী।

ধর্ম্মরাজগী মচিম্নমনাও মরিদুনসু য়াম্না ঙক্লম্মী। অদুবু কৌরবকী হেরো ওইরিবা ভীষ্মনদি কৌরবনা মায়পাক্কনি হায়বা থাজরমখিদে। ধর্ম্মরাজনা কৌরবকী মায়য়োক্তা থৌনাফনা লেপখিবা থৌদোক কয়া মহাক্লা নীংশিংলকখি। ময়াম্বনা তৌরিবদু অর্জ্জুন্না য়াম্না ঙক্লা অমদি শাউনা য়েংলম্মী। মনাও অতোনবা অনী অদুদি উপায় লৈতবনিনা খোম্থোক্তনা লৈরম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী দোলাই মথক্তগী ফীভম মতাদু য়েংলম্মী। মহাক্লা ধর্ম্মরাজগী মনাও মরি অদুদা ময়াম্বগী মতুংইল্লু অদুগা মহাক্লা তৌ হায়বদু তৌ হায়না পাওমেল্লক্লম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকখিঃ "হৌখিবা চহি অয়াম্বসে নখোয়না নয়াম্বা অহন্দা ভক্তি তৌরকই, অদুগা মহাক্কী মতুং ইল্লকই। হৌজিকসু অদুমহায়না তৌ। নীংজিং-মাংজিংনগনু, চিংনগনু।" ধর্ম্মরাজদি ধর্ম্মগী শাবাল্লবা ফীভম অদুমক ওইরম্মী। মহাক্লা অচুম্ববু খঙলম্মী, লাক্লীং-লাক্লীংবা ফলশিং লাকচরবসু মহাক্লা অচুম্বনি হায়না খল্লবা থবক অদুদি তৌরম্মী। ধর্ম্মবু ইল্লিবা মীশিংবু ধর্ম্মনা কনবীগনি হায়বসে মহাক্লা খঙলম্মী। বেদনা য়াদবা থবক অমতা মহাক্লা তৌরমখিদে। মহাক্লা অরানবা খোঙথাং অমতা

থাংখিদে। ভীষ্মগী মমাংদা খুৎ লোন্নরগা লেপ্তুনা মকোক নোল্লগা ধর্ম্মরাজনা হায়জরকখি ঃ“ইবুধৌ! ঐখোয়দি ইপাগী নুংশিবা ফংবগী তাঞ্জা অদু ফংজহৌদ্রবনি, মহাক্তী য়াম্না ঙন্না শিখি। ইবুধৌনা ঐখোয়বু অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা য়াম্না নুংশিনা অমদি চেকশিন্না য়োকপীরকপনি, অদুগা ঐখোয়না ঙসি ওইরিবসিসু ইবুধৌনা ওইহনবীরকপনি। ইবুধৌগী মায়য়োক্তা ঐখোয়না লাম্সোক্লবগী হক লৈতে, অদুবু বিধিনা তম্লকপনা হৌজিক্তি ইবুধৌগা ঐখোয়গা লাম্সোক্লবা তারেদো। ঐখোয়বু ঙাকপীয়ু। হৌজিক ইবুধৌগী মায়য়োক্তা খুৎলায় থাঙ্গৎনবগী য়াথং পীনবিরো”।

ধর্ম্মরাজগী নোল্লকপা মতৌ অমদি ধর্ম্মবু উরগা ভীষ্মনা অঙকপা ফংনা নুংঙাইজরম্মী; বিধিনা তম্লকপদু খম্বরুরগা মহাক্কী মমীত্তা মপি শীম্বরকখি; অদুগা মহাক্না ধর্ম্মরাজদা বব পীরক্লম্মী ঃ“ধর্ম্মরাজ! নহাক্তী মতম পুম্নমক্তা অমদি ফীভম পুম্নমক্তা ধর্ম্মদা পুক্নিং-থিংজিন্দুনা লৈবনি, ধর্ম্ম কায়দবনি। কয়াদা ফজখ্রবা খুদম অমা নহাক্না তাইবং-সংসার অসিদা থম্লম্লবনো! নহাক্না চৎলিবা ধর্ম্ম অসিমক্না নহাকপু লান্দা মাযপাকহনগনি।”

মথংদা ধর্ম্মরাজনা পাণ্ডব অমসুং কৌরব অনীমক্কী মচিম্মনাওশিংবু লীরুং-তেন-কাপ্পগী মহৈ তম্বীখিবা গুরু অদুগা মতম অদুদনা কৌরবকী লাম্মী তেঙ্গোলগী সেনাপতি ওইরিবা দ্রোণগী মখোঙদা তুরগা হায়জরক্লম্মী ঃ “ঈকাইখুম্নবদা খ্বাইদগী হেন্না মতীক চাববা গুরু! ঐখোয় ইচিন-ইনাও মঙাসে গুরুগী ছাত্র ঙাক্লনি। মতৌ করম্না ঐখোয়না গুরুগী মাযয়োক্তা খুৎলায় পাযখত্তুনা লাম্সোক্লগদগে? অদুবু মতমনদি থাঙ্গৈশেংনমক শেবান্ননা চৎখ্রেদো! অরানবা অসিগীদমক্তা ঐখোয়বু ঙাকপীয়ু। হৌজিক্তি গুরুগা ঐখোয়গা লাম্সোক্লবগী অয়াবদু পীবিবো।” ধর্ম্মরাজনা অদুম্না থৱায় য়াম্না য়াওনা হায়জরকপদুদা গুরু দ্রোণগী মথম্মোয়দু পেথখিরম্মী। গুরু দ্রোণনা খম্বরকখি ঃ“আঃ কয়াদা মতীক চাখ্রবা অমদি ফখ্রবা ধর্ম্মরাজনোসে! লাম্সোক্লরমদাই মীৎকূপ অসি য়ৌরফাওবদা মহাক্না ধর্ম্মগী পাউতাকশিং অদুবু চপ-চানা ইল্লি।” ৱাখল অদুদা গুরু দ্রোণগী তু খ্যাও খ্যাও চুংলম্মী। মহাক্না ধর্ম্মরাজবু চেজেৎ-কোন্সিল্লম্মী অদুগা হায়রকখি ঃ “ইচানুপা! নহাকপু ঐহাক্না ঐহাক ইশামক্কী ইচানুপা অশ্বত্থামাদগী হেন্না নুংশি। ঐহাক্না ইথৌ অমা ওইনা ঐগী ইচানুপা অশ্বত্থামাগা লৈমিন্নবগী ৱানি, অদুবু নুংশিবগী থৌরীনদি ঐহাকপু নখোয়রোমদা চিংশিল্লি। নখোয় পুম্নমক ঐহাক্কী ইচা ঙাক্তনি, মরমদি ঐহাক্না নখোয়বু নুংশি। নহাক্কী অচুম্বনা জয় ওইগনি। জয় ওইরো।”

**পাণ্ডবনা লান্দা জয় ওইখিবসে ধর্ম্মগা শম্নখিবদগীনি।** [৷৷]

# শিনীংবদগী হিংনীংবনা হেন্না কল্লি

শীঙ-য়ানবা নুপা অমা লৈরম্মী। মহাক্না নুমিৎ খুদিংগী উমংদগী শীঙ-য়াল্লগা শীঙবুল অমমম পুরক্লম্মী অদুগা অনকপা খুঙ্গং অমদা য়োল্লগা মহাক্কী নুপী-অঙাং থাক্লম্মী। নোংমগী অয়ুক অমদা মহাক্না মহাক্কী খাংপোকশঙদগী হেক থোরকপগা মহাক্কী নুপীনা মথংগী নুমিত্তদি মখোয়গী চহি হৌবগী হরাও-কুম্মৈ তৌগনি হায়না নীংশিংলম্মী অদুগা হেন্না লূম্বা অচৌবা শীঙবুল অমা পুরকউ হায়রকখি। মহাক্কী নুপীগী ৱাখলদি হেন্না লূম্বা অচৌবা শীঙবুল অমা মহাক্না পুরক্লবদি মদু য়োল্লগা পৈশা হেন্না ফংগনি অদুগা চহি হৌবা নুমিৎ অদুগী ওইনা মচাশিংদা হেন্না হাওনা পীজবা ঙমগনি হায়বসি ওইরম্মী। মহাক্কী নুপানা "হোয়" হায়না হায়রল্লগা চৎখি।

মহাক্না শীঙ ময়াম অমা য়াল্লম্মী অদুগা য়াম্না চাউবা শীঙবুল অমা মকোক্তা থোঙ্গত্তুনা পুরগা ৱানা লাক্লম্মী। মহাক্না পোৎলূম অদু পুরগা লম্বীদা চৎপদা য়াম্না চোকথরম্মী, মরমদুনা মহাক্না খুঙ্গং য়ৌদ্রিঙৈদা শীঙবুল অদু লৈমাযদা থাদরম্মী। ৱামনখিবদগী মঙোন্দা শিনীংবগী তাঞ্জা অমা লাকখি। মহাক্কী অৱাবদু কোক্লনবা মহাক্না "শিবা" কৌবা লাইবু কৌরক্লম্মী। মহাক্না কপ্ল-কপ্লগা হায়জরকখিঃ "ওঃ যমরাজ! নহাক্না ঐবু থৌজালবিররোইদ্রা? ঐহাক্তী য়াম্না ৱারেদকো। করিগীনো নহাক্না ঐহাকপু অসুক কুইনা কাউবিরিবসিবো? ঐহাক শিনীংলে। ঐহাক্না নুমিৎ খুদিংগী অৱাবা থবক শুরিবসে ৱামল্লে, তোক্লগে। ঐবু লৌশিনবীরো।" যমরাজনা মহাকপু নুংশিবিরম্মী। মবম অদুনা মহাক্না নুপা অদুগী অনীংবদু থুংহনগে হায়দুনা উনঙাই ওইবা মওংদা থোরক্লম্মী (শক-উৎলম্মী)। অদুবু শীঙ-য়ানবা নুপা অদুনা খুদক্তা মহাক্না হায়খিবগী মতুংইন্না হায়রকখিদ্রে।মহাক্না নীংবকায়বদগী শিজরগে হায়দুনা যমরাজবু কৌরুরবসু মহাক্না মতম অদুদদি শিনীংঙকখিদ্রে। মহাক্না হায়রকখি ঃ"নত্তে, নত্তে, মফম অসিদা লৈরিবা শীঙবুল অসে খর থোঙ্গৎপীয়ু হায়দুনা কৌজবনি। মদুখক্তগীনি ঐহাক্না নহাকপু কৌজবদি। পোৎলূম অসি থাঙ্গৎপদা মতেং পাংবিয়ু অদুগা ঐগী কোকথক্তা থোঙ্গৎপীয়ু, ঐহাক্না ঐগী খুঙ্গংদা থুনা য়ৌজখিগে।"

*শিনীংবদগী হিংনীংবনা হেন্না কল্লি।* ▯▯

# ধর্ম্ম ওন্থোকপা

মী অমনা মহাক্কী পূন্সিগী খোঙচত্তা থবক অমা তৌবা লোইরগা অতোপ্পা অমমুক তৌই। অদুমহায়না অদুম কর্ম্ম হায়না খঙনদুনা মীওইবনা থবক তৌথনৈ।

মপূংফারবা লীলা-য়াওবা নুপা অমা লৈরম্মী। মহাক্না সন্ন্যাসীগী পার্ট লৌরগা নিংথৌ অমগী কোনুংদা লাক্লম্মী। নিংথৌ অদুনা মহাকপু অথোইবা লম্বোইবা অমা ওইনা লৌদুনা য়াম্না ৱাংনা ঈকাইখুম্নরম্মী, অদুগা মঙোন্দা সাধনা অমসুং দর্শন-শাস্ত্রগা মরী লৈনবা ৱাহং মখল মখল হংলম্মী। সন্ন্যাসীগী পার্ট লৌরিবা লীলা-য়াওবা নুপা অদুনসু ৱাহংশিং অদুগী পাওখুম য়াম্না নীংথি-নীংথিনা খূল্লম্মী। মদুদা নিংথৌ অদুনা য়াম্না পেল্লদুনা মহাক্কী মন্ত্রীদা সনাগী শেল-ময়েক পুখম অমা সন্ন্যাসী অদুদা পোৎকৎ ওইনা পীখো হায়না য়াথং পীরক্লম্মী। সন্ন্যাসী অদুনা মদু লৌখিদে। মহাক্না নিংথৌ অদুদা হায়রকখি ঃ"ইনিংথৌ! সন্ন্যাসী হায়বসিদি সংসারগী ওইবা পোৎশিংগী অপাম্বা অমতা লৈত্রবনি । ঐহাক্না সনাগী শেল-ময়েকশিংসে মীৎনা য়েংবফাওবা য়েংজনীংদে।" ৱাহৈ খরসি হায়রল্লগা মহাক্না শাউনা তফিং-তফিং চৎখিবম্মী।

মথংগী নুমিত্তা লীলা-য়াওবা নুপা অদুমক্না ধর্ম্মগী চৎনবীদা চেৎনা থাজরবী জগোইশাবী অমগী শক্লোন লৌরগা কোনুং অদুদা অমুক লাক্লম্মী, অদুগা নিংথৌ অদুগী মমাংদা জগোই য়াম্না ফজনা শারম্মী। নিংথৌ অদুনা মহাকপু য়াম্না থাগৎলম্মী অদুগা মহাক্কী মন্ত্রীদা পুখম অমগী মপোৎ ওইবা সনাগী শেল-ময়েকশিং পুরকউ হায়না য়াথং পীরকখি। মঙোন্দা সনাগী শেল ময়েকশিংদু পীরুবা মতমদা মহাক্না মদু লৌও হায়বা য়াখিদে। মহাক্না হায়রক্লম্মী ঃ"ইনিংথৌ ! ঐহাক্না মসিখক্তদি লৌরোই। ঐগী জগোইগী অউৎমন্না মসিদগী য়াম্না হেল্লি।"

নিংথৌ অদুনা জগোইশাবী অদুগী খোঞ্জেলদু তাবদা মমাংগী নুমিত্তা লাকখিবা সন্ন্যাসী অদুনা জগোইশাবী শারগা অমুক কোনুংদা লাক্লব্রা হায়না চিংনরকখী। মমৈথংদা মহাক্না চিংনরিবদুমক অচুম্বা ওইরকখি। নিংথৌ অদুনা জগোইশাবী অদুদা হংলকখি ঃ"ঙরাংনা ঐনা পীবা খুদোলপোৎ অদু লৌও হায়বা য়াখিদে, অদুগা ঙসিনা য়ামন্দে হায়রিবা করিগীনো?" লীলা-য়াওবা নুপা অদুনা পাওখুম পীরকখি ঃ"ঙরাংদি ঐহাক সন্ন্যাসী অমা ওইরম্মী, অদুগা হায়রিবা মওং

অদুদা খুদোলপোৎ অদু লৌদবনা ঐগী ধর্ম্ম ওইখি, অদুগা ঙসিনা ঐহাক জগোইশাবী অমা ওইরে, মরম অদুনা ঐগী কুম্মৈ য়েংবা পাম্বশিংদগী অঙন্বমখৈ লৌবনা ঐগী ধর্ম্মনি।" [illegible]

## লম্বীদা তাদুনা লৈবা তিংখং

পাখঙ অমগা য়াম্না মশক ফজরবী লৈশাবী অমগা য়াম্না নুংশিনবম্মী। মখোয় অনী লুহোংলম্মী। লুহোংবা য়াম্না নৌরিঙৈদা মখোয় মতৈ-মনাও অনীনা নুমিদাংৱাইরম অমদা খোঙনা তপ্পি-তপ্পি লম্বী অমদা চৎমিন্নবম্মী। লুহোংবা নৌরিঙৈদুদদি নুপা অদুনা মহাক্কী নুপীগী যাইফনবা য়াম্না খল্লম্মী। মখোয় অনী থংননা খোঙনা চৎমিন্নবম্মী। নুপা অদুনা লম্বী অদুদা তিংখং অমা তাদুনা লৈবা উরম্মী। মহাক্কী নুপীনা তিংখং অদু নেৎখিগদ্রা হায়দুনা মহাক্না মতম চানা তিংখংদু লৌখৎলগা হন্দোকখিবম্মী। নুমিৎ খবনিগী মতুংদা অমুক মখোয় অনীনা লম্বীদা খোঙনা চৎপা মতমদা তিংখং অমমুক নুপা অদুনা উবকখি। হন্দক্তী নুপা অদুনা মহাক্কী নুপীবু মখুৎ পাযরগা মতম চানা তিংখং য়ুদনবা চিংথোকপীরম্মী। থা তব্দক হৌখিরম্মী। মখোয় অনীনা অমুক খোঙনা লম্বী অমদা চৎমিন্নবা মতমদা নুপা অদুনা লম্বীদা অতোপ্পা তিংখং অমমুক তাদুনা লৈবা উরম্মী। হন্দকমুক্তি মহাক্কী মপুরোইবদুনা মঙোন্দা হায়রক্লম্মী ঃ"নহাক্কী লম্বীদা তিংখং অমা লৈবে, নখোঙদা য়ুগনি হন্দোকউ।" লুহোংবা নৌবিঙৈগী নুংশিনবদু অসুম অসুম হন্থরকখি। মতম অদুগী ফীভমদু ওইবকখিদ্রে।

মখোয় অনীনা লুহোংখিবদু চহি অমগী মমাং ওইরকখি। চহি অমা লৈমিন্নরবা মতুংদা মখোয় অনীনা অতোপ্পা মফম অমদা খোঙনা চৎপদা অমুক নুপা অদুনা লম্বীদা তিংখং অমা তাদুনা লৈবা উরম্মী। মহাক্কী নুপীনা তিংখং অদু উদবমখৈ চৎলম্মী। নুপা অদুনা মহাক্কী নুপীবু য়াম্না থীনা চৈরক্লম্মী ঃ"তিংখং অমা নমাংদা তাদুনা লৈরে। নহাকপু নমীৎ তাঙলব্রা? নহাকপু উবা ঙমদ্রব্রা?"

মতৌ করম্না চহি অমগী মনুংদা নুপা অদুনা মহাক্কী নুপীবু নুংশিবগী চাং হন্থরক্লিবনো হায়বদু খঙজিল্লু। [illegible]

# তপ্থখো, তপ্থখো!

সহব মচা অমদা শিগ্নীগা ঈনাক-খুনবা মীগা অনীগী মবক্তা লৈবা নুপা অমা লৈবম্মী। মহাক্কী নুপীদি ধর্ম্ম যাম্না চেল্লম্মী অদুগা মহাক্না মহাক্কী মপুবোইবদা প্রার্থনা অমদি ঈশ্বৰগী পূজা তৌনবগী মতম খবদং নোংমগী মনুংদা থম্বীযু হাযনা হাযজবম্মী। অদুবু মহাক্কী নুপানা মঙোন্দা শাউবপ্না হাযবকখি ঃ"নহাক্না হাযবিবদু ঐহাক্না যানীংদে। পৈশা তানবগী থবক যাম্না চিল্লিঙৈগী মতাং অসিদা অদুগুম্বা অৱা-পোকথোকপগী মতম শুক্লৈ-লৈতে। মতুংদা মতম মতীকচানা লৈবক্কনি। মদুদি হযেং অহল ওইবক্লবা, থবকশুবা ঙম্লক্ত্রবা মতমদা তৌবনা খ্বাইদগী হেন্না চানগনি।" ধর্ম্মদা মাযওন্সিনবী নুপী অদুনা মপুবোইবগী পাওখুম অদু তাবদা পূক্লিং-লৈতাবা ঙমখিদে। অদুমকপু মহাক্না মহাক্কী ৱা অদুবু মপুবোইবনা তাবিগদবা, অমদি যাইফনবগী মশক ওইবা খুদোংচাবা নুমিৎ অদুবু ঙাইদুনতা লৈখি।

চৈবক্তুদা মপুবোইবা অদু যাম্না শাথীববা লাযনা অমনা নাবক্লম্মী অদুগা মহাক্না চযোল খবগী ওইনা ফমুংদগী হেন্দোকপা ঙমখিদে। ডোক্টবশিংনা অনাবা মীদুদা নোংমগী হীদাক গুলি মচা মচা অহুম পীজগদবনি হাযনা তাকপীবম্মী। মহাক্কী নুপীনা হীদাক্কী গুলিশিং অদু মতম চানা চানা পীজগনি হাযনা যাখি অদুগা গুলিশিং অদুবু মহাক্না নীংথিজনা থমজিনখি; অদুবু মহাক্না গুলি অমফাওবা মপুবোইবদা পীর্জখিদে।

মহাক্কী অনাবা মপুবোইবা অদুনা মহাক যাম্না বাবে ডোক্টবশিংনা হাযবম্বা গুলিশিং অদু চাবগে হাযবক্লম্মী, অদুবু মহাক্না গুলিশিং অদু মঙোন্দা পীজদবমখৈ মহাক্না লেপ্পা ফিবেপ অদুদা লেঙদনা অদুম লৈবম্মী। মপুবোইবনা যাম্না থৱায-শোক্না হাযবকখি ঃ"নহাক্না ঐহাকপু হাৎলগে হাযবৱা?" মহাক্কী নুপী অদুনা খুম্লক্লম্মীঃ "ঙাইখো, খাইখো! অদুক্কী মতীক থুনা হেক্তা হীদাক চাগদবগী মবম কবিগীনো? নহাক্না নাবিবা লাযনা অদ্ হেন্না লূবকখিসনু, কবিগী হাথু হাথু হেক্তা হীদাক চাকগদগে? তপ্থখো, তপ্থখো! ঐহাক্না নঙোন্দা প্রার্থনা তৌ অমদি ঈশ্বৰ পূজা তৌ হাযজখিবা মতমদা নহাক্না হাযখিবগুম হীদাক/ গুলি চাগদবা মতমসু মতীকচানা লৈবি।" মপুবোইবা অদুনা মহাক মশামক্কি ফিবেপ অদু অপঙবগী ফিবেপনি হাযবা খঙজবকখি; মবম অদুনা মহাক্না মহাক্কী লম্বীশিং অদু শেমদোকচখি; অদুগা মদুনা মবম ওইদুনা মহাক্কী লাযনা মখল অনীমক ফখি। ৭।৭

# চীন অমসুং মীৎ

মতম অমদা লম্বোইবা অমা লৈরম্মী। মহাক্না মহাক্কী অহানবা শাজেল অমা ওইনা ৱাশক অনীখক ঙাক্কে হায়না লেপখি।

অহানবা ৱাশক ঃ থৱায়-পানবা জীব অমতগী ফাওবা মাঙনবা তৌদবা;

অনীশুবা ৱাশক ঃ ওইদবা ৱা ঙাঙদবা।

নোংমা মহাক্না অশোঙবা উমং অমগী মনুংদা হৌবা উ-পাম্বী অমগী মখাদা ধ্যান তৌদুনা লৈরম্মী। শজি অমনা শাদানবশিংবু কিদুনা মহাক্কী মীচিক-মীরাওখোল তাদবা লমগী যুম-মনীংদা লৈবা নিকুঞ্জবন অমদা চঙজফম লৌরম্মী। শাদানবশিংনা মীৎকূপ খরগী মতুংদা মহাক্কী মনাক্তা লাক্লম্মী। মখোয়না শজি অদু কদায়দা লৈখ্রবগে হায়না মঙোন্দা হংলক্লম্মী। খুম্ফম খঙদ্রবা লম্বোইবা অদুনা মীৎকূপ খরগী ওইনা মতা চাদবা ফীভম অমদা লৈখি।

মহাক্না শজি অদু নিকুঞ্জবন অদুদা চঙখিবা উহৌই হায়রুরবদি মখোয়না শজি অদু ফারগা হাৎখিগনি। অদু ওইরবদি মহাক্কী অহানবা ৱাশক অদু কায়গনি। শজি অদু কদায়দা লৈবগে খঙদে হায়না মহাক্না হায়রুরবসু মহাক্কী অনীশুবা ৱাশক অদু কায়গনি। মহাক্না ৱাশক অনী অদু কায়দনবা য়াম্না হৈশিংনা হোৎনরম্মী। মহাক্না য়াম্না মুন্না খল্লগা হায়রকখি ঃ"**উরিবা মীৎনা ৱা ঙাঙবা ঙমদে। ৱা ঙাঙলিবা চীন্না উবা ঙমদে।**" শাদানবা মীশিং অদুনা মঙোন্দা করিমতা হায়রমদনা তুমিন্না চৎখিরম্মী অদুগা মহাক্না শজি অদুবু কলহৌই। লম্বোইবা অদুনা ওইদবা ৱা ঙাঙখিদে। ▯

# হয়েং লাকউ

পূন্সিনা লৈরিবমখৈ ঐখোয়না ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙশিন্নবা মীৎকূপ খুদিংগী ওইনা সাধনা তৌগদবনি। ঐখোয়না ঈশ্বরগী মরমদা হেন্না লূথ-লূথনা খন্থরিবমখৈ ঐখোয়গী পূক্লিংসু ইবুংঙো মহাক্কী মনাক্তা অসুম-অসুম নকসিল্লক্কনি, অদুদগীদি পূক্লিংগী মীৎনা ঈশ্বরবু হেন্না হেন্না শেংনা উরক্কনি। ঈশ্বরগীদি পোকপা

অমসুং শিবা নত্রগা অহৌবা অমসুং অরোইবা হায়বদু লৈতে। ঐখোয় মীওইবদি ঙসি শিনি হয়েং শিনি খঙনবা নত্তে। হৌজিকমকসু লাইবক্লবু তল্লল্লবদি ঐখোয় হেক্তা শিবা য়াই। হয়েংফাওবা হিংগনি হায়বা কনানা খঙগনি ?

নোংমগী নুমিৎ অমদা লায়রবা ব্রাহ্মণ অমনা পাণ্ডব মচিম্মনাও মঙাগী খ্বাইদগী অহল ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরগী কোনুংদা লাক্লম্মী অদুগা মহাক্কী মচানুপী লুহোংবগী চঙগদবা শেলশিংদু পীবিনবা মহাক্কা ধর্ম্মরাজদা থৱায় য়াওনা হায়রজম্মী। ধর্ম্মবাজনা ব্রাহ্মণ অদুদা মহাক্কী মচানুপী লুহোংবগী দরকার ওইবা পূম্নমক পীগনি হায়না ৱাশক্লম্মী, অদুবু মহাক্লা ব্রাহ্মণ অদুদা মথংগী নুমিত্তা লাকউ হায়না হায়বম্মী। মদু হেক তাবদা মনাও ইবুংঙো পাঙ্গনবা ভীমনা অদুক্কী মতীক হরাওবম্মী অদুগা খুদক্তা লৈবাক্কী অঙম্বশিংদা যাথং তাওথরক্লম্মী ঃ“লৈবাক শীম্বুংনা ফীবাল চিংখৎলগা অমদি ড্রমনচিংবা যৈবগা নোংঙাইবা ফোঙদোকপগী থৌরম অমা পাঙথোকউ।” মদু কবিগীনো হায়না ধর্ম্মরাজনা হংলকপা মতমদা ভীম্না খুন্নকখি ঃ“যাম্মুংনা হৌজিক্তা হয়েং ফাওবদি হিংগনি হায়বগী মওংদা ব্রাহ্মণ অদুদা হযেং লাকউ অদুগা মচানুপী লুহোংবগী দবকার ওইবা পূম্নমক পীগনি হাযনা হার্যবিখি। মী খুদিংমক্লা মথংগী মীৎকৃপ্তা কবি থোক্লগদগে হায়বফাওবা খঙনদবনি, অদুবু য়াম্মুং মহাবাজদি হয়েংফাওবা হিংগনি হাযবিবসিদা ঐহাক্লা হবাওরোইদবগী মবম লৈফম থোক্তে।”।

# খ্বাইদগী থাগৎনঙাই ওইবা খুৎখন

লাইহিংচাবা অমনা উপাম্বী অমগী মথক্তা তোংদুনা লৈবম্মী। উপাম্বী অদুগী মনাক্তা লৈবা পাৎ অমদগী পাণ্ডব মচিম্মনাও মঙানা ঈশিং থক্কে তৌবদা লাইহিংচাবা অদুনা মখোযদা ৱাহং কয়ামুক হংলম্মী অদুগা মখোয়না ৱাহংশিং অদুগী পাওখুম চুম্না পীদ্রবদি মখোয় পূম্নমক শিবা তাবম্মী। মচিম্মনাও মঙাদুগী মনুংদগী ভীম, অর্জ্জুন, সহদেব অমসুং নোকুল মরিদি শিখিরম্মী। লাইহিংচাবগী ৱাহংশিংগী পাওখুম পীগদবা অকোনবা নুপাদি মখোয়গী খ্বাইগী অহল ধর্ম্মবাজ যুধিষ্ঠির ওইরম্মী। মহাক্লদি লাইহিংচাবা অদুগী ৱাহংশিংদু চুম্না খুম্বা ঙম্লম্মী। মরম অদুনা লাইহিংচাবা অদুনা হায়বকখি ঃ“য়াম্না ফরে, শিদুনা লৈবিবা ননাও মরি

অসিগী মনুংদগী অমা খল্লু অদুগা মহাক অমদি হিংগৎহল্লগে। নহাক্না মহাক্কা লোয়ননা হনখিবা য়াগনি।” ধর্ম্মরাজনা খ্বাইদগী অরূম্বা সমস্যা অদু থেংনখি, অদুবু মহাক্না মনাও অমা খনবদা অদুক য়াম্না থীহ্নবা তৌখিদে। ভীম অমসুং অর্জ্জুনদি মহাক্কী খুৎ অনী ওইরম্মী, অদুবু মহাক্না মখোয় অনীবু হিংগৎহনবা পামখিদে। মহাক্না মনাও নোকুলবু খনখি। লাইহিংচাবা অদুনা ধর্ম্মরাজদা হংলক্লম্মী ঃ“করিগীদমক্তা নহাক্না নোকুলবু খল্লিবনো?” ধর্ম্মরাজনা খুল্লক্লম্মী ঃ “ঐহাকনে, ভীমনে অমসুং অর্জ্জুননে ঐখোয় অহুম অসিদি কুন্তিগী মচানুপা ঙাক্তনি, অদুগা সহদেব অমসুং নোকুলনা ঐহাক্কী ইমা অতোনবী মাদ্রিগী মচানুপাশিংনি। ঐহাক্কী ইমাগীদি ঐহাক অমা হিংদুনা লৈহৌরে, মরম অদুনা ঐহাক্কী ইমাতোম্বীগীসু মচানুপা অমা হিংদুনা লৈহন্নীংই। মরম অদুনা ঐহাক্না মহাক্কী মচানুপা অনীদুগী মনুংদগী অমা খনবনি।” মহাক্কী পুকচেলসে কয়াদা চাওখ্রবনো! মদুদা লাইহিংচাবা অদুনা অদুক্কী মতীক পেল্লম্মী মদুদি মহাক্না মচিম্মনাও মরিমক লোইনা হিংগৎহনখি। '৷ ৷

# ফিদম্নফম ওইরবা গুরু

শ্রীবামকৃষ্ণদি ফিদম্নফম ওইববা গুরু অমনি। মহাক মশামক্না থবক ওইনা পাঙথোক্লিঙৈগী মমাংদা মহাক্না কনাদসু কবিগুম্বা পাওতাক অমতা পীবোই।

নোংমগী নুমিৎ অমদা হনুবী অমনা মহাক্কী চহি ১০দা ঙাইবিবা মশুনুপা অমা পুবগা শ্রীরামকৃষ্ণগী মনাক্তা লাক্লম্মী। মহাক্না শ্রীরামকৃষ্ণদা দণ্ডবৎ তৌরগা খুরুম্লম্মী অদুগা হায়বকখি ঃ“নুপামচা অসিনা চহি মঙা শুবকপা মতমদা মহাক্কী মমা অমসুং মপা শিখি। ঐহাক্না মহাকপু য়েংশিনবীরি। মহাক্না অথুম-অহাও য়াম্না চাবা পাম্মি। মহাক্না অসুক্কী মতীক অথুম-অহাও চামনবদগী মহাক্কী হকচাঙ অসি নোংম-নোংমগী ফৎচিল্লক্রে। ডাক্তরশিংনদি মহাকপু অথুম-অহাও চাহনগনু হায়রকখি, অদুবু মহাক্নদি চাগনু হায়বা শুকয়া য়াদ্রে। অদুম অদুম ওইনমক মহাক্না গুরু নহাকপুদি য়াম্না ঈকাইকুম্নৈ। মরম অদুনা গুরুনা মহাকপু অথুম-অহাও চাবা তোকহনবীয়ু হায়জগে হায়দুনা ঐহাক্না লাকচবনি। গুরুখক্তনা মহাকপু অথুম-অহাও চাবা লেপহনবা ঙমগনি হায়বসে ঐহাক্না চেৎনা থাজৈ।” শ্রীরামকৃষ্ণনা হায়রক্লম্মী ঃ“ইমা, পাখৎকনু, থা অমগী মতুংদা নশুনুপা অসি

পৃবগা অমুক লাকউ। চৈরক্তুদা কনাগুম্বা অমগী হকচাঙফবা তায়বসে য়াম্না মরুওই হায়বদু নশুসিদা খঙহন্নবা থৌরাং অমা তৌরমগে।” হনুবী অদুনা মহাকপু থাগৎলম্মী অদুগা মশু-মবেন ময়ুমদা হনখি।

থা অমা হেক ফারবা মতুংদা হনুবী অদুনা মশুনুপাগা লোয়ননা গুরুদুগী নাক্তা লাক্লম্মী। মখোয় অনীমক্না গুরুদুদা খুরুম্লম্মী। গুরু শ্রীরামকৃষ্ণনা নুপামচা অদুবু মহাক্কী মনাক্তা ফমহল্লম্মী অদুগা হায়বকখি ঃ “ঐগী নুংশিববা নুপামচা, খঙজিল্লু, কনাগুম্বা অমগী অশেঙবা লম্দি হকচাঙ-ফবনি। নহাক্না নহাক্কী হকচাঙবু চেকশিন্দ্রবদি (নহাক্না) অকনবা অমদি হকচাঙ ফবা পাখঙ অমা ওইরকপা ঙম্লোই। নহাক্না হকচাঙ শোল্লবদি নহাক্কী পৃক্সিদা মশক থোকপা থবক অমতা তৌবা ঙম্লোই। নহাক্না চারিবদু নশাগা চুনদ্রবদি (নহাক্না চাবিবদু) খুদক্তা থাদোক্কদবনি। হয়েংদগীদি নহাক অথুম-অহাও চাবা লেপ্লো। মতম খর লৈরগা অমুক নহাক্না অথুম-অহাও চাং-তম্না চাবা যার্গনি। নহাক যাম্না ফবা নুপামচানি। ঐহাক্না হায়রিবশিংসে নহাক্না মুন্না তারমগনি খল্লি, তাদব্রনে?” নুপামচা অদুনা ঙক-নোমদুনা “তাই” হাযবম্মী অদুগা অথুম-অহাও চাববোই হায়না ৱাশক্লম্মী।

হনুবী অদুনা গুরু অদুগা অবোনবা ৱাবী অমা শাননবগীদমক্তা নুপামচা অদুবু পাখোল থাবম্মী। হনুবী অদুনা হংলক্লম্মী ঃ“গুরু! ঐহাক্না গুরুদা ৱাহং অমতা হংজগে যাগদ্রা?” শ্রীবামকৃষ্ণনা “হংবীয়ু, ইমা” হাযনা খুম্লক্লম্মী। হনুবী অদুনা হায়রর্কখি ঃ“গুরু! গুরুনা ঙসি ঐগী ইশুনুপাদা পীবিবিবা পাওতাকশিং অসিমক হৌখিবা থা অদুদা পীবিখিবা যাবনি। অদুগা কবিগীদমক্তা ঐখোয়বু থা অমগী মতুংদা অমুক হন্না লাকউ হায়না তাকপীখ্রিবনো? ঐহাক্না মুন্না খঙবা ঙমদ্রে।” শ্রীবামকৃষ্ণনা মোমোন নোকপা মীনোক্কা লোযননা অর্থ লৈনা খুম্লক্লম্মীঃ “ইমা! ঐহাক ইশামকসু অহাও-অথুম য়াম্না চাই। ঐহাক্না নুপামচা অদুদা ঐনা তৌবা ঙমদবা থবক অমবু তৌ হায়না করম্না পাওতাক পীগনি? মহাক মশামক্না থবক ওইনা তৌবা ঙম্লবা মতুংদতা কনাগুম্বা অমনা অতোপ্পা মীশিংদা পাওতাক পীবগী হক লৈ। মরম অদুনা ঐহাক্না থা অমা য়েথোকখিবনি। থা অদুগী মনুংদা ঐনা অহাও-অথুমশিং চাখিদে। অদুম হায়না তৌরগা নশুনুপাদা পাওতাক পীননবগী হক অদু তাঞ্জখিবনি।” হনুবী অদুনা গুরুগী মখোঙ পায়রগা খুরুমজখি অদুগা চৎখিরম্মী।

ঐখোয় ইশামক্না থবক ওইনা পাঙথোকপা ঙমদবা কৈনোমগী মরমদা ঐখোয়না কনাদসু পাওতাক পীরোইদবনি। ▯▯

## লমচৎনা তন্নকপা লাইবক্নি

প্রেমচান্দ হায়না কৌবা হিন্দি লোলগী শক্লাইবা অইবা অমগী মচানুপা অনীখক লৈরম্মী। মখোয় অনীমক অরাপ্পা লম অমদা লাইরিক তন্নম্মী। মখোয়গী মমা অমসুং মপা অনীমক অপীকপা সহর অমদা লৈরম্মী। নোংমদি মখোয় অনীনা রেল-গাড়ী তোংদুনা অতোপ্পা সহর অমা য়েংবা চৎলম্মী। মখোয়না রেল-গাড়ী লেপফম অমদা মচানুপা অনীমক উনরম্মী। মচানুপা অহল অদুনা মমা-মপাগা ৱারী শান্নদ্রিঙৈগী মমাংদা মখোয়গী মখোঙশিংদু মখুৎনা শোক্লম্মী অদুগা অতোনবা মচানুপা অদুনদি ৱারীতমক শারম্মী। মমা অমসুং মপা অনীনা মখোয়গী হকচাঙ অমসুং লাইরিক-তম্বগী মওং কমদৌরি হায়না হংলক্লম্মী। মখোয়গী মচানুপা অনীমক্না পূম্নমক ফরি হায়না খুম্নক্লম্মী। রেল-গাডী অদু চৎলমদাইদা মচানুপা অহল অদুনা অমুক মমা-মপাগী মখোঙশিং অদু মখুৎনা শোক্লম্মী, অদুগা অতোনবা মচানুপা অদুনদি মখুত্তমক হাইরম্মী।

প্রেমচান্দগী নুপীনা মখোয়গী মচানুপা অনীদুগী মরমদা ৱারী শারক্লম্মী, অদুগা মহাক্নদি মচানুপাশিং অদুবু উনবা ফংবদা য়াম্না নুংঙাইজরম্মী। অদুবু মহাক্কী মপুরোইবা অদুনদি মহৌশাগুমদবা মওংদা ৱা ঙাঙদনা শাউনীং-শাউনীং লৈরম্মী। মহাক্কী নুপীনা মঙোন্দা হংলক্লম্মী ঃ "ঐগী নুংশিথোইরবা ইবুংঙো, করি তৌরবগে? ৱাগা শুঙাঙ-ঙাঙখিদ্রে করিগীনো? নুংঙাইবগী মহুত্তা নহাক্না খুদক্তা ফাগীচঙদবমখৈ তুমিন্না লৈখ্রিবা করিগীনো?" প্রেমচান্দনা খুম্নক্লম্মী ঃ"নহাক্না মরম চপ-চানা উবা ঙমদ্রে। ঐখোয়গী অতোনবা নুপামচা অদুগী লমচৎ-শাজৎ অমদি ব্যবহার অদু উবদা নহাকপু পেল্লব্রা? ঐখোয়গী ইচানুপা অহল অদুনদি ঐখোয়গী খোঙশিং শোক্তুনা সম্মান তৌখি অদুগা অতোনবা ইচানুপা অদুনদি মওং অমতদসু সম্মান তৌখিদে।" নুপী অদুনা হায়রক্লম্মী ঃ"করিগীনো নহাক্না মদুবু য়াম্না লুনা লৌরিবা? মহাক্কী অঙাংনিনে, মীয়াম মমাংদা ঐখোয়গী খোঙশিং শোকপদু ঈকাইজদুনা তৌবা ওইরমগনি। মহাক্কী পূক্নিংদদি মহাক্না ঐখোয়বু ঈকাইখুম্নরমগনি। মহাক্না মতমগী

মতুংইন্না তুংদা খঙজরক্তুনা অফবা মী অমা শোয়দনা ওইজরক্কনি।” মতাং অসি য়ৌরকপদদি প্রেমচান্দগা মহাক্কী নুপীগা তাইশিন্নবা য়াখিদ্রে। মরম অদুনা প্রেমচান্দনা হায়রকখি ঃ“ইবেম্মা! অফবা হৈনবীশিংনা কনাগুম্বা অমগী অচুম্বা মতৌ-মগুণ অমদি পূক্লিংগী অনীংবদু উৎপনি। অঙাংওইরিঙৈদগী হেক হৌদুনা মীওইবনা অফবা হৈনবীশিং লৈননবা লাক্লগদবনি। ঐখোয়গী অতোনবা ইচানুপা অসিনা তুংদা করি ওইরক্কদবনো হায়বা ঐহাক খঙদ্রে। মহাক্কীদমক খনবদা ঐহাক য়াম্না ৱাই।”

মপাগী ৱাহৈশিং অদু মমৈথংদা চুল্লকখি। মতমগী মতুংইন্না, মশাগী হোৎনজমন্দগী অদুগা অফবা হৈনবীশিং লৈবদগী মচানুপা অহল অদুদি বিঃ এঃ নীংথিজনা পাস তৌরবা মতুংদা লণ্ডণদা বাব-অ্যাট - লো তমখি। মহাক্না লণ্ডণদগী বাব-অ্যাট-লো ডিগ্রী ফংলগা ভাবত্তা হল্লকখি। মহাক্না মতম খব উকিল ওইবল্লগা মমৈথংদা বিচারপতি ওইখি। মহাক্কী লমচৎ-ব্যবহার অমদি নোল্লুকপগী মওং অদু যেংলগা মীযাম্না মহাকপু অঙকপা ফংনা সম্মান তৌবন্মী। অতোনবা মচানুপা অদুদি মশানা চোকশিলহৌদবদগী লাইবিক নীংথিনা তমহৌখিদে। মহাক্না ৱায়েনশঙদুগী ইচম-চম্বা কেবানী অমা ওইখি। মী খুদিংমক্না ময়াম্বা অদুবু খুকল্লন্মী, অদুগা মনাওনুপা অদুনা মী খুদিংমকপু খূকল্লন্মী।

লমচৎনা তম্নকপা লাইবক্লি। ▯

## গান্ধীগী মমা

গান্ধীগী মমানা নুমিৎ খুদিংগী কোকিল-ব্রত হায়না কৌবা ধর্ম্ম-কর্ম্মগী ৱাশক অমা ঙাক্লন্মী। মহাক্না ধর্ম্মগী হৌন-চৎনবী পূন্নমক তৌবা লোইরগা কোকিলগী মখোন তাদ্রিফাওবা চাক চাখিদে। নোংমদি মহাক্না মতম যাম্না শাংনা চাক চাদবমখৈ কোকিলগী মখোন তাবা ঙাইবন্মী। অঙাং ওইরিবা গান্ধীনা মদু খঙলদুনা ময়ুমদগী মপান্দা থোকখিরন্মী অদুগা কোকিলগী মতৌ তম্লগা কোকিলনা খোংবগুম খোংলম্মী। অদুদগীদি মহাক্না মমাগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লগা হায়রক্লন্মী ঃ“ইমা! হৌজিক্তি কোকিল খোংখ্রে। ইমানসু কোকিলগী মখোন অদু তারম্লগনি। চানবীদুনা; ইমা, চাক চাবীবরো।” মহাক্কী নুংঙাইতবদু ফাজিনবা ঙল্লক্তুনা মমানা গান্ধীগী

মখজাই অনীদা খুবাক্লা কন্না কন্না থারম্মী অদুগা ৱারৌ পুক্লৌবগা লোয়ননা তেংথারম্মী ঃ"অসিগুম্বা ওইদবা ঙাঙবা ইচানুপা অমা ঐঙোন্দা পোক্লক্লিবসিবো ঐনা করি পাপ তৌখিবদগীনোকো! অসিগুম্বা ফত্তবা ওইদবা ঙাঙবা মী অমবু ঐগী ইচানুপা অমা ওইনা পোকহল্লকপা ঐহাকসে কয়াদা শাথীরবা মহাপাপীনো, ওঃ ভগবান।" মহাক্লা ৱা-ঙাঙলিঙৈদসু মমীত্তগী পিরাংশিং শীন্থরম্মী। মমাগী ৱাহৈশিং অদু তাবদা গান্ধীগী থম্মোয়দু কাহেন্না শোক্লম্মী অদুগা মহাক্লা মমাগী মমাংমত্তদা ৱাশক্লক্লম্মী ঃ "ইমা! নচাবু ঙাকপীয়ু। ঙসিদগী হৌদুনা ঐগী পূন্সিদা ওইদবা ৱা অমতা ঙাঙজররোই।"

মতম অদুদদি মমাশিংনা মচাশিংগী লমচৎ-শাজৎ য়াম্না মুন্না য়েংশিল্লম্মী, অদুগা মখোয়বু অচুম্বা লম্বীদা চৎহন্নবা কন্না হোৎনরম্মী। ◌

# ফিদম্নঙাই ওইবা মমা

কলিকাতাগী খুঙ্গং অমদা মমা-মচা অনীখক লৈরম্মী। মচানুপাগী লাইরিক-তম্বগীদমক্তা মমানা অরৈবা খাক্তবমখৈ চাদিং তৌরম্মী। অদুম অদুম ওইনমক মচানুপাগী থম্মোয়দা য়ৈহনবমখৈ ৱা খর মমানা হায়রকখি ঃ "ঐগী নুংশিরবা ইচানুপা, য়ুম্বাল-কৈবালগী ওইবা শিক্ষাগা নহাক্কী শিক্ষাগা মবী লৈনহনগনু। অপঙবা মীশিংনা মহৈ মখল কয়া কয়া তমদুনা লাইরিক হৈনৈ, অদুবু লাইশুদি খঙনদে। লাইরিক তম্বা ঙাক্তনা ধর্ম্মগী অকাবম ফংবা যাবোই। মী অমনা লাইবিক হৈরগা মপূংফাবা জ্ঞান ফংলে হায়বা য়াদে। শিরগা মাঙখিগদবা মহৈবু করিগী থৱায়-যাওনা তম্লুগদগে? অমব পদবী ফংগদবা মহৈবু তমগদবনি। আদ্যাত্মিক্কী জ্ঞানতনা অমর ওইবগী ফীভম ফংহল্লি। মসিদি মতম পূম্নমক্কী ওইর্বানি অদুগা তাইবং-লোনচৎকী জ্ঞানদি কুইদবনি। কনাগুম্বা অমগী হিংনবা পান্থে থিবদা য়ুম্বাল-কৈবালগী ওইবা শিক্ষা খরমখৈদি দরকার ওই। অদুবু শিক্ষা হায়বা অসে অপাম্বা ইরৈ-লৈতবা অমদি নীংতম্বা পূন্সি অমা লেন্ননবগীখক্তা ওইগদবনি। মরম অদুনা, নুংশিরবা ইচানুপা! নহাক্লা লাইরিক-তম্লীঙৈদা আধ্রাত্মিক্কী জ্ঞানসু তানশিনগদবনি।"

মচানুপা অদুনা লাইরিক তম্বা লোইরগা থবক মচা অমা ফংজখি। নোংমগী নুমিৎ অমদা, মখোয়গী খুঙ্গং অদুদা মী খ্বাই ময়ামগী মহৌশাদগী চৎনরক্লবা

হরাওকুম্মৈ অমা পাঙথোকখি। খুঙ্গং অদুগী নুপী ময়াম্না ফজ-ফজরবা ফিজোল শেৎলগা অমদি সনা-লুপাগী লীক-কোন শিরগা হরাও-কুম্মৈ অদুবু য়েংবা লাক্লম্মী। মমা অদুসু থরাক-থরাক য়াম্থনা শেগায়রবা ফিজোল শেৎলগা কুম্মৈ অদু য়েংবা লাক্লম্মী। মদু উবদা মচানুপা অদুনা খাঙবা ঙল্লমখিদে। মহাক্না মমাদা হায়রক্লম্মী ঃ"ইমা! নহাক্কী অফবা ফি নত্রগা সনা-লুপাগী লীক-কোণ অমতা লৈজদ্রব্রা? ইমাগী মওং অসি উবদা ঐহাক্কী থব্রায় য়ামনা নুংঙাইজদে। ইমানা করি লৈতেং পাম্বীবগে ঐখোন্দা অমুক্তা হায়বীয়ু, ইমা?" মমা অদুনা খুম্লক্লম্মী ঃ "হৌজিক্তি মতম চাদ্রি হায়হৈরোই। ঐহাক্না মতম চাবা মতমদা নঙোন্দা শোয়দনা হায়রক্কে।"

মচানুপা অদুগী লমচৎ-শাজৎ অমদি হোৎনবা কনবগী মতৌ অদু অঙকপা ফংনা থাগৎনঙাইনি। মহাক্না হেন্না অচৌ-অচৌবা থবক মথং মথং ফংলকখি। মহাক্না অমুক্তা হন্না মমাদা করি লৈতেং পাম্বগে হায়না হংজরকখি। মমানা খুম্লক্লম্মীঃ "ঐহাক্না লৈতেং অহুমখক্তং পাম্মি, অদুবু ঐহাক্কী অপাম্বশিংদু কোন্না হায়রক্কে।"

মচানুপা অদু চহি খরগী মতুংদা য়াম্না চাউবা ফম অমা পায়রকখি। মহাক্না অমুক্তসু হন্না মমাদা হায়জরক্লম্মী ঃ"ইমা! ইমা ঐহাক হৌজিক্তি পৈশা লৈরে। ইমানা পাম্বা লৈতেং অহুমদু নচাদা হৌজিকমক খঙহল্লো। ইমাগী অপাম্বশিংদু নচানা পীবগে।" মমা অদুনা ব্রাখল মুন্না খল্লগা হায়রক্লম্মী ঃ"ঐগী নুংশিরবা ইচানুপা! নমা ঐহাক্কী হকচাঙগীদমক্তদি হৌজিক লৈতেং অমতা দরকার ওইদ্রে। অদুবু ঐহাক্না পামজবা লৈতেং অহুমদুমদি লৈ। লৈতেংশিং অদু করি করিনো ঐহাক হায়গে।" মচানুপা অদুবু মনাক্তা চিংশিল্লগা মমানা হায়রক্লম্মী ঃ " অহানবা লৈতেং অদুনা ঐখোয়গী খুঙ্গং অসিদা স্কুল অমা থম্বনি। ঐখোয়গী অপীকপা খুঙ্গং অসিদা লৈবা মীচম ময়াম অসিনা করিশু লৈতবা, কাবক কাবক নাবা অনাবা অমগী ফাওবা মফমসিদা লায়য়েংনবগী খুদোংচাবা ফংদ্রি। মসিগী খল্লুবদসু নমাদি অহিং কয়া তূমদ্রবনিনে। নহাক্না খুঙ্গং অসিদা লৈবা মীয়ামসিগীদমক অনাশঙ অমতং থম্বীরবদি মদুনা ঐহাক্কী অনীশুবা লৈতেং ওইগনি। অহুমশুবা লৈতেং অদুদি নহাক নশামক্না তৌগদবা শীঙথানবা য়াবা করিগুম্বা থবক অমনি। নহাক্না তম্লকপা নহৈ অদুগী মহয়দু অতোপ্পা মীশিংগা চামিন্নগদবনি। লম্হুম মিহৌরোইদবনি। শেলগী লাই কুবেরবু লাৎপা মীনা ঈশ্বরবু নুংশিরোই। ঈশ্বরবু ফংনবা থিরিবা মীনা লম্হুম্বু থিরোই (পাম্লোই)। মসিবু নহাক্না মুন্না থিজিল্লগা ঙাক্না চৎপা ঙল্লবদি ঐহাক্কী অহুমশুবা লৈতেং অদু ওইগনি।" [৭।৭

# ইমা অমসুং ইরৈবাক

শ্রীরাম অমসুং লক্ষ্মণ মচিন্মনাও অনীনা য়োংগী লাম্মীগী মতেং লৌরগা সমুদ্রগী মথক্তা থোং অমা শারম্মী অদুগা সমুদ্র অদু লাল্লম্মী। মখোয়না লঙ্কা জয় তৌরম্মী, রাবণ হাৎলম্মী অমসুং সীতাবু য়েক্লবগী মখুত্তগী কনবীরম্মী। লক্ষ্মণনা লঙ্কা সহরগী মীৎথক্লঙাই ওইবা ফজবদু য়েংলম্মী অদুগা মহাক্না শ্রীরামদা হায়রক্লম্মীঃ "য়াম্বুং, ঐখোয়না করিগীদমক অযোধ্যাদা হনগদগে? অযোধ্যাদি ভরতনা শাসন তৌজরসনু। লঙ্কাদি মরম খুদিংমক্তা অযোধ্যাদগী হেন্না চাওখৎলি। হৌজিক্তি ঐখোয়না রাবণবু হাত্তুনা লঙ্কা জয় তৌরে, মরম অদুনা ইয়াম্বনা লঙ্কাবু শাসন তৌবা য়ারে।" শ্রীরাম্না মোমোন মোমোন নোক্লগা য়াম্না নুংশিনা অদুবু থম্মোয়দি কনবা খোঞ্জেলদা হায়রক্লম্মী ঃ"ওঃ ইনাওইবুংঙো! কনাগুম্বা অমগী মমাদো মশক থীরে হায়দুনা অতোপ্পা মশক ফজবী নুপী অমবু মহাক্কী মমানি হায়রুবা য়াবা হৌনদে। অদুমহায়না লঙ্কানা ফনা চাওখৎলবসু অদুগা ফনা ফজরবসু লঙ্কাগী লন্থুম, সনা-লুপা, মণি-মুক্তা মপৈ মপৈদু ঐঙোন্দদি করিশু ওইদে; ঐঙোন্দদি ঐগী পোক্লফম্না হেন্না শেংই অমসুং নুংশি। ঐগী পোক্লফম ইরৈবাক্তী তশেংনমক খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইবা মফমনি। ইমা অমদি ইরৈবাক অনীমকসে স্বর্গমক্তগী হেন্না মমল য়াম্মি হায়না লৌগদবনি।"

লক্ষ্মণনা হংলিবা মহৌশাগা মান্নদবা ৱাহং অসে মালেমসিদা লৈরিবা মীশিংদা খঙহনগে হায়দুনা হংগে য়াওনা হংখিবনি।

ইরৈবাকসে ইমানি অদুগা ঐখোয়না মহাক্কী মচাশিংনি। ❑

# মরৈবাকনীংবা

নেতাজি শুভাসনা কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়দা লাইরিক তল্লম্মী। ভারত অমসুং ভারতমচাশিংবু য়াম্না থীনা থীনা হুন্দুনা ঙাঙবা ইংলণ্ড লৈবাক্তগী লাকপা বিশ্ববিদ্যালয় অদুগী প্রোফেসার (ওঝা) অমা লৈরম্মী। য়ৌশন্না লৈবাকনীংবা নেতাজি শুভাসনা মরৈবাকপু মিংচৎ থীহনবা মহাক্কী ওঝাগী ৱাঙাঙ তাবদা খাঙবা ঙল্লমখিদে। মহাক্না অহানবদদি অখাঙকন্না অদুম লৈরম্মী, অদুবু প্রোফেসার অদুনা

অসুম অসুম হেঞ্জিন্না ভারত অমসুং ভারতমচাশিংবু থীনা থীনা হুন্দুনা ঙাঙথরকপদদি, মহাক্না বেঞ্চতা (ফালদা) ফন্নম্বদগী হৌগৎলক্লম্মী, ডেস্ক (মেজ) অহুম লান্না চোংলক্লম্মী, অদুগা ইংরেজ মচা অদুগী মঙকশম পায়রম্মী অদুগা খূদোল খোঙউপনা ফুরম্মী। মহাক্না ফোংনা লাউথোক্লক্লম্মী ঃ"ঐনা পূন্নমক খাঙবা ঙম্মি, অদুবু ঐগী ইরৈবাকপু চৈরকপা অমদি নোক্নরকপা মতমদদি ঐহাক্না খাঙবা ঙমদে। ঐঙোন্দা থোকহন্নীংবা অমা থোকহল্লক্লবসু মদুনা ঐঙোন্দা করিশু অকায়বা লৈতে, অদুবু ঐনা ইমা-লৈবাক্কী সন্মানদি ঙাক্কনি।"

থৌদোক অদুবু য়েংলিবা ছাত্রশিং অদুনা অঙকপা ফংনা তৌফম হেক খঙদবমখৈ ব্রাবম্মী। ইংবেজ প্রোফেসার অদুনা কন্না লাউরক্লম্মী ঃ"ঐবু কনবীয়ু! ঐবু কনবীয়ু!" থৌদোক অদুগী পাউ অদু অঙম্বশিংগী গাকোঙদা য়ৌখিরম্মী। অঙম্বশিংদুগী অথুবা মীফম অমা ফমখি অদুগা নেতাজি শুভাসপু চহি মঙাগী ওইনা বিশ্ববিদ্যালয় অদুদগী তাম্থোকখিরম্মী। মহাক্না মমালৈবাক্কী সেবাদা পূন্সি লোইনা কখোক্লগে হায়না মপূক্লিংদা চপ য়ুংনা নীংখি। মহাক্না কালিকাতাদা লাইরিক মখা তমথবা য়াদ্রবনিনা মপানা মহাকপু লণ্ডণদা লাইরিক মখা তমথনবা থারম্মী। মফম অদুদা যৌববসু মহাক্কী থম্মোযদা মমালৈবাকপু নুংশিবগী মৈচাক অমদি অদুম চাক্লুনা লৈরম্মী। মহাক্না লাইবিক তম্বা লোইরগা মরৈবাক্কী সেবা নীংথিনা তৌগে হায়দুনা ভুংগী ফিবেপ অমা লেপখি। মহাক্না কন্না কন্না হোৎনদুনা আইঃসিঃএসঃ পবীক্ষা পাশ তৌখি। মহাক্না ভারত্তা হল্লকখি অদুগা ভারত জাতিগী রাজনীতিদা পূমলূপ লূপখি।

"ঐনা চাবিবা চীঞ্জাক অদুগা মসিদগীসু হেন্দোক্লা ঐগীনি হায়দুনা লৈরিবা পোৎ খুদিংমকসে ঐগী পোক্লফম ইরৈবাক্লা পীবিবনি। মরম অদুনা ঐহাকসে ইরৈবাক ভারতকী লমন তোল্লি। ইরৈবাক্কী সেবা তৌরগা ঐনা ইরৈবাক্কী তৌবীমল শোয়দনা উচ্চগনি।" মদুনি মহাক্কী লেঙদবা থৌনা। ◘

## অচুম্বা ঙাঙবা

লাইফমশিংদা চৎলগা লাইবু পূজা তৌবখক্না কান্নবা ওইবা য়াবা নত্তে। শিব মহাদেবগী মন্দির চঙফমদা পার্ব্বাতীনা চহি ৮০গী লোঙ্গাগী শকথীবী হনুবী

অমা ওইনা অদুগা শিব মহাদেবনা চহি ৯০গী লোঙ্গাগী অচৌ-অচৌবা শজিক্লচিংবা থুংবা শকথীবা হনুবা অমা ওইনা লৈরম্মী। শিব মহাদেবনা মহাক্কী মকোক অদু পার্ব্বাতীগী মতম্বাক্তা থল্লগা হিপ্লম্মী অদুগা শাথীনা নাবগী চৈনাখোন্না কপ্লাউরম্মী। গতি-লৈত্রবী হনুবী অদুনা কনামতা তেঙবাংনঙাই লৈতদুনা কপ্লক্লম্মী। মহাক্লা তীর্থ-চৎপা মী খুদিংমক্তা হায়জরক্লম্মী ঃ"ওঃ ভক্তশিং! নখোয়বু অমুক্তা য়েংবীয়ু, মসিদা ব্রাম্হদুনা লৈরিবা অহল অসে ঐগী ইপুরোইবনি। মহাক ঈশিং খমথেংনা খৌরাংলে, অদুগা মহাকসে য়াম্না থুনা শিবা য়াই। মহাক্লা থক্লনবা ঈশিং খজিক্তা থিবিরকউ। ঐহাক্তী মহাকপু মথস্তা হুন্দোক্লুনা থল্লম্লগা ঈশিং থিবা চৎপা য়াদ্রে।"

পীথ্রাইগী পাত্রদা ঈশিং হাপ্তুনা পুরগা গঙ্গা তুরেলদগী ঈরুজকারকপা তীর্থ-চৎপা মী অমতনা ঈশিং পীবিরমখিদে। মখোয়না মখোয় অনীবু য়েংলম্মী অদুগা হনুবী অদুগী তেংথারোল অদুসু তারম্মী। খরনা হায়রক্লম্মী ঃ "ঙাইখো, ঙাইখো, ঐখোয়না ভগবান বিশ্বনাথকী মফমদা গঙ্গাগী অশেঙবা ঈশিংসে কৎলুরবা মতুংদা নহাক্কী নপুরোইবগী সেবা তৌরগে।" খরমনা অমুক হায়রক্লম্মী ঃ"ওঃ কয়াদা তুক্কচনঙাই ওইবা থৌদৌনোসে! চাকনীবা অনীসিনা ঐখোয়বু শাস্তি ওইনা ঈশ্বরগী পূজা তৌবা ঙমহন্দ্রেনেসে।" অতোপ্পা খর অমনা অমুক হায়রক্লম্মী ঃ "চাকনীবশিংসে মফম অসিদা লৈহল্লোইদবনি।"

মন্দিরগী চঙফম অদুদা মী য়াম্না তিল্লক্লম্মী। ফুরীৎখাউচপ্পনা মসিন ওইরবা নুপা অমসু তীর্থ-চৎপা মী খরগা লাকমিন্নরম্মী। মহাক্লসু হনুবী অদুগী তেংথারোল অদু তারম্মী। ব্রাম্হদুনা লৈরিবা হনুবা অমসুং তেংথারিবী হনুবী অনীদুবু উবদা ফুরীৎখাউচপ্পা নুপা অদুনা খাঙবা ঙল্লকখিদে। মহাক্লা মখোয় অনীগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লম্মী অদুগা হায়রকখি ঃ"ইমা! ইমানা করি পাম্বীবগে? ইমাবু কনানো? করিগীদমক্তা নখোয় অনীনা মফম অসিদা লৈরম্লিবনো?" হনুবী অদুনা খুম্লক্লম্মীঃ "ইচানুপা, ঐখোয়না মফম অসিদা ভগবান বিশ্বনাথপু খুরুমজগে হায়দুনা লাকচবনি। ঐহাক্কী ইপুরোইবসে খুদক্তা নারকখি অদুগা চোকথমনখিবদগী ব্রাম্হখি। মহাক্কী কংলবা মচীনসিদা কনাগুম্বা অমনা ঈশিং খজিক্তং পীথকপীরবদি মহাক হিংবা য়াই। মহাক্কী ফীভম অসি য়াম্না শাথীরে, মরম অদুনা ঐহাক্লা মহাকপু থাদোক্লুনা ঈশিং থিরুবা য়াদ্রে। ঐহাক্লা মফম অসিদা লাকপা মীশিংদা মতেং পাংবিয়ু হায়না কয়ারক হায়জবদা মখোয় কনামতনা ঈশিং পীক থন্না য়াওবা পাত্র

অমমম পুরবসু ঈশিং মরীক অমফাওবা পীবিরমখিদে।" হুরানবা নুপা অদুনা তুম্বা অমদা ঈশিং হাপ্লগা পুবিরক্লম্মী। হনুবী অদুনা মঙোন্দা হায়রক্লম্মী ঃ"ইচানুপা! ঐগী ইপুরোইবা অসে মীৎকৃপ অমদা হেক্তা শিবা য়ানা লৈরে; ঈশিং পীরিবা মী অদুনা অচুম্বা ঙাঙদ্রবদি ইপুরোইবনা ঈশিং অদু থক্লোই।" ফুরীৎখাউচপ্পা নুপা অদুনা হায়রিবা ব্রা অদুগী অর্থ খঙলমখিদে। মহাক্লা হায়রক্লম্মী ঃ"ইমা! ঐহাক্লা করি তৌগদবনো হায়বদু তাকপীয়ু।" হনুবী অদুনা হায়রক্লম্মী ঃ"নহাক কনানো? নহাক্লা অফবা থবক্কা তৌবা য়াওখ্রব্রা? অচুম্বা হায়য়ু। অদু ওইরবদি নহাক্লা পুরকপা ঈশিং অসে ইপুরোইবনা থক্কনি।" মহাক্লা হায়রক্লম্মী ঃ "ঐহাক ফুরীৎখাউ চপ্লগা পৈশা তানবা নুপা অমনি, ইমা! ঐহাক্লা অফবা থবক অমতা তৌখিদ্রি। হৌজিক শিগদৌরবা অহল অসিদা ঈশিং পীথক্কদবা অসিনা ঐগী অফবা থবক অমখক্তং ওইগনি। মসি অচুম্বনি।" মহাক্লা হনুবা অদুগী মচীন্দা ঈশিং খর তপ্না হৈথবীরম্মী। মহাক্লা ঈশিং অদু হনুবা অদুদা পীথকখিবা হেক মতুংদা হনুবা-হনুবী মতৈ-মনাওদু মাঙখিরম্মী অদুগা মখোযগী মহুত্তা শিব মহাদেব অমসুং লাইরেম্বী পার্ব্বাতীনা চীংলেম্না চোংথোরক্তুনা লেপ্লখি। শিব মহাদেবনা হায়রকখি ঃ"ইচানুপা, হৌজিক্তি নহাকপু তশেংনমক থৌজানবীরবনি। অচুম্বা ঙাঙবদগী হেনবা অতোপ্পা থবক অমা লৈত্রবনি। নহাক্লা অফবা থবক অসিমা তৌখিবদগী নহাক্কী পাপ পূম্নমক কোক্লবনি।"

## পূকচেল তিংবা

সার সিঃবিঃ রহমন নোবেল প্রাইজ (আলফ্রেড নোবেলনা দান পীরম্বা চহিদা পীবা শেনগী মনা) ফংখিবা পৃথিবীদা ফাওরবা মীশক অমনি। মহাক য়াম্না চম্লম্মী অমসুং নোল্লুক্লম্মী। মহাকপু পূকচেল শেংবা অমদি লমচৎ ফজবা মী অমা ওইনা মীয়াম্না সম্মান তৌনরম্মী। মহাক থৌজাল য়াম্না লৈরম্মী অদুগা পীনহৈবা মীশক অমসু ওইরম্মী। নোবেল প্রাইজ ওইনা ফংলকপা পৈশা পূম্নমক অদু মহাক্লা বিজ্ঞানগী (সাইয়িন্সকী) রিসর্চ ইনষ্টিটিউট অমা লিংখৎপদা শীজিন্নরম্মী। নোংমা মহাক্লা ইনষ্টিটিউট অদুদা রিসর্চ অ্যাসসিষ্টান্ট ওইবা য়াবা মীতাশিংবু ইন্টরভিউগীদমক কৌরম্মী। রহমন মশামক্লা ইন্টরভিউ য়াওখিবা ময়াম অদুগী মনুংদগী পাখঙ অমবুদি থবক অদুদা খনবগী খুদোংচাবা শুকফং-ফংলরোই হায়না

হায়বিরম্মী। ইন্টরভিউ অদু নুমিৎয়ুংবা মতমদা লোইরগা রহমন্না ময়ুমদা অয়ুক্কী চাকলেন চাবা চৎখিরম্মী।

নুংথিলগী পৃ ৩ তাবা মতমদা মহাক্কা ইনষ্টিটিউট অদুদা অমুক লাকখিবা মতমদা পাখঙমচা অদুনা ওফিস মনাক্তা থৌনাইদবা মওংদা ঙাহৌ-ঙাহৌ চত্তুনা লৈখিরম্বা উরম্মী। মহাক্কা পাখঙমচা অদুবু কৌরম্মী অদুগা অকনবা খোঞ্জেলদা হায়রক্লম্মী ঃ"নহাকপু থবক অদুগীদমক্তা খল্লরোই হায়বসে ঐহাক্কা নঙোন্দা হান্না হায়খ্রবা নত্রে? অদুগা করিগীনো নহাক্কা হৌজিকফাওবা মফম অসিদা লৈরিবসিবো?" পাখঙমচা অদুনা য়াম্না নোল্লুক্না হায়জরকখি ঃ"সার! ঐহাকপু ঙাকপীয়ু। ঐহাকপু থবক অদুদা খনবীয়ু হায়গে হায়দুনা সারগীদা ঐহাক্কা অমুক হন্না লাকচবা নত্তে। ঐহাক্কা মফম অসিদা লৈজরিবসিদি ওফিস অসিগী হিসাব-শূরিবা নুপা অদুদা ঐগী টিঃএঃ পীরকপদা উহৌদবদগী লান্না ঐঙোন্দা হেঞ্জিল্লকপা পৈশা অদুদবু হন্দোকচগে হায়দুনা মফম অসিদা লৈজবনি।"

সিঃবিঃ রহমন্না ইখঙ-খঙহৌদনা মহাক্কী ৱাদু তারুবদগী মথম্মোয়দা থুক-লাওবা অমা ফাওরক্লম্মী অদুগা মহাক্কী পূকচেল তিংবা অমসুং পূকচেল শেংবা মতৌ অদুবু উবদা য়াম্না পেল্লম্মী। মহাক্কা পাখঙমচা অদুদা হায়রক্লম্মী ঃ"ফরে, ঐগী নুংশিরবা নুপামচা, নপূক্লিংদা লাঙতক্লবা নত্রগা খোইবাঙবা তৌরগনু। ঐহাক্কী ইনষ্টিটিউটতা রিসর্চ তৌনবা নহাকপু ঐহাক্কা হৌজিক খল্লবনি। নহাক্কা অচুম্বা পাম্মি অদুগা নহাক্কী পূকচেলসু তিংই হায়বা ঐহাক্কা খঙলে। মদুনা নহাক্কী থবক্তা অমদি নহাক্কী পূন্সিদা মতম পূম্বগী ওইনা মতীক-চপচাবা লল অমা ওইরগনি।"

# ঐগীনি অমসুং নঙগীনি হায়বা ৱাখল

খুঙ্গং অমদা লৌউবা নুপা অমা লৈরম্মী। মহাক্কা মখোয়গী খুঙ্গং অদুগী মনাক্তা লৈবা উমং অমদা মহাক্কী কাওশিং অদু শেল্লম্মী। য়াম্না ঈনাকখুনবা জমিদার অমসু খুঙ্গং অদুদা লৈরম্মী। মহাক্কী কাওশিং অদুসু উমং অদুমক্তদা থাজিল্লক্লম্মী। জামিদার অদুনা খুঙ্গং পূম্বদুগী ওইনা খূৎকন-পাঙ্গনবা হায়বদু ওইরম্মী, অদুগা মনীংমখা-তম্লবা মকোক অমসু ওইরম্মী।

নোংমগী নুমিত্তা জমিদার অদুগী কাও অমগা লৌউবা নুপা অদুগী কাও অমগা য়াম্না কন্না ৱাইনবম্মী, অদুগা জমিদার অদুগী কাও অদু য়াম্না শাথীনা শোকমনখিদুনা শিখিবম্মী। লৌউবা নুপা অদুনা ৱাফম অদুবু জমিদার অদুদা করম্না হায়রুগদগে খল্লুবদা হায়ফম খঙদবমখৈ কিবম্মী।

মহাক্না জমিদার অদুগী মযুমদা যাম্না থুনা চৎলম্মী অদুগা হায়বম্মী ঃ "ঐখোযগী খুঙ্গং অসিগী মপু ওইবও! ঙসিদি মহৌশাগা মান্নদবা থৌদোক অমা থোকখ্রে।" জমিদাব অদুনা হাযবল্লম্মী ঃ"করিনো থোকখ্রিবা থৌদোক অদুবো? ঐহাক্কী ইনাক্তা লাওনে, অদুগা থৌদোক অদুগী ৱাবী অদু ঐঙোন্দা লীরলাও।" লুউবা নুপা অদুনা হাযবল্লম্মী ঃ"ঐখোযগী খুঙ্গং অসিগী মপু ওইবিবিবও! অদোমগী কাওগা ঐহাক্কী কাওগা কন্না ৱাইনখি।" জমিদাব অদুনা হায়রকখি ঃ"ওঃ নহাক্কী কাওগা ঐহাক্কী কাওগা ৱাইনখ্রব্রা? কাও অমগা অতোপ্পা কাও অমগা ৱাইনবা হায়বসিদি মহৌশাগী হৌনবীনি। জ্ঞান-তানববা মীশিং ফাওবা অমগা অমগা খৎনবি।" লৌউবা নুপা অদুনা অমুক হাযবল্লম্মী ঃ"ঐখোয়গী খুঙ্গাশিংগী মপু ওইবিবিবও! অদোমগী কাওনা ঐহাক্কী কাওবু হাৎখ্রে।" জমিদার অদুনা থৌওই-ৱাওইদবমখৈ হাযবল্লম্মী ঃ"ওঃ নহাক্কী কাও অদু শিখ্রব্রা? মদুগী থৌদোক মতা অদু মযামগা মান্নদবা নত্তে। মখোয অনী হাৎনববদি অমা শিবা তাবনি। পোক্লক্লিবা জীব পূম্নমক নোংমা নত্রগা নোংমদি শোযদনা শিগনি।" লৌউবা নুপা অদুনা থগৎমনখিবদগী বাফম অদু জমিদাবদা লান্না হাযজিল্লুবে হাযনা খুদক্তা খঙলকখি। অদুদগীদি মহাক্না অচুম্বা ৱাফমদু হাযবল্লম্মী ঃ "ঐহাকপু ঙাকপীযু। ঐহাক্কী কাওনা অদোমগী কাওবু হাৎখিবনি।" জমিদাব অদুনা খোল্লাও কন্না লাউবল্লম্মী ঃ"কবি? নহাক্না কবিমতা কিদবমখৈ মফম অসিদা লাক্লগা ৱাফম অদু ঐঙোন্দা হাযববু ঙল্লিনে। নহাক্না ঐহাকপু করিমতা কিদব্রা? নহাক্কী কাওনা ঐহাক্কী কাওবু ৱাইখাইদুনা মছা শোকহনখিবা মতমদা নহাক করি তৌদুনা লৈখিবগে? নঙোন্দা মতীক-চাবা চৈরাক পীগনি।" জমিদার অদুনা মহাক্কী খুৎচাবী মনাই অমা কৌরম্মী অদুগা লৌউবা নুপা অদুগী মনঙ্গলদা অকনবা শাজৈগী চৈফম তাবমখৈ কুনলক ফু হায়না য়াথং তাওথখি।

ঐগীনি অমসুং নঙগীনি হায়বা ৱাখলনা ঐখোয়গী ৱায়েন-বিচারবু পুল্লি অদুগা ঐখোয়গী ইতৌ-ইগুণবু হস্থহল্লি। অতোপ্পা মীশিংগা মহাক মশামক্তা· অমতনি হায়না লৌরবা অদুগা মখোয়গী অৱাবা অমসুং নুংঙাইববু মহাক মশামক্কী

অৱাবনি অমসুং নুংঙাইবনি হায়নসু লৌরবা কনাগুম্বা লাইবকফরবা মী মহাক অদুদি য়াইফরবনি। ❑❑

# লমজেল-য়াঙবী রাজকুমারী

মমাংঙৈদা গ্রীস লৈবাক্তা য়াম্না ফজরবী অমসুং শুক্নাৎনবগী মশক ওইরবী রাজকুমারী অমা লৈরম্মী। মহাক অদু য়াম্না ফজবী লৈশাবী অমা ওইখিবতা নত্তনা তেন কাপ্পা, নোংমৈ-কাপ্পা, শাদানবা অমদি লমজেল-চেনবদা য়াম্না হৈশিংবী অমসু ওইরম্মী। তশেংনমক মহাকপু "লমজেল-য়াঙবী রাজকুমারী" হায়না খঙনরম্মী। মশক ফজ-ফজরবা অমদি থৌনা ফর-ফরবা নিংথৌ-মচা কয়ানা মহাকপু য়াম্না পাম্নরম্মী। মরমদুদগী রাজকুমারী অদুনা য়াম্না হৈশিংনা থৌওং অমা শীল্লম্মী অদুগা মহাক মশামক্তা লৈবাক মীয়াম খঙননবা লাউথোক্লক্লম্মীঃ "খোঙ-লমজেল চেন্নবদা ঐবু থোইবা ঙম্বা পাখঙ অদুদা ঐহাক্তা লৈগনি (লুহোংগনি)।" পাখঙ চামা চামানা রাজকুমারী অদুগা খোঙ-লমজেল তান্নবা লাকখি, অদুবু মহাক্না মখোয় লোইনমকপু মায়থীবা পীখি।

মমৈথংদা অকনবা পাখঙ অমনা রাজকুমাবী অদুবু মায়থীবা অমুক্তদি পীগে হায়দুনা য়াম্না মুন্না খন্থরক্লর্ম্মী। মহাক্না অশিংবা নুপা অমগী পাউতাক লৌরম্মী। মহাক্না অশিংবা নুপা অদুদা লমজেল-য়াঙবী রাজকুমারী অদুগী ৱারী লীরম্মী অদুগা মহাক্কী শীঙনবা মওং অদুবুসু খঙহল্লম্মী। মমিং চৎলবা পাখঙ কয়াবু রাজকুমারী অদুনা মায়থীবা পীরগা ঈকাইবা পীখি হায়না অকনবা পাখঙ অদুনা অশিংবা নুপা অদুদা খঙহল্লকখি।

অশিংবা নুপা অদুনা হায়রক্লম্মী ঃ"করিমতা ৱাগনু, নহাক্কী ফুরীৎখাউদা ইরং-লংনা ঙানবা মণি-মুক্তা নত্রগা রত্ননচিংবা মমল-য়াম্বা নুঙ খর হাপচিল্লু। নহাক্না মহাক্কী মমাংদা মণি-মুক্তা নত্রগা মমল-য়াম্বা নুঙ অমমম লমজেল-চেনবগী লম্বীদা মফম চাবা চাবা য়েংলগা থাদরম্মু।"

লমজেল চেন্নবগী নুমিৎ অমা লেপ্পখি। নুমিৎ অদুদা অকনবা পাখঙ অদুনা ফজ-ফজরবা মণি-মুক্তা খর মহাক্কী ফুরীৎখাউদা হাপচিল্লম্মী। পাখঙ অদুগা রাজকুমারী অদুগা মখোয় অনী লমজেল কন্না চেন্নরকখি। মখোয় অনীমক

লমজেল-চেনবদা মমিং লৈরবা ঙাক্তনি। রাজকুমারী অদুনা পাখঙ অদুবু হেনগৎকে হেক তৌরকপা মতমদা পাখঙ অদুনা তপ্লা তপ্লা ইরং-লংবা মণি-মুক্তাশিং অদু লম্বীদুদা মফম চাবা চাবা য়েংলগা মথং মথং থাদরকখি। রাজকুমারী অদুনা মবন্নাই মথন্তনা তৌজরকপা ওইনা লমজেল চেনবা লেপ্লম্মী। অদুগা লমজেল-চেনফম লম্বী অদুদা তারিবা ফজরবা মণি-মুক্তাশিংদু খুল্লম্মী। রাজকুমারী অদুনা মথন্তা খঞ্জবম্মী ঃ"ঐহাক্না ফজ-ফজববা মণি-মুক্তাশিং অসে খুনবদা ঙাইহাক ঙাইহাক লমজেল চেনবা লেপচরবসু ঐহাক্না পাখঙ অসিদগী লমজেল থোইবা ঙমগনি।" অদুবু পাখঙ অদুনা মণি-মুক্তাশিং অদু অমুকসু মফম চাবা চাবা য়েংলগা থাদরক্লম্মী। বাজকুমাবী অদুনা ঙাইহাক-ঙাইহাক লমজেল-চেনবা লেপ্তুনা মণি-মুক্তাশিংদু খুল্লিঙৈদা পাখঙ অদুনা লমজেলগী থুংফম য়ৌবা হানখি। অদুম তৌবগা অকনবা পাখঙ অদুনা লমজেল থোইখি অদুগা বাজকুমাবী অদুবু লৌখি।

করিগীদমক্তা লমজেল-যাঙবী বাজকুমারী অদুনা লমজেলদুদা মাযথীবা ফংখ্রিবনো? মহাক্না মণি-মুক্তাশিং পাম্লুবদগীনি। শেল নত্রগা সনা-লুপা, মণি-মুক্তা পাম্বনা মীওইববু শোলহল্লি অদুগা পূন্সিগী অশেঙবা পম্থুং যৌহন্দে। ঐখোযনা পূন্সিদা মাযপাক্কে হাযববদি পাখঙ অদুনা তৌখিবগুম্না ঐখোযগী অরৈবদু থাদোকপা নত্রগা কখোকপা তাই।

## সম্পত্তি চপ-মান্ননা য়েন্নবা

জগৎ অসিদা লৈবিবা পোৎ খুদিংমক ঈশ্বরগীনি। "ঐগীনি", "নঙগীনি", অমসুং মাগীনি" হায়দুনা জগৎ মপু মহাক্কী পোৎশিংবু তান্নবা হৌনদে।

মপা শিরবা মতুংদা মচিম্মনাও অনীখক্না মপানা থম্লম্বা সম্পত্তিশিং অদু মখোয অনীগী মরক্তা চপ-মান্ননা য়েম্থোক্লবা পাম্নরম্মী। লমশিং, পৈশাশিং, যুম, কোল্লিক, চফু-উয়ান্নচিংবদি চপ-মান্ননা য়েম্থোক্লবদা য়াম্না লায়না থোক্লম্মী। অদুবু ষণ অমোম অমখক্তং লৈরম্মী। ষণ অমোম অমবু মতৌ করম্না চপ মান্ননা য়েন্নগনি? মখোয়না লম্থুম অমদি সম্পত্তিবু অদুক্কী মতীক কাহেম্মন্না পাম্লমখি মদুদি ষণ অদুবু শরূক অনী থোক্না চপ-মান্ননা ককথৎলগা য়েম্থোক্লবফাওবদা মখোয় অনীগী চিংনবা করিমতা লৈনরমখিদে। মচিম্মনাও অনী অদুগী মতৌ অদু উবদা যুম্লোন্নবা মীশিংনা

তুমিন্না খাঙদুনা লৈবা ঙমখিরমদে। মরম অদুনা মখোয়না হায়রক্লম্মী ঃ "হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা মীশিংগী মফমদদি ষণ হায়বা শা অসে ধর্ম্মগা মরী লৈনবা অশেঙবা শা অমনি। ষণ হাৎপা হায়বসিদি অচৌবা পাপ অমনি। নখোয়গী ষণ অমোম অসে ঐখোয়গী মরক্তগী অমদা হেক্তা য়োল্লু অদুগা মদুদগী ফংলকপা পৈশা অদুনা নখোয় অনী শেম্পুং চপ-মান্ননা য়েন্নৌ।"

য়োন্লোন্নবা মীশিং অদুনা হায়বদু মখোয় মচিন্মনাও অনীদুনা য়ানীংনা য়ারকখি। অদুবু অহানবদা মখোয় মশামক্লা ষণ অদু য়োম্থোক্লগা মদুদগী ফংলকপা পৈশা অদু মখোয় অনী শেম্পুং চপ মান্ননা য়েম্থোক্লগে হায়না ইরায়-হেক-লায়না খনবা ঙমখিদবা করিগীনো? মখোয়গী শাগোন্নবক্লবা লৌশিন্নীংবগী অকনবা পূক্নিং ঈহুন অদুনা মখোয়গী ৱাখল খন্নবগী পাঙ্গল অদু লৈহনখিদে অদুগা মখোয়গী থম্মোয়শিংদু নুঙগুম কঙ্গিলহনখি। ▯▯

## এফঃওঃএফঃএসঃ অমসুং এফঃওঃএফঃডীঃ

সহর অমদা থবক ফংদবা নুপা অমা লৈরম্মী। মহাক্লা মহাক্কী থবক ফংনবা ঙম্বমখৈ হোৎনরম্মী। মহাক্লা থবক থিবদা মফম কযা চত্তুনা মীঙোন্দা হায়জরম্মী। অদুবু মমৈথংদদি মহাক থবক থিবদা য়াম্না চোকথবকখি।

মহাক্লা থৌরাং অমা লাংলম্মী। ফজরবা নেম-প্লেট অমদা মহাক্কী মিং ফজনা ইরম্মী অদুগা মিং অদুগী মতুংদা এফঃওঃএফঃএসঃ অমসুং এফঃওঃএফঃডীঃ হায়বা উপাধি অনীখক ইরম্মী। নেম-প্লেট অদু মহাক্কী কোম্থোংদা থেংলম্মী। লম্বীদা চৎপা মীশিংনা মহাক্কী উপাধি অনী অদু উবদা য়াম্না ঙক্লম্মী। মখোয়না য়ুম অদুদা লৈবা মীদু য়াম্না মতীক-চারবা অচৌবা মী অমা শোয়দনা ওইরমগনি হায়না লৌনরম্মী।

নোংমগী নুমিৎ অমদা অহল ওইরবা ভদ্রলোক অমনা য়ুম অদুদা চঙলক্লম্মী। থবক-থিবা-নুপা অদুনা মহাকপু তরাম-তরাম্না ওক্লম্মী অদুগা ভদ্রলোক অদুদা হংলক্লম্মী ঃ"সার! অদোমনা মফম অসিদা লেঙবীরকপবু করিগীদমক্তনো?" ভদ্রলোক অদুনা খুম্লকলম্মী ঃ "সার!ঐবু ঙাকপীয়ু। এফঃওঃএফঃএসঃ অমসুং এফঃওঃএফঃডীঃ হায়বা উপাধি অনীসিনা তাক্লিবসি করিনো ঐঙোন্দা অমুক্তা

খঙহনবীয়ু। ঐহাক্না এফঃআরঃসিঃএসঃ অমসুং অতোপ্পা মান্নবা উপাধি খরদি খঙজৈ, অদুবু সারগী উপাধি অনী অসিফাওবদি খঙজদ্রি। ঐখোয়গী ইরক্তা সারগুম্বা য়াম্না মতীক চারবা ভদ্রলোক অমা লৈরে খঞ্জবদা ঐহাক য়াম্না নুংঙাইজে।"

থবক-থিবা-নুপা অদুনা হায়রক্লম্মী ঃ"সার! ঐহাকপু ঙাকপীয়ু। ঐহাক থবক ফংদবা য়াদ্রবা মীশক অমনি, য়াম্না কন্না দরকার ওইরবনি। মী খুদিংমক্তা ঐহাক ইশামক্লা থবক যাম্না কন্না দরকাব ওইবে হায়বা ঙমদবনিনা, ঐহাক্না নেম-প্লেট অসিদা এফঃওঃএফঃএসঃ অমসুং এফঃওঃএফঃডীঃ হায়না ইরগা থেৎচবনি। এফঃওঃএফঃএসঃ হায়বদি ফাডব ওব ফাইব সনস (ইচানুপা মঙাগী মপা) অদুগা এফঃওঃএফঃডীঃ হাযবনা ফাডর ওব ফাইব ডোওটরস (ইচানুপী মঙাগী মপা) হায়বনি। সাব! ঐহাকসিবু থবক দবকার ওইদে হায়না খনবীব্রা?"

ভদ্রলোক অদুনা মহাক্কী নোক্লীংবদু ফাজিল্লগা মফম অদু থাদোক্তুনা নীংবকায়না চৎখি।

**মীশিংনা চাওথোকচরিবা উপাধিশিংনা ঐখোয়বু হুমদুনা**
**পুহল্লোইদবনি।।৭।।**

# চীনফা পঙপু-পুবসে খুদোংথীনঙাইনি

লাইবিক-লাইশু হৈজদবা অপঙপা নুপা অমবু সিপাইগী শিন্দম্বা যাওনবা খল্লম্মী। মহাক্না চপ-চাবা সিপাই অমা ওইবা যাননবা থা খবগী ওইনা শিন্দম্বা অদু যাওবা তারম্মী। লাইবকথীবদি শিন্দম্বগী মতম চযোল অমা হেক লোইরকপগা আর্মিগী অঙম্বা অমনা শিন্দম্লীবা মীশিং অদুবু ইন্টরভিউ লৌবা লাক্লম্মী। শিন্দম্বগী থবক অদুবু শেন্নরিবা ওজা অদুনা নৌনা শিন্দম্বা য়াওনবা খল্লকপা অপঙবা নুপা অদুগীদমক্তা খল্লুরগা যাম্না লাঙতক্লরম্মী । অদুম ওইনমক , মহাক মশানা ইন্টরভিউ অদুদা হংলক্কদবা ৱাহংশিংগী নোম্না অদু য়াম্না নীংথিনা খঙলম্মী । মরম অদুনা ইন্টরভিউ অদুদা হংলকপা য়াবা ৱাহংশিংগী পাওখুম অদু চুম্না খুম্বা ঙম্মনবা ওজা অদুনা অপঙবা নুপা অদুদা তাকপীরম্মী। অহানবদা ৱাহংশিং অদুগী পাওখুমশিং অদু মথং-মনাও হান্না নীংশিংউ হায়নসু তাকপীরম্মী । ওজা অদুনা হায়রক্লম্মী ঃ " অহানবা ৱাহংদি নহাক্কী চহি কয়া শুরে হায়না হংলকপা য়াই ।

মদুদা নহাক্কী চহি ২২ শুরে হায়না খুমগদবনি । অনীশুবা ৱাহংনা নহাক্লা শিন্দমফম অসিদা লৈরকপা মতম কয়াম কুইরে হায়না হংলকপা য়াই । মদুদা নহাক্লা চহি অনি শুরে হায়না খুমগদবনি । অদুগা অহুমশুবা ৱাহংনা মফমসিদা লৈবসে নহাক নুংঙাইব্রা নত্রগা নয়ুম নুংশিরকপ্রা হায়না হংলকপা য়াই । মদুদা নহাক্লা মফম অসিদা লৈবসু নয়ুমদা লৈবসু অনীমক্তা ইনুংদ-নুংঙাই হায়না খুমগদবনি ।”

অপঙবা নুপা অদুনা পাওখুমশিং অদু চিনফা পুরম্মী । ইন্টরভিউ নুমিৎ অদুদা মহাকপু ইন্টরভিয়ু কা অদুদা কৌশিল্লম্মী । ইন্টরভিউ লৌরিবা লাম্মীগী অঙম্বা অদুনা মঙোন্দা হংলক্লম্মী : “নহাক্লা মফম অসিদা লৈরকপা মতম কয়াম কুইরে ?” অপঙবা নুপা অদুনা মহাক্কী ওজানা তাকপীখিবা পাওখুমশিংগী মথং-মনাও অদু নীংশিংলগা হায়রকখি :“চহি ২২শুরে ।” পাওখুম অদু হেক তাবদা অঙম্বা অদুনা অহোয়নদুম ঙকপা য়ৌনা ঙক্লম্মী । মদুগী মতুংদা মহাক্লা অপঙবা নুপা অদুদা অমুক হংলক্লম্মী ঃ “নহাক্কী নশাগী চহি কয়া শুরে?” মহাক্লা খুম্লক্লম্মী ঃ“চহি অনী শুরে।” অঙম্বা নুপা অদুনা খোল্লাও কন্না লাউরক্লম্মী ঃ“কয়াদা নাতৈ চাখিদ্রবনোসে! নহাকপু ঙাওরব্রা নত্রগা ঐসিবু ঙাওববজাৎলা?” অপঙবা নুপা অদুনা মহাক্কী ওজানা তাকপীখিবা পাওখুমশিংগী মথং-মনাও অদু নীংশিংলগা ফীভম ইকায়-কাযদবমখৈ ঈংনা খুম্লক্লম্মী ঃ“মফম অসিদা লৈবসু নয়ুমদা লৈবসু অনীমক্তা ইনুংদ-নুংঙাই।”

চীনফা পঙপু-পুবসে খুদোংথীনঙাইনি।

# ণাকোংনা তাবা মখল অহুম

নিংথৌ অমগী রাজসভাদা মহাক্কী মন্ত্রীশিং, পণ্ডিতশিং, অমদি কলাকারশিং ময়াম অমা মখোয় মখোয়গী ফমফমশিংদা ফমদুনা লৈনরম্মী। নিংথৌ অদুগা মহাক্কী মন্ত্রীশিংগদি মবুদ্ধি লৌশিং য়াম্না লৈবগীদমক্তা মমিং য়াম্না চৎলম্মী। নুমিৎ অদুদা মুণি অমনা কোনুং অদুদা লাক্লম্মী। নিংথৌ অদুনা মহাকপু তরাম-তরাম্না ওক্লম্মী অদুগা মঙোন্দা হংলক্লম্মী ঃ“ওঃ ঈকাইখুম্নবদা মতীক চারবা মুণি! করি থবক্কীদমক্তা মফম অসিদা লেঙবীরকপনো? মুণিনা ঙসি মফম অসিদা লেঙবিরকপসি উবদা ঐখোয় য়াম্না নুংঙাইজৈ।” মুণি অদুনা খুম্লক্লম্মী ঃ“ওঃ ইনিংথৌ! ইনিংথৌগী

কোনুং অসে বুদ্ধি-লৌশিং লৈবা মন্ত্রীশিং অমদি পণ্ডিত ময়াম অমা লৈবগীদমক্তা মমিং য়াম্না চৎলি। ঐহাক্না ফজখ্রবা লাইফদীবী অহুমসে ইনিংথৌগী রাজমন্ত্রীশিংদা য়েংহন্নীংই, অদুগা মখোয়গী মমল লেপহন্নীংই।" মহাক্না লাইফদীবী অহুমদু নিংথৌ অদুদা পীরম্মী। নিংথৌ অদুনা মহাক্কী খ্বাইদগী থবক কুইনা তৌরক্লবা মন্ত্রী অমা কৌরম্মী অদুগা মঙোন্দা লাইফদীবীশিং অদু পীরম্মী। মন্ত্রী অদুনা লাইফদীবীশিং অদুবু হাইফেৎ য়েংলম্মী অদুগা নিংথৌগী পাখোল্লোয় অমদা ইস্পাতকী (য়োৎকী) তারা অমা পুরকউ হায়না য়াথং পীরকখি।

মন্ত্রী অদুনা লাইফদীবী অমগী য়েৎথংবা মণাকোং মনুংদা তারা অদু থিংজিল্লম্মী। তারা অদুনা লাইফদীবী অদুগী ওয়থংবা মণাকোংলোমদা থোরক্লম্মী। মহাক্না লাইফদীবী অদুমা নাক্কল্লোমদা হুন্দোক্কুনা থমখিরম্মী। মহাক্না অতোপ্পা লাইফদীবী অমমুক লৌখৎলগা মদুগী য়েৎথংবা মণাকোং মনুংদা তারা অদু থিংজিল্লম্মী। তাবা অদুনা লাইফদীবী অদুগী মচীন্দগী থোবক্লম্মী। মহাক্না অনীশুবা লাইফদীবী অদুসু অতোপ্পা মফম অমদা অমুক থমখিবম্মী। অদুদগীদি অকোনবদা মন্ত্রী অদুনা অহুমশুবা লাইফদীবী অদুবু লৌখৎলম্মী অদুগা তারা অদু লাইফদীবী অদুগী মণাকোংদা অমুক থিংজিল্লম্মী। হন্দকমুক্তি তাবা অদু লাইফদীবী অদুগী অতোপ্পা মণাকোং অমদুদগীসু মচীন্দগীসু থোরকখিদ্রে। নিংথৌ অদুগা রাজসভাগী অঙম্বশিংদুগনা মন্ত্রী অদুনা তৌবিবা মওংদু লাংতক্লনা য়েংলম্মী। মন্ত্রী অদুনা মুণি অদুদা ঈকাইখুম্নবা উৎলগা হাযবক্লম্মী ঃ"ওঃ লাৎনঙাই ওইবা মুণি! লাইফদীবী অহুমসিগী মনুংদগী অহুমশুবা অসিনা খ্বাইদগী হেন্না ফৈ। লাইফদীবী অহুম অসে থাঙ্গৈশেংনমক্কী ওইনা ণাকোংনা তাবা মখল অহুমগী মহুৎ ওইবা খুদমশিংনি। 'তাইবং-সংসাব অসিদা অতাবা মী মখল অহুম লৈ। অহানবা মখলগী অতাবা মী অদুগী ণাকোং অমনা ৱাহৈ খুদিংমক তাই অদুগা অতোপ্পা ণাকোং অমদুদা থোকহনখি। অনীশুবা মখলগী অতাবা মী অদুনা অতোপ্পা মী অমনা ঙাঙবা ৱা য়াম্না নীংথিনা তাই, নীংশিংই অদুগা মহাক্কী ণাকোংনা তারকপশিং অদু মচীন্না হায়দোকই। অহুমশুবা মখলগী অতাবা মী অদুদি মণাকোংনা তাশিল্লি, অদুগা মহাক্কী মণাকোংনা তারকপা অফবা খুদিংমক মহাক্কী থম্মোয়নুংদা থমজিল্লি। অকোনবগী হায়বদি অহুমশুবা মখলগী অতাবা মী অদুনা খ্বাইদগী ফবনি।" মুণি অদুনা নিংথৌ অমসুং মহাক্কী মন্ত্রীবু লাইফদীবীশিংগী মমল মায়পাক্না লেপখিবগীদমক্তা থাগৎলম্মী অদুগা মখোয় অনীদা আশীর্ব্বাদ পীরম্লগা কোনুং থাদোক্কুনা চৎখি।

অশিংবা মীশিংগী ৱাশিং তারগা ঐখোয়না ৱাশিং অদুগী অর্থ অদু পূক্লিংদা মুন্না খন্থগদবনি অদুগা ৱাহৈদগী থবক্তা ওম্থোক্তুনা পূন্সিগী অকারম ফংননবা লাক্লগদবনি। [১।]

## মীবু হেক্তা থুনা লাল্লে হায়রুনু

শ্রীবামগা রাবণগা লঙ্কাদা কন্না লানশোক্লরিঙৈ মতমগী ৱারীনি। নোংমগী লানলোইরমদাই নুমিৎ অমদা হিংচাবী মমা অমগী মতম্বাক্তা ফমদুনা লৈজবা মহাক্কী অঙাংমচা অমা তাঞ্জা হেক চারুবদগী তেন্না পান্দুনা শাথীনা শোকখি। মমা অদুনা অঙাংমচা অদু হুন্দোক্লম্লগা চেনখিরম্মী। মদু উবদা লক্ষ্মণনা শ্রীরামদা হায়রক্লম্মী ঃ“য়েংউ ইয়াম্বা! হিংচাবীশিংসে কয়াদা থম্মোয় কনখ্রবজাৎনোসে! মখোয়না মখোয়গী অপোকপা মচাশিংবু নুংশিবফাওবা ঙমদে।” রাম্না য়াম্না তপ্না খুন্নক্লম্মী ঃ“ইনাওইবুংঙো ! মীবু হেক্তা থুনা অমদি কন্থা-কঞ্জান্না লাল্লে হায়রুনু। হিংচাবী অসিনা মহাক্কী অশোকপা মচা অদু হুন্দোক্লম্লগা চেনখিবগী মবম অমা শোয়দনা লৈরমগনি। হিংচাবী অসিগী মনাক্তা চৎলু অদুগা মঙোন্দা মহাক্কী অশোকপা মচা হুন্দোক্লগা চেল্লিবা করিগীনো হায়না হংলুচো।”

লক্ষ্মণনা হিংচাবী অদুগী মনাক্তা চৎলগা খুরুম্লম্মী অদুগা হংলক্লম্মী ঃ “করিগীনো ইমানা অশোকপা নচাবু হুন্দোক্লম্লগা চেল্লিবদি?” হিংচাবী মমা অদুনা খুন্নক্লম্মী ঃ“থাঙ্গেশেংনমক ঐখোয়সে হিংচাবীশিংনি, অদুবু ঐখোয পূন্নমক লমচৎ-নাইদবা ঙাক্তি নত্তে। রাবণগী মনাওনুপা বিভীষণ কমদৌবগে, মহাক্লা শ্রীরামবু নুংশিদব্রা? অতোপ্পগী মরাল অমদি অশোয়বনচিংবা থিরগা পুথোক্কনু অমসুং অতোপ্পবু হেক্তা থুনা লাল্লে হায়রুনু। শিবা য়ানা শোক্লবা ইচানুপাবু করিগীদমক্তা হুন্দোক্লম্লগা চেনবগে হায়বদুগী মরম নঙোন্দা হায়গে। মমা অমসুং মচা ওইগে ওইয়ু নত্রগা মৱা অমসুং মতু ওইগে ওইয়ু মানা মানা তৌবা থবকশিংগী মতুংইন্না তোঙান-তোঙানবা লম্বী অমমম চৎচগদবনি। ঐহাক্তী অরান-খুভম ফংনবা হোৎনগনি। ঐহাক্লা ঐহাক্কী ইচানুপা অদু শোয়দনা শিরগনি খঙলবদা করিগীদমক্তা ঐহাক্লা লানশোক্লফম অদুদা মহাক্কীদমক্তা ৱাবীদুনা অদুম লৈরুবগী করি কান্নগনি? ঐহাকসু লাইবক থীরবদি তেন্না পান্দুনা শাথীনা শোক্লবা

য়াই। ঐহাক হৌজিকমক শিবা পামদ্রি। ঐহাক হিংদুনা লৈনীংলি,মরমদি শ্রীরামনা ঐহাকপু মীফা অমা ওইনা অযোধ্যা য়ৌবফাওবা পুহন্নীংই। মদু ওইরবদি ঐহাক্না পোকপা অমসুং শিবদগী নাম্বোক্তুনা অরান-খৃভম ফংবা ঙমগনি।"

লক্ষ্মণনা হিংচাবী অদুগী মমাংদা দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুম্লম্মী, অদুগা মঙোন্দগী বিদ্যায় লৌরম্মী। মহাক্না শ্রীবামগী মনাক্তা য়ৌরগা ব্রারী অদু শীৎনান্না লীরম্মী। শ্রীরামনা হায়রক্লম্মী ঃ "ইনাও ইবুংঙো, মপাম্বোংদা ফত্তনা উবা পোৎশিংগী মনুংদা অফবা খরদা ওইরবসু য়াওবনি হায়বসে নীংশিংউ। থবক অমবু ফৈ নত্রগা ফত্তে হায়বসে থবক অদু তৌনীংবগী মরমগী মখা পোল্লি। হাথু হাথু ব্রায়েল বিচার তৌবা হায়বসে হৌজ-খুদিংদা খুদোংথীনঙাইনি।" ▯▯

## করি তৌরগা ফগদগে?

মতম অমদা নিংথৌ অমা লৈবম্মী। মহাক্না নোংমা লম্বী অমদা চৎপা মতমদা তিংখংনা মখোঙদা য়ুখিবদা মহাক্না মদুগী অনাবদু খাঙবা ঙম্লমখিদে। মরম অদুনা মহাক্না মহাক্কী মী ময়াম অমা থাদোক্তুনা মহাক্না চৎকদবা লম্বী অমসুং লৈরক পূম্নমক অদুদা তারিবা তিংখংশিং অদু খুন্দোকহল্লম্মী। নিংথৌ অদুগী অপঙ-থৌনা অদুবু খঙলদুনা মহাক্কী অশিংবা মন্ত্রী অমনা মঙোন্দা হায়রকখি ঃ"ইনিংথৌ! লম্বীশিং অদুদগী তিংখংশিং খুন্দোকপদা মী ময়াম অমা শীজিন্নবা অসে পৈশা অমসুং মতম মাঙননবনি, মসিদি লোই-খম্বা নাইদবা থবক্নি। মসিগী মহুত্তা ইনিংথৌগী খোঙউপ জোড়া অমা শাহল্লসি। অদুদগীদি খোঙউপশিং অদু তোংশিনবীরগা ইনিংথৌনা চৎনীংবা মফমদা চৎপীবদা খোঙদা অশোক-অপন করিমতা থোক্লরোই। উমংদসু করিমতা অকিবা লৈতনা খোঙনা চৎপা ফাওবা য়ারগনি।" অশিংবা মন্ত্রী অদুগী পাওমেন অদু ফংবদা নিংথৌ অদুনা তশেংনমক নুংঙাইখি।

ব্রারী অসিগী নুং-গী অর্থদি করিনো? খোঙউপ য়াওদনা খোঙনা তিংখং মরক্তা চৎলবদি তিংখংনা য়ুবগী অনাবা ফংগনি। অদুগা মান্নবা নুংশিবা য়াওদবা থম্মোয়দি তাইবং-সংসারগী অব্রা-অনা ফংগনি মরমদি অদুগুম্বা নুংশিবা য়াওদবা অকংবা থম্মোয়না করম্না "**পীগনি অমসুং ঙাকপীগনি ?**" পূম্নমকপু নুংশিবা ঙম্বা মহাক

অদুনা তাইবং-সংসার অসিগা মরূপ্ত-মরূপকী মতৌগুম লৈমিন্নে। মহাক মশাখক্তবু নুংশিজবা মহাক অদুনা নাইতোম-তানা মথন্তা ৱানা পূন্সি লেপ্লি। [ ]

## বিউটি কন্টেস্ট (ফজবা তান্নবা)

মতম অমদা লাইরেম্বী অনীখক ফজবা তান্নরম্মী। অমনা লৈত-লায়রগী লাইরেম্বীনি অদুগা অতোপ্পা অদুনা লম্ভুমগী লাইরেম্বীনি। মখোয় অনী অমনা অমদগী হেন্না ফজৈ হায়দুনা খৎনরম্মী। মখোয়না লল্লোন-ঈতিক-তৌবা নুপা অমগী মনাক্তা চৎলম্মী। লল্লোনবা নুপা অদুনা লাইরেম্বী অনী অদুগী মফমদা ভক্তি তৌরম্মী অদুগা হায়জরকখি ঃ"করি মরমগীদমক্তা লাইরেম্বী অনীনা ঐহাক্কী নাতৈ-চাদবা য়ুমজাও অসিদা লেঙবীরক্লিবনো?" লম্ভুমগী লাইরেম্বী অদুনা হায়রক্লম্মী ঃ"লৈত-লায়রগী লাইরেম্বী লায়রবী অসিনা ঐঙোন্দগী হেন্না ফজৈ হায়রি অদুগা ঐহাক্কসু মঙোন্দগী হেন্না ফজৈ হায়রি। ঐখোয় অনীগী মরক্তা কনানা হেন্না ফজবগে?" লল্লোনবা নুপা অদু খুম্ফম খঙখিদে।

লল্লোনবা নুপা অদুবু মতা চাদবা ফীভম অমদা লৈহনখি। মহাক্কা অমসু অমসু পেলহনবা তারম্মী। লম্ভুমগী লাইরেম্বীনা লৈত-লায়রগী লাইবেম্বীদগী হেন্না ফজৈ হাযনা মহাক্কা হাযরুবা তারবদি লৈত-লায়রগী লাইরেম্বীনা মহাকপু শাপ তৌবিগনি। লৈত-লায়বগী লাইবেম্বীনা লম্ভুমগী লাইরেম্বীদগী হেন্না পজৈ হায়রুরগনা অকোনবগী লাইবেম্বী অদুনা মহাকপু থাদোক্লম্লগা চৎখিগনি। অদুম অদুম ওইনমক, মহাক্কা মপূক্লিংদা য়াম্না ঈংনা খম্থুরবা মতুংদা হায়জরক্লম্মী ঃ " ননাই ঐহাক্কা লাইরেম্বী নখোয় অনীমকপু য়াম্না ঈকাইখুম্নজরি। নখোয় অনীবু ঐহাক্কা হায়জবা অমা য়াবিগদ্রা? নখোয় অনীনবু য়াবীবা তারবদি ঐহাক্কা বিচার অদু নীংথিনা তৌবা ঙমজগনি।" লাইরেম্বীশিংদুনা য়ারম্মী। মহাক্কা হায়রক্লম্মী ঃ "লম্ভুমগী ইমা ইবেম্মা, চানবীদুনা ইমুংফাওবা লেঙশিনবীগদ্রা? অদুগা লৈত-লায়রগী ইমা ইবেম্মা, চানবীদুনা মফম অসিদগী থোঙ্গালফাওবা লেঙথোকপীগদ্রা? ঐহাক্কা ইমা লাইরেম্বী অনীবু অনকপদগী অমসুং অরাপ্পদগী মুন্না অমুক্তা য়েংজগে।" লল্লোনবা নুপা অদুনা হায়বা মতুংইন্না লাইরেম্বী অনী অদুনা মখোয়না চৎফম-চৎফমদুদা খোঙনা কেনা-নৌনা চৎলম্মী। অদুদগীদি

লল্লোনবা নুপা অদুনা য়াম্না নুংঙাইনা লাউথোক্লক্লম্মী ঃ"লম্হুমগী ইমা লাইরেম্বী! ইমা নহাক্লা ইমুংদা চঙবা মতমদনা য়াম্না হেন্না ফজে। অদুগা লৈত-লায়রগী ইমা লাইরেম্বী! ইমা নহাক্লা য়ুম অসি থাদোক্লগা থোঙ্গালদা থোকপা মতমদনা য়াম্না হেন্না ফজে।" লাইরেম্বীশিং অদুনা লল্লোনবা নুপা অদুগী বুদ্ধি-লৌশিং অদুবু য়াম্না ৱাংনা শীংথারম্মী।

**ঐখোয়না লুরবা সমস্যা অমা থেংনরকপা মতমদা পূক্লিংদা য়াম্না ঈংনা খম্হবা ঙন্নবদি আশাগী মঙাল অমা ফুদোরক্কনি অদুগা ঐখোয়গী চৎকদবা লম্বী অদু উৎলক্কনি।** ❑❑

# হাথু-হাথুবনা অমাঙবা ওইহল্লি

নোংমগী নুমিৎ অমদা নিংথৌ অমনা উমং অমদা শাতানবা চৎলম্মী। নুমিদাং থেংজিল্লক্লবা মতমদদি নিংথৌ অদু য়াম্না চোকথরক্লম্মী। মহাক্লা পোত্থাফম অমা পাল্লক্লম্মী। মহাক্লা লম্বোইবশিংগী আশ্রম অমা উরক্লুনা মফমদুদা চঙলম্মী। আশ্রম অদুদা লৈবম্বা লম্বোইবশিংদুনা মহাকপু ঈকায়-খুম্ননা তরাম-তরাম ওক্লম্মী অদুগা অথুম্বা উহৈ-ৱাহৈশিং পীজরম্মী অদুগা অঙৈংবা ঈশিংসু পীথক্লম্মী। আশ্রম অদুগী মকোক ওইরিবা মুণি অদুনা লাইখুরুম্ফমদগী থোরক্লগা নিংথৌ অদুদা আশীর্বাদ পীরম্মী অদুগা হায়রকখি ঃ"মহারাজ অমসুং মহারাজগী প্রজাশিং য়াইফরি হায়না খল্লি।" নিংথৌ অদুনা খুম্নক্লম্মী ঃ"ওঃ ভক্তি তৌবদা মতীকচারবা মুণি, ঈশ্বরগী থৌজালদগী অমসুং নহাক্কুম্বা মুণিশিংগী আশীর্বাদশিংদগী ঐখোয় পূম্নমক য়াম্না নুংঙাইরি। অদুবু ঐহাক্লা মুণিদা হায়জনীংবা অমদি লৈরি। ঐহাক্কীদা নত্তনা ঐহাক্কী প্রজাশিংগীসু য়াইফনবগীদমক্তা লাই-তোংলবা মুণি নঙোন্দগী পাউতাক অমা পামজে।" মুণি অদুনা থায়নগী লাইরিক ইনবা শউন মচেৎ অমদা ৱাহৈ খর ইরম্মী, অদুগা যদু থুপচিল্লগা মঙোন্দা পীরম্মী। মুণি অদুনা নিংথৌ অদুদা হায়রক্লম্মী ঃ"ইচানুপা, ঐহাক্লা ইরিবা অদু অর্থ খঙনা পাগদবনি অদুগা মদু থবক ওইনা ওম্থোক্কদবনি। অদুদগীদি নহাক্কা লোয়ননা প্রজা পূম্নমক নুংঙাই-য়াইফগনি। ঐহাক্লা নঙোন্দা আশীর্বাদ পীরি।" নিংথৌ অদুনা মুণি অদুগী মমাংদা দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুম্নল্লগা আশ্রম অদু থাদোক্লুনা চৎখি।

নিংথৌগী কা অদুদা মহাক্কী মনাই অমনা নিংথৌগী ফমুং অদু মহৌশাগী

মহৌশাগুম্না নীংথিনা শেন্নল্মী। মহাক্না তৃম্ফম কা অদুগী উফুল-ৱাইফুল কম্থোক্লল্মী; ফমুংগী ফৈজুপ, ফমুং কৃপ্নবা ফিনচিংবা অমদি মোনখুমশিংসু শিন্দোক্লল্মী অদুগা মনম নুংশিবা থাও চাইরল্মী। মহাক্না মহাক্কী তৌরিবা থবক অদুদা পেঞ্জরল্মী। মহাক্না ফজরবা কাংথোন, অথোংপা ফমুং অমদি অরুম্বা কম্বলশিং অদুবু লেপ্পগা মুন্না য়েংদুনা লৈরল্মী। মহাক্না ৱাখল অমা খনবা হৌরক্লল্মীঃ "নিংথৌনা শাতানবা হল্লক্কদবা মতমসি পৃং খর ৱাৎলি। ঐহাক ঙাইহাক্তং নিংথৌগী ফমুং অসিদা পোত্থাগে। ঐহাক্না ফমুং অসে অমুক য়াম্না থুনা শেমশাবা ঙমগনি।" মহাক্না থোৎলবা মোন অদু খাংলগা মখোঙ অনী চপ তিংথোক্তুনা কম্বলনা মমায় খুমজিল্লগা নিংথৌগী ফমুং অদুমক্তদা য়াম্না থুনা তৃমথখিরল্মী। মহারাণী অদুনা তৃম্ফম কা অদুদা মহৌশাগী মহৌশাগুম্না খজিক্তং থেংথরগা চঙলক্লল্মী। ফমুং অদুদা মী অমা তৃমদুনা লৈরম্বা অদু উবদা মহারাণী অদুনা মুরুম মুরুম শোল্লক্লল্মী ঃ"নিংথৌ অসি শাতানবা চৎলুবদা য়াম্না চোকথদুনা ফমুংদা হেক্তা চুমদ্রিং-চুম্না চঙলগা তৃমথ্রবজাৎনি। ঐহাক্না মহাক্কী তৃম্বা থুগায়ররোই। ঐহাক্কা মহাক্কা হয়েং ৱারী শানরগে। ঐহাকসু হীপথরগে।" মহারাণী অদুনা মীনাই অদুগী মনাক্তা থুনা তৃমথখিরল্মী।

নিংথৌ অদুনা শাদানবা চৎলুবদগী য়াম্না ৱানা হল্লক্লল্মী। মহারাণী অদু তৃমখ্রমাল্লে হায়দুনা নিংথৌ অদুনা মখোয়গী তৃম্ফম কাদা চঙলক্লল্মী। মহাক্না মহারাণী অদুগী নাকন্দা কনাগুম্বা মীশক অমা তৃমদুনা লৈবা উরল্মী। মদু উবদা মহাক্না শাউমনখিদুনা ঙাওরক্লল্মী। মহাক্কী নুপীগী নাকন্দা তৃমদুনা লৈরিবা শকখঙদবা মী অদুবু হাৎকে হাযদুনা মহাক্না থাঙশাঙ শৎলল্মী। মহাক্কী থাঙখুমদা মহাক্না হাপচিনখিবা মুণিনা পীরকপা শউন মচেৎ অদু গালিচা ফিদা মথক্তা তারক্লল্মী। মহাক্না মদু লৌখৎলল্মী অদুগা পাওতাক অদু পারক্লল্মী ঃ"**হাথু-হাথুবনা অমাঙবা ওইহল্লি, পংহা-হাবা তৌগনু।**" মহাক্না থাঙশাঙ অদু থাঙখুমদা অমুক হাপচিল্লল্মী। চৈরক্তুদা মহারাণী অদুনা হৌগৎলক্লল্মী অদুগা মহাক্কী মপুরোইবদা মীৎচাননা মুন্না য়েংলল্মী। মহাক্না অমুক নিংথৌগী ফমুং অদুদা তৃমদুনা লৈরিবা মী অদুদা মুন্না য়েংলল্মী। নিংথৌ অদুনা ফমুংদা তৃমলিবা মী অদুগী মমায়দা কৃপশিল্লিবা কম্বল অদু হাং্দোক্লল্মী। মনাই অদু খুদক্তা হৌগৎলক্লল্মী। মহাক্না য়াম্না কিনা নিংথৌ অমসুং মহারাণীদা মুন্না য়েংলল্মী, অদুগা মঙলা হারা করিনো তৌরিবদুবো হায়না খল্লক্লল্মী। জ্ঞান হেক তারকপা মতমদদি মহাক্না

নিংথৌ অদুগী মখোঙদা তুরগা হায়জরকখি ঃ"ওঃ নিংথৌ! ননাই ঐহাক্না তৌখিবা লমহেনবা থবক অদুগীদমক্তা ঙাকপীয়ু। ইনিংথৌনা পীনীংবা চৈরাক অমা হেক্তা ঐঙোন্দা পীবীবদা ঐহাক য়াজরে।" মহাক্না মতৌ করম্না নিংথৌগী ফমুংদা ঙাইহাক্তং পোত্থানীংখিবনো অমদি তূমথখিবনো হায়বদুগী মরম পূম্নমক অদু মহাক্না লৌথূপ-লৌকোয় করিমতা লৈতবমখৈ নিংথৌদা ফোঙদোকচরকখি।

মহারাণী অদুনসু মহাক্কী মপুরোইবগী মখোঙদা তুরম্মী অদুগা কপ্ল-কপ্লগা হায়জরকখি ঃ"ঐহাক্কী ইপুরোইবা ! ঐহাকপু ঙাকপীয়ু। ঐহাক্না ঐখোয়গী তূম্ফম কা অসিদা চঙলকখিবা মতমদা ফমুংদা মী অমা মমায় খুমজিল্লগা তূমদুনা লৈরম্মী। ঐহাক্না তূল্লিবা মীশক অদুবু মহারাজ নশামক্লি হায়না লৌজখি। মহারাজনা নুংঙাইনা তূমদুনা লৈবদুবু ঐহাক্না থুগায়নীংখিদে, মরম অদুনা ঐহাক্না...।" মহারাণীনা য়াম্না পাখৎলম্মী। অদুবু নিংথৌ অদুনা য়াম্না ঈংনা হায়রকখি ঃ"হৌজিক্তি ঐহাক্না নখোয়বু শাউদ্রে। ঐহাক্না নখোয় অনীমক হাৎলমগদবনি অদুবু শউন মচেৎ অসিনা নখোয়বু কনবীখিবনি।" নিংথৌ অদুনা মহারানী অদুদা মুণিগা মহাক্কা উনখিবদুগী ৱারীদু লীরম্মী অদুগা মহাক্কী পাওতাক ঃ"**হাথু-হাথুবনা অমাঙবা ওইহল্লি, পংহা-হাবা তৌগনু,**" হায়বদুসু মহারাণীদা খঙহল্লম্মী। পাওতাক অদুগী মহয় অদু অঙকপগী মশক ওইখি। মরম অদুদগী নিংথৌ অদুনা হায়রকখিঃ "ঐহাক্না পাওতাক অসিবু অশেঙবা মন্ত্র অমা ওইনা লৌই। পাওতাক অসিবু ঐখোয়না মতম লৈবা খিবিক্তা নীংশিংসি, ভাব তানা খঙজিনসি অদুগা ঐখোয়গী পূম্নিদা থবক্তা থবক ওইনা পাঙথোকখি।" ▯▯

## পূক্নিং লাক্সিনবা

থায়না থায়না মমাংঙৈদা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মহাক্কী মশক ফজস্রবী নুপী মঙা লৈরম্মী। মহাক্না মখোয় পূম্নমকপু নুংশিরম্মী অদুগা মখোয়নসু মহাকপু নুংশিরম্মী। অদুবু মতমগী মতূংইন্না মখোয়না হায়রকপা খুদিংমক নিংথৌ অদুনা পীবা ঙল্লকখিদে। অদুদগীদি মখোয় মঙা অদু ইশুক-শুকথনখিরম্মী। নিংথৌ অদুনা মখোয়বু লাক্সিনবা ঙল্লকখিদ্রে। মমৈথংদা নিংথৌ অদুনা সমস্যা অদু কোক্লনবা · উপায় অমা থিরক্লম্মী। মহাক্না মহাক্কী মন্ত্রীদা মহাক্কী নুংঙাইতবগী ৱারীদু লীরম্মী।

মন্ত্রী অদুনা মথৱায়-ইনুং-নুংঙাইতনা হায়রম্মী ঃ"ইনিংথৌ, ঐহাক্কী ফীভমসিসু হেন্না ফৰা নত্তে। ঐহাকসু ঐহাক্কী নুপীগী খুদোনবীদা চত্তবা য়াদে।" নিংথৌদুগা মন্ত্রীদুগা মখোয় অনীনা ৱাফম অদু মতম শাংনা নৈনরম্মী অদুবু সমস্যা অদু কোক্লনবগী লংলা-লংজীন অমতা পুথোকপা ঙমখিদে। অকোনবদা মন্ত্রী অদুনা হায়রক্লম্মী ঃ"মহারাজ, ঐখোয়না নুপী লৈবা নুপা মখৈগী সভা অমা ফম্লনবা থৌরাং তৌরসি অদুগা নুপীবু লাক্সিনবা ঙম্বা নুপা খরদংবু পুথোক্লবফাওবদি লাক্লরসি।" মন্ত্রী অদুনা সভা অদু ফম্লনবা থৌরাং পূম্লমক তৌখিরম্মী অদুগা কোনুং ওইরিবা সহর অদুদা লৈবা নুপী লৈবা নুপা মখৈদা বার্তোন তৌখিরম্মী। সভা অদুদা নুপীশিংনা ঙম্বা নুপাশিংগী কাঙলূপ অমা অদুগা নুপীশিংবু লাক্সিনবা ঙম্বা নুপাশিংগী কাঙলুপ অমা হায়দুনা কাঙলূপ অনীথোক্লা খায়দোক্লম্মী।

সভা ফম্বগী লেপ্পখিবা নুমিৎ অদুগী নুমিৎয়ুংবা মতমদদি সভাগী কাজাও অদু নুপী লৈবা নুপাশিংনা পীক থনখিরম্মী। নুপীশিংবু লাক্সিনবা ঙম্বা নুপাশিংগী কাঙলুপকীদি কনামতা লাকখিরমদে। মদুগী তাঞ্জা অদুফাওবদি নিংথৌ অদু নুংঙাইরম্মী। মহাক্না মথন্তা ৱাখল খঞ্জরকখি ঃ "ঐসে ফত্তবদি নত্তেদনা, নুপাশিংগী ১০০গী মনুংদা ৯৮দি নুপীনা ঙম্বা ঙাক্তনি।" মমৈথংদা ভদ্রলোক অমা লাক্লম্মী অদুগা নুপীশিংবু লাক্সিনবা ঙম্বা নুপাশিংগী ফমফমদা ফমখিরম্মী। নিংথৌ অদুগা মন্ত্রী অদুগনা মহাক্কী মনাক্তা চঙশিল্লম্মী। মন্ত্রী অদুনা মঙোন্দা হায়রক্লম্মী ঃ "নুংঙাইবা ফোঙদোকচরি মহাশয়, মশা মশাগী নুপী লাক্সিনবা ঙম্বা নুপা ময়ামগী মনুংদগী অমখক্তা ওইরবসু ঐখোয়না উনবা ফংজবসিদা য়াম্না নুংঙাইজে। কৰি উপায় তৌরগা নুপীবু লাক্সিনবা ঙম্বগে অমুক্তা হায়বীয়ু।" ভদ্রলোক অদুনা খুম্লক্লম্মীঃ "অদোম্না খনবীরিবদু লাল্লে, চীংলেম্লবা ইবুংঙো! ঐদি ঐগী নুপীগী লমজিং মখাদা লৈজবনি।" মন্ত্রী অদুনা হুকুম তৌরক্লম্মী ঃ "অদু ওইরবদি নহাক চৎলো অদুগা নুপীনা ঙম্বা নুপাশিংনা ফম্লিবা অতোপ্পা মফমসিদা ফম্লুরো। নহাক্ন া মফম অসিদা ফম্বা য়ারোই।" অদুম্না মরাল শীরক্লবদা ভদ্রলোক অদুনা থৱায়-য়াওনা হায়জরক্লম্মী ঃ "চীংলেম্লবা ইবুংঙো! অদোম্না হায়বা ইন্দবগী পীবিনীংবা দণ্ডি অমা হেক্তা পীবিয়ু। অদুবু ঐগী নুপীনা হায়বদি ঐনা ইন্দবা ঙমদে। ঐনা মফম অসিদা লাক্লমদাইদা ঐগী নুপীনা ঐঙোন্দা অতোপ্পা নুপাশিংগা ফম্মিন্নগনু ইথন্তা তোঙান্না ফম্মু হায়না হায়রকখি। ঐনা ঐগী নুপীবু পেলহন্দবগী লিংজেল

চপ চানা লৈজদে।" নিংথৌ অদুগা মন্ত্রী অদুগনা মহাক্কী ৱাদু তাবদা অৱাবা কোকথোকপা অমদি উপায় লৈতবা ফোঙদোকপা ওইনা সোর-মপী হোল্লম্মী।

ৱারী অসিগী অশেঙবা খন্থনঙাই ৱাফম করিনো? ৱারী অসিদা য়াওরিবা নিংথৌ অদু মীওইবগী পূক্লিংনি, অদুগা নুপী মঙা অদুনা ইন্দ্রিয় মঙানি। পূক্লিংবু ইন্দ্রিয়শিংনা খুদুম-চন্দুনা থল্লগা লৈ। মীৎনা হায় ঃ "*ঐহাক্লা ফজ-ফজরবা পোৎশিং য়েংবা পাম্মি।*" নাতোন্না হায় ঃ"*ঐনা নুংশি-নুংশিরবা মনম নমনীংই।*" চীনগী লৈনা হায় ঃ"*ঐনা হাওর-হাওরবা পোৎশিংগী মহাউ তংবা পাম্মি।*" পূক্লিংবু তোঙান-তোঙানবা মান্নদবা মায়কৈশিংদা চিংদুনা পুরগা পূক্লিংনা করিদি তৌবা ঙমগনি? মসিনি ইন্দ্রিয়শিংগী মনাই ওইরিবা মী অমগী নুংশিনঙাই ওইবা ফীভম হায়বদো।

মরমসিদগী পূক্লিং লাক্সিন্নবগী কলা অমসুং বিজ্ঞান তম্বা হায়বসে মী খুদিংমক্কী খ্বাইদগী মরুওইবা মথৌনি। [ ]

# মতম পূম্বদা চেকশিল্লু

হজরত মহম্মদ কৌবা মুসমান সাধু অমা লৈরম্মী। মহাক ধর্ম্ম য়াম্না চেনবা মীশক অমা ওইবম্মী। মহাক্লা চাবা থকপদা য়ারিবমখৈ চাদনা ত্রৎ-ত্রৎ হেক চিংশিনবমখৈ চেকশিন্না পূন্সি লেল্লম্মী। মরম অদুনা মহাক্লা মহাক্কী ইন্দ্রিয়শিংবু পূরা খুদুম-চন্দুনা থল্লম্মী। মহাক্লা অহল ওইশিল্লক্লবা মতমদদি শিবগী মতম নকশিল্লক্লে হাযদুনা মহাক্লা শিবগী থৌবাং তৌবা হৌরক্লম্মী। নোংমগী নুমিৎ অমদদি মহাক্কী মখনাও অদু য়াম্না থীনা নারক্লম্মী অদুগা সোর থবেৎ থবেৎসু হোনবা হৌরক্লম্মী। মহাক্কী তুংইনবা সেবকশিংনা মহাক্কী অকোয়বদা কোয়শিন্দুনা লৈরগা মখোয়গী গুরুগী অরোইবা ৱা অদু তাগদবগী ঙাইনদুনা লৈরম্মী। গুরু হজরত মহম্মদনা করিগুম্বা খর হায়নীংবগুম তৌরম্মী, অদুবু মখনাওদা লোক্লা ফুঞ্জিনখিদুনা ৱা ঙাঙবা ঙমখিদে। সেবকশিং অদুনা মরম খুদিংদা মখোয়গী গুরু অদুগী মতেং পাংলম্মী অদুগা হায়রক্লম্মী ঃ"ঈকাইখুম্ননীংঙাইগী মশক ওইরবা গুরু, গুরুনা করিগুম্বা অমা হায়নীংগুম তৌই, করিনো ঐখোয়দা হেক্তা হায়বীয়ু।" অদুবু গুরু মহম্মদতি ধ্যান তৌদুনা লৈখিরম্মী। মহাক্লা মহাক্কী সেবকশিংগী ৱাশিংদু তাখিদে। সেবকশিং অদুনা মখোয়গী গুরুগী মখনাও-অনাবা

অদু ফনবা ঈশ্বরদা প্রার্থনা থৱায়-য়াওনা য়ৌশিন্না তৌবদগী গুরুগী মমীৎশিং অদু পাংথোক্লক্লম্মী অদুগা মহাক্কী সেবকশিং অদুদা য়েংলক্লম্মী। মখোয়না অমুক হায়রক্লম্মী ঃ "ঐখোয়না ঈকাইখুম্নজরিবা হে গুরু, গুরুগী অপাম্বদু করিনো হায়বা ঐখোয়দা অমুক্তা খঙহনবীয়ু। ঐখোয়না মদু শোয়দনা পাঙথোকচগে।"

হজরত মহম্মদনা হায়রক্লম্মী ঃ"ঐগী নুংশিরবা ইচাশা, ঐহাক্না অঙকপা মঙ অমা মঙখি। মঙ অদুদা মায়ানা ঐহাক্কী তুং-ইল্লম্মী। ঐহাক্না মায়াদা হংলম্মী ঃ *করিগীনো নহাক্না ঐহাক্কী তুং-ইল্লিবনু?* মায়ানা খুম্লক্লম্মী ঃ*মহম্মদ, নহাক নত্তনা তাইবং অসিদা ঐহাক্কী মীনাই ওইদবা কনামতা লৈতে। নহাক্না ঐহাকপু জয় তৌখ্রবনি।* ঐহাক্না হায়রম্মী ঃ *মায়া! ঐহাকসে মায়াগী থৌরীদগী নাম্থোক্লে হায়দুনা হেক্তা হাথু হাথু লৌবিহৈনু। ঐহাক্না শিদ্রিবফাওবা ঐহাক্না হৌজিক ওইরিবা ফীভম অসে অদুম ওইদুনা লৈগনি হায়বা য়াদে। অরোইবা মীৎকুপ্তা ঐহাকসে মায়াগী মখুত্তা মায়থীরবসু য়াই।* মরম অদুননি ঐহাক্না পুম্নমক কথোক্লগা ঈশ্বরগী মফমদা চঙজরিবসে অদুগা তুমিন্না প্রার্থনা তৌজরিবসে। ইচাশা! ঐখোয়না মীৎকুপ খুদিং চেকশিনগদবনি হায়বসে কাউগনু। মায়ানা ঐখোয়বু করম্বা মতমদা অমদি মতৌ করম্না পায়শিনখিগদগে হায়বদু ঐখোয়না খঙবা ঙমদে। মবম অদুনা মীৎকুপ খুদিং প্রার্থনা তৌদুনা লেনগদবনি। অদুদগীদি ঐখোয়না ঐখোয়গী ইন্দ্রিয়শিংবু লাক্সিনবা ঙমগনি। মসিনি ঐহাক্কী ৱা-পাও হায়ববু।"

# নুংশিবা

টুকারাম হায়না কৌবা ভক্ত অমা লৈরম্মী। মহাক্না থবক শুরিঙৈদবু ওইরবসু নত্রগা পূজা তৌরিঙৈদবু ওইরবসু ভজন শক্ল-শক্লগা মহাক্কী মতম লেনখি। মহাক্কী লম একর অমা লৈরম্মী। মহাক্না লম অদুদা চু-পাম্বীশিং থারম্মী। চু-পাম্বীশিং অদু মপূং-মরৈ ফারক্লুনা মখোয়বু য়াল্লগা য়ুমদা পুশিল্লক্লবগী মতম য়ৌশিল্লকখি।

নোংমগী নুমিদাংৱাইরম অমদা মহাক্না চু ষণ-ঘাড়ী মপোৎ অমা ষণ-গাড়ীদা হাপ্লগা ময়ুমলোমদা পুরক্লম্মী। লম্বীদা খুঙ্গং অদুগী অঙাংমচা পুম্নমক্না ষণ-গাড়ী অদুগী অকোয়বদা ক্রক-ক্রক ইন্নবমখৈ কোয়শিল্লম্মী অদুগা পংলাও লাওনরক্লম্মী ঃ "ইপু, ঐখোয়দা চু অমমম পীয়ু।" টুকারামদি সাদারণ ওইনা মীওইবা জাতিবু নুংশিরম্মী অদুগা থোইদোক-হেন্দোক্না মরাল-লৈজদবা অঙাংশিংবু নুংশিজখি। মহাক্না

অঙাংমচা খুদিংদা চু অমমম পীখি। মহাক্না য়ুম য়ৌরকপা মতমদদি মহাক্কী ষণ-গাড়ী অদুদা চু অমখক্তং য়াওরকখি। মহাক্কী নুপীনা থোঙজিন্দা লেপ্পুনা মহাকপু ঙাইদুনা লৈবল্মী। মহাক্কী মপুবোইবনা চু গাডী মপোৎ অমা পুরক্কনি হায়বসিনা মহাক্কী আশা ওইরম্মী। ওন্থোকপনিদা! ষণ-গাড়ী অদুদদি চু অমদগী হেন্না য়াওবকখিদে। মহাক্না মহাক্কী মপুরোইবদা য়াম্না শাউনা যেংলম্মী অদুগা খোল্লাউ থানা লাউরক্লম্মী ঃ“ নহাকপু জ্ঞান যাওদ্রব্রা? নহাকপু নয়ুমদা নুপী অমসুং অঙাংশিং লৈবি হাযবসে নীংশিংদ্রব্রনে? নহাক্না চু গাডী মপোৎ অমা অঙাংশিংদা লেম্না যেম্থোকখ্রবকো! নহাক্না ঐবুসু অঙাংশিংবুসু লোইনা শিবো হায়ববনিনে, নত্র?” মহাক্না লেমহৌবা চু অমখক্তু লৌবগা মহাক্কী নুপাদা ফুবা হৌবক্লম্মী। চু অদু মতেক অহুম থোক্না তেকখিবল্মী। টুকারামনা যাম্না হবাওনা লাউরকখি ঃ“ঐগী নুংশিববী ইবেম্মা! নহাকসে কয়াদা হৈশিংখ্রবনো! নহাক্না ঐহাক্কী সমস্যা কোক্লবগী পাম্বে পীবিবে, যাম্না নুংঙাইবে। ঐহাক্না চু অমখকসিবু নহাকনে অদুগা ঐখোয়গী ইচা অনীদুনে নখোয অহুমদা কবম্না য়েম্থোক্কদগে খনবদা য়াম্না ব্রাবম্লবনি। হৌজিক্তি চু মতেক অহুম লৈবে, নহাক্না অমা লৌবা যারে অদুগা ঐখোয়গী ইচা অনীদুনা লেমহৌবিবা চু মতেক অনীদু লৌরনি।” মদুনি অশেঙবা ভক্তশিংগী মতৌ-মগুণ হাযবদো- *পূন্নমকপু মপূংফানা নুংশিবা, মখোযবু মাঙননবা তৌবকপা মীশিংদুফাওবসু নুংশিবা।* থাঙ্গেশেংনমক, স্বামীনা হায়বগুম্না -

“‘নুংশিবা হায়সিদি মশাগী খন্দবা হায়বনি,
নুংশিবদি পীবনি অমসুং ঙাকপীবনি।” ।৮।

## খুদিংমক্তা অফবতা উগদবনি

মী ময়াম অমা রূমান্না মনাতোন মেল্লগা লমজাও সোডোক্তা চৎলম্মী, মরমদি সোড়োক অদুগী নাকন্দা অশিবা হূই অমা পুমদুনা লৈরম্মী। সোড়োক অদুদা চৎপা নুপা অমনা হায়রক্লম্মী ঃ“ওঃ হূই অসে নুমিৎ কয়ানি চুপ্পা পুমদুনা লৈরেদো।” অতোপ্পা নুপা অমনা অমুক হাযরক্লম্মী ঃ“ওঃ মসি মনম কয়াদা নমথীখ্রবনোসে!”, অদুগা অতোপ্পা খব শাথীবা মী অমনমুক লাউরক্লম্মী ঃ “ব্রাইশীৎপা মীশিংনা মসিবু সোড়োকসিদগী পুথোকখিদ্রিবা করিগীনো?” মতম অদুমক্তদা মখোযনা মখোয়গী মনীংলোমদগী হায়রকপা য়াম্না মেং-তপ্পা খোঞ্জেল

অমা তারক্লম্মী ঃ‘‘**ওঃ ময়াম পূম্নমক! হূই অসে শিরফাওবদা ফজখ্রবা অঙৌবা ময়াশিং পাল্লি। নখোয়বু উদব্রা? মীওইবগী য়াশিংনফাওবা অসুক য়াম্না ঙৌরোই।**’’ মদু যীশুগী খোঞ্জেল ওইরম্মী।

‘‘**খুদিংমক্তা অফবতা উগদবনি।**’’ হায়বা পারা অসি ঐখোয় পূম্নমক্না তমগদবনি। [৭।]

# নাটক মচা অমা

নিংথৌ পানবা অপীকপা লৈবাক অমা লৈরম্মী। লৈবাক অদুগী য়াম্না ঙকপা ফীভম অমা হায়বা তারবদি মফমদুদা লৈবা মী পূম্নমক য়াম্না নুংঙাইরম্মী অদুগা হকচাঙসু য়াম্না ফরম্মী। মখোয়গী থোইদোক হেন্দোক্লা ফবা লাইবক অদুদা মীয়েং থম্লগা লৈবাক অদুগী নিংথৌ অমসুং মহাক্কী প্রজাশিংনা মখোয়না মহেল্লে হায়না খনবা হৌরক্লম্মী অদুগা মখোয়না ধর্ম্ম লৈবগী মনা অমা ওইনা নুংঙাই-য়াইফফম থোকপনি হায়নসু চাওথোকচরম্মী। নোংমগী নুমিত্তা মাইবা অমনা কোনুং লৈফম সহর অদুদা লাক্লম্মী অদুগা লৈবাক অদুদা মহাক্কা মহাক্কী সিন অদুদা তান্নগদবা অতোপ্পা মাইবা অমতা লৈতে খঙলকপা মতমদা মথল্লায় য়াম্না নুংঙাইরম্মী। অদুবু মহাক্লা লৈবাক অদুগী মীশিংগী হকচাঙগী ফীভম হংলুবা মতমদা মখোয়না হায়রক্লম্মী ঃ‘‘ওঃ! ওজা মাইবা, ঐখোয়দি ব্রহ্মজ্ঞানী ঙাক্তনি, ঐখোয়দা অনাবা হায়বদু অমতা পক্তে। ঐখোয়দি ঈশ্বরনা খনগত্তুনা থম্লবা লাইবকফবা খরনি, অদুগা ঐখোয়বুদি নুংঙাইরো অমদি হকচাঙ ফনা লৈরো হায়দুনা ঈশ্বরনা আশীর্ব্বাদ পীবিরবনি। নহাক্লা করিগীদমক্তা মফম অসিদা পন্থদুনা লৈরিবনো? অতোপ্পা মফম অমদা চৎলগা নহাক্কী হিংনবা-পাম্বে থিরুবনা হেন্না ফৈ।’’ অদুমওইনমক মাইবা অদুনা সহর অদু থাদোক্তুনা চৎপা পাম্লমখিদে, অদুগা লৈবাক অদুগী মীশিংনা হকচাঙ ফবদা অমদি নুংঙাইবদা মখোয়না মহেল্লে হায়না উচ্চনীংলিবা মতৌ অদুসু মতম কুইরোই হায়না মহাক্লা থাজরম্মী।

নিংথৌ অদু মহাক্কী পূন্সিগী অমুক্তমক ওইনা নারক্লম্মী। মাইবা অদুবু নিংথৌ অদুগী মনাক্তা কৌরম্মী। মাইবা অদুনা মহাক্কী হৈথোইশিংথোইবা মতৌ (প্রতিভা) অদু উখোকপগী খুদোংচাবা অমা ঈশ্বরনা পীবিরে খন্দুনা হরাওজরম্মী। মহাক্লা

নিংথৌ অদুবু ভক্তি লৈনা অমদি য়াম্না চোকসিন্না লায়য়েংলম্মী। নিংথৌ অদুগী অনাবা অদু তপ্না তপ্না ফগৎলক্লম্মী। অদুম অদুম ওইনমক নিংথৌ অদুনা হায়রক্লম্মীঃ "মহাশয়, ঐহাকপু নীংথিনা লায়য়েংবীবগীদমক্তা ঐহাক্লা নহাকপু থাগৎচরি, অদুবু নহাক্লা ঐহাক্কী অনাবা অসে থুনা পূমফ-ফহনবা ঙম্লরোইদ্রা? অসুম্না নুমিৎ কয়ানিমুক হীপ্তুনা লৈবসে ঐহাক্কী হৈনদে।" মাইবা অদুনা লৈবাক অদুগী নিংথৌ অমসুং মহাক্কী প্রজাশিংদা পারা অমা তন্বীনীংলম্মী। মহাক্লা হায়রক্লম্মী ঃ "ওঃ ইনিংথৌ, অনাবা অদু য়াম্না থুনা পূমফ-ফবা য়াই, অদুবু মদুগী হীদাক শেম্নবগীদমক্তা দরকার ওইরিবা পোৎশক অদু ঐনা তাম্লকপা মতমদা হেক্তা ফংবা ঙম্লোইদ্রা হায়না চিংনজে।" নিংথৌ অদুনা হায়রক্লম্মী ঃ"ঐগী মন্ত্রীশিংগী নত্রগা ঐগী প্রজাশিংগী তৌবা ঙম্বা শক্তি অদুবু অদোম্না করিমতা চিংনবীরুগনু। অদোম্না দরকাব ওই হায়না হেক হায়রকপা পোশক্তু মখোয়না শোয়দনা পুরক্কনি। মখোয় পূম্নমক ব্রহ্মজ্ঞনীশিং ঙাক্কনি। মখোয়গী নুংশিরবা নিংথৌগী অনাববু ফগনি হায়ববদি মখোয়না মখোয়গী মথৱায় ফাওবা কখোকপদা কবিমতা চিংনবোই। অদোম্না কৰি পাম্বীবগে ঐঙোন্দা হেক্তা হায়বিয়ু।"

মাইবা অদুনা হায়বক্লম্মী ঃ"ইনিংথৌ ইবুংঙো! ইনিংথৌনা অসুক য়াম্না থাজগনবা অসিদা ঐহাক য়াম্না নুংঙাইরে। ঐহাক্লা ব্রহ্মজ্ঞানী অমগী হকচাঙগী শদোং পাউগু অমগী মরি তোকপগী অমা দরকার ওই, মদুখক্তনি।" নিংথৌ অদুনা খংলাউ লাউরক্লম্মী ঃ"ওঃ! অদুক য়াম্না লায়বদুবো!" নিংথৌ অদুনা খুদক্তা মহাক্কী মন্ত্রী কৌরম্মী অদুগা সহর অদুদা লৈবা ব্রহ্মজ্ঞনী অমদগী হেক্তা শদোং পাউগু অমগী শরূক মরি থোকপগী অমা খুদক্তা পুরকউ হায়না মহাকপু থারম্মী।

মন্ত্রী অদুনা য়াম্না থেংনা নুমিদাংৱাইবমদা য়াম্না ৱানা অমদি নীংবকায়না হল্লক্লম্মী। নিংথৌ অদুনা য়াম্না লাঙতক্লনা হংলকখি ঃ "করিগীনো অদুক য়াম্না থেংলক্লিবদে? লাও, শদোং অদুদি কদায়দনো?" মন্ত্রী অদুনা খুম্নক্লম্মী ঃ"ওঃ! ইনিংথৌ, ঐহাকপু ঙাকপীয়ু। ইনিংথৌনা দরকার ওইরিবা পোৎ অদু ঐনা ফংলকপা ঙমখিদ্রে। ইনিংথৌনা দরকার ওইরিবা পোৎশক অদু প্রজাশিংদা খঙহনবা মতমদা প্রজা খুদিংমক্লা হায়রকখি ঃ*ওঃ ঐহাক ব্রহ্মজ্ঞানী অমা নত্তে। অসিগুম্বা সহর অসিদা ব্রহ্মজ্ঞানীশিং লৈরমগনি হায়না অদোম্না খনবীব্রা? ঐখোয় পূম্নমক অসে করম্না ব্রহ্মজ্ঞানীশিংনি হায়না ঐখোয়না থাজনা হায়গদৌরিবনো?*

মদু তাবদা নিংথৌ অদুনা ঙক্লম্মী অদুগা মাইবা অদুদা নুংশিনঙাই ওইবা ফীভম অমদা য়েংলম্মী। মাইবা অদুনা হায়রকখি ঃ“ওঃ ইনিংথৌ, ৱাগনু। মসি সংসারগী হৌনবীনি। কনাগুম্বা অমনা মহাকসে অদুনি অদানি হায়দুনা দাবি তৌরকপা য়াই, অদুবু মদুগী অৱাংবা ফিদম অদুবু থাঙ্গেশেংনা ঙাক্লা হিংবদি য়ৌনা ৱাবনি, অরায়বা নত্তে। ইনিংথৌ, ইনিংথৌগী অনাবদি হৌজিক পূমফফরে। ইনিংথৌদা হৌজিক করিমতা অকায়বা লৈত্রে। ঐদি মীওইবগী শদোং দরকার ওইদে। অচুম্বদু ইনিংথৌদা খঙহন্নবা হায়দুনা ঐহাক্লা নাটক মচা অসে হান্ননা থৌরাং তৌখ্রবনি। ঐহাকপু ঙাকপীয়ু।”

**মী খুদিংমকসে মহাক্লা মহাক মশামকপু করি ওইনা খল্লিবা, অতোপ্পা মীশিংনা মহাকপু করি ওইনা খল্লিবা, অদুগা অরোইবদনা মহাক্লা তশেংনমক করিদি ওইরিবা হায়বা অহুম অসিনা শাবা শক্তম অমনি।** ▯▯

# অভ্যাস তৌবনা মীবু মায়পাকহল্লি

নোংমা নিংথৌ অমনা মহাক্কী লৈবাক্তা লৈবা য়াওশেনবশিংগী মীফম অমা কৌরম্মী। মহাক্লা মখোয়দা অসুম্না হায়রক্লম্মী ঃ“নখোয় খুদিংমক্তা ঐহাক্লা হামেং অমমম পীগনি। নখোয় খুদিংনা হামেং অদু য়াম্না নীংথিনা য়োক্কদবনি। ঐহাক্লা নখোয়বু থা অনীগী মতুংদা কৌরক্কনি। নখোয় খুদিংনা হামেং অদু অমুক পুরগা লাক্কদবনি। হামেংবু নাপী অমসুং উনা-ৱানা চাবা লেপহনবা ঙম্বা মীদুদা ঐনা লুপা লীশিং অমা পীগনি। অদুগী মথক্তসু ঐহাক্লা হামেংশিং অদু থাক্লবা পৈশাসু পীগনি।” মদুদা য়াওশেনবশিং অদু য়াম্না নুংঙাইরম্মী অদুগা য়াম্না চাওখত্ত্রিবা মখোয়গীদমক্তা কান্ননবা য়েংদুনা নিংথৌনা তৌবিরক্লিবা থবক অদুদা অঙকপা ফোংদোক্লম্মী।

হামেংবু নাপী অমসুং উনা-ৱানা চাহন্দনা য়োকপা হায়বা অসিদি অচম্বা থবক অমনি হায়দুনা য়াওশেনবশিংদুগী পূক্লিংদা নীংলম্মী। মখোয়না ৱাখল অসুম্না খনবা হৌরক্লম্মী ঃ“থোকখিবমখে থোকখ্রবসু, কনাগুম্বা অমনা করিগুম্বা মখল অমগী চীঞ্জাক চারিবসে হৈনখিবদগী তৌবনি। ঐখোয়না হামেংবু নাপী - শীংবী পীজবগী মহুত্তা অতোপ্পা মখলগী চীঞ্জাক অমা পীজবা য়াই।” থা অনীগী

মতুংদা হামেংশিং অদু কোনুং লৈবা সহর অদুদা পুখৎলক্লো হায়দুনা য়াওশেনবশিং অদুদা নিংথৌ অদুনা সনা-যাথং পীরক্লম্মী।

য়াম্না পাকচাউরবা মফম অমা শেংদোক্লগা মফম অদু য়াম্না নীংথিনা শম্বল খাজিল্লম্মী। শম্বল খাজিল্লবা মফম অদুগী মযায়দা অশংবা নাপী অমদি উনা-ৱানা ময়াম অমা পৈদুনা থম্লম্মী। লেপ্পখিবা নুমিৎ অমসুং মতম অদুদা য়াওশেনবশিং অদুনা মখোয় মখোয়গী নোয়-পেন্না ফজরবা হামেংশিং অদু পুরগা মফম অদুদা থুংলখি। নিংথৌ অদুনা শম্বল খাজিল্লবা মফম অদুদা চঙলম্মী অদুগা য়াওশেনবশিং অদুদা মখোয় মখোয়গী হামেংশিং অদু থাদোক্লো হায়দুনা য়াথং পীরক্লম্মী। হামেং পূম্নমক্না য়াম্না চানীংনা অশংবা নাপী অমদি উনা ৱানাশিংগী মপৈ অদু তম্না চেনশিল্লক্লম্মী। নিংথৌ অদুনা য়াম্না থৱায়-য়াওনা কোয়না য়েংলম্মী, অদুগা মহাক্না নহা ওইরিবী লৈশাবী অমনা চৈ অমা পায়রগা হামেং অমগী মনাক্তা লেপ্পুনা লৈবা উরম্মী। লৈশাবী অদুগী মনাক্তা লৈরিবা হামেং অদুদি লৈশাবী অদুনা পাযবিবা চৈ অদুদা মুন্না য়েংদুনা লৈবম্মী। নিংথৌ অদুনা মদু উবম্মী। লৈশাবী অদুগী অতোপ্পা মখুৎ অমদুনা অশংবা উনা-ৱানা খর পায়রম্মী।

হামেং অদু উখোঙদা থৌবীনসু পুনখিরমদে নত্রগা পুনবা য়াবা মওং অমতদসু পুনখিবমদে; মরম অদুনা হামেং অদুনা চেননীংবা মফম অমদা হেক্তা চেনবা য়াবা ফীভমদা লৈরম্মী অদুবু চেনখিদে। নিংথৌ অদুনা য়াম্না ঙক্লম্মী অদুগা যাওশেনবী লৈশাবী অদুদা হংলক্লম্মী ঃ"ওঃ লৈশাবী! য়াওশেনবা ময়াম অসিগী মবক্তগী অমখক্তা ওইরবসু নহাক্না হামেং অমা ঐহাক্কী অপাম্বদু যৌনা য়োকপা ঙম্লকপা অসিদা ঐহাক তশেংনমক নুংঙাইজে। হামেংশিংদি পোকপদগী শাগোন্নরক্লবা ঈহুন অমগী মতুংইন্না নাপী-শীংবী চাবা পাম্মি। নহাক্না মতৌ করম্না থৌনাফবা থবক অসি পাঙথোকপা ঙম্লকলিবনো?" লৈশাবী অদুনা নিংথৌ অদুদা খুরুমজরম্মী অদুগা হায়জরকখী ঃ"ওঃ ইনিংথৌ! ঐখোয়গী অপাম্বা অমসুং পামদবা হায়বসে ঐখোয়গী হৈনবীশিংগী মখা পোল্লি। ঐখোয়না করিগুম্বা অমা নুমিৎ নত্রগা থা কয়ানিমুক চাদুনা নত্রগা তৌদুনা অদুম অতৎ-অখম লৈতনা লৈরক্লবদি, মদুগী মহাও খঙলকই অদুগা মদুনা হৈনবী অমা ওইহল্লকই। অদুমহায়না ঐখোয়না নুমিৎ কয়ানিমুক চুপ্না কৈনোমা তৌবা লেপ্লবদি, ঐখোয়না হোৎনরিবদু শোয়দনা মায়পাক্কনি। হামেং অসিগা লোয়ননা ঐনা য়ুমদা হনখিবা নুমিৎ অদুদগী হৌদুনা ঐহাক্না হামেং অসিগী মচীন্দা নাপী খুদাপ অমমম থমখি

অদুগা মহাক্না মদু হেক হেক চাগে তৌরকপা মতমদা ঐনা মহাক্কী মচীন্দা চৈ অমনা কন্না কন্না ফুখি। অদুমহায়না থা অমা চখুখি। অদুদগীদি হামেং অসিনা মহাক্কী মচীন্দা চৈনা ফুরক্কনি কিদুনা নাপী-শীংবী চানীংবগী অপাম্বা অদু মশাগী অতাবী ওইনা খক উৎলকখিদ্রে। মহাক্না চৈ হেক উবগা তুমিন্না লৈখিগনি। অদুবু ঐহাক্না ঐগী হামেং অসিবু অতোপ্পা মখল অমগী চীঞ্জাক পীজবগা য়োকখি। ঐহাক্না হামেং অসিবু য়াম্না নুংশিনা নীংই। ওঃ ইনিংথৌ! ঐখোয়গী ইরক্তগী কনাগুম্বা অমনা কবিগুম্বা অমা ফংগে হায়না কন্না নীংলবদা ফংদনীংঙাই লৈতে। অদুবু অসুম অসুম অতৎ-অখম লৈতনা ৱানা হোৎনবা নত্রগা অভ্যাস তৌবা হায়বদুমদি য়াম্না মরুওই।”

মঙোন্দা পূন্সিগী পারা অমা তম্বীরকপগীদমক্তা নিংথৌ অদুনা যাওশেনবী লৈশাবী অদুবু য়াম্না থাগৎলম্মী, অদুগা লৈশাবীদুদা নুংঙাইবসু ফোংদোক্লম্মী। নিংথৌ অদুনা, মহাক্না হান্না হায়দোকখীবগী মতুংইন্না, লৈশাবী অদুদা লুপা লীশিং অমা য়াওবা শেঙ্গাও অমা পীখি।

**অভ্যাস তৌবনা মীবু মায়পাকহল্লি।** ⌈।ᐢ

# তৌগদবা ইথৌদি ঈশ্বরনি

ভারতকী অচৌবা সহব খরতগী ওইনা সোডোকশিংদা বিজলী থাউমৈ থান্নরিঙৈগী ৱারীনি। মতম অদুদা সহব মচা অমগী সোড়োক খুদিংমক্তা গ্লাসকী চেমনি পানবা থাউগী থাউমৈ অহুম নত্রগা মরি থাল্লম্মী। নুমিদাংৱাইরমগী পূং ৬ (তরূক) রোম তারকপা মতমদা থাউমৈশিং অদু চুখৎনবা লন্নাই-শাসন-চৎলিবা সহরদুগী অঙম্বশিংনা শিন্মী খর শীজিন্নরম্মী। থাউ, দোসি অমসুং চেমনিগী অচংমল পূন্নমক অঙম্বশিংদুনা পুরম্মী।

থাউমৈশিং অদুবু নুমিৎ খুদিংগী হরাওনা অমদি য়াম্না চেকশিন্না চুখৎপা শীম্মী অমা শীম্মীশিংদুগী মরক্তা য়াওরম্মী। মহাক্না ঈশ্বরবু য়াম্না থাজরম্মী অদুগা মহাক্কী নুংশিজরবা ঈশ্বর শ্রীরামগী মিংলেনবু তত্তনা শোঞ্জরম্মী। মহাক্না মহাক্কী থবক অদুবু মতম চানা চানা অমদি নিয়ম নাইনা তৌরম্মী। মহাক্না নুমিদাংৱাইরম পূং ৫ (মঙা) হেক তাবগা মহাক্কী থবক মফমদা থুংলম্মী, চেমমিশিং শেংদোক্লম্মী,

থাউমৈশিংদুদা থাউ হাপচিল্লম্মী, দোসিশিংদু চুমদ্রিং-চুম্না থম্লম্মী অদুগা থাউমৈশিংদু চুখৎলম্মী। মহাক্না থবকশিং অদু তৌবা মতমদা **"হে প্রভু, ঐহাক্না ইবুংঙোগী থবকখক্তবু তৌজরিবনি, ইবুংঙোগী সেবাখক্তবু তৌজরিবনি"** হায়না ঈশৈ শক্ল-শক্লগা তৌরম্মী।

ভক্ত অদুনা চুখৎপা থাউমৈশিংনা অহিংচুপ্পা ঙান্দুনা লৈ অদুগা অতোপ্পা শীন্মীশিংনা চুখৎপা থাউমৈশিংদুদি মুসি মুসি ঙাল্লি অদুগা অয়াম্বনা অহিংগী শরুক খরদমক ঙাল্লম্লগা মুৎখি হাযবগী পাউ অমা লন্নাই-শাসন-চৎলিবা সহরদুগী অঙম্বশিংনা ফংলম্মী। পাউ অদুগী অচুম্বদু খঙনবা থিজিন- হূমজিনবা হৌবকখি। সহব অদুগী থাউমৈশিং চুখৎলিবা শীন্মী পৃম্নমক্তা মান্নবা থাউ অমদি অতোপ্পা পোৎচংশিং পী অদুগা অশুমলসু চপ মান্ননা পী হায়বা অঙম্বশিংনা খঙলম্মী। অতোপ্পা সোডোকশিংদা ঙানবা থাউমৈশিংদগী অহিংচুপ্পা হেন্না ঙান্দুনা লৈখিবা সোডোক অদুগী থাউমৈশিং অদুদি ঈশ্বরগী সেবা ওইনা মহাক্কী তৌগদবা মথৌবু তৌবিবা ধর্ম্ম লৈবা শীন্মী অদুনা চুখৎখিবনি। মদুদি চাংদম্নঙাই লৈতবা থৌদোক্কী খুদমনি।

**ঈশ্বরগী সেবা ওইনা পৃকচেল শেংনা তৌবা থবক্না ঈশ্বরগী নুংশিবা অমসুং মতীক-মগুণ উৎলকই।''**

## প্রার্থনাগী শক্তি

থাযনা থাযনা মমাংঙৈদা পণ্ডিত অনীখক খুঙ্গং অমদা লৈরম্মী। মখোয অনীমক নুংঙাই-যাইফবা হায়বদু ওইরমখিদে। মখোযগী মহৈ অদু উৎলগা নিংথৌদগী পৈশা ওইনা নত্রগা পোৎ ওইনা মতেং লৌবা পাম্লম্মী। নোংমদি য়ুমল্লোন্নবা লৈবাক অমগী নিংথৌনা পণ্ডিতশিংগী মীফম অমা শীল্লাংলি অদুগা মদুদা মখোয় অনীসু য়াওবা য়াগনি হায়বা পাউ অমা খুঙ্গং অদুদা য়ৌরক্লম্মী। পণ্ডিত অনী অদুনা খুদোংচাবা অদু মাঙহন্নীংঙমখিদে। মরম অদুনা মখোয়না মীফম অদু য়াওবা চৎকে হায়না চপযুংনা লেপখি।

মখোয়না ফি অমসুং চানবা চীঞ্জাক ময়োম অমমম তোঙান্না পুরগা য়ুমলোন্নবা লৈবাক অদুদা চৎলম্মী। পণ্ডিত অনীদুনা চাগদবা চীঞ্জাক্কী মরমদা বেদনা তাকপা পথাপশিং অদুবু করিমতা শোয়হন্নীংদবমখৈ য়াম্না চোকশিন্না ইল্লম্মী। মখোয়না

মী খুদিংমক্না থোংবা চাক-য়েনশাং চারমখিদে অদুগা পোৎয়োনশঙশিংদা য়োনবা চানবা চীঞ্জাকশিংসু শোক্লমখিদে।

নুমিৎ চপয়ুংবা ফাওবা লমশাং চৎলকপগী মখোয় অনী অদু চাক-লাম্বা পোক্লক্লম্মী। মখোয়না অচৌবা খোংনাংবট পাম্বী অমা হৌবা অদুগা মদুগী মনাক্তনা তুরেল অমা চেনবা মফম অমদা লেপ্লম্মী। মখোয়না তুরেলদুদা চৎলম্মী, ঈরুজথোক্লম্মী অদুগা তুরেলদুদগী লাক্লগা খোংনাংবট পাম্বী অদুগী মখাদা অয়ুক্কী চাক্লেন চাননবা ফমথরম্মী। মখোয় অনীনা মখোয়গী চাকয়োমশিংদু হাংদোক্লম্মী অদুগা মমীৎশিং উইশিন্দুনা মখোয়না মতম পূম্নমক্তা চাকচামাংদা তৌরকখিবা প্রার্থনা অদু তৌরম্মী। মখোয়না গীতাগী শ্লোক অনীখকসু থীরম্মী। অদুবু থুনমক য়াম্না কিনঙাই ওইবা মখোল অমনা মখোয়গী ধ্যান অদুবু থুগায়রম্মী। মখোয়না মফম অদুগী অকোয়বদা য়েংথোকখিবদদি উপাম্বী অদু য়ুংনা চেকখায়রক্লম্মী অদুগা মদুদগী স্বর্গগী লাই অমা থোরক্লম্মী। পণ্ডিত অনী অদু হৌগৎলম্মী অদুগা স্বর্গগী লাই অদুদা খুরুম্লম্মী। ইরং-লংনা ঙানবা স্বর্গগী লাই অদুনা হায়রক্লম্মী ঃ"ওঃ পণ্ডিতশিং, ঐহাক্না নখোয় অনীবু মতৌ করম্না থাগৎকদগে খঙদ্রে। ঐহাক্না লৈবাক্কী চৎনবী থুগায়বগী ৱাখল্লেতবা থবক অমা তৌরুবগীদমক্তা ঐহাকপু উপাম্বী অসিগী মনুংদা থোরকপা ঙমদনা অদুম লৈয়ু হায়দুনা ঋষি অমনা শাপ তৌখিবনি। ঐহাক্না উপাম্বী অসিগী মনুংদা লৈরকপা চহি য়াম্না য়ামখ্রে। নখোয়না হৌজিক্তা তৌখিবা অশেঙবা প্রার্থনা অদুদা ঐবু শাপতগী কনবীবা ঙম্বগী শক্তি অমা লৈখি। ঐনা মতৌ করম্না নখোয়দা তৌবীমল উৎকদগে? নখোয়না ঐঙোন্দগী বর অমা হেক্তা নিরো।"

পণ্ডিত অনী অদুনা স্বর্গগী লাই অদুগী মখোঙদা তুরম্মী অদুগা হায়জরক্লম্মীঃ "ঐখোয়না করিগুম্বা অমতা পামজদ্রে। ইবুংঙো নহাকপু উজবা ফংজবা অসিমক্না ঐখোয়দা থাঙ্গৈশেংনমক আশীর্ব্বাদ পীনবিরবনি হায়না লৌজরে।" স্বর্গগী লাই অদুনা হায়রক্লম্মী ঃ"ঐহাক্না নখোয়দা মতেং পীগনি। নখোয়না কদায়দা চৎলিবনো হায়বদু ঐহাক্না খঙই অদুগা করিগীদমক্তা চৎলিবনো হায়বদুসু খঙই। নখোয়না পাম্বদু নখোয়না শোয়দনা ফংগনি হায়বসে ঐহাক্না খঙই। ঐহাক্না নখোয়দা আশীর্ব্বাদ পীরি।" পণ্ডিত অনী অদুনা লাই অদুবু থাগৎলম্মী অদুগা মতুংদদি লাইদু মাঙখিরম্মী। পণ্ডিতশিং অদুনা মখোয়গী অয়ুক্কী চাক্লেন অদু য়াম্না

নুংঙাইনা চারম্মী অদুগা উপাম্বী অদুগী মখাদা ঙাইহাক পোত্থারম্মী। অদুগা মখোয়না নিংথৌ অদুগী কোনুংদা মতম চানা য়ৌরক্লম্মী। পণ্ডিত ময়াম অমনা মখোয়বু নিংথৌনা সনা-মনাক্তা কৌশিল্লকপগী তাঞ্জা অদু লাঙতক্লনা ঙাইদুনা লৈনরম্মী। পণ্ডিত অনী অদুনা মদু উরম্মী। মখোয় অনীদি য়াম্না চম্বা অমদি নোল্লুকপা মীশক ঙাক্তা ওইবনিনা মতম খর ঙাইখিগে হায়দুনা পূক্লিংদা চপ য়ুংনা লেপ্লম্মী। মখোয়না স্বর্গগী লাই অদুগী ব্রাহৈশিংদুবু চেৎনা থাজরম্মী।

মখোয় অনীগী মতাং থুনমক য়ৌরক্তুনা নিংথৌনা মখোয় অনীদুবু কৌশিল্লক্লম্মী। রাজসভা অদুদা মখোয় অনীগী চূনবা ফমফম পীরম্মী। নিংথৌ অদুনা মখোয় অনীদা মখোয়গী হৈজবা মহৈদু উৎপীরো হায়দুনা হায়জরক্লম্মী। পণ্ডিত অনী অদুনা পূক্লিংদা ওইনা স্বর্গগী লাই অদুদা প্রার্থনা তৌজরগা মখোয় মশা মশানা লেংজবা লাই খুরুম্বগী শৈরেংশিং অদু মথং মথং থীরক্লম্মী, নিংথৌ অদুনা মদুদা য়াম্না পেঞ্জরম্মী অদুগা মহাক্লা মখোয়দা লৌউনবা লম একর খর পীবম্মী। পণ্ডিত অনী অদুনা নিংথৌ অদুবু য়াম্না থাগৎলম্মী অদুগা মখোয়গী খুঙ্গংদা য়াম্না নুংঙাইনা হনখিরম্মী।

স্বর্গগী লাইগী আশীর্ব্বাদ ফংখিবনা মবম ওইরগা পণ্ডিত অনী অদুনা মিংচৎ ফংখি, অদুগা মখোয়বু রাজসভা অদুদা ঈকাইখুম্নখি। ঐখোয়সে তোপ্তোপ্পা হৈথোই-শিংথোইবা য়াই, অদুবু ঈশ্বরগী থৌজাল য়াওদনদি সমাজনা ঐখোয়বু শক খঙবীবোই। পূকচেল-শেংনা প্রার্থনা তৌবা নত্তনা ঈশ্বরগী থৌজাল ফংননবগী অতোপ্পা উপায় অমা লৈতে।

পণ্ডিত অনীদুনা চাকচামাংদা থীখিবা শ্লোকশিং অদুদি ঃ

"ব্রহ্মার্পণং ব্রহ্ম হবির্ব্রহ্মাগ্নৌ ব্রহ্মণা হুতম

ব্রহ্মৈব তেন গন্তব্যং ব্রহ্মকর্ম সমাধিনা।"

"যজ্ঞগী পোৎলমসু ব্রহ্মনি, ঘীসু ব্রহ্মনি, মৈসু ব্রহ্মনি, হোম পীরিবা মীদুসু ব্রহ্মনি, কৎলিবা অদুসু ব্রহ্মনা ব্রহ্মগী মৈদা কৎলি। থবক পূম্নমক্তা ব্রহ্মবু মতম লৈবা খিবিক্তা উবা ঙম্বা মী মহাক্তনা ব্রহ্মতবু লেপ্পমক ফংগনি।"

- গীতা ৪/২৪

"অহং বৈশ্বানরো ভূত্বা প্রাণিনাং দেহমাশ্রিতঃ
প্রাণাপানসমাযুক্তঃ পচাম্যন্নং চতুর্ব্বিধম।"

"থৱায়পানবশিংগী হকচাঙনুংদা পূন্সিগী মৈ (বৈশ্বনর) ওইদুনা ঐনা হোন্দোক-হোনজিন তৌরিবা থৱায়-নিংসাগা (প্রাণ অমসুং অপান) তিন্নরগা চীঞ্জাক মখল মরিবু তুমহল্লি।" ◻◻ - গীতা ১৫/১৪

## কনানা মথকথোংবগে?

নোংমগী নুমিৎ অমদা ভিক্ষারি অমনা য়ুম অমদা ভিক্ষা নিবা লাক্লম্মী। য়ুম অদুগী মৌ অদুনা ভিক্ষারি অদুবু করিমতা ভিক্ষা হাপনীংঙাই লৈতে চৎখ্রো হায়না হায়রক্লম্মী। মতম অদুমক্তদা মৌ অদুগী মনেম্বোক অদুনা কৈথেন্দগী হল্লক্লম্মী। মমৌনুপী অদুনা ভিক্ষারি অদুদা হায়খিবদু তাবদা মহাক্লা যাম্না শাউখি। মদু মথকথোংবা অঙম্ববু উশীৎ-থৌওইদবগী ৱানি হায়দুনা মনেম্বোক অদুনা লৌরম্মী। মহাক্লা ভিক্ষারি অদুদা হায়রকখি ঃ "মতম খরদং ঙাইবীখো।" অহল ওইরক্লবী নুপী অদুদি থৌজালহৈবগী পূকচেল-চেনবী নুপী অমা শোয়দনা ওইরমগনি হায়না ভিক্ষারি অদুনা খল্লকখি। মহাক্লা থোঙজিন্দা লেপ্লগা ভিক্ষা হাপ্পা ঙাইদুনা লৈরম্মী।

মীৎকূপ খরগী মতুংদা মনেম্বোক অদুনা য়ুম অদুদগী থোরক্লম্মী অদুগা হায়রকখি ঃ"চৎখ্রো, ঐনা নঙোন্দা পীবা ঙম্বা পোৎ অমতা লৈত্রে।" "য়ুমসিদা চঙদ্রিঙৈগী মমাংদা নহাক্লা হান্না ঐঙোন্দা হায়বীরম্বা য়াবনি অদুবু নহাক্লা ঐঙোন্দা করিগী 'ঙাইখো' হায়না হায়খিবনো?" হায়না মুরুম-মুরুম শোল্লগা ভিক্ষারি অদু চৎখিরম্মী।

মনেম্বোক অদুনা অদুক য়াম্না ৱাখল-লৈতবা মওংদা ভিক্ষারি অদুবু লাক্লবীখিবগী মরম করিনো? মদু কল্লক-খম্বলবা অমসুং মথকথোংনীংবগী পূক্লিং-ঈরাংনা ওইহনখিবনি। "ইমুংগী নুংঙাই-য়াইফনবগীদমক্তা ঐখোয় পূন্না থবক তৌমিন্নসি" হায়বা অপূনবগী ওইবা ৱাখল অমা মনেম্বোক অমসুং মমৌগগী পূক্লিংদা লৈত্রবদি মখোয়গী য়ুমদুদা শান্তি অমসুং হরাও-নুংঙাইবা লৈরোই। ◻◻

# মশানা মশাবু মতেং পাংজবা

প্রভু শ্রীবামচন্দ্রগী ভক্ত অমা লৈবম্মী। মহাক্না লাইশঙদা চাং-নাইনা চৎলগা প্রভু শ্রীবামচন্দ্রগী পূজা তৌবম্মী অদুগা ইবুংঙো মহাক্কী মিংলেনবু শোল্লম্মী।

নোংমগী নুমিৎ অমদা মহাক্না অচা-অথক ষণ-গাডী মপোৎ অমা পুবগা সহবদগী মহাক্কী খুঙ্গং তান্না লাক্লম্মী। খুদক্তা ষণ-গাডী অদু সোডোক্তা মথক-মখা ওল্লম্মী। লাইবক-থীবা থৌদোক অদু থেংনকুবদা মহাক্না ৱাবৌ-পুক্লৌবগা লোযননা তেংতাবগা মথক-মখা ওন্দুনা লৈবিবা ষণ-গাডী অদুগী মনাক্তা ফমদুনা লৈবম্মী। শ্রীবামচন্দ্রগী মফমদা থবায-যাওনা প্রার্থনা তৌজবর্বদি ইবুংঙো মহাক্না লেঙবীবক্তুনা ষণ-গাডা অদু হান্নগী মহৌশাগী ফীভমদা থন্বীবগনি হাযদুনা মহাক্না আশা তৌবকখি। মবম অদনা মহাক্না মমীৎ উইশিল্লগা ভগবান শ্রীবামচন্দ্রগী মিংলেনবু ১০০৮ লক শোনবা হৌবক্লম্মী। ভগবান ইবুংঙো মহার্ক্তা থোবকখিদ্রে। মদুদা মহাক্না ঈশ্বববু লান্না থাজকবে হাযদুনা মশানা মশাবু চৈবা হৌবক্লম্মী অদুগা মহাকাবাশিংদা নুংশিহৈবা শ্রীভগবানগী মবমদা লীবিবা বাবীশিংদুসু অবানবা ঙা চান হাযদুনা মহাক্না লৌবকাখ। মহাক্না খুদক্তা খোঞ্জেল অমা তাবক্লম্মী ঃ"হে অপঙবা নুপা, ঐহাক্না নঙোন্দা হকচাঙগী পাঙ্গল অমসুং বুদ্ধি পীবিবে। নহাক্না মখোযদু শীজিন্নগদবনি। নঙোন্দা নমশিল্লকপা নথৌ অদুগী দাযী নহাক্না পুগদর্বনি। কাবিগুন্বা অকাযবা অমা হেক লাকপা মতমদা নহাক্না মদু মেনশিন্নবা কন্না হোৎনগদবনি। সমস্যা অদু নহাক্না থেংনবা ঙমলক্তবা মতমদা ঐহাক্না নহাক্কী নতেং পাংবা লাক্কনি।"

**মশানা মশাবু মতেং পাংজবগতা ঈশ্বৰগী মতেং ফংগনি।** ◻◻

# পূক্লিং লেপ্পা

অপীকপা উচেক অমনা মহাসাগবগী মপান্দা মক্নমশিং কোক্লম্মী। মহৌশানা সমুদ্রগী জোৱাব কাবকপা মতমদা মক্নমশিং অদু ঈথকশিংনা পুথখি। উচেকমচা অদুনা মহাক্কী মক্নম মযাম অমা হন্না হন্না মহাসাগবদুগী মপান্দা কোক্লম্মী, অদুবু মতম খুদিংদা মক্নমশিং অদুবু ঈথকশিংনা অদুম পুথখিবম্মী।

উচেকমচা অদু থম্মোয় য়ৌনা শোক্লম্মী, অদুগা নীংবসু কায়রম্মী। মদুগী নীংবকায়বা মকায় অদুনা মরম ওইরগা উচেকমচা অদুনা মহাসাগর অদুবু য়াম্না শাউরম্মী। মহাক্না মপূক্লিংদা য়াম্না নুংঙাইতনা ৱাখল অসুম্না খল্লক্লম্মী ঃ“ঐগী ইরূম পূম্নমক পৃথবিখিবা মহাসাগর অসে কয়াদা নুংশিহৈখিদ্রবনোসে!” উচেকমচা অদুনা মহাসাগর অদুদা লমল খুম্বা পান্লম্মী। মহাসাগর অদুগী ঈশিং পূম্নমক কংহল্লগে হায়দুনা উচেকমচা অদুনা পূক্লিং চপ-য়ুংনা লেপ্লম্মী।

নুমিৎ খুদিংগী পোত্থাদবমখৈ উচেক অদুনা মহাসাগর অদুদা লূপ্লম্মী অদুগা মচীন্দা ঈশিং খর খর পূরক্লগা মহাসাগর অদুগী মপান্দা লৈবা লৈঙোইগী লম অদুদা হৈথরম্মী। মহাক্না নুমিৎ খুদিংগী ওইনা মহাসাগর অদু কংননবা হোৎনবগী থবক অদু মহাক মশামক্লদি পাঙথোকপা ঙম্লরোই হায়বা খঙলকখি। মরম অদুনা অচুম্বা অমা ফংনবা বিচার তৌবিয়ু হায়দুনা মহাক্না উচেকশিংগী নিংথৌ ঈগলদা ৱাকৎলম্মী। অদুনসু ওইবা য়াখিদ্রে। শ্রীবিষ্ণুগী শাদোং ওইরিবা গরুড়নদি করিগুম্বা খর তৌবা ঙমগনি হায়দুনা উচেকমচা অদুনা খঙলক্লম্মী। মরম অদুনা মহাক্না গরুড়দা থম্মোয়-শোক্না হায়জবদগী শ্রীবিষ্ণুগী থৌজাল ফংজখি। ভগবান শ্রীবিষ্ণুনা মহাসাগর অদুবু য়াম্না থীনা চৈরম্মী। অদুদগীদি মহাসাগর অদুনা উচেকমচা অদুদা মহাক্না কোক্লকপা মরূমশিং অদু অমুক হন্না শুকশোক-শোকচররোই হায়বা উত্তুনা ৱাশকপা ৱাঙাঙ অমগা লোয়ননা হায়রকখি। মরম অদুদগী উচেকমচা অদুনা অকিবা করিমতা লৈতনা মহাসাগরগী মপান-নক্না মহাক্কী মহুম শাখি।

উচেকমচা অসিদগী ঐখোয় পূম্নমক্না পারা অমা তমসি। উচেকমচা অদুনা হেন্না হৈ-শিংদুনা মহাসাগরবু অপঙবা তাহনখি। মতৌ করম্না উচেকমচা অদুনা য়াম্না পাক-চাওরবা মহাসাগরদগী লৌশিং হেন্দোকখ্রিবনো? মদু মহাক্না থবক অমা তৌগে হায়না পূক্লিং চপ-য়ুংনা লেপ্পা অমসুং মশাবু মশানা থাজবখক্তদগীনি। মহাক্না কৈদৌঙৈদসু মহাক্কী ৱাখলদা অসুম্না খনখিদে ঃ“ওঃ! ঐসে অপীকপা উচেক অমনি, ঐনবু করি তৌবা ঙমগদগে? মতৌ করম্না পীকখ্রবা ঐহাক্না ঐহাক্কী ৱাথোক অসিদা অসুক্কী মতীক পাক-চাওখ্রবা মহাসাগর অসিবু মায়থীবা পীবা ঙমগদগে?” ঐখোয়না অফবা মরম অমগীদমক্তা থবক অমা তৌগে হায়না অওইবমক হেক হোৎনরবদি অদুগা পূক্লিং চপ-য়ুংনা হেক লেপ্লবদি, ঈশ্বরনা ঐখোয়বু মতম লৈবা খিবিক্তা খঙবিগনি, অদুগা মতেং পাংবীগনি।

# ব্রাহ্মণগী মতীক-মগুণ

বিক্রমাদিত্য মহাবাজগী লৈবাক্তা ব্রাহ্মণ অমা লৈরম্মী। মহাক বেদ-সাস্ত্র যাম্না খঙবা মীশক অমা ওইবম্মী। অদুবু মহাক্না অহল ওইবক্লবফাওবদা মচা অমতা ফংখিদে। মরম অদুদগী ব্রাহ্মণী অদু মথৱায় যাম্না নুংঙাইরমখিদে। মমৈথংদা ব্রহ্মণ মতে-মনাও অনীনা নীংবকাযদুনা বন্দা লাইনীংবা চৎলম্মী। মখোয় অনীনা শিব-দুর্গা অনীবু পূজা তৌজবদগী মচানুপা অমা ফংজখি। মচানুপা অদুগী মমিং দেবদত্ত (লাইনা পীবা) হাযনা কৌবম্মী। দেবদত্তনা নোংম-নোংমগী বুদ্ধি-মরৌশিং হেনগৎলত্তুনা পণ্ডিত অমা ওইরকখি। মদু গুরুগী থৌজালদগীসু ওইখিবনি। মপাবুং ব্রাহ্মণ অদুনা যাম্না হবাওজখি, অদুবু মচানুপাগী কুম্মে মপূংফানা য়েংলমদনা নোঙ্গাখি। মপাবুংগী মথৌ-কর্ম্ম লোইরম্লগা দেবদত্তনা বন্দা চত্তুনা লাইনীংখিবম্মী। মহাক্না লাইনীংবদা অৱা-অনা কয়া খাঙখি।

নোংমগী নুমিৎ অমদা বিক্রমাদিত্য মহাবাজনা বন(উমং) অদুদা শা-তানবা চৎলম্মী। শজি অমা উবদা মহারাজনা শগোল থৌদুনা তান্নবম্মী। শজি অদুনা অশুকপা উমং অদুদা চের্নাশিনখিরম্মী। মহারাজনা অশুকপা উমং অদুগী মনুং যৌনা শজি অদু তান্নবকপদা অমম্বনা লাকশিনখিদুনা লম্বী চৎফম খঙদনা ৱাবম্মী। মতম অদুমক্তদা দেবদত্ত ব্রাহ্মণসু উহৈ খব থিবা লাক্লম্মী। মখোয অনী থেংনবম্মী অদুগা মহাবাজনা মঙোন্দা হংলকখি ঃ "হে ব্রাহ্মণ, নহাকপু কনানো? ঐঙোন্দা শেংনা হায়বীযু।" দেবদত্তনা খুম্লক্লম্মী ঃ"মহাশয! ঐহাক বিক্রমাদিত্য মহাবাজগী লৈবাক্তা লৈজবনি। অদুগা উমং অসিদা লাইনীংদুনা লৈজবনি। মহাশয়! অদোম্না কনা ওইবিববনো? ঐঙোন্দা অশেঙবা হায়বীযু।" মহাবাজ অদুনা হায়রক্লম্মী ঃ "বিক্রমাদিত্য হায়বা মহাবাজ অদু ঐহাকনি, মরম অদুনা হৌজিক্তি কোনুংদা চৎলসি, লম্বী চিংবিরো। ঐহাক্তী লম্বী খঙদ্রে।"

ব্রাহ্মণ দেবদত্তনা লম্বী চিংদুনা লাকপদগী বিক্রমাদিত্য মহারাজনা মহাক্কী কোনুংদা য়ৌরকপা ঙমখি। মহারাজনা মহাক্কী মনাক্তা নীংথিবা য়ুম অমা শাবিরগা ব্রাহ্মণ দেবদত্তবু থম্বীখিরম্মী, অদুগা মহাকপু রাজসভাদা য়াওহনবীখি। মহারাজগী মনা-মথুম চাদুনা দেবদত্ত য়াম্না নুংঙাইনা লৈখি। মতম খরগী মতুংদা দেবদত্তনা মহাবাজ বিক্রমাদিত্যগী মতৌ-মগুণ য়েংনীংদুনা নোংমা মহাক্কী অঙাং ওইরিবা রাজকুমার অদুবু পুরগা লোৎশিনখি অদুগা নুংশি-চান্না থমখি। কোনুং মনুংদা

অঙাং মাঙখিবগী কপ্প-লাউনরকখি। মাঙখ্রিবা রাজকুমার অদু ফংদ্রবদা মহারাজনা অরোনবা মনাইশিং থাদোক্কুনা অহিং-নুংথিল চুপ্পা কোয়থি-থিহল্লম্মী, অদুবু ফংবা কৌবা হায়বদু লৈখিদ্রে। মদুদা কোনুংগী শন্ত্রিশিং অদু কিখিবনা নিংদোন চোংনখি।

মতম অদুদা রাজকুমার অদুগী অখন্নবা লীক অদুবু কৈথেন্দা নত্রগা দুকান অমদা হেক্তা য়োম্থোকউচো হায়দুনা দেবদত্তনা মনাই সেবারী অমা থারম্মী। মহাক্কী মনাই অদুনা লীক অদু পুদুনা লাকপদা লম্বীদা মহারাজগী মনাইশিংনা থেংনদুনা মহাকপু ফারগা কোনুংদা পুদুনা লাক্লম্মী, মরমদি লীক অদু রাজকুমার অদুগীনি হায়বা মখোয়না খঙলম্মী।

বিক্রমাদিত্য মহারাজনা নুপা অদুদা লীক অদু কনাদগী ফংলকই হায়দুনা হংলক্লম্মী। মদুদা ব্রাহ্মণগী মনাই অদুনা খুম্লক্লম্মী ঃ"ঐবু ঙাকপীয়ু। ব্রাহ্মণ দেবদত্তনা লীক অসে কৈথেন্দা নত্রগা দুকান অমদা হেক্তো যোম্থোকউচো হায়দুনা ঐঙোন্দা পীরকপনি।" অদুদগীদি মহাবাজনা খুদক্তা দেবদত্তবু কোনুংদা কৌখি, অদুগা হংলকখি ঃ"হে ব্রাহ্মণ! লীক অসে কনাদগী কবম্না ফংই'? শেংনা হায়যু।" দেবদত্তনা খুম্লক্লম্মী ঃ"মহারাজ! ঐদি মহাপাপী অমনি। ঐনা নচা ইবুংঙো রাজকুমার অদুবু হাত্তোক্লগা ইখুৎসিনা লীক অদু লৌবনি। মরমদি ঐহাক্না সনাগী লৈতেং অদু পাম্বদগী ঐনা পাপকী থবক অদু তৌখিবনি। মহাবাজনা পীবিনিংবা চৈবাক অদু ঐঙোন্দা পীবিয়ু।" ব্রাহ্মণ দেবদত্তগী ৱাহৈশিংদু তাবদা মীয়াম পূম্নমক্না ঙক্লখিরম্মী অদুগা মখোযনা হাযনরকখি ঃ"ব্রাহ্মণনবু অসূক শাথীবা পাপ তৌবসিনদি মাবুসু হাত্তোকপনা ফগনি।" অদুবু বিক্রমাদিত্য মহারাজনদি ব্রাহ্মণ দেবদত্তনা হায়রিবশিংদু অওইবা ওইরমগনি হায়বা থাজরমখিদে। মবম অদুনা সনা-লুপা, মণি-মুক্তা, রত্নরনচিংবা কয়ামুক মঙোন্দা পীরগা মহারাজনা হায়রকখিঃ "ঐবু ঙাকপীয়ু, ব্রাহ্মণ দেবদত্ত! নয়ুমদা হনখ্রো; অদুবু ঐহাক্না শোক অমথক্তং থীখিগে, মদুদদি পূক্লিং-চঙনা তাবীখোঃ **"বরং পণ্ডিত শত্রুনা-ন চমুর্খেস মিত্রদা। [illegible] হতো রাজা বিপ্র শ্চৌরেন রক্ষিগা।"** "পণ্ডিত অশিংবগা য়েক্লবনা [illegible] ওইবদগী হেন্না ফৈ। য়োংগা মরূপ ওইরুবদগী য়োংগী মখুত্তা নিংথৌ মথরায থাং [illegible] হুনানবা ওইজরবসু নিংথৌবু ঙাক-শেল্লি।" মহারাজগী শ্লোক অদু তাববা মতুংদা ব্রাহ্মণ দেবদত্তনা রাজকুমার অঙাং অদু রাজসভাদা পুথোবক্লগা মহারাজদা শীন্নখি। মদুদা বিক্রমাদিত্য মহারাজনা নুংঙাইখিদুনা ব্রাহ্মণ দেবদত্তদা লম্লুম কয়ামুক দান তৌখি। ▯▯

# দেবীগী থৌজাল

থায়না মমাংঙৈদা লৈবাক অমদা পৈশা য়াম্না পায়বা লল্লোনবা নুপা অমা লৈরম্মী। মহাক্না মহাক্কী নুপীবু য়াম্না লুনা-চান্না তৌরম্মী। মতম পূম্নমক্তা মখোয় অনী থাদোক্নরমখিদে। অদুবু নোংমদি মহাক্না মহাক্কী নুপীবু য়ুমদা থনম্লগা মীরৈবাক্তা কারবার তৌবা চৎপা তারম্মী। মরম অদুনা মহাক্না মমাদা মহাক্কী নুপী অদুবু শেন্নবীনবা শীন্নরম্লগা হিদা লল্লোন-পোৎ ময়াম অমা হাপ্লগা খা-মায়কৈরোমদা কাববাব তৌবা চৎখি। মহাক্না চৎলমদাইদা মমাদা অসুম্না হায়বম্মী ঃ"ইমা! নমৌ নুপী অসিনা করিগুম্বা লাইবক থীদুনা শিবা তারবদি মৈ থাবিরমগনু, মহাক্কী অশিবা হকচাঙ অদু কু নীংথিজনা চল্লগা ঘী হৈজিন্দুনা থম্বীরম্মু। ঐনা হয়েং য়ুমদা হল্লকপা মতমদা মাবু উবা ফংদ্রবদি, ঐদি হূ চাদুনা হেক্তা শিগনি।"

মহাক্না অতোপ্পা লৈবাক অমদা পোৎ-চৈ ময়াম অমা যোল্লগা সনা-লুপা ময়াম অমা তান্দুনা লৈখি। চৈবক অদুদা মহাক্কী নুপী অদু নাদুনা শিখি। মহাক্না হায়বম্বা মতুংইন্না মহাক্কী নুপীগী অশিবা হকচাঙ অদু ঘী তৈবগা কু অমগী মনুংদা নীংথিনা থমখিবম্মী। মতম খব লৈবগা মহাক্না সনা-লুপা ময়াম অমা পুরগা ময়ুমদা হল্লক্লম্মী। মহাক্না ময়ুমদা হেক থুংলবগা মমাদা মহাক্কী নুপী কদাযদা লৈখ্রে হায়না হংলম্মী। মদুদা মমানা কপ্প-কপ্পগা মমৌ শিখিবগী পাউ মচাদা তম্লম্মী। মচানুপা অদুনা মহাক্কী নুপী শিখ্রে হায়বদুদা থম্মোয শোক্না কপ্লম্মী। মহাক্না কু অদু হাংদোক্কুনা য়েংলুবদা মহাক্কী নুপীগী অশিবা হকচাঙ অদু কংশিল্লমখি। অদুদগীদি মহাক্না কু অদু মকোক্তা থোঙ্গৎলগা অঙাওবদৌনা কপ্প-কপ্পগা ময়ুমদগী থোরক্কুনা বন্দা চৎখিরীম্মী। মহাক্না কপ্প-কপ্পগা বনগী উহৈ-ৱাহৈশিং হেক্কুনা হিংনবা চারম্মী অদুগা ফজ-ফজবা অমুনবা উহৈশিংসু কু মনুংদা মহাক্কী নুপীগী শরদ্ধি চাও হায়দুনা হাপচিল্লম্মী। মতৌ অসুম্না মহাক্না অহিং-নুংথিল খায়দনা মহাক্কী নুপীগী অশিবা হকচাঙ অদু কোকথোং-নাদুনা পুরগা অঙাওবগুম কোয়চৎ-চৎলম্মী। নোংমদি শিব মহাদেব অমসুং পার্ব্বতী অনীনা শন্দনবা তোংদুনা পঙকোয়-কোয়রম্মী। মদুদা পার্ব্বাতীনা লল্লোনবা নুপা অদুবু উরগা মবুংঙো শিব মহাদেবদা হায়জরকখি ঃ"থৱায়গী থৱায় ওইবা ইবুংঙো, ইবুংঙোনা তৌবা ঙমদবা থবক অমতা লৈতে। নুপা অমনা মহাক্কী নুপীগী অশিবা হকচাঙ পুদুনা

অঙাওবগুম চৎলিবসে অমুক্তা থৌজালবিয়ু। মহাক্কী নুপীগী অশিবা হকচাঙ অসে অমুক্তা হিংগৎহনবীয়ু।"

শিব মহাদেবনা পার্ব্বতীগী ৱাফম অদু য়াবিরম্মী অদুগা মখোয় অনী ব্রাহ্মণ-ব্রাহ্মনী শাদুনা লল্লোনবা নুপা অদুগী মনাক্তা লাক্লগা হংলক্লম্মী ঃ "নহাক কনানো? করিগীদমক্তা নহাক্না অশিবা হকচাঙ অমা পুদুনা অঙাওবদৌনা চৎলিবনো?" লল্লোনবা নুপা অদুনা মহাক্কী ৱারী পূন্নমক লীরম্মী, অদুগা ব্রাহ্মনী অদুদা খুরুম্লম্মী। পার্ব্বাতীনা ৱারী অদু খঙলবা মতুংদা হায়রকখি ঃ"নহাক্কী নুপীসে হিংহনবীরগে, অদুবু মতুংদদি নহাক্না মহাকপু খক থাদোক্কনুকো।" ৱাহৈ খরসি হায়রবা মতুংদা থৌজাল হৈবী দেবীনা অমৃত খর অশিবা হকচাঙ অদুদা থীকপীরগা হিংগৎহনখি। লল্লোনবা নুপা অদুনা য়াম্না হরাওনা দেবীদা খুরুমজরম্মী। দেবীনা হায়রক্লম্মী ঃ"লল্লোনবা নুপা, নহাক্কী নুপী অসিনা নহাকপু তুংদা হেক থৌশারক্তুবদি নহাক্কী নতিল খর মহাক্কী মশাদা তৈশিল্লু; অদু ওইরবদি মহাক শোয়দনা অমুক শিজখিনি। মসি কাউগনুকো।" ৱাহৈ খরসি হায়রম্লগা দেব-দেবী অনীমক কৈলাস তান্না চৎখিরম্মী।

লল্লোনবা মতৈ-মনাও অনীদুনা শিঙ্কু তুরেন্দা কুমদুনা ঈরু-মায়থজরগা উহৈ-ৱাহৈ খর চারম্মী, ঈশিংসু খর থক্লম্মী, অদুগা ৱামন্দুনা পোত্থারম্মী। লল্লোনবা নুপা অদুনা য়াম্না তূমনীংদুনা মহাক্কী নুপীগী মতম্বাক্তা মোন খাংলগা ঙাইহাক পোত্থাবদগী কন্না হেক তূমথখিরম্মী। লাইগী নোংদম হায়বসিসু অঙকপনি! মতম অদুমক্তদা মশক-মতৌ য়াম্না ফজবা অমদি ঈনাক-কৈরাক য়াম্না খুনবা নুপা অমনা তুরেল অদুদা হি-হোন্দুনা হেক লাক্লম্মী। মহাক্না ফমদুনা লৈরিবী নুপী অদু হেক উবদা হিদগী কুমথরক্লম্মী অদুগা নুপী অদুগী মনাক্তা চঙলগা হংলক্লম্মী ঃ "ইবেম্মা ! ঐগী থম্মোয়বু হুরিবী শকহেনবী! নহাকপু কনানো? করি তৌরিবনো?" নুপী অদুনা খুম্লক্লম্মী ঃ"ঐবু ৱাহল্লিবসে মসিদা তূল্লিবা নুপা অসিননি। মহাক ঐগী ইপুরোইবনি।" ৱা অদু তাবদা হি-হোনবা নুপা অদুনা হায়রক্লম্মী ঃ"নহাক্না য়াম্না ৱানা খাঙদুনা লৈগদবগী শরুকপুদি নহাকপু ৱাহল্লিবা নপুরোইবদু থাদোক্লল্লো, অদুগা হৌজিক ঐগা চৎলসি, নুংঙাইনা ঐখোয় অনী লৈমিন্নরুরসি, হিসিদা তোংলরো, নহাক্কী নুপা অদুবুনা লৈতূম অমদা মোন খাংহল্লম্মু, অদুগা নঙগা ঐগা হি-তোংদুনা নুংঙাইনা চৎলসি।"

হকচাঙগী নুংঙাইবগী ৱাদু তাবদা নুপী অদুনা হি-হোনবা নুপা অদুনা হায়বদুমক তৌরম্নগা অৱাবা কয়া খাঙলক্লবা মৱাদুবু হুন্দোক্লম্নগা হি অদু তোংদুনা অতোপ্পা নুপা অদুগা চেনখিরম্মী। মহাক্কী অশেংবা মৱা অদুনা ময়ুমদগী লাকপা মতমদা মহাক্কী শিংথ্রবা হূই অমা লোয়নরকখি। হূই অদুনা নুপী অদুনা হি-তোংদুনা চৎখিবা লম্বী অদু যেং-য়েংদুনা তোর্বান্দা অদুম ইন্নখিবম্মী। হি-হোনবা নুপা অদুগা নুপী অদুগা অনীনা হি-হোনবা নুপা অদুগী ইমুংদা হরাও-হরাও নোকমিন্নদুনা চঙখিবদু হূইদুনা লেপ্লগা মুন্না যেংদুনা লৈহৌখি।

হূইদুনা মপুগী মনাক্তা অমুক হল্লক্লম্মী। মতম অদু ফাওবা হূইদুগী মপু লল্লোনবা নুপা অদুদি কন্না তূমদুনা লৈরমখি। মদু উবদা অশিংবা হূই অদুনা ময়ানা তূমলিবা মপু অদুগী খোঙবীদা চীক্তুনা চিংলম্মী। মদুদা মহাক্লা য়াম্না ফিংনা তূম্বা হৌগৎলক্লম্মী। মহাক্লা হৌগৎলকপা মতম অদুদদি মহাক্কী নুপী অদু লৈবমখিদ্রে। মদুদা মহাক্লা থৱায় ফুক্লা কপখিবম্মী। মতৌ অদু উবদা হূই অদুনা মপু অদুবু মহাক্কী নুপী অদুনা চৎখিবা লম্বীবোমদা চিংদুনা পুরম্মী। মখোয়না নুপী অদুনা লৈবিবা যুম অদু যৌশিল্লকপা মতমদা হূইদুনা গৌ গৌ খোংলক্লম্মী। নুপী অদুনা হূই অদুবু মশক খঙলদুনা মচীঞ্জাক থাবিবম্মী।

নুমিৎ অদু অহিং থেংজিল্লকখি। লল্লোনবা নুপা অদুনা ইমুংদুদা চঙদুনা যেংলুবদা হি-হোনবা মরুম্বা নুপা অদুগা মহাক্কী নুপীগা কেন-মৌনদুনা অরোনবা লীলা শান্নবম্বা মতৌদু উবম্মী। মদু উবদগী শাউনীংমনখিদুনা মহাক্লা ইমুং অদুগী কাচিন অমদা লৈবম্বা থাঙপাক অমা লৌরগা মরুম্বা নুপা অদুগী মঙক কক্তুনা হাৎলম্মী। নুপী অদুনা নুপা অদুবু মাগী হান্নগী নুপাদুনি খঙলবা মতুংদা কপ্ল-কপ্লগা হায়জরক্লম্মী ঃ"ঐগী থৱাযদদি কনবীয়ু। ইমুং অসিদগী সনা-লুপা অরৈবমখৈ পুবিখে।" মহাক্কী হান্নগী অশেঙবা মৱা অদুনা হাযরক্লম্মী ঃ "নহাক্লা ঐবু খঙদ্রব্রা?" নুপী অদুনা ভাব তারক্তুনা খুন্নক্লম্মী ঃ"ঐহাক খঙজরে; হৌজিক ঐহাকপু করি তৌজৌ হায়বগে তাকপীয়ু।" মহাক্কী হান্নগী নুপা অদুনা হায়রকখি ঃ"থীন্থবা তৌরগনু, ঐখোয়গী য়ুমদা চৎলসি।"

নুপী অদুনা সনা-লুপা খর পুখিসি হাযজিন্নরম্নগা ইমুং-মনুংদা চঙখি, অদুগা খাউ অমদা মহাক্কী অকোনবগী অশিবা নুপা অদুগী মকোক অদু ফিনা য়োম্নগা . হাপচিন্দুনা পুরক্লম্মী। লম্বীদা ঈ মতূম মতূম তারকখি, অদুবু হূই অদুনা লেক-লেক্তুনা চাথোক্লম্মী। মদু খঙলদুনা নুপী অদুনা মতাং তৌরগা হকচাঙ ঙমদ্রে,

লাইহৌ তৌরে, হূই অদু হাৎলগা হূইগী ঈ অদুনা ঈরুজরবদি মহাক শোয়দনা ফগনি হায়রক্লম্মী। মহাক্কী অশেঙবা মৱা অদুনা থৱায় য়াম্না ৱাজরম্মী। মহাক্না হূই অদু হাত্তোকখি, অদুগা হূইগী ঈ অদুনা ঈরুজরগা নুপী অদুনা অনাবা ফরে হায়রকখি। মদুগী মতুংদদি খাউদুদা য়াওরিবা অককপা কোক অদুদগী তারকপা ঈ অদু উবদগী খুঙ্গংগী চৌকিদারনা লম্বীদা মখোয় অনীবু ফারম্মী, অদুগা হংলকখি ঃ "নখোয় কনা কনানো? মফম কদাইদগী লাকপনো? মফম কদাইদা চৎপনো? নুপী নহাক্না পুরিবা খাউ অদুদা য়াওরিবদুনা করিনো য়েংগে।" খাউ অদুগী মনুংদা অককপা কোক অমা য়াওরম্বা অদু উবদা চিংনদুনা চৌকিদার অদুনা হংলক্লম্মী ঃ "মসি কনাগী মকোকনো?" নুপী অদুনা খুম্লক্লম্মী ঃ"ঐগী ইপুরোইবগী মকোক্নি। ঐগা লাকমিন্নরিবা নুপা অসিনা ঐখোয়গী লম্চুম পাম্বদগী ইপুরোইববু হাৎপীখিবনি। মদুদা ঐবুদি হাৎপীগনু মনাই ওইজগে হায়দুনা মহাক্কী মতুং ইল্লকপনি।" মহাক্কী অশেঙবা মৱা অদুনা ইঙক-ঙক্না হায়রকখি ঃ"নত্তে, নত্তে! মহাক্না হাযরিবসে লাল্লি। মহাক ঐগী অশেঙবা নুপীনি।"

মখোয অনীগী ৱাদু তাবগা চিংনবা অমা পোল্লক্লুনা চৌকিদার অদুনা মখোয় অনীবু লৈবাক অদুগী নিংথৌগী মনাক্তা পুরক্লম্মী। নুপা অদুনা মহাক্কী হান্না থোকখিবা থৌদোক ৱারীশিং অদু নিংথৌগী সনা-নাকোঙদা তাহল্লম্মী। নুপী অদুনা খাউদা য়াওরিবা অককপা মকোক অদু মহাক্কী অশেঙবা মপুবোইবনি হায়না অদুম হায়দুনা লৈরম্মী। মদুদা মহাক্কী অশেঙবা নুপা অদুনা নিংথৌ অদুদা নোল্লুক্না হায়জরক্লম্মী ঃ"মহারাজ, দুর্গা দেবীগী থৌজাল অমা ঐহাক্না ফংজখি। মসিগী ফত্তবী নুপী অসে ঐহাক্না হৌজিকমক মথন্তা শিহনবা ঙমগনি।" ৱাহৈশিংসে হায়রম্লগা মহাক্না মচীন্দগী মতিল খর লৌরগা নুপী অদুগী মশাদা হেক তৈবদা নুপী অদু খুদক্তা হান্নগুম শিদুনা তাখি। মদু উবদা ঙকখ্রদুনা নিংথৌ অদুনা হায়রকখিঃ "ওঃ! নহাকসে দেবীগী অচানবা মনাইনি হায়বা ঐহাক্না খঙজরে। ঐবু ৱারৌবিনু। খুরুমজরি।"

**দেবীগী থৌজালবু ফংলবদি ৱানীংঙাই লৈতে।** ❏❏

# বিক্রমাদিত্যগী অফবা পূকচেল

নোংমা নিংথৌরেল বিক্রমাদিত্যনা অসুম অসুম চৎথোরকপা মতমদা সন্ন্যাসী অমা থেংনরম্মী। সন্ন্যাসী অদুনা লাইগী মন্দির অমদা ধ্যান তৌদুনা লৈরম্মী। নিংথৌরেলনা মপূক্লিং য়াম্না নুংঙাইনা সন্ন্যাসী অদুগী মনাক্তা চঙশিল্লম্মী। সন্ন্যাসী অদুনা নিংথৌরেলবু তরাম-তরাম্না ওক্লম্মী অদুগা হায়রক্লম্মী ঃ"মহারাজ! ফিদাসিদা লেঙশিনবীয়ু।" মদুদা নিংথৌরেন্না হায়রক্লম্মী ঃ"মহাশয়! নহাক্না ঐহাকপু মতৌ করম্না খঙলল্লীবনো?" সন্ন্যাসী অদুনা নোকমি-নোকমি তৌরগা খুম্লক্লম্মীঃ "ইনিংথৌ, ঐহাক্না ইনিংথৌগী নাক্তা নোংমা লাকচবম্মী। মদুদা ইনিংথৌনা ঐঙোন্দা য়াম্না নুংশিনা মণি-মুক্তা, রত্নচিংবা ময়াম অমা পীবিরকখি। ঐহাক্না মদু খক কাউজদে। অদুবু ইনিংথৌ! কোনুং থাদোক্তুনা ইনিংথৌনা মফম অসিদা লেঙলকপসি ফত্তে। নিংথৌ লৈত্রিঙৈদা য়েক্লবশিংনা লান্দাবক্লবদি লাইবক থীবা ওইগনি।" নিংথৌরেল বিক্রমাদিত্যনা হায়রক্লম্মী ঃ"সন্ন্যাসীনা ঐহাকপু থৌজালবীরিবমখৈদি ঐহাক্কী অকিবা অমদি অব্বাবা অমতা লৈরোই। ঐহাক ব্বারী লীজগে, তাবীয়ু ঃ মমাংঙৈদা চন্দ্রসেন কৌবা অকনবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মহাক্না লান্দা মায়থীবদগী মহাক্কী লন-থুম, সম্পত্তি, কোনুং পূম্নমক মুনবীখিরম্মী। গতি লৈত্রদুনা নিংথৌ চন্দ্রসেন্না মহারানীগা লোয়ননা অতোপ্পা লৈবাক অমদা চৎলম্মী অদুগা উমং অমদা চঙলগা উপাস্বী অমগী মখাদা ফমদুনা পোত্থারম্মী। মতম অদুমক্তদা ভূত মঙাখক্না চন্দ্রসেনগী মনাক্তা লাক্লগা হায়রক্লম্মী ঃ *মহারাজ! ঈশ্বরগী নোংদমদগী নহাক্না লৈবাক অসিগী নিংথৌ শোয়দনা ওইরগনি। ঐখোয়না হায়রিবসে শোয়দ্রবনি থাজৌ।* নুমিৎ খর চরা হেন্দুনা লৈরক্লবা মতুংদা নিংথৌ মহারানী অনীনা খুঙ্গং অমসুং সহরদা চানবা খরদা ওইরবসু ফংননবা থিরক্লম্মী। মতম অদুদা লাই ওইরবা শামু য়াই অমবু থাদোক্তুনা লৈবাক অদুগী নিংথৌ ওইনবা মীশক অমা থিহল্লক্লম্মী। শামু অদুনা নিংথৌ চন্দ্রসেন অমসুং মহারানী অনীবু থেংনদুনা মনঙ্গলদা হাপকৎলগা পুরক্লম্মী অদুগা সিংহাসন্দা ফমহনখিরম্মী। মহাক্কী মরৈবাকপু মীনা মুনখ্রবসু মীরৈবাক্তা লাক্লগা চন্দ্রসেন্না নিংথৌ অমমুক ওইরকখি। মহাক্না ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মন্দির অমা লিংখত্তুনা কৃষ্ণ-ভজন্দা সনা-পূক্লিং লূপচখি অদুগা লৈবাক্কী ব্বায়েনসু য়াম্না চুম্না তৌখি।"

অতোপ্পা ৱারী অমগা লীজগে তাবীয়ু ঃ"চন্দ্রসেনগী অনৌবা লৈবাক অদুদা অতোপ্পা নিংথৌ অমনা অমুক লান্দারক্লম্মী। চন্দ্রসেন মহারাজনা মহাক্কী কোনুংগী অঙম্বশিংদা হায়রক্লম্মী ঃ*ঐখোয়গী ভগবান শ্রীকৃষ্ণ লৈরি, ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়বু ঙাকপী-শেনবীগনি।* য়েক্লবগী তেঙ্গোন্না কোনুং য়ৌশিল্লক্লফাওবদা নিংথৌ চন্দ্রসেনদি শ্রীকৃষ্ণগী ধ্যানদা অদুম লূপ্তুনা লৈখিরম্মী। মতম অদুমক্তদা নহানগী ভূত মঙা অদুনা লাক্লগা নিংথৌদুদা হায়রকখি ঃ *মহারাজ! ইনিংথৌগী করিশু ৱানীংঙাই লৈতে। ঐখোয় লৈরি। ঐখোয়না য়েক্লবগী তেঙ্গোল অসে লোয়না হাৎপীগে।* ৱাহৈশিং অসি হায়রল্লগা ভূতশিং অদুনা য়েক্লবগী তেঙ্গোল মরক্তা চঙশিনখিদুনা লাম্মী ময়াম অমা হাৎখি, হিংহৌরিবা লাম্মী খরদুনা কিরগা চেনখিরম্মী। মদু উবদা চন্দ্রসেন নিংথৌনা মীয়ামদা হায়রকখি ঃ *মসি পূম্নমক শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিননি। মরম অদুনা মতম পূম্নমক্তা ইবুংঙো মহাক্কী মিংলেনবু শোনসি, অদু ওইরবদি ঐখোয়গী অৱাবা পূম্নমক কোক্কনি। হৌজিকসু ঐখোয়গী লৈবাক্কী মীয়ামসে শ্রীকৃষ্ণনা কনবীখ্রবনি।*

নিংথৌ চন্দ্রসেন্না ভূতশিং অদুদা হংলক্লম্মী ঃ *ঐঙোন্দা অমুক্তা অশেঙবদু খঙহনবীয়ু। করিগীদমক্তা নখোয়না ঐগীদমক্তা অকনবা লাল অদু শোক্লরুরিবনো?* ভূত-লুচিংবা অদুনা খুম্নক্লম্মী ঃ *মহারাজ! নহাল মপোক্কী ৱারী অমা লৈ। ঐখোয় ভূত মঙাসে নহালপোক্তা ঙাগী মপোক্তা পোক্লম্মী। ঐখোয়না ঈশিং ফংদদুনা শিগদৌরবা মতমদা নহাক্না ঐখোয়বু অচৌবা ঈশিং ঈপাক অমদা থাদবীদুনা ঐখোয়গী থৱায় কনবীখি। মদু ঐখোয়না খক কাউদ্রি, মরম অদুনা ঐখোয়না মদুগী লমন হন্দক মপোক্তা শিংজবনি।*

ৱারীশিং অদু তাবদা সন্ন্যাসী অদুনা পেনখ্রদুনা নিংথৌরেল বিক্রমাদিত্যদা থোকউ হায়বদা তোকপা য়াই অমা পীরম্মী অদুগা হায়রকখি ঃ "মসিদগী নহাক্না হেক পাম্বা পোৎ মখে থোকউ হেক হায়বদা থোক্লক্কনি।" নিংথৌরেল বিক্রমাদিত্যনা য়াই অদু পুরগা কোনুংদা হল্লকখি অদুগা নুংঙাইনা লৈবাক ঙাক্তুনা পানখি। মতম অদুদা নোংমা য়াম্না অৱা-অনা ফংলবা, মতীক-মগুণদি য়াম্না লৈজবা লায়রবা ব্রাহ্মণ অমনা লাক্লগা নিংথৌরেলদা হায়জরকখি ঃ"মহারাজ! ঐহাক য়াম্না ৱারে, মরম অদুনা সন্ন্যাসীনা পীরকপা য়াই অদু ঐঙোন্দা অমুক পীনবীরো।" বিক্রমাদিত্যনা থীম্বা তৌদনা য়াই অদু লায়রবা ব্রাহ্মণ অদুদা হরাও হরাওনা পীথোকখি। [৭]

# লাইশঙদুবু কনানা শেন্নবগে?

লাইশঙ অমদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তি অমা লাৎলম্মী। শ্রীভগবানগী মূর্ত্তি অদুবু সনা-লুপাগী লীক-কোণ ময়াম অমনা লৈতেংবীরম্মী। অহিং অমদা লীক-কোণশিং অদু হুরানখিরম্মী। মথংগী অয়ুক অদুমক্তদা মূর্ত্তিদুবু লাৎলিবা মাথুর বাবু লাক্লম্মী। লীক-কোণশিং অদু করম্না হুরানখ্রিবনো খল্লুবদা মাথুর বাবু য়াম্না ঙক্লম্মী। মহাক্না শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তি অদুদা কন্না লাউরক্লম্মী ঃ"হে ভগবান! ইবুংঙো নহাকপু জগৎ অসি শেন্নরিবা মপুনি হায়না হায়নৈ। করিগীদমক্তা নহাক্না নহাক নশামক্কী লীক-কোণশিংদুফাওবা শেন্নবা ঙমদ্রিবনো?" অদুগুম্বা তাঙমদ্রবা ৱাহৈশিংদু তাবদা শ্রীরামকৃষ্ণগী থৱায় য়াম্না নারম্মী। মথংগী মীৎকৃপ্তদি মহাক্না মাথুর বাবুবু য়াম্না শাউরকখি অদুগা হায়রকখি ঃ"হে মাথুর বাবু, নহাক্না মতৌ করম্না শ্রীভগবানগী মতীংদি শুকখঙ-খঙদবমখৈ অদুক য়াম্না থৌনা ফনা ইবুংঙো মহাকপু চৈরিবনো? সনা-লুপাগী লীক-কোণশিং অদুবু শ্রীভগবান্না পাম্লমগনি হায়না নহাক্না খনব্রা? লল-থুমগী লাইরেম্বীনা ইবুংঙো মহাক্কী লোয়নবী ওইদুনা লৈরগা নহাক্কী অদুগুম্বা করিশু-লৈতবা লীক-কোণশিং অদুবু ইবুংঙো মহাক্কী দরকার ওইগদ্রা? অসিগুম্বা সনা-লুপাশিং অসিদি ঈশ্বরগী মফমদা করিশু নত্তে, উৎফুলনি উৎফুল। থাঙ্গৈশেংনমক হায়রবদা সনা-লুপাগী লীক-কোণ থোঞ্জিনবীরগা মূর্ত্তি অসিবু লাৎলিবদি নহাক্লি। ঈশ্বরনা লীক-কোণশিং পাম্মি হায়না কৈদৌনুংদা হায়খিদে। নহাক্না লীক-কোণশিং অদু লৈরুরগা মূর্ত্তি অসিবু লৈতেংবীরবা মতমদা লাইশঙ অসিগী অশোয়-অঙাম য়াওদনবা নত্রগা মসিদগী পোৎশিং মাঙখিদনবা শেন্নবসে নহাক্কী নথৌ নত্ত্রা?"

ঈশ্বরনা ধর্ম্মগী হরাও-কুম্মৈদা ঈরাঙ উৎপা অর্মদি থোইদোক-হেন্দোকপা ধর্ম্মগী থৌ পামদে। ইবুংঙো মহাক্না পাম্লিবদি তৌশিন্নবা নত্তবা অমদি ফোঙদোক্তবসু খঙনরবা থাজবদুনি। [৭।৭

# কখোকপা হায়বসে করিনো?

নোংমা মতীক-মগুণ য়াম্না লৈরবা নিংথৌ অমনা বুদ্ধনা পীবা পাউতাকশিং তারম্মী। বুদ্ধনা পেন্থোকপা হৈবা অমসুং সংসারগী অপাম্বশিং থাদোকপগী মবমদা

পাউতাক কয়া পীবিরম্মী। মহাকপু বুদ্ধগী শিষ্য অমা ওইনা লৌবিরবদি পূমপেল-পেনগনি হায়না নিংথৌ অদুনা খঞ্জরম্মী। বুদ্ধনা মহাক্কী মনাক্তা ঢোঙ-ঢোঙ লাউবা খোঞ্জেল থোকপা ঢোল অমা থম্লম্মী। বুদ্ধগী শিষ্যশিংনা হংজরক্লম্মী ঃ“গুরু, করিগীদমক্তা ঢোল অসি ননাক্তা থম্বীরিবনো?” বুদ্ধনা খুম্লক্লম্মী ঃ“খ্বাইদগী হেন্না কখোকপা ঙম্বা মীশক অমনা ঐহাক্কী ইনাক্তা লাকপা নুমিৎ অদুদা ঐনা ঢোল অসি য়ৈরক্কনি।” মদুগুম্বা মীশক অদু কনানা ওইরগদগে হায়দুনা মী খুদিংমক্না খঙনীংবনা খৌরাংলম্মী।

বুদ্ধনা লাউথোকখিবা ৱাফম অদু তাবদগী নিংথৌ অদুনা মহাক্কী শামুশিংদা লম্বুম ময়াম অমা হাপকৎলগা বুদ্ধগী মনাক্তা পুদুনা লাক্লম্মী। মহাক্না সনা-লুপানচিংবা লম্বুম ময়াম অদু বুদ্ধদা পীরগা মহাক্কী আশীর্ব্বাদ ফংজবা পাম্লম্মী। লম্বীদা হনুবী অমনা নিংথৌ অদুবু তরাম তরাম কৌরম্মী অদুগা হায়জরক্লম্মী ঃ “ইনিংথৌ, ঐহাক্কী চাকখাউ অসিদা করিগুম্বা পোৎশক অমতা তারক্তবা কুইবে, মরম অদুনা ঐহাক চাক য়াম্না লাল্লে; ইনিংথৌনা ঐঙোন্দা চানবা করিগুম্বা পোৎ অমতা পীবিয়ু।” নিংথৌ অদুনা মহাক্কী মথক-কুপ্পা দোলাই মনুংদগী অচৌবা কফোই (উহৈ) অমা লৌথোক্লগা মঙোন্দা পীবম্মী। হনুবী অদুনা অচৌবা কফোই অদু পুরগা বুদ্ধগী মনাক্তা লাক্লম্মী।

মতম অদুমক্তদা নিংথৌ অদুনা বুদ্ধগী আশ্রমদা য়ৌরক্তুনা মহাক্না পুরকপা লম্বুম ময়ামদু বুদ্ধদা কৎলম্মী। বুদ্ধদা লম্বুম শামু মপোৎ মপোৎ কৎলবনিনা ঢোল অদু শোয়দনা বুদ্ধনা য়ৈরক্লনি হায়বগী আশাদা নিংথৌ অদুনা ঢোল য়ৈবগী মখোল অদু তাগে হায়দুনা ঙাইরম্মী। হনুবী অদুনা মহাক্কী চৎকদবা লম্বী ফাওবা খঙদবমখৈ য়াম্না ৱানা লাক্লগা বুদ্ধগী মনাক যৌরকখি। মহাক্না উহৈ অদু বুদ্ধগী চরন্দা কৎলম্মী। বুদ্ধনা উহৈ অদু লৌরম্মী অদুগা খুদক্তা ঢোল অদু য়ৈবম্মী। নিংথৌ অদুনা ইখঙ-খঙহৌদবমখৈ ঙক্লম্মী। মহাক্না বুদ্ধদা হংলক্লম্মী ঃ“স্বামী, ঐহাক্না স্বামীদা লম্বুম অসুক য়াম্বসে কচ্চখি। স্বামীনা ঢোল য়ৈখিদে। অদুবু উহৈ অমা হনুবী অসিদগী ফংলগনি স্বামীনা ঢোল য়ৈ। মসিবু কখোকপা হায়বদুরা?” বুদ্ধনা খুদক্তা খুম্লক্লম্মী ঃ “হে নিংথৌ, কখোকপা হায়বসিদি কখোকলিবা পোৎশিংগী মচাঙদা নত্রগা মশীঙদা লেপকদবা নত্তে। কখোকপদা মরুওইরিবদি মগুণদুনি। নহাক নিংথৌ অমনি, নহাক্না সনা-লুপা ময়াম অমা কৎপদা লায়না থোকই, অদুবু হনুবী অসিদি, মহাক্না ফনা চাক লামজরবসু, উহৈ অদু চাখিদনা ঐঙোন্দা লাক্লগা মদু কৎলৈ। মহাক্না উহৈ

অদু চারগা মহাক্কী অরাম-খৌরাংবা অদু খরদা ওইরবসু কোক্লম্বা য়াবনি। অদুবু মহাক্কী দরকার ওইবা পোৎশক্তু থাদোক্লগা ঐঙোন্দা কখোকই। মসিদগী হেনবা কখোকপা মকখোক অমা লৈরিগদ্রা? দরকার লৈবদগী হেন্দোকপা করিগুম্বা খর পীথোকপনা কখোকপা কৌদে; নহাক্না য়াম্না পামজবা অমদি নহাক্কী থাদোকপা য়াদ্রবা মরুওইবা পোৎ অদু থাদোকপনা অশেঙবা কখোকপনি।” ◻◻

## অওইবা মরূপ কনানো?

নিংথৌ ভোজনা পণ্ডিতশিং, কলাকারশিং অমদি কবিশিংবু য়াম্না নুংশিনা য়োকখৎপীবম্মী। মহাক্কী কোনুংদি থাঙ্গৈশেংনমক্কী ওইনা মতীক-মগুণ লৈরবা কবিশিংগী নুংঙাইরবা য়ুম অমা ওইরম্মী। কবিশিংদুগী মনুংদা কালিদাসনা খ্বাইদগী মতীক-মগুণ লৈবা কবি অমা ওইবতা নত্তনা নিংথৌ ভোজগী য়াম্না নক্লবা মরূপ অমসু ওইরম্মী। নিংথৌ অদুগী য়াম্না ফত্তবা হৈনবী অমা লৈরম্মী মদুদি মহাক্না জুৱার শান্নবা য়াম্না পাল্লম্মী। জুৱার শান্নবা হায়বসে পাপ তরেৎকী মনুংদা অমনি হায়বসে নিংথৌ অদুদা খঙহন্নবা কালিদাসনা থৌওং অমা শীল্লম্মী।

নোংমগী বাজসভাগী মীফম লোইর-লোইরগা নিংথৌ অদুনা নুমিৎ খুদিংগী মথক কুপ্পা দোলাই অমদা তোংলগা নিংথৌ-শাগৈগী ওইবা অরোনবা জুৱার শান্নফম মকোল অমদা চৎলম্মী। নিংথৌ অদুনা করম্বা লম্বীদা জুৱার শান্নবা চৎলি হায়বদু কালিদাসনা খঙলম্মী।

নোংমগী নুমিৎ অমদা কালিদাসনা গেরুৱা মচুগী অচোনবা ফুরীৎ অমা লীৎশিল্লম্মী অদুগা মহাক্কী মকোক্কী মশমশিংসু শেল্লগা জটা তাশিল্লম্মী। নিংথৌ অদুনা জুৱার শান্নবা চৎফম লম্বী অদুগী নাকন্দা লৈবা শা-য়েনগা য়োনবা দুকান অমগী মমাংদা সন্ন্যাসী শারগা লেপকে য়াওনা লেপ্লম্মী। নিংথৌ অদুনা তোংলিবা দোলাই অদুনা মহাক্কী মনাক হেক নকশিল্লকপগা কালিদাসনা শদুমশিং অদুবু লৈনীংবা শাজিন্নরগা শায়োনবা নুপা অদুদা খোঞ্জেল কন্না কন্না ৱারী শারক্লম্মী। নিংথৌ অদুনা গেরুৱা মচুগী অচোনবা ফুরীৎ লীৎপা নুপা অদুবু উরক্লম্মী। নিংথৌ অদুনা দোলাই পুরিবা মীশিং অদুদা ঙাইহাক্তা লেপ্পু হায়না য়াথং পীরক্লম্মী। সন্ন্যাসী অমনা শায়োনবা দুকান অমগী মনাক্তা করিগীদমক্তা লেপ্লীবনো অদুগা মদুবু

সন্ন্যাসী অমগী অচুম্বা শাজৎলা হংলুচো হায়দুনা নিংথৌ অদুনা মহাক্কী পাখোল্লোয় অমা সন্ন্যাসী শাজিন্নরিবা কালিদাসকী মনাক্তা থারক্লম্মী। কালিদাসনা খুম্লক্লম্মী ঃ "ওঃ মদুগীদমক্তা করিমতা খনবীরুগনু; ঐহাক্তী শা চাবদা নত্তে, য়ুসু থকই হায়না নহাক্কী নিংথৌ অদুদা তম্মুচো।" পাখোল্লোয় অদুনা পাউ অদু নিংথৌ অদুদা তন্নম্মী। পাউ অদু তাবদা নিংথৌ অদুনা য়াম্না শাউরক্লম্মী অদুগা সন্ন্যাসী অমনা শা চাবা অমদি য়ু থকপা হায়বসে নিংথৌ অমা ওইনা মহাক্না শুকয়া-য়াদে হায়না হায়রকখি। সন্ন্যাসী অদুনা শা অমসুং য়ু লৈনবা পৈশা করম্না তানবগে হায়বদুমসু নিংথৌ অদুনা খঙনীংলম্মী। কালিদাসনা লোন্নথুপ্না মোমোন নোক্লগা খুম্লক্লম্মীঃ "ওঃ! মদুদি য়াম্না লায়থ্রবা ৱানি; ঐহাক্না জুৱার শান্নে অদুগা পৈশা তাল্লি। অতোপ্পা মীগী ফুৱীৎখাউদগী পৈশা ফংনবগী খ্বাইদগী লায়বা লম্বীদি জুৱার শান্নবনি।"

গোরুৱা মচুগী অচোনবা ফুৱীৎ লীৎলিবা নুপা অসে ইচম-চম্বা মী ওইরম্লোই হায়না নিংথৌ অদুনা খঙলক্লম্মী। মহাক্না জুৱার শান্নফমদা চৎলরোই হায়দুনা মপূক্লিংদা চপ য়ুংনা লেপখি অদুগা দোলাই পুরিবা মীশিং অদুদা মহাকপু কোনুংরোমদা পুরো হায়না য়াথং পীরকখি।

মতম খরগী মতুংদা নিংথৌ অদুনা গেরুৱা মচুগী অচোনবা ফুৱীৎ লীৎপা নুপা অদুগী মরমদা ৱা অমা খন্নসি হায়দুনা মহাক্কী নুংশিরবা মরূপ কালিদাসপু কৌরম্মী। কালিদাসনা নিংথৌদুনা উখিবা সন্ন্যাসী অদুমক্কা চপ মান্ননা শক-লোৎলগা কোনুংদা লাক্লম্মী। নিংথৌ অদুনা কালিদাসনা শক-লোৎলিবা মওং মতৌদুবু খঙলক্লম্মী অদুগা অনমকন্না হংলক্লম্মী ঃ "করিনো তৌরিবা ড্রামাসিবো?" কালিদাসনা পূক্লিং য়াম্না ঈংনা লৈরগা খুম্লক্লম্মী ঃ"ঐগী নুংশিরবা মরূপ! মরূপ নহাক্কী ফননবখক্তগীদমক্তা ঐহাক্না ড্রামা অদু শান্নখিবনি। সন্ন্যাসী অমনা শা চারবদি, য়ু থক্লবদি অদুগা জুৱার শান্নরবদি, মহাক্না থেংনগদৌরিবা তুং-তাবা ফল অদু তশেং-তশেংনা মহাক মথক্তগীদা ওইগনি। অদুবু নিংথৌ অমনা পাপশিং অসিগী মনুংদগী অমখক্তং ওইরবসু তৌরবদি মহাক্না মহাক্কী প্রজাশিংগী মমাংদা ফত্তবা খুদম অমা থম্লবনি। মরূপ নহাকপু **'নিংথৌনা তৌবদো প্রজাশিংনসু তৌবনে,'** হায়বা পাওতাক অমা লৈবদু খঙদ্রিব্রা? ওঃ ইনিংথৌ! ঐহাকপু ঙাকপীয়ু; ঐহাক তৌবা ঙম্মনখি, অদুগা ইনিংথৌবুসু নুংঙাইহনখিদ্রে।" নিংথৌ ভোজনা মহাক্কী মরূপ কালিদাসপু কোন্সিল্লম্মী অদুগা হায়রকখি ঃ "ওঃকালিদাস! নহাক্কুম্বা মরূপ, দর্শন-

শাস্ত্র-হৈবা মী অমসুং পাওতাক পীবা ঙম্বা মী অমা ঐহাক্কী ওইনা লৈজবসে ঐহাক্কীদমক্তদি কয়াদা লাইবক ফখ্রবনো!" [৭]

## ঈশ্বরগী থৌরাং

নোংমা পাণ্ডবশিংনা মখোয়বু লোই থারিঙৈ মতমদা রোমাশ্বঋষিনা লৈরিবা উমং অদুদা চঙলম্মী। রোমাশ্বঋষিগী হকচাঙ পূম্বা তুজোম্লম্মী, অদুগা মহাক্কী মকোইশিং অদুনা অসুক্কী মতীক য়াম্লম্মি অমসুং শাংলম্মী মদুদি উমং অদুগী মফম খরদি মহাক্কী মকোইশিংনা গালিচা-ফিদা থাবগুম্ লৈরম্মী।

উমং অদুদা য়াম্না তোপ-তোপ্পা মখলগী উহৈ পানবা (ঈশ্বরগী ওইবা) উপাম্বী অমা হৌরম্মী। মদুগী উহৈ অদুবু কনাগুম্বা অমনা হেক চারুরবদি মঙোন্দা চহি কুমজা কয়ামুক অরাম-খৌরাংবা পোকপগী ব্রা লৈরমখিদে। অদুবু উহৈ অদুদি হেক্লগা চাগদবা ওইরমখিদে; মশানা মথন্তা কেল্লক্লবা মতম অদুদতা মদুবু চাগদবা ওইরম্মী।

নোংমগী নুমিৎ অমদা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠির অমসুং দ্রৌপদী অনীনা তাঞ্জা হেক চারুবদগী উপাম্বী অদুগী মনাক্তা লাক্লম্মী। উপাম্বী অদুদা য়াম্ব্রগা পাল্লিবা য়াম্না হাওগদবা মানবা অচৌবা উহৈ অদুবু উবদা দ্রৌপদীনা য়াম্না চানীংবা অমা পোক্লম্মী। মহাক্না ধর্ম্মরাজদা হায়জরক্লম্মী ঃ"উহৈ অসিবু ঐখোয়না চাবা য়ারোইদ্রা? মসি হেক্লগা ঐখোয় চামিন্নসিবা।" ধর্ম্মরাজনা তেল অমা কাপ্লম্মী অদুগা উহৈ অদু লৈমায়দা তারক্লম্মী। ধর্ম্মরাজনা উহৈ অদু খুনগৎকে তৌরম্মী, অদুবু মচি লেঙবফাওবা ঙমখিদে। মহাক্কী অরৈবা শক্তি পূম্নমক পুথোক্তুনা মখুৎ অনীনা উহৈ অদু থাঙ্গৎকে হায়দুনা ধর্ম্মরাজনা হোৎনরুবা পূম্নমক অরেম্বদা তাখিরম্মী। দ্রৌপদীনসু উহৈ অদু থাঙ্গৎকে হায়না হোৎনখি অদুবু ঙমখিদে। মতম অদুমক্তদা অর্জ্জুনসু মফম অদুদা য়ৌরক্লম্মী। মহাক্লসু উহৈ অদু থাঙ্গৎকে হায়না কন্না হোৎনখি অদুবু মায়পাকপা ঙমখিদে। মখোয় অহুম চঙদুনা অমুক উহৈ অদু থাঙ্গৎনবা লাক্লরম্মী অদুবু মচি ফাওবা লেঙবা ঙমখিদে। মনাও অতোনবা অনীদুসু মফম অদুদা থুংলখি অদুগা উহৈ অদু থাঙ্গৎনবা হোৎনখি অদুবু মায়পাকপা ঙমখিদে। ইকোনহেক কোনবদা পাঙ্গল কল্লবা হীরো ভীম লাক্লম্মী। মহাক্না ময়াম হন্দোকপীদু

মহাক্না উহৈদু থাঙ্গৎকে হায়না হায়রক্লম্মী, অদুবু ভীব ফাওবনসু উহৈ অদু থাঙ্গৎপা ঙমখিদে।

চৈরক্তুদা মফম অদুদা পাকশন্না তারিবা রোমাঋষিগী মকোইশিং অদু মখোয় তরূক্লা উহৈদু থাঙ্গৎনবা হোৎনবদা খোঙপাক্লা নেৎথৎপীবদগী মথুম-মরাং হৌরক্লম্মী। কনাগুম্বা অমনা উহৈ অদু হুরানগে হোৎনরে হায়বদু ঋষি অদুনা খঙলকখি। মহাক্না য়াম্না শাউরকখি। মহাক্কী অশাংবা মকোইশিং অদু মকোল মকোল কোনশল্লক্লগা পাণ্ডবশিং অদুবু পুনশিল্লম্মী।

দ্রৌপদীনা খুদোংথীবা অমা লাক্লগনি হায়বা খঙলক্লম্মী অদুগা খুদক্তা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা প্রার্থনা তৌজরকখি। শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গী মমাংদা থোরকখি। দ্রৌপদীনা শ্রীকৃষ্ণগী মখোঙদা তুরম্মী অদুগা মখোয়বু অমুক্তা তেঙবাঙবীয়ু হায়না হায়জরম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা হায়রক্লম্মী ঃ"ঐদি উপায় অমতা লৈতে; রোমাঋষিদি য়াম্না মতীক মগুণ লৈবা ঋষি অমনি। মহাক্কী থম্মোয়দা ঐহাক্লা লৈবনি। ঐনা ঐগী ভক্তশিংগী অপাম্বগী মায়য়োক্তা করিবু তৌবা ঙমগনি?" দ্রৌপদীনা অমুক্তসু হন্না থৱায় য়াম্না য়াওনা হায়জবকখি ঃ "ইবুংঙো নহাকখক্তনা ঐখোয়বু কনবীবা ঙমগনি, ইবুংঙোনা তৌগে হায়না নীংলবদি ইবুংঙোনা কৈনোমা হেক্তা তৌবা ঙম্মি।" শ্রীকৃষ্ণনা অরোইবদা হায়রকখি ঃ"ফরে, ঐহাক্লা নখোয়বু তেঙবাঙলগে, অদুবু তৌবতদি নখোয় পূম্নমক্না ফীভম অমা হেক্তা লাকপা মতমদা তুমিন্না লৈগদবনি, অদুগা ঐনা নখোয়দা হায়বশিংদু নখোয়না চপ-চানা তৌবা তাই।" দ্রৌপদী অমসুং পাণ্ডবশিংনা ইবুংঙো মহাক্কী য়াথংশিং অদুবু ইল্লগে হাযদুনা ৱাশক্লম্মী। মখোয়দা মতম খরগী মতুংদা মহাক্কী মতুং ইল্লকউ হায়না তাকপীরন্নগা শ্রীকৃষ্ণনা রোমাঋষিগী মনাক্তা চৎখিরম্মী।

চৈরক্তুদা রোমাঋষিদি অসুক্কী মতীক শাউরম্মী মদুদি মহাক্লা উহৈ-হুরানবশিংদুবু শাপ তৌরগে হায়দুনা উপাম্বী অদুগী মনাক্তা খোঙনা লাকপা হৌরক্লম্মী। অদুবু শ্রীকৃষ্ণনা মতম অদুমক্তদা ঋষিদুগী মনাক্তা হেক চঙশিল্লক্লম্মী। রোমাঋষিনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী চরণ থম্বালদা খুরুমজখি। মহাক্লা ইবুংঙো মহাকপু উবা ফংজবা অদুদা য়াম্না হেন্না হরা ওজখি। মহাক্লা হায়জরকখি ঃ"ইবুংঙো নহাকপু ঐহাক্কী অতিথি অমা ওইনা ফংজবা অসে ঐগীদমক্তদি কয়াদা লাইবক ফখ্রবনো।" শ্রীকৃষ্ণগা রোমাঋষিগা পাণ্ডপশিংনা মফম অদুদা য়ৌরক্ত্রিবফাওবা ধম্মগী ওইবা ৱারী শানদুনা লৈরম্মী।

দ্রৌপদীগা লোয়ননা পাণ্ডবশিংনা ঋষিদুগী আশ্রম অদুদা হেক য়ৌরকপগা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গী মনাক্তা থুনা চঙশিল্লম্মী অদুগা খুরুম্লম্মী। মদুদা পাণ্ডবশিংদু বুদ্ধি মাঙলম্মী, অদুবু ইবুংঙো মহাক্কী য়াথংবু নীংশিংলগা তুমিন্না লৈখি। শ্রীকৃষ্ণনা পাণ্ডবশিংদা খুরুমখিবদু উবদা রোমাঋষিনসু অভোপ্পা অতিথিশিংদুদা (পাণ্ডবশিংদা) খুরুম্লম্মী। অদুদগীদি শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়বু আশ্রমদুদা চঙলক্লবা হায়বকখি। ইবুংঙো মহাক্লা রোমাঋষিদা মখোয়গী মশক তাক্লম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা ধর্ম্ম-লৈবা ধর্ম্মবাজ, থৌনা-ফবা অর্জ্জুন অমসুং ভীম, বুদ্ধি-লৈবা মনাও অতোনবা অনী অদুগা মরুওইনা ধর্ম্ম-চেল্লবী দ্রৌপদীবু য়াম্না থাগৎলম্মী। মতম অদুদদি বোমাঋষিনা উহৈ-হুরানবশিংগী ব্রাফমদু শুক্লীং-নীংশিংখিদ্রে। অদুবু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মঙোন্দা খঙহল্লক্লম্মী ঃ"উহৈদুগী তোপ্তোপ্পা মখলগী মগুণদুবু খঙদনা উহৈদুবু চানীংলুবা মীশিং অদু মফমসিদা লৈবিবা পাণ্ডবশিংসিনি।" বোমাঋষিনা ভগবান মশামকপু পেলহনবা ঙম্বা মখোযশিং অদুবু পেলহনবা পাম্লম্মী। মহাক্লা হায়বক্লম্মী ঃ"মখোয়না উহৈ অদু চাবসনু। ঐনসু মখোয়না উহৈ চারগা চৎখিবদু পাম্মি।" উহৈ অদু চাখিবদগী পাণ্ডবশিংনা মতম শাংনা অরাম-খৌরাংবা পোক্তনা লৈবা ঙমখি। ঈশ্বরগী থৌবাং খঙবসি লুই। ঐখোয়না তৌগদবা থবক্তি মতম লৈবা খিবিক্তা ঈশ্বববু নুংশিবগা লোয়ননা নীংশিংবনি অদুগা ইবুংঙো মহাক্কী খ্বাইদগী হেল্লবা থৌজালবু ফংনবা থাজবগা লোয়ননা প্রার্থনা তৌবনি। ।

## অশেঙবা প্রার্থনা হায়বদু করিনো?

অকবব হায়বসে খ্বাইদগী মতীক-মগুণ লৈববা মোগল সম্রাটশিংগী মনুংদা অমনি হায়বসে ঐখোয় পূম্নমক্লা খঙনরি। মহাক্লা মীওইবা জাতিবু নুংশিরম্মী অদুগা ধর্ম্ম পূম্নমক্কী মগুণ লৈবা অমদি ঈশ্বরবু লুনা নীংজবা মীশিংবু সম্মান তৌরম্মী।

মহাক্লা গুরু নানক্কী অফবা মিংচৎ অমসুং মহাক্লা হিন্দু অমসুং মুসলমান অনীবু পূন্সিন্নবা কন্না হোৎনৈ হায়বগী পাউদুসু তারম্মী। মহাক্লা গুরু নানকপু . মহাক্কী কোনুংদা কৌবগা তবাম তরাম ওকচবা অমদি সম্মান তৌজবা পাম্লম্মী। মবম অদুনা মহাক্লা মহাক্কী মন্ত্রী অমা থাবগা গুরু নানকপু মহাক্কী কোনুংদা

লেঙবীরক্লবা হায়জরকখিরম্মী। গুরু নানক্লা মন্ত্রী অদুদা হায়রকখি ঃ"সম্রাটশিংগী সম্রাট ওইরিবা ঈশ্বরনা কৌরক্লবতদা ঐহাক চৎকনি অদুগা ইবুংঙো মহাক্কী কোনুংদা চঙগনি।" মন্ত্রী অদুনা পাউ অদু সম্রাটতা তমখিরম্মী। পাউ অদু হেক ফংবদা সম্রাটনা গুরু নানকপু হেন্না হেন্না ঈকাইখুম্ননীংঙক্লম্মী, অদুগা মরম অদুদগী মহাক্লা অমুক গুরু নানকপু মসজিদতফাওবদদি লেঙবীরকউ অদুগা মখোয় অনী উনসি হায়দুনা পাউ থারকখি। গুরু নানক্লা য়াখি অদুগা হায়নখিবা পূংফম অদুমক্তদা মসজিদ য়ৌনবা লাক্লম্মী। অকবর অমসুং গুরু নানক অনীমকপু মসজিদ অদুগী মৌলবীনা মতীকচাবা সম্মানগা লোয়নননা তরাম-তরাম ওক্লম্মী। চৎনবীগী মতুংইন্না মৌলবী অদুনা অহানবদা প্রার্থনা তৌগদবনি। মরম অদুনা মহাক্লা খুরুখুদক কুল্লগা খোলহৌনা প্রার্থনা তৌরক্লম্মী। মদুদা গুরু নানক্লা খোলহৌনা নোক্লক্লম্মী। মসজিদ অদুদা লৈরিবা মুসলমান পূম্নমক্লা শাউরক্লম্মী অদুবু সম্রাট লৈবনিনা ৱা অমতা ঙাঙবা ঙম্নখিদে। অদুদগীদি অকবরসু খুরুখুদক কুল্লগা খোলহৌনা প্রার্থনা তৌরকখি। গুরু নানকনা হেন্না খোলহৌনা অমুক নোক্লকখি। মসজিদ অদুগী ঈরাং অদু য়াম্না শাথীরকখি। ভক্তশিংগী মমায়শিংদু পুমঙাঙ-ঙাঙলক্লম্মী অদুগা মখোযগী মচীনশিংদু গুরু নানক্তা থীনা চৈনীংবনা খংচিং খংচিং চিংলক্লম্মী। অদুবু অকবরনা তুমিন্না ইঙ্গিৎ তৌরগা মখোয়বু লাক্সিল্লম্মী। মখোয় অনীমক মপান্দা থোরকখি। অকবরনা গুরু নানক্তা য়াম্না নোল্লুক্লা হংলক্লম্মী। "ওঃ লাৎনঙাই ওইবা গুরু! প্রার্থনা তৌরিঙৈ মতমদা অদোম্না করিগীদমক্তা খোলহৌনা নোকখ্রিবনো? মদুগী মরম ঐহাক্লা খঙজবা য়াগদ্রা'? মদুবু অদোমনি হায়বদা লেম্লীব্রা?"

গুক নানক্লা খুম্লক্লম্মী ঃ"ওঃ ইনিংথৌ! মৌলবীনসু ইনিংথৌনসু অনীমক্লা প্রার্থনা তৌরিঙৈদা ঈশ্বরগী ৱাখল অমতা খনখিদবা ফীভমদু ঐহাক্লা তশেংনা উখিবদগী নোক্তবা ঙমখিদবনি। ঐবু ঙাকপীয়ু। প্রার্থনা তৌরিঙৈদা মৌলবীনা মহাক্কী অনাবা মচাগী ৱাখল খনখি অদুগা ইনিংথৌনা ইনিংথৌদা পীরকপা আরবকী ফজরবা শগোল অনীদুগী ৱাখল খনখি। মৌলবী নত্রগা ইনিংথৌনা মদুগী প্রার্থনা মখল অদুবু অচুম্বমক ওইনা মতীক-চারে হায়না লৌবীব্রা? মদুবু হৌদোং-লম্বোইবগী তাৎ নত্তব্রা?" মৌলবী অমসুং সম্রাট অনীমক্লা গুরু নানক্তা ঙাকপীয়ু হায়না হায়জরম্মী। অদুগা মখোয় মশা মশাগী অশোনবদুবু খঙহন্দুনা মমীৎশিং পাংহনবীবগীদমক্তা মহাকপু য়াম্না ৱাংনা থাগৎলম্মী।

প্রার্থনা হায়বসিদি ঈশ্বরবু থাগৎপগী ৱাহৈশিং মরী মরী মেচিনগুম্না থীদরকপদু নত্তে। মসিদি ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা তূমদুনা লৈরিবা লাইগী ওইবা ফীভম অদুবু য়াকাইহনবনি। প্রার্থনা তৌবদি পূক্লিংগী শাজেন্নি, থম্মোয়গী থবক্নি। পূক্লিংবু ঈশ্বরদা পূরা চিংশিল্লগা ঐখোয়না প্রার্থনা তৌগদবনি। প্রার্থনাদা মরুওইরিবদি মীগী খোঞ্জেল নত্রগা ৱাহৈশিংদু নত্তে পূক্লিংদা ঈশ্বরবু লাকশিনবদুনি।

**"চুম্নগী পূকচেল পীক্লা ঈশ্বরদা চীরোণ তৌবদি অফবা শরুক য়াওদবা ভক্তিনি।"** ⬚⬚ *-বাবা*

# হায়জৌ অদুগা নঙোন্দা পীরক্কনি

মীয়াম্না খঙনদবা খুঙ্গং অমদা মমা অমগা মচানুপা অমগা লৈবম্মী। নুপামচা অদুনা চহি অনী শুরকপা মতমদা মহাক্কী মপা শিখি। মমা অদুনা মহাক্কী অমখক্তা ঙাইজবা মচানুপা অদুবু যোক্লনবা অমদি লাইবিক তমহন্নবা থবক মতৌ কয়াদা পৈশা তান্নবা কন্না হোৎনবম্মী। মচানুপা অদুসু যাম্না ইচং-থৌরম্মী, মমাবু যাম্না নুংশিবম্মী অদুগা ৱাংনা ঈকাইখুম্নবম্মী। মচানুপা অদুনা অসুম অসুম চাওরক্তুনা তবেৎশুবা ক্লাস যৌবকখি। মহাক্লা পবিক্ষাগীদমক লাইবিক কন্না পাবম্মী। নোংমা মহাক্লা মমাদা হায়রক্লম্মী ঃ"ইমা, নুমিৎ মবিনিগী মনুংদা ঐনা পবিক্ষা থানবগী ফী (অচংমন) লুপা ২০ (কুন) পীগদবনি।" মদু তাবদা মমা অদু পাখৎলম্মী, মহাক্কী মখুত্তা পৈশা অমতা পাযবমখিদে, অদুগা মতম অদুসু থাদুগী অবোইবা চয়োল ওইবম্মী। মহাক্লা স্কুলগী হেডমষ্টর অদুগী মনাক্তা চৎলম্মী অদুগা মতমচানা মচানুপাগী পবিক্ষা থানবগী ফী অদু পীবা ঙম্লোইদবগী মরমদু মঙোন্দা শন্দোক্লা হায়জরগা উপায অমা তৌবীয়ু হায়না হঙ্গচ্চবম্মী। অদুবু মহাক্লা (হেডমষ্টর) মহাক্কী ওইনা উপায় অমতা তৌবা ঙমদ্রে হায়না খুম্লকখি।

মমা অদুনা স্কুলদগী ময়ুমদা হল্লকখি, অদুগা মহাক্কী খাংপোকশঙ অদুগী মনাক্তা হৌবা উপাম্বী অমগী মখাদা ফম্লগা হিক হিক কপ্লম্মী। মচানুপা অদুনা স্কুলদগী হল্লকপা মতমদা মমানা কপ্পুনা লৈরম্বদু থেংনরম্মী। মহাক্লা মমাগী মনাক্তা ফমথরগা হংলকখিঃ "ইমা, নহাক্লা করিগী কপ্লীবনো?" মমানা খুম্লক্লম্মী ঃ "ইচানুপা! নমানা পৈশা থিবদা ফংবা ঙমদ্রে। হয়েংদগীদি নহাক স্কুল চৎলবোই!

ঐগা থবক শুমিন্নবনা হেন্না ফরগনি, লাকও! মসিদগী হেন্না ফবা লম্বী অমা লৈত্রে।" নুপামচা অদুনা হায়রক্লম্মী ঃ"কনাগুম্বা মী অমদগী লুপা ২০ খক্তং পূজগে হায়না ইমানা হায়রুদ্রিবা করিগীনো? পরিক্ষা লোইরগা ঐনা মীগী থবক শুগে অদুগা পূরুবা পৈশা অদু শিংবা ঙমগনি।" মমানা খুন্নক্লম্মী ঃ"ঐগী নুংশিরবা ইচানুপা! কনানবু ঐঙোন্দা পৈশা পীবিগদগে? ঈশ্বরখক্তনা চানবীদুনা পীবিগদবতা মঙাই।" নুপামচা অদুনা য়াম্না লাঙতক্লনা হংলক্লম্মী ঃ "ঈশ্বর হায়বসে কনানো, ইমা? মহাকপু কদাইদা লৈবগে? মহাক্কী ঠিকানা করিনো? ঐহাক্না মহাক্কী মনাক্তা চৎকে অদুগা মঙোন্দগী পৈশা লৌরুগে।" মমা অদুনা উপায়লৈতবমখৈ হায়রক্লম্মী ঃ"নারায়ণ হায়না কৌবা বৈকুন্ঠগী মপু অমা লৈ। ইবুংঙো মহাক্কী লম্চুম পূন্নমক্কী হৌরকফমনি।" মীৎকূপ অমফাওবা নীংজিং-মাংজিং তৌদবমখৈ নুপামচা অদুনা পোস্ট ওফিস তান্না চেল্লম্মী। মহাক্কী ফুরীৎখাউদা শেল-ময়েক খর য়াওরম্মী। মহাক্না পোস্ট কার্ড অমা লৈরম্মী অদুগা মদুদা মমাগী লাইবকথীবা ফীভম অমসুং মহাক মশামক্কী দরকার অদু পল্লগা ইরম্মী, অদুগা অরোইবা ওইনা ঈশ্বরদা লুপা ২০ খক্তং খুদক্তা পোস্টতা থাবীরকউ হায়দুনসু ইরম্মী। মহাক্না উপাম্বী অমদা য়াম্দুনা লৈরিবা চিঠি থাদফম উপু অদু তান্না চেনশিল্লম্মী, অদুবু মহাক্না নেম্মনবনা চিঠি থাদফম উপু অদুগী অহোবা মফম অদু লাম্বা ফংখিদে। নুপামচা অদুবু য়েংদুনা লৈরম্বা পোস্ট-মাষ্টর অদুনা থোরক্তুনা মঙোন্দগী পোষ্ট কার্ড অদু লৌরম্মী অদুগা হংলক্লম্মী ঃ "কনাদনো নহাক্না চিঠি ইরিববো?" নুপামচা অদুনা খুন্নম্মী ঃ"ওঃমহাশয়, বৈকুন্ঠদা লৈবা ঈশ্বরদা (নারায়ণদা) লুপা ২০ খক্তং য়াম্না থুনা থাবীরকউ হায়দুনা চিঠি ইজবনি।" পোস্ট-মাষ্টর অদুনা চিঠিগী ঠিকানা অদুদা শংত্রিক শংনা য়েংলম্মী। নুপামচা অদুগী পাপ-চেন্দবা মতৌ অদু উবদা মহাক্কী মমীৎশিংদগী পি মরীক মরীক শীন্থরম্মী। মহাক্না নুপামচা অদুদা হংলক্লম্মী ঃ"ঐগী নুংশিরবা নুপামচা! মসিদগী ঠিকানা অসি কনানা নঙোন্দা পীরকই?" নুপামচা অদুনা মমা-মচা ৱারী শান্নখিবগী ৱাফমদু পোস্ট মাষ্টরদা খঙহল্লম্মী অদুগা হায়রকখি ঃ "মহাশয়, ঈশ্বর হায়বসিদি থৌজাল-হৈবনি অদুগা মঙোন্দবু থৱায়-য়াওনা হেক হায়জরবদি ঐখোয়গুম্বা লায়রবা মীশিংদা তেংবাঙই হায়না ইমানা ঐঙোন্দা হায়বি।" মহাক্কী ৱাহৈশিংদু পোস্ট-মাষ্টরগী থম্মোয়দা পাল্লম্মী। মহাক্না নুপামচাদুবু নুংশিদুনা খুৎনা পোপ পোপ ফুরম্মী অদুগা হায়রকখি ঃ

"ঐগী নুংশিববা নুপামচা' নহাক্কী অথুবা চিঠি-পোস্টকার্ড অসে ঐহাক্না থোইদোকপা ডাক-পুবা মী অমা থাদুনা পীহনগে, নহাক হংচিৎ লাকপনা হেন্না ফবগনি।"

নুপামচা অদুনা যাম্না নুংঙাইবা পূক্লিংগী ফীভম অমগা লোযননা মযুমদা থুনা লাক্লম্মী। মহাক্না মমাদা পৈশা অদু থুনা ফংলগনি হাযনা হাযবম্মী।

নুপামচা অদুনা নোংমগী মতুংদা পোস্ট-মাষ্টবগী মনাক্তা চৎলম্মী। পোস্ট-মাষ্টব অদুনা হাযবক্লম্মী ঃ"ঐগী নুংশিববা নুপামচা, মসিদা চিঠি-খাউ (লেফাফা) লৈবে, মসিগী মনুংদা লুপা ২০ (কুন) যাওববনি। হৌজিক্তি চৎলো অদুগা নহাক্কী পবিক্ষাগী ফী অদু পীথোকউবো।" নুপামচা অদুনা চিঠি-খাউ অদু পুবগা মযুমদা চেল্লক্লম্মী, অদুগা চিঠি খাউদু মমাগা মখুত্তা শীন্নবম্মী। মতৌ কবম্না পৈশা অদু ফংলক্লিননো হাযদুনা মমাগা মঙোন্দা ২ ন্না শ থীবা মওং অমদা অনমকন্না হংলকাখ। মচানুপা অদুনা মহাক্কা পোস্ট মাষ্টবগা শানখিবা ব্রাবী পূন্নমক অদু মমাদা লীবম্মী। অদুবু মমানা মহাকপু থাজবমখিদে। মহাক্না পোস্ট-মাষ্টবগী মনাক্তা থুনা চৎলম্মী অদগা মচানুপানা মঙোন্দা লীখবা বাবী অদু চুম্বা চুমদব্রা হাযনা মঙোন্দা হংলম্মী। পোস্ট মাষ্টব অদুনা মঙোন্দা হাযবক্লম্মী ঃ"হয়া' ঐবু থাজবাযু, ঐহাক অসে মতম লৈবা খিনক্তা থম্মোয যাম্না কনবা মী অমা ওইবম্মী। নহাক্কী নচানুপা অদুনা চিঠি অমা পাযবগা লৈবদু ঐহাক্না উকবা মতমদা ঐহাক্না ঐহাক্কী মীৎশিং অাসবু থাজবা ঙমাখদে, নহাক্কী নচানুপানা অদুক্কী মতীক ঈশ্বববু থাজনা ঈশ্ববদা চিঠি অদু ইখি। মদুনা ঐহাক্কী থম্মোয অসে পেৎহনখি। ঐবু লুপা ২০ (কুন) নচানুপাদা পীহনখিবসে কনানসু নত্তে ঈশ্ববননি। পৈশা অদু লৌবিযু। ঐনা পৈশা অসি পীগদবনি হাযবসে ঈশ্ববগী অনীংবনি। নত্রবদি নচানুপানা চিঠি থাদগে তৌবম্বদো ঐনা থেংনবল্লোই, চিঠি অদুগী পাওখুমসু ফংলল্লোই, অদুগা নচানুপাগী ঈশ্বব-থাজবদসু কাযবমগনি। অফবা নুপামচা অমবু তেংবাঙবা ওমজবসে ঐহাক্কী অফবা তাঞ্জা অমনি হাযনা ঐহাক্না লৌজবে।"

থব্রায-যাওনা ঐখোযনা ঈশ্ববদবু হাযজববদি ঈশ্ববনা ঐখোযদা তেংবাঙই। ইবুংঙো মহাক্না কনাগুম্বা অমবু মহাক্কী মহুৎ ওইনা শীজিন্নবগা মতেং পাঙহল্লি। ঈশ্বববু থাজবখক্তনা অব্রাবা পূন্নমকপু কোকহনবা ঙম্মি।

# থাজবনা পূন্সিগী নুংশাসোরমক্লি

অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও মনুংদা ভারতকী সিপাইশিং পুবা জাহাজ অমদা জাপানী লান্মীশিংনা বোম থাদদুনা জাহাজদু থুগায়রম্মী। জাহাজ অদু সমুদ্রদা লূপখিরম্মী। সিপাই ময়াম অমা শিখি। সিপাইশিং অদুগী মনুংদগী মঙাখক্লদি মখোয়গী জাহাজনা খুদোংথীবদা তারগা শীজিন্নবা জাহাজদুদা য়াওরিবা হি অদু হোল্লম্মী অদুগা সমুদ্র অদুদা লূপ্তুনা শিগদবগী মহুত্তা হিংবা য়াবগী তাঞ্জা অমদি ফংখি। মখোয়বু পূংজা কয়ামুক ঈথক্লা অমুক পুখৎ অদুগা অমুক লূপ তৌরম্মী।

মখোয় মঙাগী মনুংদগী অমদি হিংগনি হায়বগী আশা লৈরকখিদে অদুগা কপ্পল্লম্মী ঃ"সমুদ্রনা ঐবু য়োৎশিনখ্রগনি, অদুগা ঐহাকসে সমুদ্রগী ঙা অচৌবা হাঙ্গোরগী (শার্ককী) মচীঞ্জাক ওইখ্রগনি।" মহাক কিবনা পাখৎখিবদগী হিদগী নাম্বুরক্লুনা ঈরাক্লরগা শিখি।

অতোপ্পা সিপাই অমনমুক মহাক্কী ঈমুংগী অঙাং-নুবীশিং নীংশিংলক্লগা কপ্পল্লম্মী ঃ"ও! ঐগী ঈমুংগী অঙাং-নুবীশিংগী করিমতা মফম চানা চানা থম্বীরমদনা ঐদি শিবা তারেদো!" মহাক্কী ওইনা মহাক হিংগনি হায়বগী থাজবদু মাঙখিরম্মী, অদুগা মদুনা মরম ওইদুনা মহাক শিখি।

অহুমশুবা সিপাই অদুনা ৱাখল খল্লক্লম্মী ঃ"ঐঙোন্দা ইন্স্যুরেন্সগী পোলিসি (বীমাগী চুক্তি-পত্র) অমসুং দলিলশিং লোইনা য়াওরে। কয়াদা নুংশিনঙাই ওইবা ৱাফমনোদো! ঐনা মখোয়শিংদু য়ুমদা নহান্না থনল্লবদি ফরমগদবনিকো! ঐগী নুপীনা করিদি তৌহৌগনি? ঐদি শোয়দনা শিরগনি।" মহাকসু শিখিরম্মী।

অতোপ্পা লেমহৌরিবা সিপাই অনীদুনদি ঈশ্বরবু থাজবা অসুম অসুম হেনগৎলক্লম্মী। মখোয়না হায়রকখি ঃ"ঐখোয়না করিমতা কিরোইদবনি। মী অমনা খুদোংথীবা ফীভম অমদা তারবসু, মহাক্লা ঈশ্বরবু থাজরবদি ঈশ্বরনা মহাকপু খুদোংথীবদগী কনবীগনি হায়বসে ঐখোয়না চুম্মী হায়না উৎকদবনি।" মখোয়না অদুমহায়না ৱা ঙাঙনরিঙৈমক্তদা তেংবাঙনবগী ইঙ্গিৎ ফংদুনা সমুদ্র খোঙবানগী জাহাজ অমদগী হেলিকোপ্টর অমা থারক্লম্মী অদুগা মখোয় অনীবু উরকপদগী মখোয়বু হেলিকোপ্টর মনুংদা তোংহল্লম্মী। মখোয়না করিমতা তেক্ত-কায়দনা কংফালদা য়ৌরক্লবা মতমদা হায়রক্লম্মী ঃ

"মায়পাকপা অমসুং মায়থীবা অনীসিগী মরক্তা মিনিট মঙাখক্তনি লৈরিবা। থাজবনা মায়পাকহল্লি, থাজবা য়াওদ্রবদি মায়থীগনি অমসুং শিগনি।" [৮৮]

## করম্বা পাম্বৈনা ঈশ্বরগী থৌজাল ফংগনি?

অপীকপা খুঙ্গং অমদা লায়ররবসু নুংঙাইনা লৈবা ঈমুং অমা লৈরম্মী। ঈমুং অদুদা মপানে, মমানে অদুগা মচানুপীনে মী অহুম লৈরম্মী। খুঙ্গং অদুদা হৌগৎলকপদা তম্নবা স্কুল অমতা লৈতবা মরমনা খুঙ্গং অদুগী অঙাং পূম্নমক্না উমং অমা লান্না চৎলগা লৈবা অচৌবা খুঙ্গং অমগী অফবা স্কুল অমদা লাইরিক তম্বা চৎনরম্মী। নুপীমচা অদুবু মমা-মপানা স্কুল অদুদা মিং-চনবীরম্মী। মহাক্না নুংথিলদা চানবা চারা অদু অপীকপা টিফিন ক্যারিয়র অমদা হাপ্লগা পুরম্মী।

নোংমগী নুমিৎ অমদা মহাক্না স্কুল চৎপা লম্বী মনাক্তা লৈবা মচেৎ মচেৎ কীন্থরক্লবা পোথাফম য়ুম অমদা গাসু গারবা শোনসু শোল্লবা হনুবা অমা থেংনরম্মী। মহাক্না হনুবা অদুগী মনাক্তা চঙশিল্লগা হায়রক্লম্মী ঃ"ইপু! করি তৌববগে ইপুবো? করিগীনো ইপু নথক্তা মচেৎ মচেৎ কীন্থরক্লবা পোথাফম য়ুম অসিদা লৈরিবসিবো? ঐহাক্না ইপুগী সেবা তৌজবা য়াগদ্রা?" হনুবা অদুনা হায়রক্লম্মী ঃ"ঐগী নুংশিথোইবী, ঐদি অরাপ্পা খুঙ্গং অমদা য়ৌগদবনি। ঙরাংসে ঐহাক খুদক্তা অণাবা হৌরকখি অদুগা অসুক্কী মতীক শোন্থরকখি মদুদি ঐহাক্না অনকপা পূখ্রী অসিদফাওবা চত্তুনা ঈশিং থকউবা ঙমখিদ্রে। ঙরাংদগী ঐহাক করিমতা চারক্ত্রি অমসুং থক্লক্ত্রি হায়বসে অচুম্বনি।" নুপীমচা অদুনা মহাক্না পুরকপা মহাক্কী নুংথিলগী চারা অদু হনুবা অদুদা থম্মোয় শেংনা পীজরম্মী অদুগা পূখ্রী অদুদগী ঈশিং লৌরুরগসু পীথক্লম্মী। মহাক্না হনুবা অদুবু অদুমহায়না সেবা তৌরম্লগা স্কুলদা চৎখিরম্মী।

মথংগী নুমিত্তদি হনুবা অদুদা পীজনবা তোঙান্বা চীঞ্জাক পোৎয়োম মচা অমা পুরক্লম্মী অদুগা মহাক্কীদমক্তা ঈশিংসু লৌবিরম্মী। মহাক্না নুমিৎ তরেৎনি চুপ্না হনুবা অদুবু অদুমহায়না সেবা তৌরকখি। তরেৎশুবা নুমিৎ অদুদা, নুপীমচা অদুনা স্কুলদগী হল্লকপদা, হনুবা অদুনা মহাকপু কৌরক্লম্মী অদুগা হায়রকখি ঃ "ঐগী নুংশিথোইরবী নুপীমচা, ঐহাক পাঙ্গল কল্লে, খোঙনা চৎপা ঙম্লগনি অদুগা ঐগী খুঙ্গংদু য়ৌবা ঙম্লগনি। নহাক্না ঐঙোন্দা য়াম্না নুংশিনা সেবা তৌখিবদুগীদমক্তা

ঐহাক্না তশেং-তশেংনা তৌবীমল খঙবা উৎচবি। অদুগা নহাক্না অচুম্বদুদি ঐঙোন্দা হাযযু। নহাক্না নুমিৎ খুদিংগী ঐহাক্কী চানবা চীঞ্জাক পূবক্লিবসে কদাইদগী পুবকপনো? নহাক্না ঐঙোন্দা ঐগী চানবা চীঞ্জাক পীবিবসে নহাক্কী নমা-নপাগী অযাবা লৌখিব্রা?"

নুপীমচা অদুনা খুম্লক্লম্মী ঃ"ইপু, ঐহাক্না ইমা ইপাগী যাথং যাওদনা কৈনোমতা কৈদৌনুংদসু তৌখিদে, মতুংদসু খক তৌবোই। ইমা-ইপানা ঐঙোন্দা অণাবা মীশিংবু অমদি অহল ওইবব ওইববীশিংবু সেবা নীংথিনা তৌ হাযনা তাকপীখি। মসিগী উমং অসিগী মনাক্তা অচৌবা উহৈ পাম্বী অমা হৌই। মদুদগী অযুক অঙন-অঙনবদা অথুম্বা উহৈ মচা মযাম অমা কেল্লি। ঐহাক্না স্কুল চৎপা মতমদা উহৈশিং অদু খুল্লগা পুবকই, অদুগা ঐগী ইমান্নবীশিংদা অমসুং উহৈশিংদুবু লৈনীংবা মীশিংদা যোল্লি। উহৈশিং অদু যোল্লগা ফংলকপা পৈশা অদুনা ইপুগী চানবা চীঞ্জাক অদু লৈবকখিবনি। ঐহাক্না কনাগী যুমদগী পৈশা মত্রগা চীঞ্জাক হুবাল্লুবা নত্তে। হৌজিক্তি যাবব্রা, ইপু' যাম্না শুংঙাইবা খোঙচৎ অমা চৎপীবা ওইবসনু।" হনুবা অদুনা নুপীমচা অদুদা আশীর্ব্বাদ পীবম্মী। নুপীমচা অদুনা মহাক্কী খুঙ্গংদা থুনা চৎখিবম্মী। হনুবা অদুনা উমং অদু থাদোক্লুঙেগী মমাংদা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌবম্মী ঃ"হে ঈশ্বর' ঐহাক্তা লাযববানা নুপীমচা অদদা নত্রগা মহাক্কী মমা-মপাদা তেংবাঙবা ঙমদ্রে। হনুংঙো নহাক্তা পুন্নমকপু খঙবাবনি অদুগা পুন্নমকপু থৌজালবীবনি, ইবুংঙোনা খ্বাইদগী ফবে হাযনা লৌবা মওং অদুদা নুপীমচা অমসুং মহাক্কী মমা-মপাদা আশীর্ব্বাদ পীবিযু।"

নোংমগী নুমিৎ অমদা হনুবা অমনা লাযববা ঈমুং অদুগী থোঙজাও থীল্লক্লম্মী। নুপীমচা অদুগী মপানা থোঙজাও অদু হাংদোক্লম্মী অদুগা অতিথি অদুবু তবাম-তবাম্না ওক্লম্মী। হনুবা অদুনা হাযবক্লম্মী ঃ"মহাশয' ঐহাক্না নহাকসে থংনবা খুঙ্গং অসিদা লৈবা স্কুল অমদা লাইবিক তম্বা চৎপী নুপীমচা অদুগী মপা শোযদনা ওইবমগনি হাযনা লৌই। নহাক্না অনাবা হনুবা অমগী ৱাবীদো নচানুপীদগী তাবল্লগনি হাযনা খল্লি। মদুগী হনুবা অদু ঐহাক্নি। নঙোন্দা অমসুং নহাক্কী নচানুপীদা ঐহাক্না কবি ৱাহৈ হাযবগা তৌবিমল খঙবা উৎকনি হাযবা খঙদ্রে। নহাক্না অসুক যাম্না পূকচেল ফবী অমদি থৌজাল হৈবী নচানুপী অম ফংজবসিদি নহাক্কী ওইনা তশেংনমক চাওথোকচনীংঙাইনি। ঐহাক্না লাক্লিবসে নখোযদা তৌবিমল-খঙবা উৎকে হাযদুনা লাকপনি। ঐহাক্না পুবক্লিবা পৈশা খবসি

নখোযনা শোযদনা লৌবিগনি হাযনা ঐনা আশা তৌজে। পৈশা অসে নখোযগী নচানুপীগী মহে তম্বদা শীজিন্নবদু ঐহাক্না পামজে।

মপা অদুনা খুন্নক্লম্মী ঃ“ ওঃ লাৎনঙাই ওইবা মহাশয! ঐখোয লাযবজববসু, ঐখোযনা মীতোপ অমদগী কবিমতা লৌজবোই, মদুনা ঐগী ইচানুপীনা তৌখিবা সেবাগী তৌবিমল ওইববসু। ঐখোযনা পৈশা লৌববদি সেবাদুগী কান্নবা কবিনো? চানবীদুনা ঐখোযগী ৱাখলশিংসে খঙবীয়ু। ঙাইবীখো; ঐহাক্না অঙাংবা থক্লবা মহী গ্লাস অমতদি হান্না পীর্জখিগে।” মপা অদুনা ঈমুংদা চম্প্রা মহী লৌবা চঙখিবম্মী। মহাক্না চম্প্রা মহী পবগা ঈমুংদগী থোবকপা মতমদদি হনুবা অদু লৈবমখিদ্রে। মহাক্না পৈশাগী খাউ অর্মদি ফক মথক্তা তাদুনা লৈবা উবম্মী। মহাক্না শোডোক্তা চেপ্লোক্লুনা হনুবা অদুবু মাযকৈ খুদিংমক্তা যেংলম্মী। মহাকপু অমুক হন্না উবা ফংবগী ফীভমদা লৈখিদ্রে। মহাক্না মহাক্কী নুপী কৌবম্মী, অদুগা হাযবকখি ঃ “ঐখোয কবি তৌনি? হনুবা অদুনা পৈশা খাউ অসি হুন্দোক্লল্লে। ঐখোযনা মহাক্কী ঠিকানা খঙহৌবসু নত্তে।” মহাক্কী নুপীনা খুন্নক্লম্মী ঃ“ঐগী চান্নথোইববা ইবুংঙো, পৈশা অসি শীজিন্নবগা ঐখোযনা কবিগুম্বা সেবা খব তৌদবা যাদ্রে হাযবসে ঈশ্বরগা অনাংবা অমা শোযদনা ওইবমগনি। পৈশা অসি ঐখোযগী ইচানুপাগুম্বা অঙাংশিংগা মতৈ তম্বদা শীজিন্নবসি। ঐখোযদগী হেন্না লাযববা মীশিংদা পীজ-পীথক তৌবাসি।”

অফবা অমদি থৌজাল হৈবগী পুকচেল চেনবা নুপীমচা অদুদা আশীর্বাদ পীগে অদুগা মহাক্কী মম। মপাদসু খুদোলপোৎ পীগে হাযদুনা লাক্লিবদু কনাসু নত্তে ঈশ্বর মশামক্লি। কবিগীনো ' মবমদি মখোযনা “লাযববশিংবু পীজ-পীথক তৌগদবনি অদুগা অণাবা মীশিংবু সেবা তৌগদবনি” হাযবা ঈশ্বরগী যাথং অদুবু থবক ওইনা পাঙথোক্লুনা উৎখি।

## দ্রৌপদীগী খাঙকনবা

মহাবানী দ্রৌবদীনা ধর্ম্মগী অচুম্বা হৌনবী লীচৎপু ঙাকপদা থৌশাদবা খক তৌখিদে।

পাণ্ডবকী মচাশিংবু হাৎখিবা অশ্বত্থামাবু পুবক্লুনা দ্রৌপদীগী মমাংদা নোংমা

লেপহনখি। ভীম্মচিংবনা দ্রৌপদীদা অশ্বথামাবু মতীক-চাবা মওং অমদা চৈরাক পীয়ু হায়না কন্না তকশিল্লম্মী, অদুবু দ্রৌপদীনা অশ্বথামাদা চঙশিল্লক্লগা ঈকাইখুম্নবা উৎলম্মী অদুগা মঙোন্দা পূক্লিং য়াম্না ঈংথনা হংলক্লম্মী ঃ"অদোম্না হাৎখিবা পাণ্ডবকী অপীকপা মচানুপাশিংদুনা অদোম্মু শাউহনবা য়াবা থবক করিমতা তৌখিদে। মখোয়দি তূমদুনা অদুম লৈজখিবনি, গতি-লৈত্রবা অঙাংমচা ঙাক্তা ওইখিবনি অদুগা খূৎলায়সু অমতা য়াওখিদবনি। মমিং-চৎলবা লাম্মী অমসু ওইবা অদুগা গুরু দ্রোণগী মচানুপাসু ওইবা নতীক-নগুণ মতীক-চানা লৈরবা অদোম্না করিগীদমক্তা তূমদুনা লৈজরিবা অঙাংশিং অদুবু মঙক-কক্তুনা হাৎপগী লুদবা থবক অদুগুম্বা অদুবু নশামক্লা তৌরুরিবনো?" দ্রৌপদীনা অশ্বথামাবু কনখৎনবা ঙাঙলিবা মতৌদু উরগা ভীম্না খাঙবা ঙম্লক্তদুনা অশ্বথামাবু হাৎকে হায়না চোংশিল্লক্লম্মী। দ্রৌপদীনা অদুগুম্বা মিংচৎ-থীনঙাই-মশক-ওইবা থবক অদু তৌবীদনবা হায়দুনা ভীমদা পাওমেল্লম্মী। দ্রৌপদীনা হায়রকখি ঃ "কিরবা নত্রগা চঙজরক্লবা, নত্রগা তূন্লিবা নত্রগা য়ু ঙাওরবা অমদি গতি লৈজদ্রবা নত্রগা অরানবা তৌখিবগী নীংঙমদ্রবা কনাগুম্বা অমবু অদুগা মরুওইনা নুপী অমবু, শিবগী চৈরাক পীবদা মতীক ফনা চাববফাওবদা, হাৎপা হায়বসে অচুম্বা নত্তে। অদুগী মথক্তসু নীংশিংবীউ, অশ্বথামা হায়বসে নখোয়গী গুরুগী মচানুপানি। মহাকপু নহাক্লা হাৎলবদি মহাক্কী মমানা কয়ামুক থৱায়-ৱাগদগে হাযবদু খঙউ।"

অসিগুম্বা অসে পাণ্ডবকী মচানুপাশিংবু হাৎখিবা মহাক্কী য়েক্লবগী মফমদা দ্রৌপদীনা উৎখিবা খাঙকনবা মতৌনি। ।'।।'।

# মপূমওইবা থাদোকপা

মতম অমদা শ্রীনারায়ণগী ভক্ত অমা লৈরম্মী। মহাক্না ইবুংঙো মহাক্কী মিংলেনবু তত্তনা শোল্লম্মী। মহাক য়াম্না মতীক-মগুণ-লৈবা পণ্ডিত অমসু ওইরম্মী। নোংমগী নুমিৎ অমদা মহাক্না নিংথৌ অমগী কোনুংদা চৎলগা অখঙবা ৱারী-ৱাতায়শিং শাদুনা মহাক্কী পণ্ডিত অমা ওইবগী মতৌ অদু উৎলম্মী। মদুদা নিংথৌ অদুনা যাম্না পেল্লম্মী অদুগা রেশোমগী অচোনবা ফুরীৎ অমা মঙোন্দা খুদোনপোৎ ওইনা পীবম্মী।

নোংমগী নুমিৎ অমদা মহৌশাগী মহৌশা ওইনা তুরেন্দা মহাক্কী অয়ুক্কী অভিষেক ওইনা (মন্ত্রনা শেংদোক্লবা ঈশিংনা চাইথবা ওইনা) ঈরুজবা চৎলম্মী। মহাক্লা মহাক্কী রেশোমগী অচোনবা ফুরীৎ অদু শূদোক্লগা তুরেল মপান অদুদা ফৌদোক্লম্মী, অদুগা প্রার্থনা তৌনবগীদমক্তা ফমথখিরম্মী। ইখঙ হেক খঙহৌদনা অকনবা নুংশিৎ অমা লাক্কুনা রেশোমগী অচোনবা ফুরীৎ অদু হুমদোকখিরম্মী।

ফিশূ-ফিচাম্বা নুপা ধোবী অমসু তুরেল মপান অদুদা ফি কন্না শূদুনা লৈরম্মী। পণ্ডিত অদুদা নিংথৌনা পীবকপা রেশোমগী অচোনবা ফুরীৎ অদুগা য়াম্না মান্নবা ফুবীৎ অমসু ধোবী অদুনা লীৎলম্মী। মহাকসু কোনুংগী ফিশূ-ফিচাম্বা নুপা অমা ওইবনিনা মহাক্লা নিংথৌগী অচোনবা ফুরীৎশিং শূননবা পুবক্লম্মী। রেশোমগী ফুরীৎ অদু শূদ্রিঙৈগী মমাংদা ঙাইহাক্তং লীৎথোক্লম্বনি।

পণ্ডিত অদুনা প্রার্থনা তৌবা লোইরগা মমীৎ পাংথোক্লক্লম্মী অদুগা মহাক্কী অচোনবা ফুবীৎ অদু মহাক্লা ফৌরম্বা মফম অদুদা লৈরমখিদ্রে। মহাক্লা ধোবী অদুবু উবক্লম্মী। মহাক্লা ধোবী অদুগী মনাক্তা চৎলম্মী অদুগা হায়বকখিঃ "য়েংউ মসি, মসিগী অচোনবা ফুরীৎ অসে ঐগীনি।" ধোবী অদুনা হায়বক্লম্মীঃ "মতৌ কবম্না মসিবু নহাক্কী ওইগদৌরিবা, মসিদি নিংথৌগীনি।" পণ্ডিত অদুনা অমুক হায়বকখি ঃ "হোয়, মসি তশেংনমক নিংথৌগীনি, অদুবু নিংথৌনা মসি ঐঙোন্দা খুদোনপোৎ ওইনা পীবকখ্রবনি।" ধোবী অদুনা অমুক হায়রক্লম্মী ঃ"নত্তে, নত্তে, ঐনা মসি অচোনবা ফুরীৎ ময়াম অমগা লোযননা শূদোক্লবা পুবকপনি। মসি নহাক্কী নত্তে।" অদুদগীদি মখোয অনী কন্না মরৈ-য়েৎনরক্লম্মী অদুগা অকোনবদদি ধোবী অদুনা পণ্ডিত অদুবু ফুগে হাযদুনা মখুৎ থাঙ্গৎলক্লম্মী। পণ্ডিত অদুনা কপ্লগা ঈশ্বরদা হায়জরকখি ঃ"ওঃ! খ্বাইগী মপু ওইবিবিবা নারায়ণ! ঐবু অমুক্তা কনবীযু।" বৈকুন্ঠদা লৈরিবা শ্রীনারায়ণনা মহাক্কী ভক্তনা কপ্লগা হায়জরিবা ৱাফমদু তাবদা মহাক্কী সিংহাসন্দগী কুমথরকখি, অদুবু মালেমদা লাক্লনবা খোঙকাপ খর কুমথরম্লগা থুনা অমুক হনখিদুনা সিংহাসন্দা লেঙশিনখি। শ্রীনারায়ণগী লোয়নবী লক্ষ্মীনা মহাক্কী মফম-মরাঙ-খঙদবা মতৌদু উবদা হংলক্লম্মী ঃ"ঐগী ইপুরোইবা, করিগীদমক্তা ইবুংঙো নহাক্লা সিংহাসন্দগী কুমথবীখ্রিবনো, অদুগা খোঙকাপ খর চৎলম্লগা অমুক থুনা হল্লক্তুনা সিংহাসন্দা লেঙশিনবীখ্রিবনো?" শ্রী নারায়ণনা খল্লুনঙাই নত্তবা মোমোন-নোকপা-মীনোক অমগা লোযননা খুন্নক্লম্মীঃ "ঐহাক্কী ভক্ত পণ্ডিত অমবু ধোবী অমনা ফুবীগদবদগী কনবীবা চৎপা পাম্লম্মী, অদুবু পণ্ডিত

অদুনা শাউবকপদগী খুৎ হনখি। মহাক্না খুৎ হল্লমদ্রবদি ঐহাক্না মহাকপু কনবীবা চৎলমগদবনি।" ঈশ্বরদা মপূমওইনা থাদোক্তুনা শীন্নবল্লবদি পণ্ডিত অদুনা শ্রী নাবাযণগী চপ -চাবা মতেং অদু ফংলমগদবনি।

মী অমনা মশানা মশাবু শোক্তনবা ঙাকথোকচবা ঙমই হাযনা খল্লিবমখে ঈশ্বরনা মহাক্কী মতেং পাংবা লাক্লোই। মপূমওইবা থাদোকপা অমদি ঈশ্বরগী মখাপোনবগী মওংদা লৈবতনা ঈশ্বরবু কৌথদুনা মহাকপু কনবীহনবা ঙমগনি। ঐখোযনা মতম পূম্নমক্তা নোল্লুক্লা প্রার্থনা তৌবসি ঃ "হে ভগবান' ঐসে ইবুংঙো নহাক্কীনি। ইবুংঙো নহাক্কী অনীংবদু পাঙথোকপা ওইবসনু।"

## পূম্নমক লাইনি

পূম্নমক লাইনি। লাইগী ওইবা ফীভম অমদা ঐখোয পূম্নমক লৈবনি হাযবা অচুম্বা অসিবু ঐখোযনা চেৎনা থাজদুনা লৈববদি ঐখোযনা অতোপ্পা জীবশিংসু লাই ঙাক্তনি হাযবা খুদক্তা খঙলক্কনি। ঐখোযনা ঐখোয ইশা ইশাবু অতোপ্পা জীবশিংদগী তোঙান্দে হাযনা খল্লিবমখে মখোযবু ..শিবিগনি। মসিগী অচুম্বা অসিবু শেংনা তকপা বাবী অমা লৈ।

অচৌ- অশাংগী ইমুংগা নুপী অমনা সিদ্ধ সাই বাবাগীদমক্ত অহাও অথুম খব শেম-শাদুনা মহাক্কী ইমুং মনুংদা থম্লম্মী। হূই অমনা দেযা উপায অমা তৌবগা যুম অদুগী মনুংদা চঙলক্লম্মী অদুগা অহাও-অথুমশিং অদু চাথোক্লম্মী। নুপী অদুনা হূই অদুবু চৈনা ফুবগা তাম্বোক্কখি। মহাক্না অমুক হন্না পুখম অমগী মপোৎ ওইবা অহাও-অথুমশিং শেম-শাবম্মী অদুগা সির্দ্ধি সাই বাবাগী মনাক্তা পুবম্মী। সির্দ্ধি সাই বাবানা নুপী অদুদা হাযবক্লম্মী ঃ "ঐদি নহাক্না হান্না শেমখিবা অহাও-অথুমশিং অদু চাখ্রে অদুগা ঐগী অবাম-খৌবাংবা কোকখ্রে।" নুপী অদুনা হাযবক্লম্মী ঃ"ঐনা হৌজিক পুজবক্লিবা অহাও-অথুমশিং অসে ইহান-হানবা ওইনা ইবুংঙোনা হানবা পুজবকপনি। ইবুংঙোনা অহাও-অথুম চাখ্রে হাযনা হাযবীবিবসে ওইথোক্তবনি।" সির্দ্ধি সাই বাবানা হাযবকখি ঃ"নত্তে, নহাক্না অহানবদা শেম-শাখিবা অথুম-অহাওশিংদু ঐনা থাঙ্গৈশেংনা চাখ্রবনিনে। ঐবু নহাক্না চৈ অমনা ফুবগা তাম্বোকপীবকখিবনি।" সির্দ্ধি সাই বাবাগী ৱাদু তাবদা নুপী

অদুনা ঙাইহাক্তং ওইনা য়াম্না ঙকখি, অদুবু হূই অদুনা মতৌ করম্না মহাক্কী ময়ুমদা চঙলক্লগা অহাও-অথুমশিং চাখিবা অদুগা হূইদুবু মহাক্না ফুবিখিবনচিংবা পূম্নমক অদুবু মহাক্না খুদক্তা নীংশিংলকখি। মতৌ অসুম তৌদুনা সির্দ্ধি সাই বাবানা মহাক্কী হকচাঙগী মওং অদুখক্তদা লৈবা নত্তনা জীব পূম্নমক্তসু লৈ হায়না মহাক্কী ভক্তশিংদা খঙহল্লম্মী। ▯▯

## ভস্মাসুর

পদ্মাসুর হাযবা হিংচাবা অদু শিব মহাদেবগী মতীক-মগুণ-লৈরবা ভক্ত অমা ওইরম্মী। মতম অমদা মহাক্না চহি কয়ামুক চুপ্পা অহকপা প্রায়শ্চিত্ত তৌজরম্মী। শিব মহাদেবনা পেল্লদুনা পদ্মাসুরদা মহাক্না অপাম্বা বর অমা পীবিগে হায়রক্লম্মী। মদুদা পদ্মাসুরনা হায়জরক্লম্মী ঃ"ওঃ প্রভু, ঐগী খুৎনা শোকউবা হেক মখৈ উৎ ওলহনবীয়ু।" বব পীগনবা শিব মহাদেবনা বর অদু পীবিখি। তৌবিমল খঙবগী ৱাখল লৈতবা হিংচাবা অমা ওইবা মরম্না পদ্মাসুবনা মহাক্কী মখুৎ অদুনা শিব মহাদেব মশামকপু শোকপা পাল্লম্মী। শিব মহাদেবনা পূম্নমকপু শৌগৎপীরিবা অর্মদি ঙাকপী শেনবীরিবা ভগবান শ্রীবিষ্ণুগী মতেং নিজরক্লম্মী। শিব মহাদেবনা মহাক্কী ভক্তদা পীথোকখিবা বর অদুবু লৌশিনবসু ঙমখিবমদে অদুগা ভগবান শ্রীবিষ্ণুনা পদ্মাসুববু খূদক্তা চৈবাক পীবসু ঙমখিরমদে। মবম অদুনা শ্রীবিষ্ণুনা মপূংফাবা থৌওং অমা শীল্লম্মী। শ্রীবিষ্ণু মশামক্না য়াম্না শুন্দ্মৎনবগী মশক ওইবী জগোইশাবী অমা ওইনা ওন্থোক্লম্মী। জগোইশাবী অদুবু উরুবমক্তদা পদ্মাসুরদা নুপা-নুপী নুংশিনবগী পৃক্লিং ঈহল অমা হৌরক্লম্মী। মহাক্না শিব মহাদেববু তান্নবগী মহুত্তা জগোইশাবী অদুবু তান্নবক্লম্মী। জগোইশাবী অদুনা মহাক্কী মনাক্তা চঙশিল্লক্লম্মী অদুগা য়াম্না নুংশিনা ৱা ঙাঙলক্লম্মী। মহাক্না শুন্দ্মৎনবগী মশক ওইবা মোমোন নোকপা মীনোক অমগা লোয়ননা হায়রক্লম্মী ঃ"ঐহাক্না জগোই শাবা মতমদা ঐহাক্না তৌরিবা পূম্নমক অদু নহাক্না তৌরবদি ঐহাক নঙোন্দা লুহোংগনি।" পদ্মাসুরনা য়াখি। পদ্মাসুরগী ৱাখলদা জগোইশাবী অদুগা মহাক্না লুহোংলগা লোইরে হায়না খল্লম্মী। জগোইশাবী অদুনা জগোই শাবা হৌবক্লম্মী অদুগা পদ্মাসুরসু জগোইশাবীদুগী খোঙথাং অমসুং খুৎথেক মতুংইন্না জগোই শারম্মী। মতাং অমগী মীৎকৃপ অমদা জগোইশাবী অদুনা পদ্মাসুবদা শুন্দ্মৎনবগী মশক

ওইবা মওং অমদা য়েংলগা মহাক্কী মখুৎ অদুনা মহাক মশামক্কী মকোক্তা থম্লম্মী। পদ্মাসুরসু জগোইশাবী অদুনা তৌবা অদুমক্কা মান্ননা তৌরম্মী। মীৎকূপ অমগী মনুংদা পদ্মাসুর উৎ ওনখিরম্মী। মহাক মশামক্কী মখুৎনা তৌরোইদবা থবক অদু মহাক্লা তৌখি। মদুগী মতুংদদি পদ্মাসুর হায়বা হিংচাবদো ভস্মাসুর হায়না খঙনখি। মসিগী ৱারী অসিদগী ঐখোয়না তমগদবা পারাদি ঐখোয়না ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌবা মতমদা য়াম্না চোকশিনগদবনি হায়বসিনি। ঐখোয়না ঈশ্বরদগী নিজরিবা বর অদুমক্লা ঐখোয়গী লৈখা তারক্লবগী মরম ওইরবা য়াই। অদুগা অতোপ্পা পারা অমনা ঈশ্বরনা মহাক্কী ঙাক-শেনবগী মথৌ তৌরকপা মতমদা ইবুংঙো মহাক্লা ধর্মগী নিয়ম অমসুং পথাপ অদুবু ঙাক্লা চৎলি হায়বসিনি। ◻◻

# নুংশিবনা পীদুনতা লৈ

শ্রীরামচন্দ্রনা বন্দা চত্তিভৈগী মমাংদা মহাক্কী সনা-লুপা, মণি-মুক্তা থিনবা লীক-কোণ, লুনা তৌরবা পোৎ অদুগা অতোপ্পা লল-থুম পূম্নমক লায়রবা মীশিংদা পীথোকপা পাম্লম্মী। মরম অদুনা মহাক্লা য়াম্না হরাওনা মহাক্কী অরৈবা পূম্নমক অদু লৈত-লায়রবা মীশিংদা য়েন্থোক্লম্মী। মতম অদুমক্তদা য়াম্না লাপ্পা মফম অমদগী অহল ওইরবা ব্রাহ্মণ অমনা শ্রীরামগী শকফম্বু হাইফেত্তং য়েংজহৌগে হায়দুনা লাকচরম্মী। মহাক্লা খঞ্জরক্লম্মী ঃ "ঐহাক মতম কয়াম কুইনা হিংখিগদ্রা হায়বা খঙদ্রে, অদুগা শ্রীরামদি চহি তরামরি বন্দা চৎখ্রগনি হায়বগী পাউসু ঐহাক্লা তারে। ঐহাক্লা ইবুংঙো মহাকপু অমুক্তদি য়েংজহৌগে।"

অহল ওইরবা ব্রাহ্মণ অদুনা শ্রীরামগী মনাক্তা নকশিল্লকপা মতমদা ইবুংঙো মহাক্লা ষণ-অমোম অমদি ফমুং, টেবিল, চৌকি, উপুনচিংবা য়ুমগী পোৎচৈ ময়াম অমা প্রজা লৈত-লায়রশিংদা য়েন্থোক্তুনা লৈরম্মী। অহল ওইরবা ব্রাহ্মণ অদুনা শ্রীরামবু হেক উবমক্তদা তু খ্যাও খ্যাও চুংলম্মী অদুগা মহাক্লা ঙক্তুনা খংলাউ লাউরক্লম্মীঃ "প্রভু রামচন্দ্রসে কয়াদা কখোকপগী মশক ওইখ্রবনো! ইবুংঙো মহাক্তী অমর শোয়দনা ফংগনি। *অমর পদবীদি চারোন-শুরোন অমদি লল-থুম ময়াম অমা থম্লম্লগা নত্রগা অফবা থবক খর হেক তৌরগা হেক্তা ফংগদবা নত্তে, কখোকপগী থবক তৌরগতা ফংবা ঙমগনি* হায়বা বেদগী চৎকদবা ৱাদুগী মতুংইন্না ইবুংঙো মহাকপু চত্ত্রবনে।" মহাক্লা ঙক্তুনা অমুক হন্না খংলাউ লাউরক্লম্মী ঃ"রাম

হাযবা ইবুংঙো নহাক অসে তশেং-তশেংনমক "ধর্ম্ম" হাযবদুগী মশকমক্নি।"

অহল ওইববা ব্রাহ্মণ অদুবু হেক উবমক্তদা শ্রীবাম্না মহাকপু মহাক্কী মনাক্তা লাকউ হাযনা ইঙ্গিৎ তৌবগা কৌশিল্লম্মী। ইবুংঙো মহাক্না ব্রাহ্মণ অদুদা হাযবক্লম্মীঃ "ওঃ পুকচেলচাওববা ব্রাহ্মণ! মফম অসিদা কবিগীদমক্তা লাকপীবনো?" ব্রাহ্মণ অদুনা খুম্লক্লম্মী ঃ"স্বামী, ঐহাক্তী অহল যাম্না ওইশিল্লক্লে। ইবুংঙো নহাক্তী বন্দা চৎলগনি অদুগা চহি তবামবিগী মতুংদা অমুক হল্লক্কনি হাযবা পাউ অমা ঐহাক্না তাজে। মতম অদুফাওবদি ঐহাক হিংদুনা লৈগনি হাযবা থাজদ্রে। অমুক্তদি ইবুংঙোগী মাযথোং অদু যেংজহৌগে, ইবুংঙোগী চবন্দু শোকচহৌগে অদুগা ঐগী পূন্সিসে পাপতগী কোকচগে হাযদুনা ইবুংঙোগী নাক্তা লাকচবনি।" শ্রীবাম্না মঙোন্দা হংলক্লম্মী ঃ"অদুদি নহাক্কী অতোপ্পা অপাম্বা কবিমতা লৈজদ্রে?" ব্রাহ্মণ অদুনা খুম্লক্লম্মী ঃ"ঐহাক্কী অতোপ্পা অপাম্বা কবিমতা লৈজদ্রে। হিংদুনা লৈবফাওবদা ৱাববা ঐগুম্বা হনুবা অমনা কবিমুক পাম্লুখিগদগে? ঐনা পামজবখক্তি ইবুংঙোগী চবন্দু শোকচবনি।" শ্রীবাম্না হংলক্লম্মী ঃ "নহাক্কী অপাম্বা অদুবু ফংলগা নহাক্কী কবিবু তোংজবা লৈবগে?"

হনুবা অদুনা খুম্লক্লম্মী ঃ"স্বামী! মী হাযবসে পাপনা, থবক্কী তুং-তাবা মহযশিংনা অমদি অৱাবনা নৈশিন্দুনা লৈবা মফমনি। মখোয অসিদগী নাম্থোক্লে হাযববদি ইবুংঙোগী দর্শণ দবকাব ওই। ঐহাক্না ইবুংঙোগী অশেঙবা চবন্দু শোকপা পামজৈ, অদুগা ইবুংঙোদা ৱা-হাযজবসু পামজৈ।" অহল ওইববা ব্রাহ্মণ অদুগী ৱাহৈশিংদু তাবদা শ্রীবামগী থম্মোযদো পেনবগী ঙমখৈ লৈখিবমদে। ইবুংঙো মহাক্না মহাকপু কোন্সিনবীবম্মী। শ্রীবাম্না মঙোন্দা হংলক্লম্মী ঃ"হৌজিক্তি মসিনা নঙোন্দা নুংঙাইবা পীবৱা?" মমীৎ অনীদগী মপি মখজায অনীদা শীম্থবগা ব্রাহ্মণ অদুনা খুম্লক্লম্মী ঃ"স্বামী, ঐহাক হৌজিক্তি স্বর্গদা লৈবদৌনা নুংঙাইবে।"

শ্রীবাম্না হাযবক্লম্মী ঃ" নহাক্না নহাক্কী নুংশিবদো ঐঙোন্দা পীখ্রবনিনা, ঐহাক্লসু ঐহাক্কী নুংশিবসে নঙোন্দা পীফম থোকই। নহাক্না ঐঙোন্দগী কবিগুম্বা খবদি লৌগদবনি।" ব্রাহ্মণ অদুনা পায়বিবা চৈশু অদু উবগা শ্রীবাম্না হাযবক্লম্মীঃ "ঐনা শোকপদগী নহাক হৌজিক মতীক-চানা পাঙ্গল কল্লবনি, অদুগা চৈশুগী মতেং লৌদ্রবসৃ নহাক নখোঙনা চৎপা ঙম্লগনি। নহাক্কী পাঙ্গলনা ঙমলিবমখৈ নহাক্কী চৈশু অদু লাপ্না লংথোকখো। নহাক্না লংথোকখ্রিবা চৈশু অদনা যৌগ ঙম্বা মফম অদুফাওবদা লৈবিবা শা-ষণ অমদি শল-থুম পম্নমক নহাক্কী

ওইরগদবনি।" মহাক্না শ্রীরামগী চরন্দু শোক্লুবদগী অদুগা মহাকপু শ্রীরাম্না কোন্সিনবীখিবদগী মহাক পাঙ্গল য়াম্না কনবা মীশক অমা ওইরকখি; অদুগা মহাক্কী অহল ওইরকপগী শোম্থরকপা ফীভম অদুসু মাঙখ্রে হায়বদু হনুবা ব্রাহ্মণ মশামক্না খঙজরক্লম্মী। শ্রীরামগী য়াথং অদু মহাক্না ইনগদবনি হায়না ব্রাহ্মণ অদুনা খল্লকখি। মহাক্না মহাক মশা মথন্তদা হায়জখি ঃ"ঐগী অপাম্বদি করিমতা লৈতে, অদুমকপু ঐগী অপাম্বা অমখক্তং হায়জৌ হায়রবদি শ্রীরামগী য়াথং ইনবনি; মদু নত্রবদি, ঐগী পূন্সি অসি অর্থ লৈত্রে।"

ব্রাহ্মণ অদুনা মহাক্কী অঙম্বা শক্তি পুথোক্তুনা চৈশু অদু কন্না লংলম্মী। য়েংউ! চৈশু অদু সরজু তোরেল তোর্ব্বান য়ৌরুরগা শ্রীরাম্না লেপ্তুনা লৈরিবা মফম অদু তান্না হল্লক্লম্মী। য়ুমজাও পরেং পরেং, লৈনবা য়ুম-কৈ অমদি ষণ-ইরোইনচিংবা শা-ষণ মখল মখল কয়ামুক চৈশু লংবদা কোন্সিলল্লিবা লম অদুগী মনুংদা লৈরম্মী। পূম্নমক অসে ব্রাহ্মণ অদুদা খুদোনপোৎ ওইনা পীবা তারম্মী। ব্রাহ্মণ অদুনা শ্রীরামদা হায়জবকখি ঃ"হে প্রভু! করিগীদমক্তা অসুক য়াম্না লল-থুম ময়াম অসিগী পোৎলূম ঐঙোন্দা থোঙ্গৎপীবিবনো' ননাই ঐহাক্তী ইবুংঙো নহাকপু উজহৌগে হায়বখক্কীদমক্তা লাকচবনি।" শ্রীবাম্না খুন্নক্লম্মী ঃ"হে পূকচেল চাওরবা ব্রাহ্মণ! মসিদি নহাক্না নহানপোক্তা তৌখিবা অফবা থবকশিংগী মহয়নি অদুগা হৌজিক্কী মপোক অসিদা তানবা অৱামলমক্তি নত্তে। ঐহাক্না বন্দা চৎলগনি হায়বা পাউ তাবদা অরাপ-অবাপ্পা মফমশিংদগী ঐহাকপু উনবা মী অসুক্কী মতীক য়াম্না লাকখি। অদুবু নহাক্কী অপাম্বা, অনীংবনদি ঐহাক্কী থম্মোযবু পেলহনখি। লৈবাকসিগী আইনগী হায়রুববদি লৈবাক অসে পূম্নপ্না নঙোন্দা ঐহাক্না পীগদবনি।"

শ্রীরাম্না, মহাক্না হায়খিবা মতুংইন্না, চৈশুদুনা লংবদা কোন্সিনখিবা পূম্নমক অদু ব্রাহ্মণ অদুদা পীথোক্লম্মী। ব্রাহ্মণ অদুনা হায়রক্লম্মী ঃ "নহাক্না মীয়াম পূম্নমক্তা পীবা য়াম্না ফজরবা খুদম অমা মসিদা লৈরে ঃ অযোধ্যাগী নিংথৌমচা রামচন্দ্রনা বন্দা চৎলমদাইদা অদুগা লৈবাক অপূম্বনা থৱায়-ৱানরবা মতমদা মহাক্না মোমোন-মোমোন নোক্তুনা অমদি নুংশিহৈনা মহাক্কী লল-থুম পূম্নমক লৈত-লায়রবা মীশিংদা পীথোকপা ঙম্লম্মী। মদু খ্বাইদগী চাউবা কথোকপা, বৈরাগ্য অমসুং পাক্লং-লৈতাবগী ফজববা খুদম অমনি।

## ঈচিন্নাও ওইবগী পারা অমা

রামায়ণদা মচিম্মনাও ওইবগী পারা তম্বীবা থৌদোক য়াম্না লৈ। থৌদোক অমখক্তং নীংশিংসি। নোংমা মচিন্নাও মরিনা নুপামচাশিং ওইরিঙৈদা বোলগী মশান্না অমা শান্নরম্মী। শান্নবদু লোইরগা রাম্না মমা কৌশল্যাগী মনাক্তা চেনশিল্লম্মী অদুগা মহাক্কী মতম্পাক্তা পোত্থারম্মী। মহাক নুংঙাইবদা মপূংফারম্মী। কৌশল্যানা মঙোন্দা অসুক্কী মতীক মহাক্না নুংঙাইরিবগী মরম করিনো হায়না হংলম্মী। বাম্না খুম্লক্লম্মী ঃ"ইমা! ঙসিদি ভরতনা ঐবু মায়থীবা পীরগা জয় ওইখ্রে, অদুগা মরম অদুদগী ঐহাক য়াম্না নুংঙাইবে।" রামগী ৱাহৈশিংদু তাবদা কৌশল্যা য়াম্না হরাওজরম্মী। ইকুইকুইদনা ভরতসু মমীৎ অনীদগী মখজায় অনীদা মপি চেন্থবগা কৌশল্যাগী মনাক্তা চেনশিল্লক্লম্মী। কৌশল্যানা মঙোন্দা হংলক্লম্মী ঃ "নহাক্না মায়পাক্লগা নুংঙাইগেদি হায়দ্রগা করিগীদমক্তা ৱারীবনো?" ভরতনা হায়বক্লম্মী ঃ "ইমা! শান্নবদুদা ঐহাক শোয়দনা পোরমগদবনি, অদুবু ইয়াম্বা রাম মশামক্না মশাবু পোহল্লগা ইহাকপু অঙম্বা ওইহনখিবনি। ঐহাক্কী ইয়াম্বনা মায়থীখিবা অসিদা ঐহাক যাম্না নুংঙাইজদে।" মচিম্মনা ও নুংশিনবগী কয়াদা ফজখ্রবা খুদমনোদো! মযাম্বা অদুনা বোল শান্নবদুদা পোজরবফাওবদসু মনাওনুপাগী মায়পাকপদু উরগা নুংঙাইজে। ▯▯

## ৱাহং অহুম

মতম অমদা নিংথৌ অমনা মহাক্না মতম শাংনা মুন্না খল্লক্লগা ৱাহং অহুমগী পাউখুমশিংবু খঙবা পাম্লক্লম্মী। নোংমগী নুমিৎ অমদা নিংথৌ অদুনা মহাক্কী রাজসভাদা ৱাহংশিং অদু পুথোক্লম্মী। ৱাহংশিং অদুদি ঃ ১) ঈশ্বর কদায়দা লৈবগে? (২) ইবুংঙো মহাক্না করম্বা মায়কৈরোমদা য়েংবগে? (৩) ইবুংঙো মহাক্না করি তৌবগে? কানমতনা ৱাহংশিং অদুগী পাউখুম পীবা ঙমখিদে। অদুদগীদি নিংথৌ অদুনা মহাক্কী কোনুংদা জ্ঞানী অমবু মী থারগা মতীক-চাবা সম্মানগা লোয়ননা কৌরম্মী। নিংথৌ অদুনা জ্ঞানী অদুদা ৱাহংশিং অদুগী পাউখুমশিং পীবিয়ু হায়দুনা হায়জরম্মী।

জ্ঞানী অদুনা হায়রক্লম্মী ঃ"শঙ্গোমদা মাখন য়াওবগুম ঈশ্বরনা মফম খুদিংমক্তা লৈ।" অনীশুবা ৱাহং অদুগী পাউখুম পীননবগীদমক্তা জ্ঞানী অদুনা থাউমৈ অমা পুরক্লবা হায়রক্লম্মী। মহাক্লা থাউমৈ অদু চুখৎলগা নিংথৌ অদুদা হংলক্লম্মী ঃ"করম্বা মায়কৈরোমদা থাউমৈ অসিগী মঙাল শন্দোকপগে?" নিংথৌ অদুনা খুন্নক্লম্মী ঃ"থাউমৈ অসিগী মঙাল মায়কৈ খুদিংমক্তা শন্দোকই।" জ্ঞানী অদুনা হায়রক্লম্মী ঃ"মতৌ অদুম্না ঈশ্বর হায়বসে লংনা ঙানবা মঙালমক্নি, অদুগা ইবুংঙো মহাক্লা য়েংবা মীৎয়েংদি অকক্লবা মফম নত্রগা মীশক অমদা য়েংদে। ইবুংঙো মহাক্লা পূম্নমকপু উই।" নিংথৌ অদুনা হংলক্লম্মী ঃ"ঈশ্বরনা করি তৌবগে?" জ্ঞানী অদুনা হায়রক্লম্মী ঃ"ঐনা আধ্যাত্মিক্কী লমদা করিগুম্বা খর ইনিংথৌদা তাক্লিবনিনা ঐহাক অসে গুরু অমগী থাক্তা লৈরে, অদুগা ইনিংথৌনা শিষ্য অমগী থাক্তা হন্থরে। মরম অদুনা ঐখোয় অনীগী লৈফমশিংসে (ফম্ফমশিংসে) ওন্থোক্লবা তারে। মসিবু ইনিংথৌনা য়াবীরব্রা?" নিংথৌ অদুনা য়ারম্মী অদুগা মহাক্কী অৱাংবা ফম্ফম অদুদগী কুমথরক্লগা জ্ঞানী অদুনা ফম্লম্বা মফম অদুদা ফম্লম্মী। জ্ঞানী অদুনা মমীৎ কুপফেৎ-কাফেৎ কূপ্লগা হায়বক্লম্মী ঃ "মসিনি ঈশ্বরনা তৌরিবসে। ইবুংঙো মহাক্লা নাপল-চাউবা মীশিংবু অনেম্বা থাক্তা কুমথহল্লি অদুগা নোম্লকপা মীশিংবুনা অৱাংবা থাক্তা কাখৎহল্লি। ইবুংঙো মহাক্লা লায়রবা মীশিংবু ঈনাকখুনহনবা ঙম্মি। অদুগা ঈনাকখুনবা মীশিংবুনা লায়রহনবা ঙম্মি। ইবুংঙো মহাক্কী মফম খুদিং লোইনা শীনথুংবিবনি, পূম্নমকপু উবিবনি অদুগা পূম্নমকপু পুঙঙম-ঙম্বীর্বনি।" পাউখুমশিং অদু তাবদা নিংথৌ অদুনা য়াম্না পেল্লম্মী। মহাক্লা জ্ঞানী অদুদা মহাক্কী তৌবিমল খঙবা উৎলম্মী অদুগা মতীক-চাবা মওং অমদা সম্মান তৌরম্মী।

ৱারী অসিদা য়াওরিবা নিংথৌ অদুগুম্না ঐখোয় খুদিংমক্লা ঈশ্বরগী অশেঙবা লৈক্ষনা অদু খঙবা ঙম্নবা হোৎনগদবনি ঃ **ঈশ্বর হায়বসিদি মফম পূম্নমক্তা শীন্থুংনা লৈ, পূম্নমকপু পূঙখঙ-খঙই অদুগা পূম্নমকপু পূঙঙম-ঙম্মি।** ▯▯

## ঈশ্বরদি ফননবতা তৌবনি

কনাগুম্বা অমগী মফমদা থোক্লিবা থৌদোক হেকমখৈ মহাক্কী ফননবা থোকপা ঙাক্তনি হায়না হেক হেক লাউথোকপদা হৈনজবা মন্ত্রী অমখক লৈরম্মী।

নোংমগী নুমিৎ অমদা মহাক্কী নিংথৌ অদুনা চু মতেক অমা পীক্লা পীক্লা ককপদা মহাক্কী খুদোনবী মতোন অদু থাঙনা ককখিবম্মী। খুদোনবী অদুদগী তাবকপা ঈদু উবদা মন্ত্রী অদুনা মহাক্কী হৈনবী অমা ওইনা হাযবক্লম্মী ঃ"ঈশ্বরদি ফননবতা তৌবনি।" নিংথৌ অদু যাম্না শাথীবা মশাউ অমদা লাকখি অদুগা হাযবকখি ঃ "খুদোনবীদগী ঈ তাদুনা ঐহাক্লা যাম্না ৱানা অনাবা খাঙলিঙৈ মতম অসিদা মসিনা কবম্বা অফবা অমা ওইবকপা ঙমগদৌবিবনো?" নিংথৌ অদুনা মন্ত্রী অদুবু জেলদা থাজিনখিবম্মী। অদু ওইববফাওবদা মন্ত্রী অদুনা যাম্না ঈংথনা ফিঙ্গৎতবমখে হাযবক্লম্মী ঃ "মসিগী দণ্ডি অসিফাওবা ঐগী ফননবা ঈশ্বরনা তৌবীবনি।"

নুমিৎ খবনিগী মতুংদা, নিংথৌ অদুনা উমং অমদা মথন্তা শাতানবা চৎলম্মী। শাতানবগী খোঙচৎ অদু লোইববা মতমদা নিংথৌ অদুনা উপাম্বী অমগী মখাদা পোত্থাবম্মী। মতম অদুমক্তদা উমং অদুদা লৈবা চাওখৎতবা মী কাঙলুপ অমগী খুন্নাকপনা থাবকপা মনাইশিংনা নিংথৌ অদুবু ফাবম্মী অদুগা মখোঙশিং অমসুং মখুৎশিং পুন্সিল্লম্মী। নিংথৌ অদুনা মখোযদা হংলক্লম্মী ঃ"নখোযনা ঐহাকপু পুন্সিল্লিবা কবিগীনো? নখোযনা ঐঙোন্দা কবি তৌগদৌবিবনো?" চাওখৎতবা মীশিং অদুনা খুম্লক্লম্মী ঃ "ঐখোযনা নহাকপু কালি ইমা লাইবেম্বীগী পূজা-ফালদা থল্লগা বলি কৎকদৌবিবনি। চহি অমগী মনুংদা অমুক্তং মী অমা কালি ইমা ইবেম্মদা বলি কৎপা হাযবা অসে ঐখোযগী সমাজগী চৎনবীনি। মতম অদু যৌবক্তুনা ঐখোযনা মী অমা বলি কৎনবা থিবকপনি। হৌজিক্তি ঐখোযনা নহাকপু ফংলে। ঐখোয লাইবক যাম্না ফববনি।" নিংথৌ অদুনা প্রতিবাদ তৌবক্লম্মী ঃ "ঐহাকপু থাদোক্লো, চৎলগে। ঐহাক লৈবাক অসিগী নিংথৌনি; নখোযনা ঐহাকপু যজ্ঞগীদমক্তা বলি তৌবা ঙল্লোই।" মখোযনা ফাক-ফাক নোক্লম্মী অদুগা হাযবক্লম্মী ঃ"হন্দর্ক্কী চহিসিগী বলি কৎপগী থৌবম অসিদি চাংদম্নঙাই লৈতবা যজ্ঞ মখল অমা ওইগদৌবি অদুগা ইমা লাইবেম্বীনসু যাম্না থোইদোক হেন্দোক্লা পেনবিবগনি মবমদি ঐখোযনা যাম্না মতীক-মগুণ লৈববা অচৌবা নিংথৌ অমা বলি কৎকদৌবি।"

নিংথৌ অদুবু পুবম্মী অদুগা বলি তৌবগী পূজা-ফাল অদুগী মথক্তা মফম চানা থল্লম্মী। নিংথৌ অদুবু বলি তৌদুনা হাৎনবা থৌবাং পূম্নমক লোইশিনখিবম্মী। ধর্ম্মগী পুরোহিত অদুনা নিংথৌ অদুগী মখুৎ ওযথংবগী খুদোনবী অদুদা বেন্দেজ যেত্তুনা লৈবিবদু উবম্মী। মখোযনা বেন্দেজ অদু হাংদোক্তুনা নিংথৌ অদুগী খুদোনবীদু থাঙনগা ককথৎখিবা শরুক যাওৱা হাযদুনা যেংলম্মী। পুরোহিত অদুনা

হায়রক্লম্মী ঃ"মসিগী মী অসিদি ঐখোয়গী ইমা লাইরেম্বীদা বলি তৌদুনা কৎপা য়ারোই। অসিগুম্বা হকচাঙদা অশোয়বা লৈবা মী অমবু বলি তৌদুনা যজ্ঞ তৌবা য়ারোই, ফত্তে। মহাকপু থাদোকখো।"

মহাক্কী খুদোনবী অদুবু থাঙনা ককখিবা নুমিৎ অদুদা মহাক্কী মন্ত্রীনা হায়খিবা "ঈশ্বরদি ফননবতা তৌবনি", হায়বা ৱাহৈশিং অদুবু নিংথৌ অদুনা নীংশিংলক্লম্মী। মহাক্কী খুদোনবীদা ছোকপা অদুমক্লা মহাকপু শিগদবদগী কনবীখি। মহাক্লা থুনা খুদক্তা য়ুমলোমদা লাক্লম্মী অদুগা চুমদ্রিং জেল তান্না মন্ত্রী অদুবু থাদোকপীরুনবা চৎলম্মী। নিংথৌ অদুনা মন্ত্রীদা হায়রক্লম্মী ঃ"ঐহাক্লা হাথু-হাথুনা য়াম্না নুংশিহৈতবা মওং অমদা নহাকপু জেলদা থাজিনখিবগীদমক্তা ঐহাকপু ঙাকপীয়ু হায়জরি।" মন্ত্রী অদুনা হায়জরক্লম্মী ঃ"চীংলেম্না ফজরবা ইবুংঙো, ইনিংথৌনা ঐঙোন্দা করিমতা অকায়বা তৌখিদে। ঙাকপীবগী ৱাফমসু করিমতা লৈতে।" নিংথৌ অদুনা অমুক হন্না হায়রক্লম্মী ঃ"ঐহাক্লা নহাকপু জেলদা থাজিনখিবসে নহাক্কী ফননবনি হায়না নহাক্লা হায়খিবদো করি মরমদগী হায়খিবনো?" মন্ত্রী অদুনা খুন্নক্লম্মী ঃ"ঐবু জেলদা ইনিংথৌনা থম্বীরমদ্রবদি ঐগা ইনিংথৌগা শাতানবা শোয়দনা চৎমিন্নরমগনি। চাওখত্তবা মীশিং অদুনা ইনিংথৌদি যজ্ঞদুগী বলি তৌবা য়াদ্রে হেক খঙলকখিবা মতম অদুদা মখোয়না ঐহাকপু পুরগা বলি তৌদুনা হাৎলমগনি অদুগা যজ্ঞ অদু পাঙথোক্লমগনি। মরম অদুনা ঈশ্বরদি ফননবতা তৌবনি।" ❐❐

## ইন্দ্রিয়শিংগী থবক লেপ্পা

মতম অমদা মীৎ, ণা অমসুং অতোপ্পা হকচাঙগী কায়াৎশিংনা চীন্না ফংলিবা খুদোংচাবদু উরগা যাম্না কল্লকপা পোক্লম্মী। মখোয়না মখোয় মশেল অসুম্না খন্নরকখি ঃ"ঐখোয়না চীঞ্জাক ফংননবা অঙম্বমখৈ হোৎনরগা চীন্দা পীশিল্লি অদুগা চীনখক্তনা চীঞ্জাক অদু চাই।" অসুম্না খন্নরবা মতুংদা মখোয়না ওইনদুনা থবক তৌবা পূম্লেপ লেপখি অদুগা চীন্দা চীঞ্জাক পীবসু লেপখি। চীন্না চীঞ্জাক চারগা মদু চাকখাউদা পীশিল্লবা মতুংদা চীঞ্জাক্তগী শক্তি পীরকই অদুগা শক্তি অদুবু ফংলগতা ইন্দ্রিয়শিংনা থবক তৌবা ঙম্বনি হায়বসে মখোয়না চীনবু কল্লকপদগী কাউথোকখি। মখোয়না থবক তৌবা লেপ্লগা মখোয় মছামক্কী ওইনা লৈখাতাবা হায়বদু ওইখি।

থাঙ্গৈশেংনমক হায়রবদা চীন্না চীঞ্জাক্কী মহাও তংবখক্তনি অদুগা চীঞ্জাক অদু চীন্দগী চাকখাউদা পীথরকপনি হায়বদুসু মখোয়না খঙলমখিদে। চীন্না চাকখাউদা পীশিনখ্রিবা চীঞ্জাক অদুনা শক্তি-পীবা-ঙম্বা ঈ ওল্লকই। মদুবু খঙদবদগী থৱায়-হকচাঙগা মরী লৈনবা মরূওইবা থবক অদু চীন্না তৌবগীদমক্তা কল্লক্কুনা অতোপ্পা হকচাঙগী কায়াৎশিংনা থবক তৌবা লেপখি। মদুনা থবক তৌবা লেপ্লিবা ইন্দ্রিয়শিং অদুগী লৈখাতাবা নত্তনা অতৈ করিদি ওইগনি? কল্লকপা হায়বসে য়াম্না শাথীনা ফত্তবা হিংচাবনি। [ ]

# আঙ্গুর পাম্বীশিংগী হৈকোল

খুঙ্গং অমদা লৈবা মী কাঙলূপ অনীখক্না মরম অমদগীবু ওইরো নত্রগা অতোপ্পা মরম অমদগীবু ওইরো মতম শাংনা হাৎন-থিন্নবা য়াওনা খৎনদুনা লাকখি। লম একর অনীখক্তং লৈজবা খুঙ্গংদুগী নুপা অমনা মহাক্কী ঈমুংগী হিংনবগী পাম্বৈ অমা ওইনা আঙ্গব থারম্মী অদুগা য়োল্লম্মী। মহাক্না খুঙ্গংদুগী খৎনরিবা মী-কাঙবু অনীদুদা য়াওদনা শান্তি ওইনা পূন্সি লেল্লম্মী। অদুবু য়ানদবা কাঙলূপ অনীমক অদুনা মখোয় মশা মশাগী ফাঙবুদা মীচং তৌবিয়ু হাযনা মশানা য়াদবা মহাকপু নমদুনা য়াওহন্নবা কন্না লাক্লরম্মী। মরম অদুনা মহাক্না য়াওদবা য়াদ্রদুনা পূকচেল ফত্তবা মীশিংনা হেন্না য়াওবা মী কাঙবু অদুদা য়াওখিবম্মী। থা খরগী মতুংদা পূকচেল শেংবা নুপা অদুবু মহাক্কী কাঙবু অদুগী মীশিংগা লোয়ননা পুলিসনা ফারগা জেলদা থল্লম্মী, অদুগা মদুগী ফল অমা ওইনা আঙ্গুর পাম্বীশিংগী হৈকোল অদুবু য়েংশিনবীনবা মী অমতা লৈখিদে। চয়োল কয়ামুক ঈশিং ফংদদুনা লৈরকপদগী আঙ্গুর পাম্বীশিং অদু খুইজিল্লক্লম্মী অদুগা কংদুনা মাঙথরকখি। মহয় অমতা লোকখিদ্রে, চাগা অমতা লাকখিদ্রে অদুগা য়ুমদা মহাক্কী নুপী অঙাংশিংগী চাননবা চীঞ্জাক চপ চানা ওক্লনবা লৈখিদ্রে।

জেল মনুংদা নুপা অদুনা চয়োল খুদিংগী মহাক্কী নুপীদগী পোষ্টকার্ডতা ইবা চিঠি অমমম ফংলম্মী। জেল অদুগী নিয়ম মতুংইন্না বন্দীশিংদা থারকপা চিঠি পূম্নমক্কী অশোয়বা য়েংলগা নৈনবনচিংবা তৌবমখিদে, অদুবু বন্দীশিংনা থাদোরকপা চিঠিশিংদা পামদবা শরূক য়াওরবদি ককথৎলম্মী। নোংমা মহাক্কী নুপীনা মঙোন্দা চিঠি অমা অসুন্না ইরকখি ঃ"ইবুংঙো নহাক্তী জেল মনুংদা য়াম্না

নুংঙাইনা লৈবগুম্না লৈখ্রে। ঐখোয়গী অৱাবা ফীভম অসিগী মরমদা করিমতা খনবীদ্রব্রা? ইবুংঙো নহাক্না য়ুম থাদোক্তুনা হেক চৎখিবদগী ঐখোয়গী হৈকোল অসে কংখ্রে অদুগা লম অসিবু শম্পোৎ খোইবীদুনা মথংগী মহয়-মরোং থাবা য়ানবা শেম্বীনবা মী অমতা লৈত্রে অদুগা লম অদুবু মহয়-মরোং থাবা য়ানবা শেম্ন বগী পৈশাসু ঐঙোন্দা লৈতে। হৌজিকসু ইচাশিং অমসুং ঐহাক্না চারা নামা নামা চারগা হিংলিবনি। মরম অদুনা কংলবা লম অসিবু শম্পোৎ খোইনবা থওং অমতা পুথোকপীরক্লবদি ঐ অমসুং ইচাশিং অসিনা তুংদা চাগদবা খরদং ফাওবদি ফংবা ঙমগনি। চানবীদুনা অমুক্তা খঙহনবীরকউ।”

চিঠি অদু হেক পারুবদা মহাক য়াম্না থৱায় নুংঙাইরমখিদে। মহাক্কী নুপীদা মহাক্না অসুম হায়না চিঠি ইরম্মী ঃ“করিমতা ৱাগনু। ঐহাক্না নঙোন্দা ঐখোয়গী লম্ভুম য়াম্না লৈ হায়না কৈদৌনুংদা হায়খিদ্রি। ঐখোয়গী হৈকোল মনুংদা লৈবা গাড়ী-লীক্লম অমগী মখাগী লৈনুংদা সনাগী শেল-ময়েক পীক-থন্না য়াওবা পাত্র অমা থল্লম্বনি। নহাক্না লৈবাক অদু টৌঃথরগা সনাগী শেল-ময়েকশিং অদু য়াওবা পাত্রদু ফংগনি অদুগা মখোয়দু শীজিন্নৌ।” চিঠি অদুদা মহাক্না করি করি হায়রিবনো হায়বদু য়েংবা তাবনিনা জেলগী থবক-য়েংশিনবা নুপা অদুনা চিঠি অদু পাথোক্লম্মী। মহাক্না চিঠি অদু পোষ্টতা থাখিদ্রে। মহাক্না বন্দী ময়াম অমা থারগা, সনাগী শেল-ময়েকশিং অদু ফংগনি হায়বগী আশাদা, হৈকোল অদুগী লম অপূম্বা অতেনবা মতম অমগী মনুংদা টৌঃথোকহল্লম্মী। অদুবু মখোয়না সনাগী শেল-ময়েকশিং অদুদি ফংখিদে।

অহুমশুবা নুমিৎ অদুদা নোং য়াম্না কন্না তারকখি অদুগা চহি অদুমদি মহয়-মরোং য়াম্না লোকখি। মহাক্কী নুপী অদু য়াম্না নুংঙাইখি। মহাক্না আঙ্গুরশিংদু য়োল্লম্মী, অদুগা পৈশা মরাং-কায়না ফংখি।

থা তরুক্কী মতুংদা মহাক্কী মপুরোইবা অদু জেলদগী থাদোরক্লম্মী। মহাক্না য়ুম হেক য়ৌরকপদা মহাক্কী নুপীনা য়াম্না লাঙতক্লনা হংলক্লম্মী ঃ “মতৌ করম তৌরগা নহাক্না মী অদুক য়াম্বা অমা ঐখোয়গী হৈকোলগী লম অসে টৌঃখায়নবা থারকখিবনো?” মহাক্কী নুপী অদুনা মহাক্কী মপুরোইবগী চিঠি অদু ফংখিদে; মরম অদুনা মহাক্না মহাক্কী মপুরোইবগী থৌরাঙ অদু খঙখিদে। মপুরোইবনা খুল্লকখিঃ

"হোয়, ঈশ্বরগী থৌজালদগী ঐহাক্না থৌবাঙ অদু তৌখিবনি অদুগা মখোয়বু সনাগী শেল-ময়েকশিং লৈরমগনি হায়না থাজহনখিবনি। ঐখোয়না ঈশ্বরবু থাগৎসি।"

ৱারী অসিগী নুং-গী অর্থ কবিনো? নুপা অদুগী লম একর অনী লৈরম্মী। মী অমদা ইঙ্খি অনীগী থম্মোয় লৈ। ঐখোয়গী থম্মোয়দা কাঙলূপ অনীখক লৈ ঃ (১) ফত্তবা গুণ-শিংগী কাঙলূপ অমসুং (২) অফবা গুণশিংগী কাঙলূপ। কাঙলূপ অনী অসে অমগা অমগা মূকখাযনদুনা লৈনৈ। জীবগা থম্মোযগী মপুগা অনীগী মরক্তা জীবগীদি নুপী অমসুং অঙাংশিং লৈ। জীবনা ফত্তবা কাঙলূপ্তা য়াওখিবা মরম্না জেলদা লৈবা তাখি। মদুনি নাইফম হায়বদো। অদুম অদুম ওইনমক থম্মোযগী লৌবুক অদু জ্ঞান (সনা) ফংননবগীদমক্তা খোইদোকপা নত্রগা টৌঃথোকপা তাই। কনাগুম্বা অমনা টৌঃথোকপা অমসুং শেংদোকপগী থবক পরীং অদু চথবা লোইরবা মতুংদা মহাক্না আনন্দগী মহয় লোক্কনি। মবম অদুনা য়াম্না মরুদ-মকওইবদি কবিনো? সাধানাগী পাম্বৈনা থম্মোযগী লৌবুকপু শেংদোকপনি। ।।

